# রারেং-রাখল

সম্পাদকশিং—

বি, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

এন, কুঞ্জমোহন সিংহ

# ৱাহৈ খরদং

মৈতৈ সাহিত্যগী মশা অয়াম্বনা উনা পুংশিল্লক্লুনা য়েংবদা পেনবগী ঈথক অমা কাওনরকপা ভাঙ্গা অসিদা প্রবন্ধ-সাহিত্যগী মশাদা মীৎয়েং ভারুবদা নীংবা কায়বগী শক্তম অমা থেংনরি। তৌবগীদি মসি লোন অয়াম্বগী সাহিত্যদস্তু থোকই। অদুবু ঐখোয়গী সাহিত্যদা মসি কা হেন্না শাথিবা ফিভম অমা ওইনা লৈরি। মসি হায় হায়দুনা ঐখোয়গী সাহিত্যগী থুমাবশিংনা প্রবন্ধ ইবিদে হায়দুনা ৱাকৎচবদি নৎচদে। ফজ-ফজবা মমল য়াম্লবা ৱায়েং কয়া ঐখোয়গী সাহিত্যদা থোকই। অদুবু মখোয় অদু চোইনা চোইনা তোঙান তোঙানবা মফমদা ভাদুনা লৈবনা ময়ামগী মীৎয়েং চিংশিনবা ৱানা থোক্লি। মসি খন্নরুবদগীনি লাইরিক অসিগী মমি তমথিবা। কয়ামুক মহৈ য়াল্লবা হায়বদুদি ময়াম্না লেপ্লিগনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা প্রবন্ধশিং অসিগী লেখক অমদি মেগাজিন অমসুং লাইরিক কয়াগী অফোঙবশিংনা মখোয় মখোয়গী প্রবন্ধশিং অদু লাইরিক অসিদা ফোঙবদা হরাও-হরাওনা য়াবিরকপগী-দমক তৌবিমল অমসুং কুংঙাইবা মখোয়গী মফমদা ফোঙদোকচরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'ভক্তেলঙবা' হায়বা প্রবন্ধ অসি হাওদৈজাম্বা চৈতন্যনা খুনুংলোনদা ইরম্বনি। শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মানা শমজিন্না ইরগ পুথোকপনি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি পুথোক্নবা লাকুবদা প্রোফেসার নন্দলাল শর্ম্মা অমসুং নেশনেল প্রেসকী প্রোপ্রাইটর শ্রীকৃষ্ণমোহন শর্ম্মা অনিনা ঐখোয়বু মতেং পাংবিখিবগীদমক মরুপ অনি অসিগী মফমদস্তু তৌবিমল খঙহনজরি।

ইম্ফাল, ১৯৭৩ ইং কুঞ্জমোহন সিংহ।

# রারেং রাখন

## থম্বাল

ইমায় চোনবা লৈকোন পুথ্রিগী অথেনবা মতাই ওইবদা থম্বাল কৌবী লৈরাংনা খেনজোং খাদা নোংম-নোংমগী মপুং ফারকপদি ঃ— পুংকক চাউরকপী নিংথিবা ফিজেংনা লৈতেংলবী নুপীমচাশিংনা মচা মচেমগী নাক্তা লৈজবত্থনা তমজনফমনি। থম্বাল পুংকক চাউরকই।

চিংখৈ মশেক লাকপা নোংমগী মনুং নোংপাবারকপদগী লৈকোন লমদম অসিগী মপুং ফারবী লৈরাংশিংনা— তুমিন তুমিন জুরু জুরু, তাখি খংখি উথিনি, ঙাওক্কনি চৈরক্কনি হায়না কিবগী মতানি, ইকায়বনা মফেল ওই, লংফেল-লংলা অসিনা ফৈনা খুরো চেনবগুমই, হাথু হাথু খুৎফমদি চোইনদে চরাং চরাং তৌনৈ। মসিবু ইতত্তনা থম্বালনা উরকই।

কোরৌহনবগী মঙান— সনাগী মশেক্কা পৃথি থক্তা চাইথরকপদা মহৌশা কৌবিস্থু সনা ফিজোল অমা থোনখরে। অহিংগী লিক্লা মতুম মরিক পুম্বদা কোরৌসনাগী মশেক চংবদা সনাগী কিয়াং লিকফাং পরেং পরেং থোনখরে। খ্বাইনা উনরকপা কোরৌ মতাং সিদদি কংফাল লৈরাংশিং অদো. ইতৌ তৌদ শাক্তনা চিংনা লেম্না লৈরমই। লৈরাংশিংগী মিৎচিনা খৌরাংনা ঙাইজরিবা য়েংনা য়েংদ শাসিন্ন হুনা-লোম্না মিৎফম ইচোই-চোইরকই। মসিবু উরগা থম্বান্না লৈরাং মচেমশিংনা কনাবু য়েংইবনো হায়না খল্লকই।

মফমস্থু খংদে, মশকস্থু উদরি ঙরং ঙরং ঙংবা থোনফম অমা লৈকোন্দা তারকই। মসি হেক তাবদা মচেম লৈরাংশিংসি নোকমি-নোকমি তথক

তথকই, ইকাই-চৈরোইনৈ, পুক্নিং থক্লা থক্ত শাই; তাসিন খোমজিন লৈনখিবা অদুসু থম্বান্না উরকই। করিনো হায়না খল্লকই। মিকুপ অসিগী মতুং অমা খোইশিংনা পাইশিল্লক্তুনা ঙঙ্ঙ-ঙঙঙহুনা লৈরাং খুদিংদা তোংলরে। থৌদোক অসি পুংকক য়োঞ্জরবী থম্বান্না হুমিৎ খুদিং য়েংই।

খোইমূশিংনা পাইথ্রবদা লৈরাং মচেমশিংনা ওইহৌরিবা মাইথাং অদু উরগা "ইচেম ইবেন্মা কৈদৌরবগে নখোয়বো" হায়না অদুসু হংজরকই। কনা'মনা খুম্বিদে, কনা'মনা চৈহৎলি, কনা'নতনা মনাদা হাপ্লিদে। মচেম ভুংইনবী হুজ্ঞাশিংগী মতোগুম্না হুমিৎখুদিং থৌদোক অসি য়াওই। মীরোল হায়ফেৎ তারকপদগী য়াওরকপদা খোইমু উবদা নোংমতসু থম্বান্না ইকাইবা পোকউদে। উনি-হায়বগী হরাউবা পুক্নিং, উরোই হায়বগী অৱাবা, উরক্তবগী পুক্নিং অমতা পোক্তে। অহিং হুংথিল অনি চপ মান্নবনি, ঙরাং অয়ূক খোইমু উবদা থংই ইকাইবগুম্না অমা পোকখরে, ঙরাংদগী খোইমু উদ্রবা। উনিংবগী থৌনাও কংবগুম্বা অমা পোকখরে।

থম্বান্না খেঞোং খাদা নোংম নোংমগী মপুং ফারকপদি ঙসিদি য়েংবগী পেনবা লৈতবা লৈতেং মথোন কারকপগী মপুংফাবগী থোংগানগী পৌরোন পায়রমদাইগী নিংথিজবা অদুনি। নিংথিজবা ফজবা শক্লা হৌনবদি মমায় লোংনা চত্তুনা মাগী ফজবব য়েংজসতু নিংনবনি, মীগা মান্নদবা মশকথীবা ঐগুম্বদনা ইকায়নি। মাদি মতুসু থোক্তে। মপুংনক হেক ফাবদি ফারমদাই অসিনা অফম্বগা অরেপ্পগা লমজেন তান্নবগুম তেংগ্রবনি। অসুম্বা মওংনা ফজরবী থম্বান্না অমুবা খোইমু উরগা মপুংফানা ইকাইরকই। করিনো, ওন্থোকপা থম্বাল মাগী দশানি। খোইমুগী মফমদা করম অরানবা, নৎতবা ৱাতৈ ঙাঙউরগা, মপোৎ মরন মাংহন-তাহল্লুবা করম্বা লৈবরা? করিননো লাল্লুরবদি মাইপুবা ঙমদবা, ইকাইবা হৌনৈ, অদুগা ইকাই সংগোইবা মরু লুক্না চৎপা হায়না অসি হুপী ওইবগী নিংথিজবা ফজবা লমচৎ অমনি হায়নৈ,— অদুনরা?

ইকাইথিবা হায়বা লল অসিনা হুপীগী লমচৎকী মণিগুম্বনি হায়রবদিঃ— চোংঙা, তেনবা লৈকোনগী উচেক, খোইমুগুম্বা অপিকপা জাৎস্থু চিংগী তমগী কোটি অমনি। কনাগুম্বা অমতবু মতৌ অস্থুম্না ইকাইদে। মশক থিবা অমুবা খোইমুবুদি করিগী থম্বান্না ইকাইরুরিবনো? চান্নবা তোৎনবা খংনবগীরা? অত্থুদি হৌমিন কামিন্নবদা থরো থম্বাল তিন্নরকপি এলম-চরাং কয়া কয়া লৈরি। মচেমশিং কংফাল লৈরাংনা হাল্লি। খ্বাই অসিবুদি ইকায়ফম থোক্করা? অত্থুদি নৎতনা অথাপ্পদগী পাইরকপা খোইমুদবু করিগী ইকায়ফম থোকপগে? অথাপ্পদগী রা ওইরবদি মাইল কোটি কয়া লাপ্পা হুমিৎপুদি করিগী ইকাইরুগদগে?

তাইবং লৈরাংশিংনা মপুংফারকপগী ইথক ইপোম লাকপদা ওইরমদবা শাওং ওইরকই, চরৈনা থাগোন্নত্থনা অসি ফাওবা ইকায়বা খংই। মসিদি খ্বাইদা চপ মান্ননা ইকাই, ইকাইবস্থু হৌনৈ। মপুং ফারকপগী ইকাইবরা? হান্নদগী— খোইমুবু ইকাই হায়বা নত্তবনিনা মত্তস্থু খন্নফম থোকই। অত্তবু মাদি অখন্ননা খোইমুদবু ইকাই। ইকাইবদা নত্তে, খোইমুবু উরগা মশা অত্থু তনিক-তনিকই, মমায় পুবা ঙমদে অকিবা অমস্থু য়াওবগুম তোববা,— মকিরেনা হাবস্থু য়াদে।

অরুবা অমতংবু— কিরে, মায়পুবা ঙমদে, ইকাইজে য়েংঙোই হায়না মবুক লেপ্পা ঙমদে। মবুক্তা হায়বা মমিৎনা ইন্দে। মচেম লৈরাংশিংনা তোবগুম পুংয়ান্দি য়েংঙমদে, উখিনি হায়বগীস্থু মইকাই, খেঞ্জোং খাদা লৈশিল্লগা হুরান্দুনা লোম্না য়েংহৈই। য়েংবদা উবগী পেনবা লৈরক্তরে, উরক্ত্রবা মতমদা কাইনবগী মৈনা শারকএ, মিত্তা পি তাবা মতম য়াওরক্লে। ইন্থুংশোইবা উদবগী মবুক লাংঙকএ, কোরৌ মতম ঙাইবদা খুৎশিং পুংশিং থিরকই। মমায় নোংপোক ওন্দুনা কোরৌ মঙান য়েংবদা চিন্তা ওইরকই। উরগা লোৎপু খোইমুবু করিগী উনিংইবনো? মসি খংনিংই।

অহিংগী নিংথিবা থাবল, অঙৌবা থাজ, থরোনা অহিং খুদিং অসি হরাও হরাওনা লৈবা, মমান্নবা থরো মাগী শঙ্গ পুম্নমক অসিবু উরগা

থম্বালগী অরাবা হেনখয়ে। ফজদবা,— মীগী হুংঙাইবা উরগা অরাবা পোকপা মওং অমবু থম্বাল কৌবী লৈরাংদা থোক্লরে; ইনখৎলকপগী মতাংদা লৈরাং মঙোন্দা ওন্থোকপা লাইনা অমা পোকএ।

উনিংখরে— ইবুংনি ইপুরানি, মাবু উদবা ঙমদরে হায়বা য়াবা অমসু থোক্তরে। মাগী মানা অসুম্বা কান্নবা অমা তৌবিরমই, মাগী লমন শিংনিংই, মাবু উদবা ঙমদরে— হায়বসু নত্তে, মা লাক্লে হায়রমই লাক্তরে, মরুপ মপাং ওইবগী তিন্নবা শঙ্গগী মাবু উদবা ঙমদে— হায়বা অসিমসু থোক্তে; অতুবু খোইমু মাতবু উনিংই।

মতম অসিদা খোইমু হায়বতুদি থম্বাল মাগা থেংনরুবদি, কৌনরুবদি হায়রুম্নু, থম্বাল কৌবী লৈরাং অমা লৈকোন পুখ্রি অসিদা লৈজরি হায়বা খোইমুনা মমংদা ফাওবা মংবিবা মতম নত্তে. মীঙনদনী থম্বাল মানা খংনদবা খোইমুদা "ঐ অসুম তৌরে" হায়ববু করম হয়রুগবা। অতুগী শরুকপুদি থম্বাল মতোম শিজগে খল্লিবনি। য়েংবদা তঙাং মখৈ ফজরি, ইংখৎলকপিনী, শকফম কায়দে, তোপ তুদে, হিপ্তে; খোইমু হায়বা অসিনদৌরা মাইবা ককা শজ-হৈজবসু নৎতা; নাদবা থম্বালনা খোইমু মাইবা নত্তববু করম কৌবিয়ু হায়রুনি। অহিং হুংথিল অনিদা শংদনা চুবা, লৌদনা কাবা, নাহেকদনা, য়েক্তা থিন্দা, পোমদ-তংদবা, মফম মরাং খঙদবা লাইনা অমনা থম্বান্দা চংলক্লে। থিল্লি য়েকই, সিদনি হায়বসু নত্তে, পোম তংতুনা উগনি হায়বসু নৎতবনিনা কনা উদরে, উদ্রবনিনা কনাসু খঙদরে।

য়েংবদদি— ঙৌরোক ঙৌনা উনগী চিংগুম ইংমাউবা, মহুংদা ওমতুনা চাকপা থুংলব। কালেন হুংশাদা লক-লক লাউরবা, মৈরী মৈখু থোক্লবা অচৌবা মৈগী উৎপুং অমদা থম্বান্না থজিল ফাওবা পুৎথরে। খাংঙমদনা লুম্নবা সুমবা চাক্লবা চিংজাও অমসু মকোক্তা হাপলে। থম্বানগী থম্মোইদা য়েক্লিবা অমুবা মচুগী খোই অতু ফাওবা মৈশা অতুনা অয়িকপা সনাগী মচু ওইনা ঙাংখরে, থম্বালগী কোকতোন য়োরকপদা হুমিৎ কৌবা লাইনা থম্বানগী মশাবু চাকইবা মৈশা অতুনা কনখিবনা হেনমনখিতুনা

খৈদোকএ। ভানা রা ভাংগে তৌবদা ঈশিংনা পল্লি হায়বগুম অসি য়ৌনা ৱারবা চাক্লবদা "ঐনা ৱারিবদি...........অসিনি" হায়বা অসিত্তদি ময়াখিদরে। মবুক্কী অৱাবদো পুক্লুংদা অত্থমা লৈখরে। পুক্লুংদা লৈবা ৱাবুদি কনানা খংজরুনি। খং-খংনদবা ৱাবুদি কনানা খংগনি থম্বানগী অৱাবা অত্থবু কনা অমতনা খংবিদরে।

তাইবং মুজা কনানা— পম্হৌ মাঙ্গোল লাংদা, ফৱাং মায়কৈ মরিনা পুখ্রি চাংজৌ ওই, মাঙ্গোল উখোকতেন্না থম্না খেঞ্জোং ওই, পিথ্রাইগী সমুক মাংদ থা, মোলাং য়াইদা চন, লৈরাং মানা চরৈ ফিরোন তম্বদি, মুজা য়েতুম অপিখকতা কাব্রং লংজা চিংঙকপা মোম্নু নহা ওইবী মানা লংলাগী লংলম উরক্তবা মতম্মু— থম্বাল কৌবী লৈরাংদা ওইররে! লৈকোন্ পুখ্রি লিক্লাই লাইজ অত্থক ইংবদো থম্বাল মাগী কাদা খাম্বি থনবা যজ্ঞকুন্দ ওইখরে।

পুখ্রি অসিগী অকোইবদা— অঙৌবা কুন্দোগী পরেং পরেং, অঙাংবা ভুড্রানবা গোলাপকী মপৈ. থম্বাল কৌবী মাগী মাইথোং কুচু মানবনা কয়ানি। তুমিৎ খুদিং খোইমু ময়াম পাইরকই, মাগী মাগী মপা ওইবা লৈরাং খুদিংদা তোংই, থম্বান্না মসিবু হন্না হন্না উরগা নৌনা নৌনা ইকাইবা হেনজে। মমাই চুৎ চুৎ লৈথোকই। খোইমুনা পাইরক্লগদি য়েংবোইনা য়েংউদরে। ওম্থোকপা থম্বালগী মপুক্তি, করম্বগী মইকাইনো। উদবগী অৱাবা উনিংবা ইথৌ লাংবদো কোকখি উবগী পেন্দবা অত্থদি উরিবমখৈ হেনগৎখরে. মুম্না মেন ইতা তাদরে। মাগী লাইনা অসি নোংমা নোংমা হেঞ্জিল্লক্লে। নবগ্রহগী মন্থুংচনবা দশা ওইরিগদরা; গ্রহ অমতনা পিবা ভম্বা দশা মতাদি মান্দরে। গ্রহ মাপল অসিনা স্থল-অন্তর অনিদা পুল্লপ পুল্লপ চৎলবরা! পাঞ্জিনা খঙঙরোইদরা— মাইবনদি? থম্বাম্না পোকপদগী লাইনা অমতা লোই-নরক্তে হায়বা অসিদি তশেংনা খংই। অত্থদি মাগী হন্দক্কী লাইনা অসিদি মরম করিদগী করম তৌত্থনা পোকলকইবনো।

চাবা থকপা কান্নদে, মুংশিং মুংশাদগীরা ? অতুস্মু থম্বান্না হৌবা মফমদি মহৌশানা শেংই। অমোৎপা অপুম অশা তাবা লমদা থম্বান্না হৌবা হৌনদে। মমা মপাদগী লৌবা লাইথুংস্মু নত্তে, পীকইঙৈদা নাখিদে হায়নখরে। মথোন কারকপা হায়বসিদি লাইনা অপুম্বা নম-থেকপনি। মশাদগী পোকপদি নত্তবা তারে অতুদি মীঙোন্দগী লৌবা লাইনানি। অতুস্মু খেঞোং খাদগী হেন্দে কনাস্মু শোরু শম্নরুদে। মচেম ওইবী লৈরাংশিংদগী লৌবরা; মতুতুম নকই। অতুস্মু ইকাইজে হায়তুনা হান্না তিম্ন-খোৎনরুদে। অতুদি মুংশিংনা পুবা উফুলগুম্না পাইবা মিৎতা য়াদা চংবা লাইনারা ? অতু হায়সি হায়রবস্মু মপা মমা অহল লমন ওইবদদি লায়না অসি চংদ্রগা মাতদা চংবরা। ৱা অমস্মু পাঙ্গল কল্লিবা মথোন কারকপা য়ং লাউবা মতমনি লায়নানা কিরিবনি।

মথোন কারকপদা— লায়না হায়বা অসিন্না চংগে ওইগে হায়রদা— (ক) শোরু শম্নরুবদ হকচাংদা পকহৌবা অমা (খ) মায়োক্নরুবদা মিৎতা উফুল পাইশিনখিবগুম্না থোকপা অমা (গ) খংহৌ উহৌদনা তুমমিঙৈ করি তৌরিঙৈদা নাকোংদা করিদা চংখিবা অমা সুম্না তৌখি লাখি-গবদা মঙাই, অসিরা ?

ৱা অমা লৈরি,— হন্দক থম্বালগী অনাবা অসিদি মহি মরাং মহিক মতাং, চোংবা পকপা (উফুলদগী হেন্না পিক্রবস্মু) চংবা য়াবা পোৎশক য়াওদবা স্নুন্দগী মিৎতা লাইয়োকখিবা, অস্মুন্না মিৎল্লোমদগী হৌবা লাইনা ওইবা তারে। বিচারনা ফংবা ৱানি; করিনা,—মানা কনাগুম্বা অমবু উরুবদগী মুংঙাইখিদে, অসিগী মথক্তা অমুক মানা কনা-গুম্বা অমবু উরগা' লাইনা অসিগী অৱাবা অতু খরা খিৎ শেঙ্ফে হায়রিবনি। অতুগা অমস্মু হায়হৌরসি— অনাবা অতুবু পুমফ ফহনবা মতুমক নত্রবস্মু পোৎথাহনবা ঙম্বা অতুবু অনাবা অতুগী মাইবা কৌই। খোইমু উরগা পোৎথাই হায়বনিনা থম্বালগী মাইবা হায়বা অতুমস্মু খোইমুনা ওইবা তারে, খনবিয়ুদো।

চুম্মে— মিৎতগী হৌবা অনাবনি ; খোইমু উবদগী নাখিবনি, ওম্বোকপা অৱাবা হায়বা অহু তারে। খোইমুনা থম্বালগী মাইবা ওইগনি হায়বা অসি করি ৱানো। মাংবা তাবা খংদ্রবা হায়হুনি ; খন্নখিসিদা। খনবিয়ুদো ; মহু চাউবা খুমন শলাইগী লাইরেন, তুৱি মচু মুবা মাগুম্না মাবু উবদা, মহিক মতাং পোৎশক য়াওদবা লাইনানা মমিৎতা চংহৌরে, মহুনা অসি ফাওবা নারবা ৱারবা অনাবা অসিগী মমাংদা মাইবনি হায়হুনা মহু চাউরবা মাবু কৌরুহুনা ফমহনগনি হায়বা অসিদি অঙকপা হায়বা অহু তারে।

লাইরেন ওরুহুনা লাইচুবা নাবা অনাবা অহু শিরমদাইদা অনাবা অহুগী ইংখোল নত্ৰগা অনকপা ঈশিং লৈবা খোংবান, করিগুম্বা পুথ্রি অমদা লাই অহু লাক্তুনা থুংই। মতম অহুদা অনাবা অহু শোয়দনা শি হায়না মাইবনা হায়নরিবনি। মসি খঙবা মীনদি খোইমুনা থম্বালগী অনাবা য়েংবা হায়বসি কয়া পাম্নরোই। হু চাহুনা শিগ-দৌরিবা মীবু হু অমূক পীগনি হায়বা অসিবু করি ৱানো! অশাববু অশাবনা লোকপা হায়বা অহুরা? মানা তশেংনা য়েংঙম্বস্থ নত্তবদা হায়ফেৎতা উহৌবদা অসি ফাওবা নারবদা অনাবা অসিবু মায়োক্নুনা মমাংদা মুক্তি সংসং খিন্দুনা য়েংহনগনি হায়বা— অৱাবনি অৱাবনি !!

লুরিবনি হন্দক্কী থম্বালগী মতাং অসে। দশা হায়বসিদি মাইবা মাইবী পাঞ্জিনা ফাওনৈ অহুস্থ থোক্তরে, নারবদি ফমুংদা তুবা হৌনৈ, শাগৎলি, মিহুল হৌই— অহুস্থ থোক্ত্রে খাইনা ( মরূপ মপাং অহল লম্মন্না ) অনাবা অহুগী থৌদৌ অহু উরগা উরিবা মওং অহু অহৈ অশিংদা লিরগা, মাইবা অসিনা লাইওং অসিদা হৈবনি হায়বা মাইবা মশক লেপ্পগদবনি। থম্বালগীদি মানস্থ হায়দোক্তরে খাইনস্থ উবা নত্তরে করি উপায় তৌগনি। তোকপা তারে।

ঙাইখো ! হন্দক থম্বালগী লাইনা অসিদি— খন্নসি ! মাগী মাইবা অসিনি হায়বা অসি মহাক্না নাবা হৌবা হুমিত্তগী অনাবা মানা মশক লেপ্তূনা থমখরে। মসিবু খাইনদি উদ্রবনি— কমদৌনি ! অনাবা

মীনা কৌরুগদ্রা ? লাইনা অসিগা অতে খাইগী লাইনাগা পুমওন ওন্নখরে। অনাবা মানা "ঐদি মমিং অসি কৌবা মাইবা অসি কৌবিয়ু" হায়গদরা! মতুদি হৌনদবা অমনি, করিনা হায়নি— লায়না অসি মতা অমনে। অতুনদি শিবা তারে।

মসিগী উপায় অমতং হায়ববু— মসি চৎন-থোক্ক-কুচু-শেংনা নাবা লায়না থোকই, পোপতুনা হিপ্তে। মসিগী মৈচাক অসিনা খাংবা ঙম্মক্ত্রবদা ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা মাইবা অতুগীদা ( মানা খংজরবনি ) কোক চংতুনা মানা য়েংহনজরুগদবা মঙাইরে। অতুগা অমনা, অনাবা অসিগী লুনা তিন্নবা মরুপ মশা ওইবদা অনাবা অসিনা "ঐবু সুম তৌরে" হায়বা অসি কনাগুম্বা তানবসু ময়াওই। উপায় অশোমদগী লৌগদবা অসিদগী হেনবদি মীনা লাইনা খংবা পোৎ নত্তরে।

য়াম্না লুখরে— মাগী মৈনসু চাক্তুনা নারকইবা, মঙোন্দগী অনাবা অসি কোক্কনি হায়বসু নিংইবা—মাইবা মঙোন্দা চংতুনা "ঐদি সুম্না নারে নংনা য়েংবিয়ু" হায়নবা হায়বা অসিদি থম্বাল হায়বী লৈরাং মাদি মশানা ( মৈ অসিনা চাকতুনা ) উৎ ওইনা পাইথোক্লবা ফাওবদা হায়রোইদৌরে। মাদি মীঙমদবা হায়বা অসিমা মানা হেনগৎখরে। অতুগা অতু ঙাংনবা য়াবা মাগী মতাশিংসু কনা মতা লৈজদে। অতুগা অতুক হাক্লসু মীরক তিনজবা, মীবু হঙোইদবা মীসু নত্রি। লাইনা অসিনা নাবা হায়বা জাৎ অসিমক্তবু 'হায়দোক্তবা' হায়বা অসিনা লায়হৌ ওইবা হায়বসি মঙাইরে।

খোইমু হায়বা জাৎ অসিগী পুকচেল অসিমা ওন্থোক্লা কনখরে। লৈরাংশিংনা নৌজবগা মাগী মরা মখোন মকনগা বিধিনা ওন্থোকপা লাম্বা ওইনা শেম্বিরম্লবা হায়বতুনি। মসি লৈরাংশিংনা খঙই। অসিনা হুন্দোকপদি ঙমদ, ওন্থোক্লা রাজখরে। করম্না খোইমু মঙোন্দা হায়রুগদগে লৈরাংশিংনা লানুগদরা? করিগুম্বা মাইবা অতুনা য়েংবিনি হায়বি, য়াবিরম্লবদি ফরে নত্রবদি লাইনা সিনা সুমমা শিখিবনা ফৈ। মতা অমগী লায়নানি। ইকাইথিবা লায়না হায়বা ফাওবা য়াবা

লাইনানি। "লৈরাং নংগী লাইনা অসিগী অল্লাবা অসি য়েংবা ঙমদরে" হায়রবা ফাওবদা "হোয়" হায়দুনা লৈরাংশিংনা পাক য়ানদে। করিনা "নং নক্লবদি য়াক্রে।— শোইক্রবরা?— শোইদ্রে। অদু ওইরবদি ঙম্মরোই" হায়বা ফাগিগী মতাদো হন্দকী মাইবশিং অসি ত্তৌই, ওন্থোকপা পুকচেল মতা অমনি। ফাগী য়াম্না তৌগল্লি, ফাগীনি হায়সিরা হায়বসু মদুনসু হেক্তা চানখি, তম্বা ইঙম ঙমদে— অসিনা লৈরাংশিংনা অসুক ঋানরিবনি। খল্লফম থোকই— লাইবক থিবী থম্বালগী দশা অসি কমদৌনি, অনাবগী মতানে মাইবগী মতৌ অসিগা ওন্থোকপা হায়বা অদু তাথরেদা! শিবা তাই, অদুগা ঈশ্বরনা শেম্বদা জীবনা অরাবা হায়বা অদু ফংলক্লবা মতমদা মদু লান্থোকপা য়াবা উপায় অমদি থম্বিরমই হায়। থম্বালগীদি লৈরোইদ্রা?

মদু চুমই— করিগুম্না হোরেন খঙদে হয়েং খঙদে মতম অমদা মাইবা অদুগা অনাবা অদুগা মায়য়োক্লবদা "লাইনা অসি মাইবা অসিদগী লৌরকপনি" হায়বা লৈরাংশিংগী মমিৎতগী ফাবা ঙম্মে। করম্না হায়নি— অনাবগী মৈচাক অদু খাঙবা ঙম্মক্তবদগী মাইবা অদুদা হেক হেক য়েংই। অদুগা অরাবা অদু পোৎথাই। ফরে অদুদি য়াম্না লুথরে; থওইনসু কৌবা নত্তে অনাবগা মাইবগা মায়োক্লবা মতম অমা লাকপসু য়াই লাক্তবসু য়াই অদুবু অসুম ঙাইদুনা অনাবা অসি থম্বা তারিনে? মসি'মসু তোকও মাগী মরাইবক্কীনি, অদুনবু "লৈরাং ওইনা পোকপী পাপচেনবী" হায়রিবনি মহায়রসি। লাইনা অসিগী অনাবা মাগী মমিৎতগী ফাবা ঙম্মী হায়না ইলাই লাইনা হায়বী। মাইবা অদুনা খঙই হায়বরা? মী পুম্নমকসু হেক্তা খংবা ওইনা তাই। মসিবু করি ঋানো? মী অসিবু মাইবা ঙাক্তা ওইরবরা? অনাবগী মতৌ মওং খঙবা হায়বা অসিদি মাইবতনা খঙবা হৌনৈ। অসিগী মথক্তা থাইগী মাইবনা খংবা, য়েংবা ঙম্বা হৌনদরে; অনাবা মানা নাবা হৌরকপদগী মাইবা মশক অমা লেপ্তুনা থমথরে হায়বা অমসু য়াম্না চিম্না লুনা হায়থরে— ঋা অসি তাবদা য়াম্না খেঙ্গোংনরে।

চুমই মতু হংকম অমনি, ঋারী তাবা য়াম্না হৈরেনা মী মওইরনি। মসে ওন্থোকপা লাইনা হায়বা অতুনে, তাবা হৈরবদি লিবা তন্দরে; য়াম্না মুম্না তারোঃ— অনাবগা মাগী মাইবা অতুগা মফম অমদা হেক লনবা মতম অতুদনে, থাইনা য়েংনবা মিৎয়েং হায়তুনা অমা লৈরিদনা, য়েংনবা হায়বা অসিদি মায়য়োক্নরবদি, মায়য়োক্নদ্রবসু হায়বা— মী পুম্বা য়েংনবা তাক্লি। মতা অমনি, য়েংউ য়েংউবা খুদিংদা অনাবা অসিগী মৈচাক্তি হেঙ্গৎলি হায়বা অনাবা অসিদি খঙদে। অপেনবা শরুক খিৎতা অতুগী য়েংতুনা হেঙ্গৎলকইবা শরুক অতু কাউই। অতুগা অনাবা অসিগী থোদোৌ লাংদোৌ থোইনা চংদে হায়বসু ময়াই; মাইবা অতুবু উরুবদগী নাখিবা ওইবনা উরগা পোৎথাবা হায়বা অসিনা মরম অচৌবা অমা ওই।

শ্রীহিজম অঙাংহল সিংহ

---

# তৌগদবা থবক্তা মায় ওন্সিনবা

তৌগদবা থবক্তা মায়পুননা হোৎনবা অমসুং নোম্বা কনবা অসি অহল লমন্দগী ফংবা পাউতাকনি হায়তুনা ইকাই খুম্নফম থোকই হায়বতা নত্তে, মসি তেংবানবা শেম্বা ঈশ্বরগী মহৌশাগী হৌনবীনি। অতনবা থবক্তা মাই ওন্থোকপা হায়বা অসিদি মপুগী হৌনবী কায়রবা মীওইবগী থুৎশেম ওইবা মচৎনি। ঋাখন চাউবা মী পুম্নমক্না তেংবানবগী মায়কৈ তরামক শীনবা থুংনা য়েংলুবদা ঋাখন অসি অচুম্বনি হায়বা মপুক্লিংদা থংবা ঙমগনি। য়েংউ, অহিংনা মমৈ হেক লোম্লকপমক্তদা কাক্কী লাম্বাউ শীল্লে, চরোই-তেতু খোংলে, নোংপোক মায়কৈদা চিংথৈগী ফীতুপ হুল্লে, কোরৌহনবা অয়ুক্কী মালংদা ইনৌ নৌনা শাৎকায়রে। অতুদগী অমুক হুমিৎ অতুনা নোংচুপ চীংয়া হেক থাংখিবদা তাংথক নাইদ্রবা থা অমসুং

থরানমিচাক্লা অহিংগী অতিয়াবু লৈতেংলি; অহিংদা তাবা জীবনা তেংবানবা অসি অমুক নৌনা মথরাই পানবগুম তৌরি। মতমচানা নোং তারি, মুংশিৎ শিৎলি, নোংথাংগী অঙকপা মঙাল্লা অতিয়া শীনবা থুংনা ঙাল্লি। অসুম্না তেংবানবগী শা-উচেক, তীল-কাং, মৈ-ঈশিং নোংমুংশিৎ পুম্নমক অসি থবক্কী লমদা হরাউরি, মুংঙাইরি, লমথুংফম নাইদ্রবা থবক্কী ঈচেম্না তেংবানবা শীনবা থুংনা চেল্লি। অসুম্না চহি কয়া চৎখরে, যুগ কয়া হৌখরে, তেংবানবা শেম্বা মচাক পুম্নমক তোৎন-য়াম্নছুনা মপুগী-থুৎশেম কয়া কায়খরে, অনৌবা কয়া শেমগৎলে, মীওইবগী মৈহৌরোল্দা ওম্হোকপা থৌরম কয়া চনখরে; তৌইগুম্বসুং থবক্কী ঈচেন অসিদি লেপ্পা নাইদে, পোৎথাবা লৈতে। মীওইবা নত্তনা ঈশ্বরনা শেম্বিরম্লবা তেংবানবা অসিদা তৌগদবা থবক্তা মায় ওম্হোকপা উদে।

তৌইগুম্বসুং ছাত্রশিংগী তৌগদবা থবক্তি করিনো? ঐখোয়না থঙই অঙাং, পাখং, অহল পুম্নমক্কী পুন্সি অসি থবক্লা শাগৎপা ঙাক্তনি। থবক হেক লোইবগা তাইবং মীগী মীওইবসু লোই। মীওইনা পাল্লবদা তৌগদবা থবক্কী করি রাংফম লৈবগে? তৌইগুম্বসুং মসি ফাগিজুগাই তৌনফমদি থোক্তে। অসিগুম্বা পাউথুম করিগুম্বা তারবদি ঐখোয়না পুক্লিং অরাবগা লোয়বনা হায়নিংঙি, হৌনবী অমা নাইনা ওঝা গুরু অমগী মনাক্তা থন্দুনা লৈরিবা মী অহুগীদি তৌগদবা থবক্কী মমিংমখৈ তাবগীদি করি অমুক রাংপা লৈরমগনি? মহু ঙাকপা ঙম্বা, ঙমদবদি রা অমনি। মরম অসিনা লাইরিক অসি পারগসু মহুগী মরমদা য়াম্না লৌশিং তাবসু য়াই হায়না থন্দুনা মসি ইছুনা অমুক রারেং অসি শাংদোকহল্লরোই।

অঙাং ওইরিঙৈগী মতম অসি তৌগদবা থবক্তা মাই ওন্সিনবা, নোম্বা অমসুং অতনবা থাদোকপা তম্নবগী অথোইবা মতমনি। অঙাংগী পুকচেল অসি অরুবা মিংশেনগুম্বনি। মহাক্কী মমাংদা তাররবা পোৎ পুম্নমক মহুদা হেক্তা মমি তাই। অঙাংগী থম্মোইদি ফৎতবা রাখল অমতমু পকত্রি; মতম অহুদদি মখোয়গী থম্মোই অহু অচুম্বা খঙনবগী

দমক্তা হৈনিংহ্নুনা লৈ। মতম অসিদা নোম্বগী মরু অসি হুলহৌত্রবদি তুংদা মহু পোকলক্কনি হায়বা নিংফম লৈত্রে। মতিকচানা নৈনরবতদা হকচাং অমসুং পুক্নিংগী মপুংফানা চাওখৎপা ফংবা ঙম্মি। মহুদা পুক্নিং চংনা নোমহ্নুনা, অত্তনবা থাদোক্নুনা হোৎনরবতদা মহুগী নৈনবা থোকই। ৱাহৈদগী থবক্কী মহৈনা থোয়না তুংকোইনৈ। থবক্না পুন্সিগী অফবা অচৌবা পুম্নমক চাওখৎলি। মরম অহ্নুনা ঐখোয়না অফবনি অচুম্বনি হায়না নিংবা অহু নোম্বকনবা, উইনকনবগা লোয়ননা থবক্তা পানশিন্নবা হোৎনবা হৌনৈ। তন্দুনা মতম লেনবগা মান্নবা হুংঙাইতবা করি লৈবগে? মতম লেনবদা ৱাবদি থবক লৈতবা মীগীদনি। মরমদি হুংঙাইবা হায়বা অসি থবক পাম্বা অমসুং থবক্কী মহৈনি। নোম্বা নত্তনা নিংবা থুংনা হুংঙাইবা অমসুং চাওখৎপা ঙমদে। তেংবানবদা তৌরিবা ওইথোক্নবা মীনা ঙম্বা হৌনদ্রবা থবক পুম্নমক অসি নোম্বগী মহৈ ঙাক্তনি। তেংবানবনা মখোয়গী মমিং পনবদা শেংনরিবা অচৌবা মীশিংগী ৱারী পারবদি খংবা ঙমগনি, মখোয়না মখোয়গী খুবম অহু য়োনবা হোৎনবদা কয়া নোম্বা তাথ্রিবা! থবক্তা মায় ওন্থোকপা মীশিং অহুগী থবক্না করম্না মচুতাবা অমসুং মীথোই মীহেনবা য়াগনি? মখোয়তনা হন্না হন্না নিংবা কায়হ্নুনা খোংফম খুদিংদা ইকাইবা অমসুং অৱাবা নংঙি। ঐখোয়গী মসি লৈতবনা ঐখোয়না করিগুম্বা অচৌবা থবক অমতা তৌবা ঙমদ্রি।

লাইরনবা, নংননবা, ৱাখনগী মরুবু অতনবনি। মসি থম্মোইগী লৈরাংদা তোংবা তীনগুম্বনি। তীন চারবা লৈনা মথং মথং চিকথৎহ্নুনা কেনখিবগুম্না অতনবনা হেক তোংশ্রবদা থম্মোইসু অসুম লৈখা তাথখি। অওইবমক অতনবা মীগী থম্মোই অসি ভূতপ্রেত পুম্নমক্কী য়াকাবুংনি। মহু মহৌশানা ফৎত-ফৎতবা, নত্ত-নত্তবা ৱাখল পুম্নমক্কী তুংনফমনি। মসি চাওখৎপগী লম্বীদা পনগী মশক্নি। ঈশ্বরনা নঙোম্পা উনবগী অমসুং উহ্নুনা চাওখৎপা অপুম্বগী মপু ওইবা য়ানবা মিৎ পিবিরম্মী। তৌইগুম্বসুং নংনা নম্লিৎ অহুদা উফুল চাইশিন্দুনা মিৎতাংবা ওইহ্নুনা লৈরবদি করম্না

মতুগী চাওখৎপা ফংগনি। ঈশ্বরনা নঙোন্দা তাননবা অমসুং তাহুনা হৈহৌ শিংহৌনবা নাকোং পীনবিরম্মী; নংনা মতুদা য়োৎশিঙোৎ থিংজিন্দুনা নাপংবা শাহুনা লৈরে; করম্না তাবদগী নংগী চাওখৎফম লৈরি? ঈশ্বরনা নঙোন্দা খোং-খুৎনচিংবা থবক ঙম্বা ইন্দ্রি পুম্নমক পিবিহুনা নমান্নবগী মকোকথোংবা য়ানবা শেম্বিরম্লি; তৌইগুম্বসুং নংনা মথোয় পুম্নমক্কী শীজিন্নবা তোক্তুনা হৈবোং মখাদা হিপ্তুনা লৈরবদি অমসুং অতনবগী ময়ায়না মখোং অনি পানবা শা ওইরবদি নংগী করি চাওখৎফম লৈরিবগে?

অসুম্না থম্মোইদা অতনবগী মমিনা হেক তারবদা মী অহু লাইরগদবা, নংগদবা, রাগদবা নক্লে হায়না খংবদা লানফম লৈতে। মসি হায়রুরগা অঙাংমচাশিংগী লাইরিক্তা য়াওবা রারী অমা নিংশিংঙকই। মতম অমদা ইনাক কৈরাকখুনবা লৌউবা হুপা অমগী নবীন কৌবা মচান্নুপা অমা লৈরম্মী। মপানা শিগ্রবদা নবীন্না মহাক্কী মপাল নাইদ্রবা লন্থুম পুন্নগী মপু ওইরে। মপাগী কৃপানা মহাক্কী লন্থুম মহৈমশিংনচিংবা রাৎপা লৈত্রবসু মহাক্কী অচৌবা দোষ অমা লৈরম্মী— মহুদি অতনবনি। মহাক্কী থবক্তা খুৎথিংজিন্নিংদবা অসিমক্তনা মরম ওইহুনা মমৈথংদদি মহাক্কী মপুকথন্না চানবা য়ৌনা ফংলকত্রে। মহু উবদা নোংমা মহাক্কী মরুপ অমনা হায়খি, "নবীন! নং অসুম তৌরবদি মাংলগনি। ঐ য়াম্না লুপ্রবা রা অমা তাকপিগে; নং নিত্তিগী অয়ুক ঙস্তা নংগী ইংখোলগী অকোইবা অসিদা করিগুম্বা অঙৌবা নত্রগা নাপু মানবা উচেক উত্রা য়েংউ, মহুদা ফংদ্রগা নংগী লোবুক্তা কুমহুনা মহুদা ইহান হানবদা তাবা উচেক অমতং হাৎনবা থৌরাং তৌ; অহু ওইরবদি নংগী কৈ অসি সনা নত্রগা লুপানা থলহনবা য়াগনি।" পাম্বে লৈত্রবা নবীন্না মপুক্লিংদা আশা য়াম্না তৌহুনা মতুংগী হুমিত্তা মহুমক তৌরে। অহানবা ইংখোল হেক কোয়রকপদা উরে, খংদবা মী অমনা মহাক্কী কোক্তগী ফৌ হুহুনা চেল্লি; তৌইগুম্বসুং মহাক্কী কান্নদনা নোইরবা; মশা তনবদগী শোল্লবা অহুনা মহাকপু ফাবা ঙমদ্রে। মহুদসু মহাক্কী শিংলম্বদগী অতনবনা

ফকচিল্লবা লৌশিং অতুনা মহাক্কী অনংবগী মরম খংবা ঙমদহুনা লৌবুক তাম্না চেম্বগ্রে। মফম অতুদম্মু লৌরোম্নবশিংনা ফৌবৈদগী ফৌ হুবনচিংবা উরুরগা মহাক্কী মরুপকী ব্রাগী অর্থ মহাক্লা খংলে। অয়ুক অঙনবগী মুংশিংনা মশাদা য়ৈবদা মহাক্কী অতনবা পুম্নমক কোকখি। অমম্মুং মমাম্নবা অতৈনা পুক্নিং তুজুং হরাওনা কোলোই লাউনা শক্তুনা মাগী মাগী মশিন শুনবা উত্তুনা মপুক্নিংদা ইকায় মুংশি য়াম্নরে। মত্তুদগী অতৎপা লৈতনা নোম্বনা মতম খরগী মমুংদা মাগী হান্নগী য়ুম্বাল অহু হুনজিনবা ঙমখি। মসি ফুকনাক ব্রারীনি হায়বদি চুমই; তৌইগুম্বম্মুং মসিদগী অতনবনা করম্না পুক্নিং হকচাংবু মাংহনবগে হায়বা অহুগা অতনবা হেক পক্লবদা মী অহু শোয়দনা লাইরবা অনংবা মফংলে হায়বা অহু খংবা য়াগনি।

অমরোমদা নোম্বা হায়বা অসি মুঙাই য়াইফবা অপুমবগী পোকনফমনি। লৈবাক্কী লৈহাও কাবগী পাঙ্গল লৈ হায়হুনম্মু খোয়দবা য়াদে, খোয়হুনা মরু হুন্দবা য়াদে, পাম্বী য়াওদবা য়াদে; খাওহুনা য়ৈদবা য়াদে, মহুতুদা মরু ফংগদবনি। পাম্বীদা ফি ওইনা পান্দে, লশিং হেক্কদবনি; হেক্তুনা নাইগদবনি; নাইহুনা মেত্তুনা মতুংদা শেৎন-ইম্নবা ফি শাগদবনি; মহুতদা ঐখোয়না ফি ফংডি। অসিনচিংবা, অসিনচিংবা। মীনা মুংঙাইয়াইকবা চাওখৎপা থুবম ফংবদি মহাক মহাক্কী নোম্বগী চাং অহুগী মতুং ইনবনি। মপুগী লৈবাক অসিদদি মীচং মীথাই নাইবগী থবক লৈত্তে; মহাক মহাক্লা হুনবা মরু অহুগী পাম্বী শোইদনা হৌগদবনি। তেংবানবদা মুংঙাইরে য়াইফরে হায়রিবা অহু নোম্বা কল্লি, মমল নাইক্রবা মতম তন্দুনা অরেম্বদা মাংহন্দে হায়বনি। অওইবমক নোম্বনা লাইবক ফবগী অপোকপনি; অতনবনা মহুবু মাংহনবনি। অমুম্না নোম্বা নত্তুনা করিমত্তা ফংফম লৈতে হায়হুনম্মু নোম্বা হায়বা অসি মুঙাইবগী মথক ওইহল্লি হায়বা খল্লুরগা মপুক্নিংদা মুংঙাইবা পোকই। থবক লৈতবগা মাম্নবা ব্রাবা অমা তেংবানবদা লৈতে— মী অহু অঙাওবগী পান্দম ওই, লৈনফম খংদে, হায়নফম খংদে। মত্তিকচানা নোম্নগঙ্গা তুম্বা মুংঙাই, চাবা হাউই।

অহুগা লাইনা পিরক্তনদি নোম্বঙাক্তনস্থ চৎনদে হায়না নিংবস্থ চুমদে। "চাওখৎপা হায়বা অসি নোম্বগী মনাগী মশক্তি। নংগী লৌশিংনা শিংলবস্থ নোমহুনা মাহু চাওখৎহনগদবনি। অহুগুম্বা লৌশিং লৈত্রবস্থ নোমহুনা নংগী অৱাৎপা মেনশিনগদবনি। মরমচানা নোম্লবদা ফংদবা লৈতে।"

অঙাং ওইরিঙৈদা মতিকচানা নোম্বা তমগদবনি। ফত্তবা সঙ্গ, অয়াম্বা পাপকী থবক্তগী মশাবু কঙগে হায়রবদি থবক্তা মায় ওক্সিনবা নত্তনা পাম্বৈ লৈতে। অতনবা হায়বা অসি হুরানবা চংনবা য়ুমগী থোং হাংদোক্তুনা থম্বগুম্বনি। ঈচেল লৈতবা ঈশিংদা অয়াম্বা তীল-কাং পোক্তুনা ঈশিং মাংহনবগুম্না অতনবা পুক্লিংদস্থ নত্ত-নত্তবা ৱাখল পোক্তুনা মহুবু মাংহল্লি। নোম্বদা ইকাই-খুম্নবনচিংবা মাংঙি হায়না নিংবস্থ অরানবনি। মশানা মশাগী পাংথোক্লবা হোৎনবদা করি ইকায়ফম লৈবগে। বিলাতকী মমিং চৎলবা মন্ত্রী গ্লডষ্টোম্না মশানা উ য়াল্লি। পাকচাউরবা রুষ লৈবাক্কী নিংথৌরেন পিটরনা মশানা লৌ খোই। মমিং চৎলবা জনক নিংথৌনা লৌ খোইবদগী সীতাবু ফংখি। বেঞ্জামিন ফ্রঙ্কলিনগী ৱাদি থাইনস্থ তাররিগনি। মশানা কৈথেল কাই, মশানা ছাপাগী চে গাড়ীদা হাপ্তুনা চিংঙি। মহাক্না অনংবা ইমুংদা পোক্তুনস্থ নোম্না অমস্থং উইন কনবগী পাম্বৈনা মপাল নাইন্দ্রবা লল অমস্থং ইকাই খুম্নবা পুম্বগী মপু ওইখি। মহাক্না মাগী চাওখৎপগী মরমদা হংবদা খুমখি। "মুংঙাই য়াইফবদি নিংবগী মথা পোনবনি। শেল তানবগী লম্বীদি কৈথেল কানবা লম্বীগুম্না অরাইবনি; মতম অমস্থং লনবু অরেম্বদা মাংহন্দ্রগা লোইরে।" "ঈশ্বরনা ঐখোয়দা অস্থম্না শাংলবা খুৎ পীনবিরম্মী, মহুনা তিংথোক্লবদি সোরারেন ফাওবা লাম্বা ফংঙি।" ঐখোয়না হায়নিংঙি সোরারেনমক লাম্বা ফংদ্রবস্থ খুৎমথৈতদি তিংথোকপনা চুম্মী।

শ্রীখ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ।

---

# নুমিৎ কাপ্প

থাইনগি অরিব সাহিত্য "নুমিৎ কাপ্প" হায়ব লাইরিক অসি নুমিৎ অনীন অহিং নুংথিল লেংশিন্নন পানবদ থাই নুংজেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলা হায়ব মীনাই অমন মচা কোনব ঙমদবগি শাউদুন কাপ্পগি ৱারিনি। মাদুদ নুমিৎ অনীন ময়ুম থাদোকতুন চেনখিবগি ৱা ইরি। অদুগ মসিবু শিজিন্নবন মৈতৈগি চৎনবী চুকশাব হায়ব, মসি চাদন শিবদ হঞ্জিনদনব তৌব থবক অদুদ মসিগি ৱারি মতেক অমত ওইরবসু শকতব য়াদে। মরম অসিন মাসিদ থোকখিব থৌদোক অদু মৈতৈগি চৎনবীদ য়াম্ন কায়ব তাই।

ঐখোয়ন নুমিৎ কাপ্পবু সাহিত্যনি হায়ন হায়রি। অদূন "নুমিৎ কাপ্প" সাহিত্যর, নত্তবর হায়বসু হাইফেৎ য়েংশিনফম থোকই। সাহিত্যগি বিচারদ নায়ক নায়িকান মতিক চারবদি করিগুম্ব অকায়ব ( দোষ ) খর লৈবদি অকায়ব শালগ্রামবু নত্তে হায়ব য়াদবগুম সাহিত্যনি হায়গনি। অদুন নায়ক নায়িকাগি ফিভমদং য়েংলগ সাহিত্যগি প্রমাণ ওইজগে। থাই নুংজেংবম পিবা মীনাই ওইদুন অহিং নুংথিল থবক শংদ্রবসু মথৌ কায়দে, মপাঙ্গল মথৌনা লৈদুনসু চাউথোকত্তে, নাপল তৌদে, মান তৌগে নিঙব ৱাখল মীবু খঙহনদে। অদুন মহাক ধীরোদাত্ত নায়ককি লক্ষণ লৈ। মরম অসিন মহাক মতিকচাবা নায়ক অমনি।

অদুগা নায়িকা ওইগদব নুপীদি সমাজগি চৎনবী য়েংদবী সাধারণী ওইবী নুপী অমা, নত্রগা সতী ওইবী নুপী অমন ওইগদবনি হায়ন নাট্য-শাস্ত্রন হায়। অদুগ মহাক্কী নুপী হাওনু চঙখানসু অসী মপুরোয়বগি য়াথংবু মথরাই মাঙব কিদন ঙাকই। ইমুং মনুংগি থবক ফজন পুক্নিঙ চঙন নোমই, নোল্লুকই, পুকচেল তিংই। অদুন মহাক সতী ওইবী নায়িকানি। সতী স্বকীয়া নায়িকাগি লক্ষণ অসুমন ইরি ঃ—

"বিনয়ার্জ্জবাদিযুক্তা গৃহকর্ম্মপরা পতিব্রতাস্বকীয়া।"— দর্পণ। হুমিৎ কাপ্পগি নায়ক নায়িকা মতিক চাব নায়ক নায়িকানি। মরম অসিন ঐখোয়গি হুমিৎ কাপ্প অসী সাহিত্য অমনি।

সাহিত্য হায়বসি জাতিগি অমসুং সমাজগি মিংশেনগি মশকনি। জাতি অমগি মশক খঙগে হায়রবদি সাহিত্যন প্রমাণ ওইরগ খঙব ঙমই। সংসারগি পোৎ পুম্নমকন মিংশেনদ মমি তাবগুম জাতি অমসুং সমাজগি মমিসু জাতি অদুগি সাহিত্যদ লৈ। মরম অসিন সাহিত্য লৈতব জাতিবু জাতি অম ওইন শিংথানদে। ঐখোয়গি হুমিৎ-কাপ্প অসিদগি মণিপুরী সমাজগি মরমদ করি খঙবগে হায়ব অদূ য়েংনব তৌজগে। সাহিত্যগি মীৎয়েংদ হুমিৎ-কাপ্প হায়ব মমিং অসি তাবদ ঐখোয়গি পুক্নিংদ মখল মখাগি চিংনব পোক্লকই। থাই হুংজেংবম পিবান কাপলিব হুমিৎ অসীবু অতিয়াদ থোকলিব হুমিৎ অসিমকপু কাপ্পর, নত্রগ হুমিৎকুম্ন মগুণ লৈব কনাগুম্ব অমবু কাপ্পর হায়ন খঙনিংব অসিগ লোইনন য়ুথক লখা অম ঝাংন লৈগ্রব সৌরজগৎকি ময়োল ওইরিব হুমিৎমকপু থাই হুংজেংবম পিবান কাপ্প অসী অওইবমক ওইরমগদ্র, অদুগ মহাক্কী তেনবু কিতুন হুমিৎমক্ক লোৎলী হায়ব অসিবু চুমলমগদ্র হায়নচিংব চিংনব ঝাখল কয়া পোকহল্লি। মাসিমক সাহিত্যগি ফজব শাজৎনি।

পৃথিবীদ পোকপ মীপা অমবু কিবদগি হুমিৎমক্ক লোৎপ হায়ব ঝা অসি ওইথোকতব ঝাফম অম ওইবন হন্দক্কী হুমিৎ অসি কনানো হায়ব খন্থদব য়াদে। হিন্দু শাস্ত্রগি ঝাদ দ্বাদশ রবি (হুমিৎ তরানিথোই); অদুগ মৈতৈগি ঝাদ হুমিৎ চয়োল তরেৎ হায়তুন হুমিৎ তরানিথোই, অমদি হুমিৎ তরেৎ লৈবগি ঝা উই। হন্দক্কী হুংজেংবম পিবান কাপলি হায়ব হুমিৎ অসিদি মখোয় মঙা পোকমিন্নবগি ঝা ইরি। মাতুদি— "য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম কোরও নোংবূ খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বী, তাইবং অমম অঙাল পোকপী, থুনবী শল্লাই ইনথীন য়োয়ময়ায় মপারি

মঙা শুন নাউনৌজববু" হায়নু ইরি। মরম অসিন হন্দক্কী হুমিৎ অসি কনানো হায়ব লাইরিক অসিদ য়েংফম থোকই।

অহানবদ হন্দক্কী হুমিৎ অসিবু পোকপী মমাগি মরমদ হায়রিব "য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম, কোরও নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বী, তাইবং অমম অঙাল পোকপী, খুনবী শল্লাই হনবী" হায়ব অসিদগি হুমিৎ পোকপী মমা অসি কনানো হায়ব য়েংব তাই। "য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম" হায়বসীগি অর্থন সনা কোতু গি লাইগি মশক ওইবী। লৈম হায়বদি মহারাণী হায়রি। "কোরও নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বী" হায়ত্তুন মাইকৈ মরিমক্ত মহাকপু খঙদব লৈতবী, অতুগ মহাক্কি মগুণন মরৈবাক্কী চাউথোকচফম ওইবী হায়বদি মগুণ য়াম্ন লৈবীনি হায়রি। "তাইবং অমম অঙাল পোকপী, খুনবী শল্লাই হনবী"ন তাইবং প্যানবদ হুমিৎন অমম অঙাল পীবগুম তাইবঙ মীওইবগি অমম অঙালগি মশক ওইব অরাব, হুঙাইব পীব ঙম্বী, অমসুং "খুনবী" হায়বন খুনগি মপী, লৈরাক্কি মপী মপা ওইবী, শল্লাইগিসু অহল ওইবী হায়ব অসিন লৈবাক্কি মকোক নিংথৌগি মমানি হায়ব তাকলি। মহাক্কী মরমদ ইরিব "খোইমোম লাইরৈম" হায়ব ৱা অসী লাই ওইরবদি মর্চী তৎপুরুষমত লাইগি লৈম—'লাইরেম্ম' হায়গদবনি। হন্দক্কি অসিদি লাইরৈম হায়ব মরমন মধ্যপদলোপী কর্ম্মধরয়দ ওইত্তুনলাইগুম্বী লৈম 'লাইরেম' হায়রিবনি। অত্তুন লাই হুপী নত্তে, মহারাণীনি। মরম অসিন মহারাণীগি মচাদি নিংথৌনি। অতিয়াদথোকপ হুম্বিৎতি মমা মপা লৈত্তে, নিংথৌ নত্তে। অত্তুন হন্দক্কি হুমিৎ অসী, হুমিৎ নত্তে। অসীগি মথক্ত মখোয় মচিন মনাও মঙা পোকমিন্নে হায়রি। মখোয় অত্তুগি মহুংদ অহল অহুমন শিগ্রগ অতোনব অনী হিংহৌরিব অত্তুন হুমিৎ অনী অসীনি। অহানব পোকপ ময়াম্বন "থাঙয়িগুম্ব চিশাৎন লোইমোম-গুম পোনকংনরবগি" হায়ত্তুন মহুং মতম ওইদন কৌন ফৌরামলাকুন মাঙবগুম থা শুদন লাইয়ে ওইন পোকখিবগি ৱা ইরি। অনীশুব ময়াম্বন "কাইরৈ য়েরুমগুম পোমকংরবগি মালেম লৈশো ন খোইমিৎ

কাববু ওইখিয়ে” হায়ত্থুন মরোল থোক্তুন চহী অনী শুদ্রিউৈদ শিখিবন পোংলোইব য়াদবন লৈরোল চনখিব, অত্থুগ মফম অত্থুন লৈশোৌপুণ্ডগুম নতোক্তুন ঙৈৈংলৌবগি য়া . ইরি। মতাং, অসীদ “পৌমকংনরবগি . মালেম লৈশো খোইমিৎ কাববু ওইখিয়ে” হায়বগি “পোমকংনরবগি” হায়ব অসীন লৈরোল চনবগি মরোল তাকলি। মাসীদ হায়রিবদি য়েক্কামগুম মরোল থোক্তুন শিরমদ্রবদি লৈরোল চন্নোইদবগি ভাব অম উৎলি। অত্থুন মতম অত্থুগি মৈতৈ সমাজ অত্থু মরোল থোকত্রিব মী হায়বদি চহী অনী শুদ্রবদি লৈরোল চনব, অত্থুগ চহী অনী শুরবদি লৈরোল চনদবগি মমি অম উৎলি। অত্থুমগুবময়াম্বগি মরুমদন— “মশাবি কাইতে ঙমবন মথনন চুকমন হামনবদ পোংনাং লেপ্লু, কাওজাউ শোরারুদ চঙুন ঈমু খযোমমন মোংমনথিয়ে” হায়ন . ইত্থুন লমকেৎ লমহাইবন মী উশিৎতলদগি মপা লৈত্রব শল কাওগুম্ব, অমসুং লৈরাইদ থিনত্থুন মতোমত্ত লেপতুন লৈরব শোরারুগুম ময়াং লৈবাককি অকনব. অমন হাত্তুব ঈ ওত্থুন শিখিবগি য়া ইরি। মথককি অনী অত্থুগি মমীং য়াওদব অদীন তাকপদি নহা ওইন মমীং থোনদ্রিউৈদ শিখিবগি য়া তশেংন তাকলি।

হন্দককি থাই হুংজেংবম পিবান কাপথিব হুমিৎ অত্থু খুমবী শল্লাই হনবীগি শিখিব মচাশিংগি মনাও অহল তাউত্থুইরেং অহনববুনি। তাউ হুগরেং হাযব য়াহয় অসী থুগাইত্থুন য়েংলবদি তাত্রাউব পোংত হুইগুম লেংব, হাযবদি প্রজাগি পাক্লদ ত্তোংত্থুন তাউত্থুন লৈব নিংথৌদি হুই লেংবগুম নপুন লৈব হায়বনি। অত্থুনদি মহাক অসী নিংথৌ খুভুমদ তাউত্থুন লৈব, নিংথৌদি নত্তন নিংথৌ শারগি ভাব লৈ। অত্থুগ মহাকপু ‘অহনব’ হায়রিব অসীম তাকপ অমন মহাকন অতাংবনি, মনাও নমা থোমমতোনন অশেংব নিংথৌনি হায়ব তাকলি। মরম অসিন থাই হুংজেংবম পিবান কাপ্প হুমিৎ অত্থু অতিয়াদ থোকপ হুমিৎ নত্তব তারি। অত্থু ওইরবদি লৈবাক অমদ নিংথৌ অনী লৈবন মতম অত্থুগী মণিপুরী সমাজগি ফিভমদ প্রজান হায়জব ঙমদব, নিংথৌন মনিঙ

তৌবগী মমি অম উই। মরমদি থাই হুংজেংবম পিবান হুমিৎপু শাউহুন কাপখিবগি মরমদ অস্থমন ইরি,— "য়োয়ময়ায় তাউতনব অনীস্থ হুমিৎ অনী চৈয়োনন থবি অনী লেংশিননরবগি অরা পোথা নাইদরে, তয়ম মীনাই ওইবনিগিন থবক শংজ লৈতরে হায়ন ঋাতা থীখিয়ে। মোমস্থ তাল্লোয় মরুমবী হাওস্থ চঙখানহুবু নাউয়োকফদে। ইপারি হাওতংখু ঈমোম হাওতংলাবু লাংগোনফদে হায়ন ঋাতা থীখিয়ে।" মাসীদ করিগুম্ব হুমিৎ অনীন অতিয়াদ থোকপ হুমিৎমক ওইরবদি মহাকন শাউরিব অসী শাউফম থোকতে। করিগুম্ব শাউরবস্থ মহাককি মতিক লৈরোইদবন মরাইবকপু নিন্দা তৌব নত্তুন হুমিৎপু কাপ্পমকতি কাপলোইদবনি। অদুগ থবক শংদবগি শাউব ওইরবদি মহাকন শাউব অসী মহাকপু থবক শিজিন্নরিব নীপা অদুদ শাউফম থোকই। করিগুম্ব হুমিৎন অতিয়দ থোকলিব হুমিৎ অসীমক ওইরবস্থ মহাককি মবুংঙো অদুন মহাকপু অহিংদ থবক শূহনফম থোক্কে। অদুগ হুমিৎন অনী থোকপ শেংলবস্থ মশান য়ান মীনাই ওইরুবন অহিং হুংথিল অনীমক্তা থবক শূরবস্থ মহাককি মবুংঙো অদুদ শাউফম থোক্কে। অদুন মহাকন মীনাই ওইব অসী হুমিৎ অনীগি মরক্ত অমগি ওইব তাই। মহাকন শাউবন তাউহুংরেং অহনববু শাউরি। মাসীন থোকপদি সনা খোমমতোনগি মীনাই ওইরগ মনাওন য়াই হায়তুন ময়াম্বন চাউজনিংবগি মহাকপু হেনজিনন শীজিন্নবদ শাউব তাই। মরম অসীন হন্দকী থাই হুজেংবম পিবান কাপলিব হুমিৎ অসী অতিয়াদ থোকলিব হুমিৎ অসী ওইফম থোক্কে।

হন্দক মহাকন শাউব অসী চুম্নগি থবক শংদবগি অমদি মচা কোনব ওমদবগিদমক শাউবত নত্তুন লাল তৌবগি ফিভম য়ৌন শাউরি। লীরুং তেল শানবগি দমক মহাককি হুপীবু মপামদ ঋা নিব থারিব অসীন তাকলি, মাহুদি— "শানৌ পলেম পীথাং শিনবও, নপাম থোংখোঙ কারল ঋা, কারল নিংথৌ শোকপামৎ মচিঙ শাংদ পানব কংতংমুং তংদব লোকলৌ চরোয়মৈ কেন্দব, লাংলেল সোইমিৎ থিৎতব, কোওয়াঙ

শেংগম খোংদববু ম্যানিরু ও।" মাসীন ভাকপন তাইবংমী ওইন পোকপ মহাকন অতিয়াদ থোকপ হুমিংক লাগ শোক্লনব থৌরাং তৌব অসীন হুমিং অশেংবর নত্তে, মগুণ লৈব হুমিংকুমন মতিক মঙাল চাউব মী অমনি হায়ব উৎলি। অত্তুগ মহাককি রাদ "শানৌ পলেম পীথাঙাশনবী" হায়হুন হায়ব রান মহাক্কি হুপিবু খংহল্লম্লগ "পীথাঙ শিনবী" হায়হুন ইমা শকপী হায়রিব অসীন মহাককি হুপি অক্ত মহাককি ফননবত নিঙবী মহাককিদমক্ত রাবী সতী ওইবী হুপি অমনি হায়ব তাকলি। মতাং অসিদগী মতম অত্তুগি মণিপুরী সমাজগি ফিভমদ মীনাই ওইব মীদি য়াম্ন খূদোং থীব, অত্তুন অচৌব মী ওইত্তুনসু চাউজনিংব; অমসুং হুপীন মপুরোইব নিঙবী সতী ওইবগি মমি উব ফংই। অমন নিংথৌন মরান্নাইগি থবক্ত প্রজাবু লেম্ন শিজিন্নব য়াদবগি ম্যাসু মরান্নাইগি মীনাই লোইব অসীন উৎলি।

অত্তুগ খন্নগদব অমন মহাকন ম্যা নিরুরগ "অউপ্ল লীগ ওই, অরোংব তেনগ ওইন লীশা তেনশাখিয়ে" হায়ব অসিবু মহাককি রাচেৎন শাব তেন অত্তুন পৃথিবীত নত্তুন সৌরজগৎপু অইঙ-অশা পীব ভমব হুমিংকি মৈশাবু লাস্নোকত্তুন হুমিংত্ত করমন পানগদৌ- রিবনো? তাইবঙপানবগি জীববু চাকথেকপ ভমব হুমিংকি মৈশাদ মহাককি অকংব রাচেৎকি তেন্ন করমন চাকলোইদৌরিবনো? মসীমক অতিয়াদ থোকলিব হুমিং নত্তবগি খুদম অমনি। মখাদসু মহাক্কি তেনখু কিত্তুন হুমিংন চেনবগি রানচিংব লাকখিগনি।

থাই হুংজেংবম পিবা অসীমক্তি লাল হওব ভমব মীর হায়ব অত্তুগি মরমদ অসুমন ইরি,—"থাই হুংজেংবম পিবান অমরক থম্মোইতিং লকা তেনমৈ লাক্ল ম্যায়র তেল রাইথিববু কোঙয়াঙ রাদ পাল্লবদি কোঙয়াঙ কংলাংথাংন লাংলেন কোঙয়াঙ ইতুম তুময়ে। ম্যারর তেনখা অমরক্তি পামেল উদ পাল্লবদি পামেল উচুঙ উরা কিম্বয়ে" হায়ব অসীন মহাককি মথৌনা মতিঙ লৈব উৎলি। মত্তুগ লোয়নন মতম অত্তুগি মণিপুরী জাতি অসী অচৌব, অপীকপ, মীনাই, মপু খায়দন লাম্নগি

খুংলাই শিজীন্নব হৈব, অমসুং লান পাম্ব জাতি অমনি হায়বগি মখিসু ফজন তারি। অতুগ মহাক অসী চুম্নগী খুংলাই শিজীন্নব হৈবদর হায়ব অতুসু খুংলাইগি মতিঙ থেক্ল শিজিন্নবগি খ্বা অসুম্ন ইরি— "হাওসু চোংথামহুন লৈরাই, হুইশোল কারকপগি পুললাং লুরোম্নখোংবু পানদমবসু পাচুরে" হায়ব অমসুং "মোমসু তাল্লোয় মরুমবীগি চোমলাং কাওবী মনশি, শিঙলেল নাপ ঙাললিববু খ্বায়র তেনগা থোং, লাব কম্লাক শেংজোলেপন খ্বায়র তেনথাখিববু চোমলাং কাওবী মনাশিংবু চোমলাং নায়ায় খায়ন খ্বায়র তেনপাললবদ খ্বাই সুংজেংবম পিবান তাউহুইরেং অহনববু ফারঙেনে হায়ন থৌতোংখিয়ে" হায়ব অসিদগি মহাককি মহৈগী ফজন খঙব ঙমই। অতুগ মতম অতুগী সুপিগি মরমদ মপুরোইববু লাইগুম্ন নিঙব অমসুং মখোয়ন তৌব থবক্ত মথরাই থাব কিদন য়াথং ঙাকপগি মখৈ উবগ লোয়নন মহাক্ল সুংঙাইতব, শাওরিব অসী তাউহুইরেং অহনববু শাউবনি হায়বসু তশেংন খঙব ঙমই।

মহাক অসি সনা খোমমতোনগী মীনাইনী, অতুগ তাউহুইরেং অহন-বন মপু শানিংহুন ওৎপনী হায়ব অতু লালগি থৌরাঙ লোইরহুন চয়োম-য়ুখোম লাঙনব মহাককি সুপীদ হায়খিব খ্বা " ওকলেল লাব লও চাঙব, লাইরেন লাব লওতাববু লৈয়ে" হায়ব অসিন মপোৎ নত্তন মপোৎ শাব মীবুনি হায়ব তাকলি। খ্বা অসিন লৈবাককি সুমিৎ ওইব মনাওবু শাউব নত্তে, মনাওগি লওগি মশক ওইব প্রজাদ অকনব ওকলাব শাহুন মথুৎ থিংজিনহুন মপু শানিংবগিদমক তাউহুইরেংবু শাউবগি খ্বা তশেংন উৎলি। মসিদগি খঙবন মতম অতুগি মণিপুরী সমাজদ নিংথৌত নত্তন মহাককি মচিল মনাও পুম্নমক নিংথৌগুম্ন চাওজনিংবগি মমি উই।

খ্বাই সুংজেংবম পিবান লানগী থৌরাং লোয়রহুন লাল লুমখিবগি মরমদ অসুমন ইরি,—" লমলেল মতাইম থেংয়া লমসুংশি, পোইরৈ লমমরু পুঙলেন লমমসুক্ত তাঙজগুম লমফমলুরে।" হায়রিব মফম অসিগি অর্থ য়েংবদ মপানগী অর্থন থেংয়া কৌব সুংশিব লম, পোইরৈগিন মরুওইব লম অথোইব পুঙ অমগী অসুকপ অশোঙব লমদ লিলগুম্ন

লোত্তুন লৈরুরে হায়রি। অত্থুগ মন্থুংদদি পূরিব অর্থন লমলেল, লম পুম্নমককি মকোক ওইব লম, হায়রিব অথোইব লম থেংয়া হায়ব মী পুম্নমক থেংফম হায়জফম, অমস্থুং চংজফম ওইবদ মতিক চাবন হায়জ্রব পুম্নমক য়াবিবগি লমম্থুংশি ওইব, মী পুম্নমক্ক পান্নব থুংশিব লম, অত্থুগ পোইরৈগি লম পুম্নমক লৈব পুঙলেল, লৈবাককি পুঙগী মশক ওইব কোম্থুং পুম্নমককি মকোক ওইব লমমশুক্ত মীন কিনব, হংগোইনব মগুন লৈব অশুকপ লমদ হায়বদি কোম্থুংগি মচি অমদ লিলগুমন থূপলুরে হায়রি। মহাকন লুমলিব অসী কোম্থুংদনী। মত্তন হন্দককি থুমিৎ অসী কোম্থুংগ মরী লৈনবগি ভাব লৈরে। মরম অসীন থুমিৎ মচিন মনাওগি থোক্লকপ, অমস্থুং তাখিবগি মফম য়েংব তারে। মশানৌ সনা থোমমতোনন তাখিবগি রা অসুম্ন হৈরি, "য়োয়ময়ায় সনা থোমমতোনদি মরম লমলেল মতাইম লোইয়া চেগায় তাউ, থংজি নারেং পোক উয়ুঙ পামশংয়া, নোংপোক চীঙলোল য়ামব, তনগী মরোল হকপরম, ঙাংঙ্ঘ্রনাব থোঙথিল-লোক খারব য়াকেল লোক, কবুই লৈশোক পুঙ, চিংগি মরোল য়ামববু নোইন্থু থূমজা লোনগুমব লমদ পুন্থুং চেগায় মচেৎ লুংগুম তরে তরে লংথাখিয়ে।" হায়রিব অসিগি মপনাগি অর্থন নোংচুপ মায়কৈগি চিঙথোঙ (লোইজিঙ চিঙথোঙ) চেগায় য়ামন তাব লম, থংজিন মনা লেঙ লেঙ পানব, উয়ুঙগি ঈশংশংন হওব লম নোংপোক লোমদ চিঙলোল য়ামব, তম্পাকস্থু য়ামন লৈব, ঙাংঙ্ঘ্রানব থুমিৎন থোঙথিনফম ওইব লোক, অথোব, মরীল খাব মীন ময়া তেকপ লোক, কবুইন লৈবাক শোকপ পুঙ, চিঙলোল অয়ামববু থূমপাক লোলগুম লোন্নব লমদ অপাব চেগায় লংবগুম লয়ন লয়ন তাগ্রে হায়রি। অত্থুগ মন্থুংগী ভাবন, লমগি মকোক, অকোয়বন কংলব লোইপোং য়াফম ওইব, কংলব লোইপোং য়ামবন পোং পুম্নমক চেগায়গুম হোঙন ফংব থংজিংগুম্ব অকল অথৌন উনা লেঙবগুম থনন লৈব, লৈবাক পুব ফমনাইব কাঙবুন অশংব মহয় মরোংন থললব পামলওগি অকোয়বদ হৌব উয়ুঙ পরেংগুম কোয়ন ঙাকপ নোংপোক মাইকৈদ চিঙলোল য়ামন লৈব, কাঙলুপ কাঙলুপন তাব তমপাকস্থু মশিং

য়ামন লৈব, ঙাংঙ্রাব মুমিৎ মঙানন থোক্লকপ অমসুং তাব মতমদ অহানব অরোইব থেংফম ওইব মফম, মরিংজেল খাব অকনব মীন মনিঙ তৌব য়াদব লম, কবুই লোইশাঙন লৈপাক শোকন থুরুমহুন লোই হাকম, অহুগ কুরুমচিঙ, সুমেরুচিঙ, থেংগ্রু চিঙন থুমপাক লোনবগুম মরোল লোন্নন লৈব লমদা হায়বদি কোম্মুং মমুংদ অপাব চেগায় লংবদ হাইন হুমন চৎপগুম চিঙন-লেমন শঙ্গাই তমন লেংথগ্রে হায়হুন মণিপুরগি কংলৈ কোম্মুংনি হায়ব তশেংন তাকলি।

মশানৌ সনা খোমমতোন কুমগ্রে। মশাবী তাউহুইরেং অহনবন থোক্লকপগি ৱা অস্তুম্ন ইরি— "চিঙগি মৈন উয়া কং, তমগি মৈ' খোকখৈ নেমখিয়ে। অমম সিফা নীককে তৌগুমলবদ মশাবী তাউহুইরেং অহনবন নোংপোক চিঙলুথুমগি মুমিৎ মশোং চাউ, থবি মমায় পান্ন য়াথোক্লক্লে"— হায়রিব অসিন মুমিৎন চিঙয়া পক্তুন মুংশা মৈশান ইঙথরক্লব অমম অঙাল শিন্নরমদাইদ নোংপোক্ত লৈব চিঙগি লুথুমদগি মঙাল চাউন, লংন পোক্লকলে হায়রগ মমুংদ পুরিব ভাবন চিঙগুম্ব ফম্বালগি মৈ নিংথৌন মুমিৎ চিঙয়া থাংবগুম শঙ্গাই য়ৌগদৌগ্রব, অহুগ তমগি মশক ওইব ফম্নাইব অঙমব ময়ামন ময়ুম কুমনহুন লৈবাক ৱায়েনব লোইবগি মশক ওইব অমম্বন লোইরমদাইদ লৈকু লৈরাই পাংগ নিংথৌ চমুগি মচা তাউহুইরেং অহনবন কুরুমচিঙন চিংবগি লুথুমদগি অপোঙ ইংখোল অঙোম কোম্মুংদগি নাপল চাউন মথৱায় মুংঙাইন কারক্লে হায়রি।

তাউহুইরেং অহনববু উবদ খ্বাই মুংজেংবম পিবান তেনন কাপলে। মহাককি তেল অহু সোইহুন তাউহুইরেংগি শগোল মখোঙদ পাল্লবদ মুমিৎ অনীমক লাল চেন্দুন লোৎখ্রে। মাহুদি "তাউহুইরেং অহনবদি থৱায় ম্নিরেল পাইন কোরও মখলমা ৱাংব মরোলমদি শাম্বু পখিয়ে।" হায়হুন লোৎখিব মফম উৎলি। মাহুদি— মাঙোম্দগি য়েংবদ অতিয়া মচেৎ অমত্ত মউব্ব চিংগোল অমদ লোৎখি। মশানৌ খোমতোনন লোৎপন "লৈমুরোল ৬ চঙ, লৈহাউরোল ৫ য়োন মপল লাইরেল তাউরোইনাইগি

তুবি মকুনফম লাইরেল ময়াফমদ শাস্ত্র পখিয়ে" হায়ব অসীন লৈমুরোল হায়বদি পাৎপান্দ তাব থুঙ্গঙ ৬ লাম্ন মীন খঙদ-তাদব লম লৈহাউরোল মঙা য়ৌন চঙহ্নন মীন উদব লমদ তাউরোইনাইগুমন মপা শক্ল লাংগোনবিব অচৌব মীগি মশাইকোন্দ লোৎখ্রে হায়রি। লৈমুরোল ৬ হায়ব্রগ পাৎপাল তাব থুঙ্গঙ হায়ব অসিদ কনাগুম্বন চিংনব য়াই। মণিপুরগি চৎনবীদ লোক্তাক খোঙবাল তাব মীবু ঈমু, তুরেল অচৌবগি খোঙবাল তাব মীবু ঈঙৌ হায়ন খঙনৈ। ঈমুগি লৈফমবু লৈমুরোল হায়ন শীজিন্নবনি। লৈমুগি মকোক ওইব নিংথৌ পানব লৈবাক্তি মোইরাংনি। অতুন মীন খঙদ-উদব মোইরাংদ লোৎখিবগি ব্রা ইরি। খ্বাই মুংজেংবম পিবা মতোমতন হূরাল লান্নাদ লাল হওরকপদ লৈবাক অমসুং অঙম-অথৌ কনা অমতন ব্রা ঙাঙদন তুমিন্ন লৈব, অতুগ হুমিৎ মচিল মনাওন লাল তৌবগি মহুত্ত মথব্রায় হিংনব চেনব অসীন উৎপদি মখোয়ন তৌব থবক্ত লৈবাককি চৎনবীদগি হেনজিনব, অমদি চৎনবী থুগাইবগি লৈবাকন অঙমবন চোংথোক্তব অমসুং মখোয়ন কিবগি মমি তাই। মরমদি মশাগি মীনাইবু কিব অসী চৎনবীবু কিবদগি কিবনি। অতুন মতম অতু চৎনবীবু য়াম্ন লুন ঙাকপগি মমিসু উৎলি। অতুগ মতম অতুগি সমাজগি মরমদন নিংথৌন তৌব থবক্ত লৈবাকন য়ানিংদন ব্রা হায়দব অসীদগি উবন মতম অতু নিংথৌবু লাইগুমন নিঙব, মখোয়ন তৌব থবকন চৎনবী ওইন থোকপ মরমন নিংথৌন তৌনিংব তৌবদ লৈবাক্ত অঙমবন ব্রা ঙাঙব ঙমদবগি মমি উই।

হুমিৎ মচিল মনাওন লোৎশ্রবদ হুমিৎ লৈত্রবদি তাইবংপানবন ব্রাবগি মরমদ অস্তুমন ইরি,— "তাইবঙ নোংশাপাল পুন্নমদি অমম মথৈ ফংলে। য়োয় ময়ায়বু মশক উদরে হায়ন য়াওরও ইশা লমশারেল তোকপ-কাম্ব, মুবোক-তায়বং, থুবিং-থুবাই, য়োংমু-য়োংশেল, শাতুক-শাঙাঙ ওকলেল-লাইরেল, × × মন্থু-লাইচিং অসিনচিংবন নারোল শিঙলোল-চিন্নক্রে।" মসীন নিংথৌ পানব্রবদি হুয়ানব, চিঙ্খিব, মীনম শোরিব, পোৎলাকপ, নিংথৌ ওইনিংবন খূৎ থোমহুন মী মাঙনব

তৌব, অমগ অমগ খৎননব ইনশিনব মী অসীন লৈবাক ইভন পানব ভমবদগি ম্বা অসী মুমিৎ থোকত্রবদ তৌব ওইন ইরি। মাসিদ ইশা-লমশারেল, খুবিং খুবাই হায়ব শা লৈতবন মী খৎননব ইশা-নাইশাব মী, পোৎ মচা মশু চেল্লাক চেনফোই তৌব মীবু হায়বনি। তোকপ-কাম্বন পোৎ অচেৎ–অকোম য়েংলগ হূরানব মীবুনি। অসুমন অহিংদ হৈনব হূরানব অসিনচিংবন মাগি মাগি খূৎ থোম্নতুন মীবু ওৎপ নৈবগি ম্বা উৎলি। মাসিদগি মতম অতুগি সমাজদ নিংথৌন রায়েনতুন লৈবাক ভাকপদগি লৈবাকন মুভাইন পানব অমসুং চাউখৎপগি মমি উবগ লোয়নন তৌব ভমব মী লৈবগি মমিসু তারি।

লৈবাকন অম্বাব তারব, নিংথৌন লৈত্রবদ লৈবাককি দমক কনান করি তৌবগে হায়ব অতু ইরকলি,— "লৈম তরামন থৌরাঙ ভমতমখিয়ে। নিংথৌ পোংব তরামনসু তাউহুইরেং অহানবগি মশানৌবু শমু খোংগুল লীগে হায়ন চংখিরববু মুমিৎ সনা খোমমতোল তাতোনববু থিখঙদরবগি থিংলও নিঙন তেন হনম্বাইরক্লে।" মতাং অসিদ মতম অতুগি সমাজদ লৈবাক রায়েনবগি মরমদ ফম্নাইবত নত্তুন ফম্নাইবীগিসু থৌদাং লৈবগী মমি উই। মসিগ লোয়নন 'মুমিৎ থিব হায়ব ম্বা অসীন মুমিৎ নত্তবগি খুদমসু উরি। নিংথৌ পোংব তরানে মফম খঙদন মুংবঙনন লৈরিঙৈদ লৈবাককি ঈরাং য়েংব কাংবুন লওকুম লওতাবীশিংন ভাঙনব ম্বা তনলরে। মাতুদি "হে থোয়নৌ ঈতারোয় চান্নবী হাইচেল লওতাবীও তিললী লিনতাউ তাওরোইনাইগি ময়াফমদ লৈমুরোল নিনতুম নিনব, লৈহাউরোলদি ভানতুম ভানব অসিবু করি মৈনো" হায়ব অসী তিনগিদি মরী তাউতুন লৈব লাই মুমিৎকি মচা-মশু ওইব থাংজিংগি ময়ুমদ মোইরাং লৈবাক মপূঙফান ভাললিব অসি করি মৈনো হায়বদি কনাগি মশুণবু ভাঙনবদ নিনবনো হায়ন হংবদ থুমখিব— "হে থোয়নৌ ঈতা চান্নবী হাইচেল লওকুম্বী নঙদি খঙদবরা? য়োয়ময়ায় সনা খোমমতোনগি মৈনে। থাই মুংজেংবম পিবাগি ম্বায়র মতেনচাবু শোংকিবগি শাম্বু পলিবনে।" অসুমন ভাঙনবগি পাউ তাবদগি সনা খোমমতোনগি লৈফম খঙলতুন চকপ লমলাং মাইবীবু থাত্তুন থেমহনখি। মাসীদগি মতম অতুগি

সমাজগি মরমদ লৈবাককি ঈ-পাউ তানব নিংথৌগি মী থমবগি মমি উবগ লোইনন মোইরাং অসী তোপ্প লৈবগি মমিসু উব ফংই।

চকপ লমলাং মাইবী করম্বা মীনো হায়ব মশক মওঙ পোংব তারগি ৱান উৎলি। মাতুংদি— "হে চকপ লমলাং মাইবী থোমলেন মঙচুমবীও, চিঙঙুগসু লোনখঙনবী খোইয়ুমগসু লোনতিননবীনে। নওদি লৈমুরোল ৬ চঙ, লৈহাওরোল ৫ য়ৌন য়োয়ময়ায় সনা মখোঙখাদ পাওমেললুও" হায়ব অসিদ মহাক অসী মাইবীদি নত্তব মহাক্ক নিঙব ৱাখল চুমগনবী মুপী অম ওইন ইরি। মহাকন মাইবী ওইরবদি 'মঙ চুমবী' হায়ব ৱা অসীগি মহুত্তা 'শেনমিৎ চুম্বী' হায়গদবনি। অদুগ "চিঙঙুগসু লোন খঙনবী, খোইয়ুমগসু লোনতিন্নবী" হায়ব অসিন লমলাং মাইবী অসি লাইগি মশক ওইব সনা খোমমতোনগ য়াম্ন চান্নদুন পুকচেল খোইজেল তিন্নব পুক্নিঙ খঙনবগি ৱাখল অম উৎলি। মহাকপু ৱাখল চুম্বীনি, মঙ তাদুন ৱা ঙাঙনব নত্তবগি ৱান "লৈহাউরোল ৫ য়ৌন" অমসুং "সনা মখোঙখাদ পাওমেল্লুও" হায়ব অসীন শক উন্নরগ ৱা ঙাঙনবগি ভাব উৎলি। "পাওমেনলুও" হায়ব অসীগি 'লু' হায়ব ময়েক অসী মফম অমদগি মফম অমদ চৎপ খঙনবন মশা চত্তুন উন্নবগি ৱা উৎলি। "মালেম লৈগি খোঙতাইকুম, মঙপোৎ চাতং পুন" হায়ব অসীনসু খঙহল্লি। খ্বাই মুংজেংবম পিবান মুমিৎ অসী তানখোক্তুন নিংথৌ খুভম হাংলবসু অমসুং লাল হোৎতুন নিংথৌদ লংজবগিদমক করিগুম্ব অমত তৌদ্রবসু মহাকন নিংথৌ ওইবগি ৱা ইরমদব, অদুগ চেনথরব নিংথৌ অদুবু থিত্তুন নিংথৌ হনজিননবা হোৎনব অসীন মতম অদুগি মণিপুরী সমাজগি মরমদা উবদি মপাঙ্গল মথৌন লৈত্তুন কনাগুম্বন নিংথৌ ওইরক্লবসু নিংথৌগি ধারা নত্রবদি লৈবাকন অঙম্বন নিংথৌগি মশিং চনদে হায়ব তাকলি। অমন নিংথৌ ওইরবসু খুৎ কম্রবদি নিংথৌ ওইবদ খুদোং থীব লৈবগি ৱাসু সনা খোমমতোনন হায়রকপ "ঈশাবি লাংলেলহনসুঙ শাম্থ পখিয়ে। ......... সনা খোমমতোন ঈতোমমতন তাইবঙ নোংশাপানদ পালঙমলরোই। খ্বাই মুংজেংবম পিবাগি ৱায়র মত্তেনচাবু শোংকিয়ে" ৱা অসিন উৎলি। মসিদ সনা খোমমতোনন

ময়াম্ববু 'লাংলেলহল' হায়রিব অসীন তাকপন ময়াম্ববু মচা অহনগুম্ব নিংথৌ অথূব ( যুবরাজ ) শেম্বগি ৱা তাকলি। অত্তুগ "তাইবঙ নোংশা-পানদ পানঙল্লরোই" হায়ব অসীন মথোয় অসী ফুমিৎ নত্তে, তাইবঙ মীনি হায়বস্ত তাকলি। মতাং অসিদগি নিংথৌ অমগি মখাদ নিংথৌ অথূব ( যুবরাজ ) অম থমখিবগি মমি উই।

লমলাং মাইবীন ফুমিৎপু থেমলুব য়ারকত্রবদ নিংথৌপোংব তরান পানথোইবী কোবী ফুপী অমবু অমুক থানব হায়নরি, মাত্তুদি— "য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম তমপা পানথোইবী তাইবঙ নমু পোংগি মরূপপু তানথোকপী, খোইয়ুম লাইগী মরূপপু মাঙহনবী, চিঙঙু মঙাইরোই পুন্নমক্ক শোংকিনবী খোইয়ুম লাই মহীশাং পুন্নমন শোংকাঙনবী, কোরও অৱাংববু য়াথং অৱাকতমন থৌথাবী, মালেম লৈমনেম অচৌববু মহীক চঙন ৱায়েনবী তমপা হেনখোয় নাউৱা চিনচুবীবু থৌনেকখিয়ে।" হায়রিব অসীদ পানথোইবীগি মশক, মওঙ, মরমচৎ তাক্লি। অত্তুগ মহাক অসী চকপা লমলাং মাইবীদগি হেন্ন সনা খোমমতোনগি মফুং চনব মী অমস্থং থাজব ওইন উৎলি। পানথোইবী লাই নত্তে, অত্তুন 'য়োয়বু খোইমোম লাইরৈম' হায়বনি। ৱাহয় অসীন মহাকপু কোন্থং মফুংগি লাই ওইরবী ফুপী অমনি হায়বস্থ উৎলি। 'তমপা' হায়ব ৱা অসী নিংথৌগি মচান্থপী অহনতবু হায়নবন মহাক নিংথৌগি মচান্থপী অহন্নি হায়ব তাকলি। মহাক্কি মচৎতা অপঙব মী মনাক্ত থমদবী, অপঙব মীগ তিন্নব য়াদবীনি হায়ব অত্তু "তাইবঙ নমু পোংগি মরূপপু মাঙহনবী" হায়ব ৱা অসীন মহাক অসী লাইবুস্থ থাজদবী, লাই থৌওইদবী, তিলকি-লাইকিদবী অমনি হায়ব তাকলি। "চিঙঙু মঙাইরোয় পুন্নমন শোংকিনবী, খোইয়ুম মহীশাং পুন্নমন শোংকাঙনবী" হায়ব অসীন কোন্থং মফুংগি লাই ওইরবা মচিন-মনাওশিং, অমস্থং ফম্নাইবী মচেম মনেম পুন্নমকন কি তুক্কচব ওইন লোয়নবী ফুপী অম ওইন ইরি। মাসী কোরও অৱাংবগি মশক ওইব নিংথৌমকপুস্থ ৱাহয় থুৱাম চাউন য়ামন কোন্ন ৱারক-ৱাতেম ঙমবী, অত্তুগ লৈপাককুম নেম্ব

লৈবাক্তগি চাউরকপ লৈবাককি কন্নাইব অচৌবশিংগি থবক্তে খুৎ থিংজিনহুন, ম্যায়েল খৌদাব ভস্বী তুপীনি হায়ব অতু "কোরুও অরাংববু য়াথং অরাকতমন ম্যায়েনবী" হায়ব অসীন উৎলি। অতুগ মহাক অসী মান খোমমতোনদ হায়খিব "অভানব নহুইইরোনাইবু পাউথেমলুও" হায়ব ম্যা অসীন খঙহনলি। মহাক অসী মী পুন্নমকন য়েংব কুংশিব মীনি হায়ব অতুস্থ 'তমপা হেনখোয় নাউরা মীৎচুবী' অসীন খঙহনলি। মথককি অসিদগী মতম অতুগী মনিপুরী সমাজগি মরমদ লৈবাককি নিংথৌগি পাউ চৎপ তারবদি তুপীবু চৎহনবগি মমি উই। অতুগ পাউ পুগদব মীন লৈরম-লৈরমব মীগ তিন্নব য়াব, চান্নরুব ভমগদব হৈ-শিংব তিনকি-লাইকিদব, মীন হংগোইনব, য়েংবদস্থ কুংশিব পোকপ, ম্যায়েনবগী মরমদস্থ খঙব, অমস্থং পাইরক লৌশিং লৈব মীবু চৎহনবগি নিয়ম খঙবগি মমি তাই।

পানথোইবীবু হৈ-শিংবী, মীপুক হুব ভমবী তুপী অমনি হায়ব অতু মহাককি মরমদ হায়রিব "য়োয়বু তমপা ম্যাংভমলোন শামব মোইথেম হৈবী ভকশম তোংদম খিজিক পৈন কোল্লোয় মোমোন নোকপদ খোইয়ন লাই, নমু মী, থল্লায় নিংশ পানব পুন্নমগি অপাম পুক্লিঙ চঙবীন" অসীন মী, লাইনচিংববু শুমহৎপ ভমবগি ম্যা ইরি।

হন্দক পানথোইবীনা সনা খোমমতোনবু পুখৎলকপ অসী মহাকন মায়োক থাকমগি পুখিব পোৎক লোয়নখিব য়োনব অতুন খোঙব খুদিঙগি খঙব ভমদতুন থাক অমদগি থাক অম তান্ন কাখৎলি হায়রি। অতুগ হন্দককি য়েনবা অসী পুক্লিঙ থওতুন য়াকৈনব পুব য়েননি। মাবু পুবন 'মচেঙ কাইরৈ অঙৌববু নাক্ত য়েপ' হায়ব অসীন নাকন্দ য়েপতুন পুবগি ম্যা ইরি। অতুগ থবকন 'কাইরৈ য়েনখোং অমরক কান খোংথৈহনববু য়োয়ময়ায় তাউনতনবু পুক্লিং খাঙঙম্‌দন পারাক অমগ পাথোম অমগ তানখৎলকলে' হায়ব অসিন য়েলখোং খুদিংগী পারাক অমগ পাথোম অমগ তানখৎলে হায়বদি অহিং অম কুংথিল অমগি লম কায় হায়বনি। নাক্ত য়েপ্প য়েনবা কীন খোংহনব হায়ব অসীন খোকপন য়েনবা নত্তন

করিগুম্ব খোংনব পোৎ অম ওইব তাই। মনিপুরগি চৎনবীদ নিংথৌগি অমসুং লাইগি য়াকৈবদ, অদুগ লম চৎপদ লময়িন খোংবদি পেনা, বাঁশীতন তাই। সনা খোমমতোনন কারকপদ খোংথ্রিব য়েনবা অসী য়েল নত্তে, লময়িন পেনা থাদ কোনববু য়েনবা নাক্ত য়েপ্প হায়বনি। মসিদগী মতম অদুগি মণিপুরী সমাজগি চৎনবীদ নিংথৌগি য়াকৈনব, লময়িন শক্কবগি চৎনবী লৈবগি মমি তাই।

য়োয়ময়ায় সনা খোমমতোনন থোরকলবদ তাইবঙপানবন ক্সুঙাইবগি মরমদ অসুমন ইরি—"খোইয়ম লাই, নমুমী, য়াওরওশা ককচেং খোইয়া, রাহী—মহু অসী খৈবিকন পুক্রিঙ হরাও থোইন হরাও চকোই শারে।" মসিদ উৎলিবসি মী লাইত নত্তন শা-উচেক ককচেং খোইয়া ফাওবা হরাওবগি রা ইরি। মসিন তাকপন লাইগুম্লব অহল ওইরব মী, চুমনগি পুকচেল তিংব মী লমচৎ ফত্তব শাগুম্ব মী, পুকচেল পীক্প তিল কাঙগুম্ব মী, অদুগ নহা-নুপী ফাওব ক্সুঙাইবগি রা ইরি। মসিন খ্বায় ক্সুংজেংবম পিধান তৌব থবক অদুদ ক্সুঙাইরবসু মহাকমক্ত নিংথৌ ওইবদি পামদবগি ভাব উৎলি। অদুগ প্রজান অদু য়েৌন হরাওবদ ক্সুমিৎ মশানদি মথরায় ক্সুঙাইতব, হরাওবগি মতৌ উত্তবগি রা ইরি। মতুদি—"নিংথৌ পোংব তরামন মিৎয়েং শানকৈববু ক্সুমিৎ মমায় তাইরে থাগি মমায় মক্লে।" লৈবাকন অঙমবন কৌতুন নিংথৌ ওইহল্লমক্তদ মহাকন হরাউদন মমায় মকপ অসী, মমাঙঙেদ মহাকন মনিঙ তৌতুন অঙমবগি মরা তাদন তৌখিব থবককি ইকায়ব, ক্সুঙনাংগ খ্বাই ক্সুংজেংবম পিবান করি অমুক তৌরকখিগদগে হায়বগি কিবগ অনীন মকপনি। মহাককি মতৌ অদু উবদ নিংথৌ পোংব তরান "ক্সুমিৎ মচুক শাবিসে হায়ন........ক্সুমিৎ মচুক শাবিরে" হায়রি। হন্দককি নিংথৌ পোংব তরান চুক শাবগি রা অসী হান্নগী মখোয় মশেল লৈনখিব পুক্রিঙ ক্সুংঙাইনদব, য়েক্সবগি ভাব লৈনব অদু কোরুরগ অমগ অমগ পুক্রিঙ শেংদোক্নতুন চান্নব তৌব থবক্লি। মতুগি মরমদ অসুমন ইরি,— "কেপে মমাইব থিংগোল মুরি কোংবীচা, লাংজেং লাংমৈব খুরোল, মরোল ফাওবন শারেল য়েৎলম্ন ফম, পোইরৈ মমাইব খ্বাব

লাংথংচা লাংবলচান ইখাঙ থৌগুমবন শারেল ৱোয়রমফম কোঙয়াঙ খারা শা, মাউবী ফোপচল য়ৈ, তাউজিং হয়য়ামপৈ, ঙাইরোং শিংপাল লেম, নাপু-নাশেল, নাখায় নাতাঙ, উখোক ৱাখোক, তাইরেল পোংফাই অসি খৈবিক য়াওন হুমিৎ মচুক শাবিরবদ হুমিৎ মমায় পান্ন, থবি মমায় শেংন তনখৎলক্লে।" হন্দককি চুপ শাব অসিদ মোইরাংগি মাইবগ খাব হায়বদি খ্বাই হুংজেংবম পিবাগি মথৌ পুব ঙমব মাইব অমগ য়েৎ ওয় ফমতুনা চুপ শাখি। খাবগি মাইবন ওয়রমদ ফমখিবগি মরমন মহাক্ক মখা পোনব উৎনব ফমবনি। অতুগ মহাকপু, "লাংবল চান ঈখাঙ থৌগুম্ব" হায়ব অসিন লাংবল থাদ তুরেল লোংখুমগী ঈশিং খাঙলিব পানগী খোংফৈগুমন খ্বাই হুংজেংবম পিবাগী মথৌ পুব ঙমব মীনি হায়ব উৎলি। অতুগ মোইরাংগি মাইব য়াওবন মোইরাংন সনা খোমমতোন লৈরমবগি করিখুমব ৱা অম হায়রক্তনবগি য়াওবনি। হন্দক চান্নরিব অসি খাবনে, মোইরাংনে, মৈতৈনে অহুমমক পুন্ন চান্নবনি। মাসিদ চৎনবী মতুং ইন্ন মাইকৈ অনীন পেন্নব পোৎচয় (খূদোন পোৎ) পীনতুন, অতুগ 'উখোক-ৱাখোক নচিংব খূৎলাই পায়তুন ৱাশকনবনচিংব তৌব ৱাবমখৈ তৌখিবগি ৱা ইরি। মসিদগি মতম অতগি মণিপূরী সমাজগি মরমদ ঊবদি মী নত্রগ লৈবাক অমগ অমগ য়েক্লব কোক্তুন চান্নবগি থবক অসি মখোয় মশেনত তৌদে, মাইবশিংন চৎনবী মতুং ইন্ন ৱাশক-ৱারেপনরগ চান্নহনবগি মমি উবগ লোয়নন মতম অতুদ মাইব-লোইশং লৈরে, অতুগ মাইবন লৈবাক নিংথৌগি থবকত মকোক ওইন তৌব অমসুং লৈবাক্কি চৎনবীসু লৈবগি মমি উব ফংই।

হৌজিক্তি নৈনরকপ মতুং ইন্ন সনা খোমমতোন হুমিৎ ওইরমদ্রে, নিংথৌ ওইরমলে। অতুন মহাক অসী কনানো হায়ব অতু থিব তারে। মসিগি মরমদ য়েংবদ পানথোইবীন মহাকপু কৌবদ "নোংপোক চিঙ-লুখুমগি সেন্দ্রেঙ লমহও য়াইমরুও" হায়ব অসিন মহাক্কি মশক তাকলি। মতুদি—নোংপোক মাইকৈদ লৈব লুখূম হায়বদি কুরুমচিঙ, থেংগ্রু চিঙ, সনা সুমেরু চিঙগি লুখুম ওইব শঙ্গাই য়ুম্ফমদগি থোক্লকপ, য়াই পুন্নমক্কিসু

মরুগি মশক ওইব "হে সেন্দ্রেঙ" হায়ব অসিন মহাক অসী কংলৈগি নিংথৌ সেন্দ্রেঙনি হায়ৰ অছু তশেংন তাকলি। মশাবী তাউছইরেং অহনবন সেন্দ্রেঙগি ময়াম্ব কুপত্রেংনি হায়বসু খঙলে। অতুগ খাই সুংজেংবম পিবান মখোয়দগি ফম্বাল মূলহৌব খাব ফানদোংবনি হায়বসু তশেংন খঙলে।

অরোইবদ হায়জনিংবদি, কুপত্রেঙ, সেন্দ্রেঙ মচিন-মনাও অনীন পানখিব অসী মৈতৈ নিংথৌ নোংতা লাইরেল পাখংব, অমসুং পোইরৈতোন অনীগি মমাংদনি। মরম অসিনা 'কুমিৎ কাপ্প' সাহিত্য অসিদগি ঐখোয়ন চহি ২০০০ নি মথক্ত লৈগ্রব মনিপুরী সমাজন চাওখৎলমগি মরমদ মখাগি মমি অসি উব ফংই। মতুদি—

১। মরোল থোকাত্রিব হায়বদি চহী অনী শুদ্রিব অঙাং লৈরোল চল্লি।

২। নিংথৌন ৱায়েনদ মনিঙ তৌন থবক তৌই, অতুম্মদি ওইরগ প্রজাবু লেম্ম শিজিন্নবদি ঙমদে।

৩। মীনাই ওইব মীগি যিভম ফত্তে, অতুগ নিংথৌসু চাওনিঙব য়াদবগি হায়বদি মনিঙ তৌব হেনজিল্লগ প্রজান লাল থোকপগি ফিভম উই। অতুন মীনাই নত্তব মীদি নিংথৌগি থৌদ কোম্বগি ৱা উই।

৪। মনিপুরী জাতী অসি লাল পাম্ব. মীন লাকচব যাদব লালগি থুংশু খুংলাই শিজিন্নবদ হৈ-শিংব জাতী অমনি হায়বগি মমি ফংই।

৫। সুপীন মপুরোইবগি য়াথং ঙাকপদ মথরায় মাঙব য়াব থবক ফাওবদ চিংনব লৈতব সতী ওইবগি মমি তাই।

৬। নিংথৌগি মচিল-মনাও পূন্নমক নিংথৌগুম্ন মনিঙ তৌবগি ফিভম লৈ।

৭। মতম অছুদ মচিল মনাও চাউহননিঙবদি লৈবাককি নিংথৌ নত্তব শল্লাইগি ওইন অঙোমনিংথৌ শেম্ব হৌখিবগি মমি উই।

৮। অঙমবগি মল্লা তাদন নিংথৌন তৌনিংব তৌরবদি খুদোং থিব তাবগি মমি উই।

৯। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবদি মীনাইনসু নিংথৌ তানখোক্লগ নিংথৌ ওইব য়াবগি মমি তাই।

১০। নিংথৌবু হুমিৎক মান্নন হায়বদি লাই ওইন ভক্তি তৌবগি মমি তাই ।

১১। নিংথৌ পানত্রবদি লৈবাক য়াবগি য়াখলদগি মতিক চাব নিংথৌ লৈনব হোৎনবগি মমি উই ।

১২। পাউ চৎপ মী মশক খঙন শিজিন্নবগি মমি উই ।

১৩। লাম্থীনব মায়কৈ অনীবু করমন চান্নহনগদগে হায়ব নিয়ম খঙবগি মাম তাই ।

১৪। নিংথৌন লম লেঙবদ লময়িন শকপ পেনান য়াকৈবগি চৎনবী লৈরম্বগি মমি উই ।

১৫। মতম অহুদ মাইব-লোইশঙ লৈরে, মাইবন নিংথৌগি থবক্ত মকোক ওইবগি মমি তাই ।

১৬। মনিপুরী জাতি সাহিত্যদ য়ামন চাওখৎপগি মমি ফজন উব ফংই।

মসি পুম্নমক অসী উব ফংব মরমন সাহিত্যন জাতি অমসুং সমাজগি মিংশেলগি মশকনি হায়বসু উব ফংই ।

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিং

---

# কলা

অপাকপা অর্থদা কলা হায়রগা প্রকৃতিগী মহৌশাগী লৈরম্বা পোৎ নত্তবা মীওইবগী হৈশিংবগী মতৌদগী থোকপা মহৈবু খঙনৈ । খন্না পিকশিনবা অর্থদা ললিতকলা (Fine Arts) হায়রগা খঙনবা পুক্লিং অমসুং পুক্লিংগী কল্পনাদগী থোকপা মহৈশিংবু খঙনৈ । তন্ত্র শাস্ত্রগী মতুং

ইল্লা কলাগী মশিংদি ৬৪নি। ঈশৈ শকপা, পুংয়েবা, লাইয়েকপা, জগোয়-শাবা, মূর্ত্তিশাবা, যুমশাবা, কবিতা লেংবা অসিনচিংবা অসি কলানি।

মী ওইবগী ইতিহাস অসি মীওইবগী ব্লাখল্লা শেমগৎলকপা হৈ-শিংবগী মতৌগী পোৎনা পিক থল্লি। অতৈ জীবগুম্লা মীওইবদি পুক থন্না চাননবা পোৎ লৈরগা পেনবা ঙমদে; নোং-নুংশিৎ অমসুং নুংশাদগী কন্নবা মথককুপ্পা খাংপোকশং অমা লৈরগা পেনবা ঙমদে। মীওইবনা বস্তুজগৎতদা ঙাওহনা লৈতে। ঈশ্বরনা পীবিরম্বা মহৌশাগী ফজবা পোৎ ময়াম অহু উরগা মথোয়গী ব্লাখল্লা ফজবা পোৎ অতৈ পুথোক্লবা হোৎ-নরক্লি। ফিশেৎপা মতমদা ফজনা শেৎননবা অমসুং ফজবা ফি শেৎননবা হোৎনরক্লি। চাননবা পোৎ থৌরাং তৌবা মতমদা ফজবা অমসুং অফবা পোৎ চাননবা হোৎনরক্লি। যুমশাবা তারবস্তু মথক কুপ্পা পোৎ অমা লৈরগা পেন্দহুনা ফজবা যুম শাননবা হোৎনরক্লি। ফজবা মূর্ত্তি অমা উরুরগা নত্রগা খল্লুরগা মাতু য়েক্তুনা অতৈদা উহন্নবা হোৎনরক্লি। ঈশ্বরনা শেম্লম্বা জগৎতা তাবদা নুংঙাইবা খোল ময়াম অসি তাবদগী মীওইবনা সঙ্গীত পুথোকখিবনি। মতৌ অসুম্না কলা অতৈ অতৈসু থোকখিবনি। মরু ওইবদি মীওইবগী ফজবা পাম্বা পুকচেল অসি লৈবদগী কলাশিং অসি থোকখিবনি। মহৈশিং অসি হৈবা মীওইবনা জীবশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা ফিভম য়ৌখিবনি; মাতু ঈশিংদা, কংফান্দা নত্রগা অতিয়াদা লৈবা জীব পুম্নমক্না কদৌঙৈদসু য়ৌবা ঙমদ্রিবনি অমসুং মীওইবগী মখাতা পোন্দুনা লৈরগদবনি।

Plato অমসুং Aristotle গী মত মতুং ইল্লা কলা হায়বা অসি মতৌ তম্বা (অনুকরণ) অমসুং পুক্লিল্লা শাবা (কল্পনা) অনি অসিবু ফোংদোকপদগী কলা থোকই। ঐথোয়না উহনা লৈ, কলা হায়বসি প্রকৃতিগী চপচানা মতৌ তম্বদি নত্তে। কলাকারনা প্রকৃতিগী পোৎকী ফজবগী মতৌ অহু উরগা মহাক্না অনৌবা পোৎ অমা ওইনা পুথোরকপনি। মহাক্না পুথোরকপা পোৎ অহু প্রকৃতিগী পোৎ অমগা মান্নরবসু মহাক্কী পোৎ অহুদা মহাক্কীতগী ওইবা মতৌ অমা লৈ। অহুনা কলাকার অমনা

করিগুম্বা অচুম্বা পোৎ অমা উৎপা মতমদা ইতিহাসনা তৌবগুম্না ইকোক কোকপা অচুম্বা অমা ওইনা উত্তে ; মাতুগী মরমদা লৈবা মহাক্কী পূক্লিংগী ফিভম অতু উৎলি। অতুনা Aristotle না হায়রম্মি, "Truth of poetry is greater than truth of history" কলাকারনা শেম্বগী থবক তৌবদা প্রকৃতিগী মতৌ তমলবসু মহাক্না শেম্বা পোত্তা অনৌ-বগী মতৌ থরদি শোয়দনা উবা ফংই। মতুদনি কলাকারগী গুণ।

পূক্লিংনা শাবা (কল্পনা) দগী কলা থোকই হায়গ্রে। কল্পনা হায়বা অসি করিনো ? সাধারণ ওইনা সাহিত্যদা কল্পনাগী অর্থদি পূক্লিংনা শাবনি। কলাকারগী কল্পনাগী শক্তি অসিদি মহাক্কী প্রতিভাগী মখা পোনবনি। প্রতিভা হায়বা অসিদি অনৌ অনৌবা পোৎ পুথোক্নবগী বুদ্ধিনি। কলাকারগী অনৌবগী মতৌ অমসুং মশাগী ওইবগী তোপ-তোপ্পা মতৌ উৎপদি মহাক্কী কল্পনা শক্তিগী মখা পোনবনি।

মতৌ তম্বা অমসুং পূক্লিংনা শাবা পোৎকি ফোংদোকপা অসি কলাগী মরু ওইবা শরুক্নি। ফনা ফজবা পোৎকী মতৌ তমসনু, ফনা ফজবা কল্পনাগী মওংসু ওইসনু, মাতু ফোংদোক্নবা পাম্বে অতু পূক্লিং হুবা ওইত্রবদি মাতুনা কলাগী পোৎ ওইবা য়াদে। ইংরাজীগী কবি Shelley না কলাবু কল্পনাগী ফোংদোকপনি, "Expression of imagination" হায়রমই। কবি অসিগী মত্তা, মতৌতম্বা অমসুং কল্পনাদগী মখোয়গী ফোংদোকপগী থবক অতুনা হেন্না কলাগী দমক্তি মরু ওই। Wordsworth নসু ৱাহৈবু ৱাখলগী ফিজেৎনি হায়বদা য়ামদে হায়-রমই। মহাক্না ৱাহৈবু "incaration of thoughts" নি হায়রমই।

কলাদা কলাকারগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মতৌ লৈরবসু মাতুদা সমাজগী ওইবা মতৌ অমা নিংথিনা উবা ফংই। কলাকারগী কলাদা মহাক্কী সমাজ নত্রগা সম্প্রদায়গী মওং-মতৌ অমসুং ফিভম অতুগা সমাজ অতুগী সংস্কৃতি অমসুং পূক্লিংগী ফিভম পূম্নমক অসিগী মমি য়াম্না নিংথিনা তাই। মাতুদতা কলা অতু সমাজগী মচুংদা চৎনবা অমসুং পাম্নবা ওইরিবনি। কলাকারনা মরম অসিনা সমাজগা মরী লৈনবা পোত্তমক

উৎননবা হোৎনরিবনি। সমাজগা মরী লৈনদবা পোৎ অমত্তং উৎলুবদা অফবা কলা ওইবা য়াদে। কলাগী দমক্তা কলা 'Art for art's sake' হায়বা মত চৎনবা য়াম্রিবসি মরম অসিননি।

অমরোমদা তামুক, কলাকারনা মহাকপু য়োকপিরিবশিংগী পান্বতমক য়েংহনা শেলগীদমক্তা কলাবু ললোল-পোৎ অমা ওইনা শিজিন্নরবদি কলাগী হন্থবা ওই। কলাকার অমগী মথৌদি মহাক্কী সমাজগী পোৎকা মরী লৈননা মওংগী পোৎ পুথোকপনি। হেন্না ৱাংবা থাক্কী কলাগী মহাউ তংবা ঙমহনবা অসিস্থু মহাক্কী মথৌনি।

কলাগী উদ্দেশ্যদি ফজবা পোৎ শেমগৎলগা রস ফোংদোকপনি। ঈশৈ শকপা হৈবা মী অমনা মহাক্না ফোংদোকনিংবা রস অতুগী মতিক চাবা রাগ খল্লগা মহাক্কী কল্পনাদগী থোকপা মখল মথাগী মওংদা রস ফোংদোকই। মহাক্কী ঈশৈ অতু তারগা তারিবা মীগী নুঙাইবা পোকই। লাইয়েকপা মীনা য়েক্লিবা লাই অতু উরগা লাই অতুনা ফোংদোকলিবা রস অতু উবা মীনা খঙবা ঙমই। অসুম্না কলাকার অমনা মহাক্কী পূক্নিংগী ঈথক অতু ভাবুককী পূক্নিংদা হাপচিল্লগা চপ মান্নবা পূক্নিংগী ফিভম পোকহনবা ঙম্নবা অতুদতা মহাক সার্থক কলাকার অমা ওইগদবনি।

কলাকার অমনা সার্থক ওইগে হায়রবদি মহাক্কী প্রতিভা লৈগদবনি; শাস্ত্রগী জ্ঞান নিংথিনা লৈগদবনি; অতুগী মতুংদা অভ্যাস তৌগদবনি। খুদমগী মশক ওইনা সঙ্গীতগী প্রতিভা লৈবা মীনা অহানবদা সঙ্গীত শাস্ত্রগী মপুংফাবা জ্ঞান ফংননবা গুরুগী নাক্তা ফমগদবনি অমসুং মতিক চাবা লাইরিক লাইশু পাগদবনি; অতুদগী অভ্যাস তৌগদবনি। কলা অতৈগী মরমদসু অসি মওাই। অহুম অসিগী মরক্তা অমা ৱাৎপদা কলা মপুং ফাদে। অহুম অসি অমগা অমগা য়াম্না নক্লে; অমগা অমগা খানবা য়াদবা মরী লৈনৈ। খুদমগী মশক ওইনা ঈশৈগী প্রতিভা লৈতবা মীনা ঈশৈ শকপা হৈনদে, অতুগা ঈশৈ হৈতবা মীনা ঈশৈগী শাস্ত্র নিংথিনা খঙবা ঙমদে। মরম অসিননি কলা অয়াম্ববু থবককী মহৈ ( Practical Art ) কৌরিবা। থবক য়াওদনা কলাশিং অসি খঙবা

ৱাই। কনাগুম্না জগোইশাবা হৈতবা মীনা জগোই হৈ হায়তুনা মাতুগী মরমদা ভাঙলবদি মহাক্কী মরমদা চোকশিনগদবনি। ঈশৈ শকপা হৈতবা মীনা ঈশৈগী মরমদা ভাঙলবস্ু অতুমঙাই।

কলাশিং অসিগী মরক্তগী থরদং লৌথংক্‌তুনা অমগা অমগা চাংদম্ন-তুনা য়েংবা কান্নবা ওইগনি। ঈশৈ শকপা অমনা স্বরগী পান্থৈনা রাগগী সৃষ্টি তৌই; রাগগী মতেংনা রস ফোংদোকই। চিত্রকার অমনা রেখা অমসুং মচুগী পান্থৈনা চিত্র য়েকতুনা রসকী সৃষ্টি তৌই। মতিশাবা হৈবা মীনা মতিনা রস ফোংদোকই। অসুম্না কলা খুদিংমক মওং তোঙান তোঙান্না রস ফোংদোকই। অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা মওংসি কুপ্না য়েংলবদি সঙ্গীত কলাকারগী মথৌনা কলাকার অতেদগী লুবা হেল্লি হায়বা তাই। মসিনা অতৈ কলাবু হন্থবা খনবদি নত্তে। সঙ্গীত হায়বনা হন্থবা মখলগী সঙ্গীতপু খঙনবোইদবনি। সঙ্গীতকী শক্তি য়াম্না রাংবা হৈবা রাইগী পান্থৈনা রস ফোংদোকপা হন্থবা থাক্কী সঙ্গীতপুদি শন্নরিবা সঙ্গীতকী মসুং চনবা ওইনা লৌদে। তাবদা নুংশাইবা স্বরগী বিন্যাসতনা মতিকচাবা রস ফোংদোকপা অতুতবু সঙ্গীতনি হায়রনিংই। অসিগুম্বা সঙ্গীতনা তারিবা মীদা রস পোকহনবা য়াম্নমক লুবা পোংনি। মিৎনা উবা লাই অমা নত্রগা অশাবা মূর্ত্তি অমা নত্রগা জগোই অমা উরগা অউবা মীগী পুক্লিংদা রস লায়না পোকপা অতুগুম্বা থাংজৈশেংবা সঙ্গীত তাবা মীগী পুক্লিংদা রস লায়না পোকপা ঙমদে। উবা অমসুং তাবগী মরক্তা হীরম খুদিংমক্তা উবনা খঙবগী মরমদা খুদোং চাবা হেনবা মরম্না সঙ্গীতকী খুদোং চাদবা কয়ামুক লৈরিবনি। অউবা পোৎতি মতম খরা লেঙদনা থমতুনা খঙনবা হোৎনবদা খুদোং চাই। অতাবা পোৎতি হেক্তা চেনখি, লেঙদনা থম্বা য়াদে; অতুনা তাবমক্তদা খঙহৌত্রবদি অতুম্মক লোইরে, খঙনবা উপায় লৈত্রে। অতুগা অমুক, লাইয়েকপা মূর্ত্তি শাবনচিংবা কলা খরদি শেমশাতুনা পুন্নোই লোইরগা পুথোক্তুনা য়েংহনবগী খুদোং চাবা লৈ; ঈশৈ, জগোইনচিংবা কলা খরদি উৎপা মতমদা শোয়র্রবদি অতুম্মক শোইরে।

হুণ্ডাইবা পোকহনবা অমসুং মারবা মীগী পুক্নিং তেকথৎহনবগী থবক্তা সঙ্গীতনা কলা পুম্নমক্তগী হেন্না হায়বদা য়ারোই। হীরম অসিদদি কলা অতৈনা সঙ্গীতকী মনাক নকলুবা ফাওবা ঙমদে। কনাগুম্বা অমনা ঈশৈ শকপা মতমদা অতাবা মীনা ঙাইহাক্তুংগীদমক ওইরবসু মাহুদা পুক্নিং পীরমদবা য়াওদে, মী য়াম্না তিনবা তিনদবদি ঈশৈগী গুণাগুণগী মথক্তা নির্ভর তৌই। কনাগুম্বা অমনা পুক্নিংগী অরাবা ফোংদোক্তুনা ঈশৈ শকপা মতমদা অতাবা মীগী পুক্নিংদা অরাবা পোকতবা ঙমদে। অয়েকপা লাই অমা নত্রগা অশাবা মুর্ত্তি অমনা কলা অহুদা থরায় য়াওবা মী খরগী নত্তনা মী পুম্নমক্কী পুক্নিং চিংশিনবা ঙমদে। সঙ্গীতনা মী পুম্নমক্না পাম্নবা পোৎ ওই হায়বসিগী অরংবা খুদমদি করিগুম্বা ময়াম তিন্নবা অমসুং ময়ামগী হুংঙাইনবা শীনবা থৌদোক অমগী কার্য্যক্রমদা সঙ্গীতকী করিগুম্বা পোৎ অমা য়াওদবা লৈতে। অহুগা অমুকসু জগোই নাট্যনচিংবা কলানসু সঙ্গীতকী মতেং লৌই।

শ্রীদ্বিজমণি শর্ম্মা

---

# নুঙাইবা থিবা

মীওইবগী পুনশিগী লাপথ্রবা অয়ুক য়োইবু য়োইহেনবা অমদা মীওইবনা চাবদনদি হিংবা য়াদবনিনা অমসুং ঙমদবনিনা অহাঙবা মতমদা মশা ফোংদোক্লবা লাক্লরক্লে। সাহিত্য-লৈকোনগী ইহান হানবা মরু অহু হুনথ্রে। লাইবক ফরবা অয়ুক অহু সভ্যতাগী নোংঙানবনি, অহাঙবনা সভ্যতাগী খোম-ইনবী মমানি সভ্যতাগী মাঙ্গোলশং অহু বাবিলনদরা, উত্তর-মেরুদরা, মধ্য এশিয়াদরা, ভারতবর্ষদরা ঐতিহাসিকনা থিসন্নু লেপসন্নু অমসুং ওইনিংবা মফমদা ওইসন্নু। সাহিত্যদি মফম মতমগী

ৱাথন্দগী হেনগৎনা লৈ। সহিত্যনা তারিখ থিদে, মক্ম হংদে। করম্বা লৈঈনা হান্না চিংবা করম্বা মচুনা কদাইদগীনো হায়বা সাহিত্যনা থিদে, খঙদে, খঙনিংদে। লৈঈ খরা মক্ম চানা চিংলগা, মচু খরা মতম চানা থারগা ওইরক্লিবা লাই অহুবুতনি সাহিত্যনা উবা খঙবদি। অহুনা সাহিত্যনা অসিমখৈ উরে— মীওইবনা মতম কুইনা মশা ফোংদোরক্লে, হায়বদি সাহিত্যগী লম্বীদা খোংদারক্লে। মীওইবন সভ্য ওইখৎলক্লে। করি থিরকই ? লৌশিং ? —নত্তে। মীচং মিখাই নাইবা পোৎতুবু কনানা চপ মান্ননা তান্নরুহুনা থিরুগবনো। ঈশ্বর ? মহুসু তাইবং খোংগাওনরবা মী খরদগী থবকনি, ময়াম চংহুনসু থিবা য়াবা পোৎ নত্তে ; মীওইবনা অমত্তা খাকতনা খোৎ-খোৎপনা হুংঙাইবা থিরকই। মীওইবনা তাইবংসিদা হেক লাকপদা ঙকচা-শুজানরম্বদগী হুংঙাইবা থিরকই, করম্না ঙকচা শুজানরম্বহু তোক্তুনা হুংঙাইনা লৈবা য়াগদগে থিরকই, । ঈশ্বরনা হুঙাইহুনা মশা ফোংদোরকপদা তাইবং অসি থোকই, অমসুং তাইবংপান অসি হুংঙাইবনা থল্লি। বসন্তগী মতমদা তাইবং ফিজোন হোংহুনা ফজবা অনৌবা শকক্ম লৌরকপা হৈনম-লৈনম্না চুরবা মালংবনা পুক্লিং য়েম্লিং হুলহল্লবা অপাম-হুংশিগী কোল্লোইনা পুক্লিং হুরকপা মতমদা প্রকৃতিনা হুঙাই-ঈপাক্তা তাওহুনা জীব পুম্ববু হুঙাইহল্লি, তাইবংপুম্বা শিনথুংনা হুঙাইবা ঈহৌ অমা হৌই। থরাল থাগী থাশিগী অহিংদা অমম্বনা মথন্তা কিজবগুম মুশুক মুশুক লেপ্লবা, নোং হুংশিৎনা মীপাইবা পোক্না কম্না হৌহুনা জগৎ পুম্ববু ফুদোকতুনা শুক শুগুম মমলবা লৈখা লৈতবা কোমম্বুং অমদা থক-খা ওম্ননা নমশিনখিগদৌগুম কিবনা হুং-পাল ওল্লবা মতমদসু প্রকৃতিনা প্রলয়গী জগোয় শাহুনা মশাগী হুঙাইবদা মথন্তা লুপ্লি, মহুগী মহুংদসু ফজবা উহুনা জীব পুম্বদা অঙকপগী হুঙাইবা অমা উই। প্রকৃতিগী থৌইনশিনগুম্না মীওইবসু হুঙাইবা থিরক্লে, কান্নরবদি প্রকৃতি ফাওববু নমহৎতুনা হুঙাইবা থিরকই। মসিগী খোংচৎনা সভ্যতাগী খোংচৎনি।

রা অমতং হান্না খন্নখিসি। মী মীহুগী অপাম্বা খেন্নবা মতুং ইন্না হুঙাইবা খেম্নে হায়বা অহুগুম্বগী হুঙাইবহু নত্তে মীওইবনা থিরক্লিবদি।

মশাগী নুঙাইবত্থু মশাগী ওইনা লৈজসত্থু মরম্মাই তানবগী ইকায়বা খঙদবা অচোপ অরেম থিরক্কবা অউবনা ইকায়বা ফিভম্তু সাহিত্যনা খম্মনিংদে। তমথিরবা য়েক্লবনা মীপূম তিংনা পাকতক ওইনা হাৎলক্রবদা মাগী কা গচা অমদা দর্শন নৈনত্থনা মীওইবনা কদাইদগী লাকপা, শিরগা কদাইদা চৎপা অসিনচিংবা ৱাখলদা নুঙাইত্থনা লৈথোকপা ঙম্বা মীত্থগী নুঙাইবত্থু মীওইবগী নুঙাইবা নত্তে। শাথিরবা চাক তাংবনা হান্না লাক, মতূংদা পোইত্থু ওইবী সেনা-অচৌবনা ইন্নরকত্থনা. মমাংদা লেপ্পা ঙমদবা মনিন্না য়ৈবগুম অরেপ্পনা লেপ্পা শি, অফম্বনা ফম্না শিনরক্লবা মতমদা অতিয়াগী থৱান্নিচাক মশিং থিবদা নুঙাইবা ঙম্বা বৈজ্ঞানিক্কী নুঙাইবত্থু মীওইবগী নুঙাইবা নত্তে। নুঙাইবা হায়বসি তাপেনবদা লৈ হায়বত্থসু মশক নাইদবা তান্নফম খঙদবা মীবু লৈখারোমদা চিংথগনবা মনুঙাইনি। মীওইবনা তাল্লিবদি মথক্তা হায়খ্রিবা নুঙাইবা অাৎ অসি নত্তে। মী-ওইবা পূন্নমক্কী ওইবা হিংত্থনা লৈবগী নুঙাইবা অত্থগী নুঙাইবা অত্থবুনি মীওইবনা থিরকপদি। মসিদা মী কনাগুম্বনা অমগী নাইত্তোনগী মরন-নাইগী ৱা য়াওদে। মীওইবা পূন্নমক্কী নুঙাইবনি, মীচং মীথাই নাইদবা নুঙাইবনি। নুঙাইবা পূন্নমক্কী মরুম্ব মসিদা লৈরবনি।

মীওইবগী পূর্ক্লিং অমম্তুং লৈরুবা মফমগী অবস্থা খেন্নবগী মতুং ইন্না নুঙাইবসি থিরকপা লম্বী তিন্নদে, ৱাইহে অমরোমদা হায়রগা সভ্যতা খেন্নরকই। চাওরাক্লা অনিদং হায়বা য়াই। নোংচুপলোমদগী জড়বাদী ওইবা সভ্যতা অমা, নোংপোক্লোমগী আধ্যাত্মিক সভ্যতা অমা—অনি অসিনা অয়াম্বা মুপ্লে। সভ্যতা অনিমকসি নুঙাইবা থিরক্লিবনি, মশা মশানা য়াম্না থাজনা, চাওথোক্লা থিরক্লিবনি।

তাইবং অসি হন্দক্লা লোইরে খঙদে, হয়েংমুক লাকথিগনি হায়রুবা ঙমদে, মানা মানা থাজবা হায়বত্থনি। মরুদি হৌজিক্কি। মতমগী য়ুখল মরোল মরোল হাইদোকত্থনা কৌথ্রবগী রঙ্গমঞ্চ মথক্তা থোকখিবা কৌথ্রবা কুম্মে ময়াম গম্না য়েংত্থনা লৈনা, ককবা নুঙাইবা উরগা পেন্দুনা লৈথোকপা, অথিবা অকিবা উরগনা কল্লিম্নু কান্নদবা খোইরাং খোই-

শাওনতুনা লৈবা—মরিংঙ্গেন লৈতবগী থবক্কি। অতুগা মতুংগীদমক নোংমদোল-ফুরা শাতুনা অহাংবা মালংদা তাউতুনা লৈবা নত্রগা মীবুদা চৈবা, মখোংদি চোংনিংদবা থৌদৌস্থু নোমনিংদবা থরাইজাওগী মতৌনি। হৌজিক লৈরে, লৈথোকপা য়াদ্রবা য়ারয়োইদৌবা হৌজিক্কি। হৌখিবা হৌথ্রে, লাক্কদবা লাক্তি, হৌজিক্কীদি হৌজিমক লৈরে। হৌজিক মুঙাইনা হিংননবা মীকোক থোংননবা হোৎনদবা য়াদে। অপাম্বা অরাৎপা থুংহনবা পোৎশক পুন্নমক তানশিল্লু, নশন্না শঙ্গোল থনহল্ল, নিপা থোক্কা অপনবা পুন্নমক নমথেক্কুনা ইশাগী মুঙাইবা তানগদবনি, ইন্দ্রিগী পেনন্নবা লমই পুন্নমক হনগাই হনগাইতুনা থিগদবনি। লম্বীদি ? অচুম অচুম্বদা খল্লুগন্নু, থবক পাংথোক্লগা লোইরে। মশক মতৌ খংদবা আত্মাগী রাতু থন্নফম থোক্কে। মশক খঙদা পূক্লিং হকচাং ইন্দ্রি অসি পেন্নবা মুঙাইবা ফংলগা লোইরে। মুঙাইবা লাইরেম্বীনা স্বর্গদা লৈরে পাইখৎতুনা ফারু-গনি; পাতালদা লৈরে লৈমুঙ চঙতুনা তান্নগনি. সমুদ্রদা লোৎথরে সমুদ্র নৈত্তুনা নমতুনা ফাগনি। পুরানগী মোহিনী মূর্ত্তি তান্নবগী মুঙাইবা মথি, মহে মহে হাৎনতুনা তোকপসি নোংচুপকী সভ্যতাগী মুঙাইবা মথিনি। মহৌশাগী হিংনবা লানফমগী মুংশি খঙদবা চাইনবুংদা ইশৌ লাংবা হেনগৎহনবা থৌইশিনন্নি, মুঙাইবা থিবগী মমিংদা অরাবা লংজবা থৌশিনন্নি, ময়াম্ববুস্থু রাহনবা মশাস্থ লৈখা তানা মুংঙাইবা ফংবা য়াদনা মাংনবা শিনবা নেশাচাবা মুঙাইবা মথিনি।

তাইবং অসি ময়ানি, থম্মাদা পকপা লাইজ-ঈরিক্কুম মেন তাদবা পুন্সিসি শিঙেল অরেম্বা লৈরাং অতিঙানি। পাপ মহে চাবা তাইবংসিদা মীওইবনা পোক্করিবনি। অনিংবা অপাম্বগী মৈ মুৎত্রিমখৈ সংসারসিগী পোকপা শিবগী চক্রদা লৈহুনা লৈখিগনি, তাইবংদা হন্না হন্না লাক্তুনা অরাবা নিংবা কাইবা শরুক য়াখিগনি। প্রকৃতিগী ফজবা নোরবা শকফম অসি নংবু ঙাওহল্লিবা মচাক য়াওদবা হেল্লোইনি। মীওইবগী মপোকতি নোংমা নিনিদং ঊনা অপুংবদা কাইদোংলবা উচেককুম্বনি, মুংশিরবনি ছায়রিব নতু-নচা মরুপ-মপাং ময়াম অসি অফবা অচুম্বা মুক্তিগী লম্বীদা চৎহন্দনবা

ঈবু পুম্লিবা য়োৎহল্লিংনি। হয়েং অশিবা লাক্লুনা চিংলরবদা নংগীনি হায়বা কনাসু লৈরোই, নংগী থবক্কী মহৈনা লমজিংতুনা নংবু পুন্থুনা চৎকদবনি। সংসার অসি লমথুংদবিনি। অমুক পুথগ্রবদা আশানা অত্থুম লেংই লেংই খুদিংগী হেন্না হেন্না পুৎথজবনি, মত্থদগী কাখৎলকপা ঙমদত্থুনা মকোক্ক থুম্না লুপথখিত্থুনা লাকহৎতুনা শিখিরনা অয়াম্বনি। মতম লৈরিঙৈদা য়োনা পুৎথদ্রিঙৈদা কাখৎহৌ-চেকশিলহৌদবা মিকুপ্তা ক্রক লাকশিনখিগদবনি। নোংমতা লৈগদবা তাইবংদা পুৎথবসি শিননবা করিগী পানফম থোকই। নংনসু পুত্থুনা চৎপা য়ারোইদবা কান্নদবা তাইবংগী পোৎশকশিং অসি তাল্লুত্থুনা করিগী নশা কেমহল্লিবগে! কৃদা হাপ্তুনা অশিবা পুরক্লিবসি উবরা? মসিনা মীওইবা মপোকশি অরেম্বনি হায়বা তাক্লি। খাক্লা ঙংলিবা বজ্রগী খোঞ্জেনসি তাবরা? মসিনা অশিবা কৌবত্থ খঙহৌদনা লাক্কদবগী পাও শন্দোক্লি। ঙসি থুংলগনি হায়দোক্কে. হয়েং য়োরক্কনি খঙহন্দে: লাকপদি শোইদ্রবনি, মতমদনি খঙদ্রিবা। পৈশিল্লিবা নরল নথুম পিত্থুনা, কল্লবা তৌবঙম্বা শাগে নাতৈনা কোয়না ঙাকতুনা থমত্থনসু, থুম্নবা চিনফেন ফরবা মচিন অত্থুনা চিরোন তৌত্থনসু অশিবনা লাক্লবদা, ন্লোংমদি থমখো, মিকুপকী থোইদিং মখাই: অমা ফাওবা য়েথোকপা ঙম্মরোইদবনি, হুংশিনা খঙদনা নমাই য়েংবিদনা, অইংবা মথুৎ অত্থুনা চিংথোকতুনা পুগদবনি। লু-দা পকপা উনশানা মকূ মকূ য়াম্থরবা, মমিৎ-মনা পান্দবগুম্নবা খোংফম চোইরবা চৈঙুনা মপাঙ্গল ওইত্থুনা চৎলিবা অহল অসি উবরা? মসিনা তাক্লি মীওইবগী হকচাংসি অরা অনা অশোনবগী চাক্তাফম্লি, হেন্নজরবা নশক অত্থ পেম্ন-জরবা ইন্দ্রি অত্থ অরা অনানা চাহৎলক্লগা নংনা পুজরকপমক্তা ঙম্নক্লোই। ময়াম অসি কোক্লবা উপায় হায়ববু সংসার থাদোকউ, অনিংবা অপাম্বা থাদোকউ, মথাক লৈহৌদনা পুমথা থাদোকউ, হুণ্ডাইবা ফংগনি, পোকপা শিবগী কাংখোংদা য়ান্দুনা পোৎথাফম খঙদনা লৈত্থুনা লৈবা য়াওররোই। অরোই নাইদ্রবা হুণ্ডাইবত্থ ফংলত্থুনা অরাবা তাইবংদা লাকতুনা নিংবা কাইবগী পি শিম্থররোই। গীতানা লথা অমা নাকল

অমরোমদা লাওথ্রনস্থ অসিগুম্বা তম্বহনবা পূক্লিং শিথহনবা মুঙাইবা মথি অসি নোংপোক্লোমগী সভ্যতাগী থৌইনশিন ওইনা থোকই। মসি লৈথোকপা য়াররোইদবা হিংনথা লানফমবু উদবা, চাউখৎপা য়ারোইদবা মীনাই ফিভমদা পেন্দহনবা থৌইনশিন্নি।

মীওইবগী সভ্যতানা হৌডেদগী তাল্লব্রবা মুঙাইবসি ফংলব্রা কদোমগী লমদা? নাকল অমরোমদা দেবী পূজাগী মীচা ফংদ্রগা মচা হাৎপা চুরান থাবগী অকিবা মুংশিবা খঙদবা মূর্ত্তি। পূজাগী মুঙাইবদি য়াওই হায়ববু মীহাৎপগী কপ্পবা মরক্তা মুঙাইবগী পিক্লবা খোঞ্জেলদি তাবা ফঙহৌদনা মাঙখি। অমরোমদা মশা ঙাকপা ঙমজদবা মশাগী নত্তনা মীগীদমক মশা কখোকপা তারবা উপায় লৈদ্রবা বলীগী হামেংগী অনমচুবা মূর্ত্তি মাগী শকফম উবদা মুঙাইবা মাইথোং লাংনা লাপ্পা হন্দোকখি। নোংচুপলোমদগী মিপাইবা তেংথাবা খোঞ্জেলগা নোংপোক-লোমদগী মুংবংনবা অন্নাবা খোঞ্জেলগা অনী অসিগী মরক্তা মুঙাইবা থিবদি পৃথিবীনা অকংবা শীং ওই মুমিৎকী মৈশানা মকা লাম্লবা লম্মৈ ওইথ্রনা চাক্লবা কাল্লেনগী থাসিগী নোং মংলবা ওমচাক্লরবা অহিংদা অইংবা থাগী মঙাল থিবগুম্বনি।

অন্নাবা মুঙাইবা হায়বসি পূক্লিংগী ঋানি—মুঙাইগে হায়রগা পংমুং মুঙাইবা, ঋাগে হায়রগা পংঋা মন্নাবা হায়বা পোৎ অথু মীবু মুংশিবিবা রাৎপগী মনম নম্লি। মীবু পংথহনবা নত্রগা তাইবংগী থোকই ওইরিবা ময়ামসিগা মাইয়োক্লবা কিবা মীচেনগী ঋা মাল্লি। মীওইবনা চেন্নরিবা পূকচেল অমস্তং মখোয়না শেম্লিবা ফিভম অসিদা নিঙাইদনা লৈথোকতুনা মুঙাইবা ফংবা মশানা য়াদবা তারক্লে। করিগুম্বা লাইগী নোংদম্না মুঙাইবা হায়বথু লেম্না পীরকতুনা নত্রগা তানশিললুথ্রনা ফংলবস্থ মতম কুইনা থম্বা ঙম্লোই। অসিদা মুঙাইবা ঙম্বদি মীদগী তোপ্পা, মীগী অন্নাবা উদবা, থম্মোই য়াওদবা মী অমনা ঙমগদবা মঙাই। মীওইবগী মুঙাইবগী লম্বীদা তমথিরবা লাইমু ময়াম্না তম্নরিবা অমস্তং মীবু ওৎলিবা লাক্লরিবা অসি কোকহন্দ্রিমথে মপূক্লিং ফরবা মীথ্রস্থ মুঙাইবা ঙম্লোই, অন্নাবা ময়াম্না

নমত্তুনা মথক্তা উপলরবদা মপুক্কিং ফন-ফত্তুনসু হুঙাইবা ঙম্বা হৌনদে মচিন্না হায়রবসু মত্ত থাঙ্গেশেংবা হুঙাইবা ওইরোই, উপায় লৈতত্তুনা তৌশিন্নবা অমা নত্রগা মবুক পান্দত্তুনা অৱা হুঙাইবা মশক খঙদবা অমা, অনীগী অমদি ওইগনি। চাওখৎলে হায়না নাপল ময়াই কারিবা জাৎকী মীশিংনা ফনবা তৌবিবগী মমীংদা, মীওইবগী হুঙাইনবা শেম্বগী মমীংদা মী অতৈবু চাশিল্লকইবসি কাঙ চাকচা য়াখুন নাইদবা মচাশিন্নি, শাজৎনা হয়িং শাদোং খোংগুল নাইদবা তোংলগদা খঙবা, শেম্বাং শারেগুম অরেপ্পা লৈতবা শাজৎনি, পুকচেন্না মশাগীদা য়েংবা হোদোংগুম কৱামচাওবা, হুইগুম চাক্তিন্নবা য়াদবা পুকচেন্নি। মরম অত্তুনা তাইবং অসিদা অৱাবা খোঞ্জেল অমসুং মত্তুগী খোন্থাং য়েরকপা খোঞ্জেলনা পিক থন্না নিনথ্রে, হুঙাইবা চংলক্লবা লম্বী ফাৎত্রে। নিংবা কায়বা, মীবু থাজদবা অমসুং তাথিবগী ৱা নত্তে। লাইগী খুৎশেম হৈদ্গী অরোইবা উৎলবা খুৎশেমগী মকোক ওইরিবা মীওইবনি। ফিভমসু মীবু শেম্মিদি 'হায়ববু তারুবা ফিভম অমসুং অকোয়বা পনখে লাম্হোকতুনা চাওখৎপা ঙম্বা লাইগুম্বা মীওইবনি। লাইগী খুৎশেম হৌরকপদগী ঙসি ফাওবদা চহী কয়া চৎখরে, জীবগী জাৎ কয়া মুৎখরে। তৌইগুম্বসুং মীওইবদি মুৎপা লৈতনা হোৎনবা লেপ্তুনা লৈরি। মীওইবনা খাইগী মকোক থোংনা য়াম্না কন্না হোৎনরিবসি মতুংদা মরুদা মীওইবগী মথক্তা হায়খ্রিবা গুণ ময়াম অসি লৈ। নিংলবদি অমসুং হোৎনবা লেপত্রবদি মীওইবনা তাইবংদা মউ লিংত্তুনা অপেনবা মহে য়ানবা ঙমগনি। মত্তুনা হুঙাইবা মরোইরগনি হায়বা ৱা নত্তে। মপুং ফাদবগী মথক্তা তাইবং অসি লৈরিবনি। মপুং ফাদবা মীওইবনা শেম্বা তৌবা থবকতুসু মপুং ফাবা ঙমদবা মশানা তাক্সবনি। অত্তুম্মদি ওইরগা লম্বী চুম্নগনি; মফম শেমদোকপা ওইরগনি, হুঙাইবা পাম্বী হৌরগনি। মত্তুগী চাওননবা, মহে য়ান্নবা শেম্বত্তুদি মীওইবনা চাওখৎপগা লোয়ননা শেমলকনি। অত্তুদি হুঙাইবা পামলিবা করিগীনো?

মীবু হুংশিয়ু! করিসু অনৌবা নত্তে, মহাপুরুষশিংনা মত্ত ওইনা মশিং লাকঙমদনা লাওথ্রবনি। অত্তুবু অচুম্বদি হঞ্জিনবগী দোষ মশাদা পক্কে; তোয়না হায়রগত্তুম শিজিন্নবা থাংগুম লংবা থৌনা হেল্লি। মীনা

মীবু হুংশিরবদি, তৌশিন্নবা নত্তনা থাঙ্গে শেংনা পুকচেল তিংনা হুংশির-বদি হুংশ। মঙাল লাক্লবদা অমম্বা নৈবা ঙমদবগুম তাইবংগী অমম্বা অৱাবা ময়াম মিৎনা কুপ্পদা মাংথিগনি। মীনা মীবু হুংশিরগা অচুম্বা ফজবা অফবা হায়বা হুংঙাইবগী মথেক অহুম নাইবা শুমহৎনবা মূর্ত্তি অসি থোক্লক্কনি। মীহাৎপগী অঙকপা খুৎলাই ময়াম মীনা মীবু হুংশিবদগী অকিবা মশক্লি। অচুম্বা ফংফম থোকপা তাল্লকপনা থিংননবা শা-শক্তি শিজিন্নরিবা মীবু হুংশিবা ৱাৎপদগীনি। মীগা মীগা তিন্নবা য়াদ্রিবা, ম্যোৎ তিন্নদবা মীবু তাথিরিবা, মীবু ঙাকপিবা ঙমদ্রিবা, মীনা মশাগীতা য়েংলিবা, মীনা মীবু হুংশিবা খঙদবদগী পোক্লিবনি। মীবু হুংশিবা হায়বসিনা তাইবং পুকথিন হোংহল্লি—থবক্তা, ৱাখলদা, ৱাহৈদা। হীরাগুম মকত্রবা থেংনরুবদা মাদনা ঙম্লবা অচুম্বা চৎপা লিংজেল মীবু হুংশিবনা পোকহল্লি। মীবু হুংশিরবা মীতুদি তাইবং পূম্নমকপু মশামুক হুংশিনা য়েংতুনা অচুম্বা খুৎলাই পাইতুনা অফদা হুঙাইয়াইফবা থিরকই। মী পূম্নমক্কীদমক, পাপ চেল্লবা মী ফাওববু থরাইদগী তাদনা উই। অতুনা মীনা মীবু হুংশিরগদা হুঙাইবা মখোং থোংনা তাইবংদা মরাইনা লাক-চগদবনি। অতৈ অচৌবা হুঙাইবা নত্রবসু অহানবদা হায়খিবা চুম্নগী মাওইনা হিংবগী হুংঙাইবা অতুমথৈদদি ফংবা য়াই।

শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ

# মণিপুরী ড্রামা

ড্রামা হায়বা অসি মীওইবগী জীবন অমসুং লমচৎপু থবক্তা রারিগী মওংদা পুথোকতুনা, নায়ক নায়িকাশিংনা লীলাগী ফম্বাক্তা শান্নতুনা মরু-রোইনা গদ্যগী মরোংদা রারি রাতাই শাত্নুনা করিগুম্বা পল্লোইফম অমদা লোইশিনবা অত্তবুনি।

ড্রামা অমসুং থিয়েটর হায়বসি গ্রিক শব্দদগী ওন্থোকপনি ; ড্রামা হায়বদি অউবা থবক, থিয়েটর হায়বনা য়েংফম হায়বনি, অতুগা ওডিয়েন্স হায়বনা লাটিন শব্দদগী ওননি ; অর্থনা তাবা হায়বনি, পোইরৈ তাবদা অতাবা মী হায়বনি। অহুম অসিনা পুল্লগা হুজিক্কী ড্রামা অসি থোকই।

ড্রামা হায়বসি গ্রিকনা হানবরা হিন্দুনা হানবরা হায়বসি খন্ননিং-ঙাইনি। হিন্দুগী ড্রামা য়াম্না চাউখৎলম্বদগী ময়েং তাথরক্লবা মতমদা ইউরোপলোমদা ড্রামা য়াম্না চাউখৎলকই হায়বা অসিমদি চুমই। হিন্দুগী ড্রামা অসিদা গ্রিক্কী ড্রামাগী করিগুম্বা মমি অমত্তা তাদে হায়না অচৌবা অথোরিটিনা হায়রি। হিন্দুগী ড্রামা হউবসিনা ভরত মুণিদা ব্রহ্মানা বেদদগী লউবা নাট্য তম্বি, মাতুদা মহাদেবনা অনৌবা মরোং অমি অমগা হাপচিল্লি। হায়বদি ঋগ্বেদগী ডাইলোগতগী ভারতবর্ষগী ড্রামা থোরকই। গ্রিক্কী ড্রামাদি মহৌশা লাইরেম্মা খুরুম্বদগী হউই। অতুগা হিন্দুগীসু অত্ত মঙাই, লাই খুরম্বদগী ড্রামা হউই, নোংচুবনচিংবদা লাইখুরুম্বদগী ড্রামা হউই। এ, সা, ব্রিনা হায়রি :—Keith rejects the evidence for a secular origin and concludes that Sanskrit Drama was probably evolved by the combination of epic recitation with the dramatic movement of "The Krishna legend in which a young god strives against and overcome enemies" মরম অহুনা মপান থোংগী হুংঙাইনবা হরাউ কুম্মেদগী ড্রামা হউবা নত্তে। মধ্যযুগকী

ইউরোপ্তা চর্চ্চগী অথুপ্পা অঙকপা অমসুং পুকচেল তিংবা অমসুং ফজবা উৎপগী কুম্মৈদা অমসুং পুজাদা উৎলি। অদুনদি ড্রামানা হউবসি মরু ৱোইনা সকামগীদমক লাই খুরুম্বদগী হউবনি।

ড্রামা অসিনা হউরকপদা ষ্টেজ লয়রমদে। পুং-শেন য়ৈবা, যন্ত্র খোংবা ইশৈ শকপনচিংবা পালানা ইকোই কোইনা লেপলগা ময়ায়দা মহৌশা লাইরেম্বীগী থুবম অমা য়ারগা ড্রামা শান্নরমই। মতুগী মথংদা পালাশিং অদুগী ৱাংমদা লীলা য়াওরিবশিং অদুগীদমক য়ুখন্না ফক্লাং খাবা য়ুম অমা শাবা হউই।

কাইনথংদা ষ্টেজ শাবা হউরকপনি। রোমনা ইহান হানবদা auditorium (ভাবক ফম্ফম) শাবা হউই, মতুমক্তি থা মচেৎ শাবা ৱোইনা তউই। হুজিক্কী ড্রামাগী য়ুমদি মখাগী অসি য়াওনরে ঃ-ওডিটরিয়ম (ভাবক ফম্ফন) (১) বেলকোনি (মাঙ্গোন জাৎ অমা) (২) কোরাইডর (মাঙ্গল জাৎ অমা) (৩) থিয়েটর (খাজনবা কা) (৪) লোবি (ফম্ন-খোৎনবা কা) লয়নয়। অদুগা ষ্টেজদা উইংস, কোনথোক কোনশিন তউবা নত্রগা ইম্নোক ইনশিন তউবা শিন, লীলা য়াওরিবা নুপী নুপাশিংগী পোৎলোহ শেৎনবা অমসুং হোংনবা কা (ড্রেশিং রুম) লয়নয়। খৃঃ ১৫৭৬ তা জেমস বরবেজী হাক্তক্তা লেংদ্রবা (permanent) ষ্টেজ শাই। মাগী মচাগী হাকতক্তা খৃঃ ১৫৯৯ দা অফাওবা ড্রামাটিষ্ট সেক্সপিয়ারগী মরু ৱোইবা ড্রামা শান্নে। Aristotle গী poetics তগী ড্রামা লউই অমসুং মানা ড্রামা ইবগী পথাপ (Law) ইরমই। লোশিং অদুগী মনুংদা ড্রামা অসি মতম অমসুং মফম্না পুল্লম্মি। মফম অমসুং মতম্না পুনবদু য়াদনা মনিং তউনা ড্রামা ইবা হউবসি সেক্সপিয়ারনি। সেক্সপিয়ারগী শৈরেং পনতুপ অমসুং ভাবকী মমি লোল অয়াম্বগী লীলাদা তাই হাঙ্গবা য়াই।

মথক্তা হাঙ্গজখ্রিবা ড্রামা অহানবসি ঋাগবেদগী ৱারি ৱাতাইগী শরুকতুনি। অদুগা ব্রহ্মানা ভরত মুনিদা তহ্হিনা মহাদেবনা মতেক খরা হাপতুনা লাইগী জগোই শাবীশিংনা শানে হাঙ্গবসি লাইরম লেনগী ৱানি। মিরমলোন্দা হিন্দুগী খাইদগী ভান্না ড্রামা ইবা নিপাদি অশ্ব-

ঘোষনি। শান্নবা হউবসি ৱা ঙাংদনা খুৎ-শাদ হাইত্নুা শান্নবা ( Pautominic ) যাত্রা হউই। মতুদগী পৃথিবীদা ফাওরবা কালিদাসকী শকুন্তলা থোরকই। মানা বিক্রম অমস্তুং উর্ব্বশী ইরম্মী। খৃঃ ১২০০ ৱাইদা জয়দেবগী গীতগোবিন্দ থোরকই। হিন্দুনা অশুক কুইনা ড্রামা ইরক্লগা ইরায় লায়রমদগুম্না নোংচুপলোমদগী তম্বগুম্না থোকইবসিগী মরমদি ঐথোইগী পণ্ডিতশিংনা ইরম্বসি লাইরিক হয়বা খরদগী রোইনা তউই। মীয়ামদা ( mass ) অপিল তউনবা কয়া ইবা উদে হাঙ্গনা অচৌবা অথোরিটিশিংনা হাই।

খাগীশিংগী ড্রামাস্তু লৌথোকপা, লালচৎপা অমস্তুং হল্লকপা অমস্তুং তাইশিন্নবা মতমদা ইশৈ শকপা অমস্তুং জগোই শাবদগী হউবনি। জাপানগী ড্রামানা সাধারণ প্রজানা হরাও কুম্মে তউবদগী হউবনি।

মতৌ অসুম তউনা মিতয় ড্রামাস্তু লাইনিংথৌ লাইরেম্মা (পরমাত্মা) পেন্নবা হাঙ্গত্নুা জগোই শাবা ঈশৈ শকপা রাসকী মপা মমা লাই-হরাউবদগী হউবনি। লাই হরাওবগী থৌওংদা লং তিংত্নুা ঈশিংদগী লাই পুথৎলে। লাইনৌ তারে, পরিং পরিং লংসং লয়ভাইত্নুংদাই অমস্তুং নোংদোল জগোই শারে অত্নুদগী লাইপৌ শারে অসিনচিংবা অসিগী মঙুংদা নাট্য নৃত অমস্তুং নৃত্য অহুম্মক লয়। কয় এন ( ক্রে ক্রে কে ) অসিস্থ ড্রামানি। সনামহিগা পাখংবগবু গুরুশিদবনা নোংখোং কোইয়ু হান্না থুংবনা নিংথৌ ৱোইনি হাঙ্গবগী মতুংইন্না অনিমক কোইরে। সনামহিদি কোইখ্রে। পাখংবদি কোইরুদনা লৈমরেন্না তাকপগী মতুং ইন্না গুরুগী ফানখোং কোইরগা থুরম্লে, অত্নুদা গুরুদা মঙোন্দা লয়পাক্ পীরে। সনামহিনা লাক্লগা পাখংববু হাৎকে হাঙ্গত্নুা তান্নরে। পাখংববু কনগে হায়ত্নুা লাই হুপী হুপা ময়াম খুৎ শম্নত্নুা কোইশিন্দুনা থম্মি। মসিগী অভিনয় অসিবু কয়-এন নত্রগা ক্রে ক্রে কে হায়না হুঞ্জিক ফাওবা শান্নরিবা অসিনি।

কার্ত্তা মহারাজনা কুঞ্জরাস, মহারাস, নরসিংহ মহারাজনা বসন্তরাস অমস্তুং সুরচন্দ্র মহারাজনা নটরাস পুথোক্লম্মী। হাঙ্গরিবা রাসশিং অসিদা

নৃত নাট্য নৃত্য অহুম্মক লয় হাঙৈনৈ। সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাকতক্তা মহাভারতকী শরুক কয়ামরুম যাত্রা লীলা য়োইনা উংখি। স্নখা রাজচন্দ্রনা ভীম শাবা ফজে হাঙৈহনা অহল্লমন্না শোন্নবা তাজহৌই।

হৃজিক কাংলগী ড্রমা হাঙৈহনা থংনল্লিবা অসিনা মণিপুরদা হউবসি ইংশোক ১৮৯১ গী মতুংদনি। পুরানা রাজবাড়ীদা গোপালসিংহ শেলুংবগা শরৎবাবুগনা তম্সিহনা ড্রামা হউই হাঙৈনৈ, বিষয়দি প্রভাস মিলননি— বিহারী, কুলবিধু নচিংবনা পার্ট লউই হাঙৈ। বাবু পাড়াদা দুর্গাপূজা মতমদা জনষ্টোন স্কুলদা অমস্তং এডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা সরস্বতী পূজাদা বাংগালা লোনদা ড্রামা শান্নে। ১৯১৪ দা জনষ্টোন স্কুলদা পার্থ-পরাজয়গী অনুবাদ মিতয় লোন্দা ড্রামা শান্নবা হউই।

১৯২৫ গী সেপ্তেম্বর থাদগী মিতয়গী বিষয়দা মিতয় লোন্না ইহনা ওরিজিনেল ড্রামা শান্নবা হউই। হৃজিক্কী মতমদা নহারোল য়ান্না ড্রামা ইনরে, য়ান্না ফজবা মানা নিংইবহু রোইহনবহু ওন্না ইবা য়ান্না য়াওরে। অদুবু পাবিনবা মিশিং য়ামদবা মরন্না মথং মথং ইথগদব অমস্তং ফোংগদবা খরা পাল্লি। ফোংজরকপা মতমদা থুনা থুনা লন্নবিহনা উৎসাহ পিবিবা চুমই। অদুগা অফাওবা একটর, মতম কুইনা লম অসিদা মতম পিরক্লবা অহল্লমন্না ওরিজিনেল ড্রামা ইবিহনা মতুংগী নহারোলদা লমচিংবিনবস্ু থন্না তউবিবা ফয়।

ড্রামা হাঙৈবা অসি করিগুম্বা মোরেল অমা উৎনবা ইবা ওাক্তনি। মঙিগী মতুংদা করুণ, বীর, রৌদ্র, ভয়ানকচিংবা রস পূন্নমক লয়। ড্রামা পাবদগী ঙাক্তি অমা চাওখৎলি; থউনা ফবা হেল্লি; দেশ ভক্ত রোই, মপা মমা নিংবা হেল্লি, মচিনমনাও চান্নে অসিনচিংবা। হৃজিক বাঙ্গালীনা অশিংবা দেশভক্ত বীরনচিংবা য়োইরিবসিদা ডিঃ এলঃ রায়গী ড্রামা অমস্তং মুকুন্দগী যাত্রাগানগী শরুক য়ান্না য়াওরি হাঙৈবদা হাঙৈমনবা থোক্লোই। ডিঃ এলঃ রায়না মেবার পতনদা "গিয়েছে দেশ দুঃখ নাই, আবার তোরা মানুষ হোত" হায়দা মাইখিহনা দেশ মীনা লৌথ্রে, য়ারুদু মী অমুক রোইয় (মরাইনা হঞ্জিনজমনি) অসিনচিংবা। মুকুন্দনা

শকলম্মি,— দেশ বিদেশতা কোইহনা ইশৈ কয়া শকলে, কনাসু অর্থ খংন্দ্রে (স্বরাজ ফংনবা, সমাজ শেংদোকপা হোৎনসি)। নবসিংহদা হাঈরি "মৈতৈশিং অসি স্বদেশ হুংশিবা প্রেম অসি পোক্লনবা ইন্দ্রি অদুমা রাৎপগুম তৌরে...... (স্বদেশগী প্রেম অসি পোকহনবা য়াগনি)। ... মসি পূম্নমক...... তাকপিরবদি স্বদেশগী মরমগীদমক মমিত্তা মপিতাবা ঙম্লক্নি। ... হাঈনা হেক কপ্পা মতম অদুদা মণিপুর উদ্ধার তউবা ঙমগনি।" খম্ব থোইবী ড্রামাদা থোংলেনগী বীর অমসুং ভয়ানক সৌরা অমসুং তোরোগী হাস্য থোইবীগী প্রেম, খম্বুগী করুণ অসিনচিংবা অঙকপনি। অলমতি বিসারেণ।

অরোইবদা ড্রামা অমা থোরকপদা লোম্না অমসুং ফোংনা অফ ফত্ত ঙাংনবা ঙাক্তনি। ফত্তবা ঙাংই হাঈহনা পুক্লিং হনবীগনু। ঙাংদ ঙাংলগা য়াওং ইনবা মমাক্না নকুগা মরৈ য়েৎনবদা মখোই অনিহু ঙাওতক তউবা মান্নহনা মকুনা, "ইমাক খোইবুদি করিসু রোইনা উন্দ্রিবনিদা," মমাক্না "ইকুখোইবুদি ঐদি শুকউ উদে" হাঈবহু কাওবিনু। অদুগা ঙাংলকইবা রা অতুসু শাওবিরুহু ঙাংবা ঙম্লবা মী অমনি হাঈহনা ঙাংলক্লবনি, মাগী মরাদুসু মুম্না মতাশিনবীযু, মকানগনি।

শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ

# ধর্ম্ম-কনবা রাম

কৈকয়ীগী মহাকথং রামগী অভিষেক কায়রে। রাম মপাগী রাশক ঙাক্লনবা বনদা চৎলে। অক্ষৌহিণীগী জয়কার মীকপ—মীরাওখোম্না পোলোইনবগুম অযোধ্যাগী ঈরাং পিনা থম্লরে। অযোধ্যা মপি খংখক খকউ তমখিদ্রমাল্লে। রামনা বন চৎখিবা মতুং তরুকনি সুবা হুমিৎকী অহিং য়ুথক অনী য়ৈবদা মপা দশরথ মচা কাইনবগী পুঙমদনা রানা পুরম্লবা মৈচাক কোকতুনা চৎখরে। মচা রাম হিংনা কায়নবগী অন্নাবমকসু পুঙমদা লৈজরিবী মহারাণী মপুরোইবা শিনা কাইনবগী মৈশা অমুকসু লাংলে। মরী-চৎপা শাগৈগা পান্দমনবা অন্নাবনি। অন্নাবা শক খঙনরু-রবদা অনংবা কোন্নদনিঙাই করি লৈ! ন্নারে, ন্নানিংঙাই পুন্নমক ন্নারে; কপ্লে, কপনিংঙাই পুন্নমক কপ্লে। মহাক্কী অন্নাবা উবদা ঈরাউখোল্লোয় হরাউ-ঈচেন্নরবী সরযু অন্না খোল্লোয় ন্না ন্না চেন্থরী।

দশরথ নিংথৌগী শ্রাদ্ধকৃত মমা-পোকপা মপুগী কোন্নুংদগী ভরত কৌরুহনা পিগী নোংলক্তা লোইশিল্লে। মপুরোইবা-লৈত্রবী হুপী ওইবীনা মচাগী শেগা থি। অহুনা অযোধ্যা নগরী ভরতকী শেগা থিরক্লে। বশিষ্ঠনচিংবা ব্রাহ্মণ ঋষি পুন্নমক্না ভরতকী অভিষেককী অফবা হুমিং য়েংহুনা থৌরাং পুন্নমক লোইরে।

হয়েং অভিষেক হুমিংনি। ভরততা হৌনবী মঙ্গলাচার পুন্নমক তৌনবা তাক্লে। মমাগী হুঙাইতবা, মপাগী কপ্নীংবা, ময়াম্ব-মনাও-মতৈমগী রাবনা য়ৈহত্তুনা শঙ্গাই মহুংদা তাহুনা লৈরিবা ভরতকী মফমদা তাশোন্না থম্মোইদা লেংবগা মান্নুনা থোক্লে। অহুবু নগরীগীদি মশাগী চঙনফম থিজবা হৌনবা থিজরকপনিনা জ্ঞান-লৈবা ভরত করি হুঙ্গাইতবা উৎলুবা তৌদনা মথম্ভা রাখল তৌরকই, “ইপা লৈত্রে; ইপা শকপা ইয়াম্বা লৈরি। ইয়াম্বা লৈনা ঐনা সিংহাসন কাহুনা রঘুশাগৈগী লোনচৎ

ইহাকথংদগী কায়বদি য়াদে। ইয়াম্বা লৌরুহ্নুনা নিংথৌ হাপ্তবা য়াদে; ঐগীনি লাওলিবা পোৎলমশিং অসিমক্তা ইয়াম্বগী অভিষেক তৌগনি— শোইদনা তৌগনি। ধর্ম্ম-কনবা ইয়াম্বনি; চহী সুদনা বনদগী হনসি য়াগত্রা! ধর্ম্মগী মরমদা মচা ওইবনা থৌগাই শিনবা য়াই; ঐনা ইপা শকপা ইয়াম্বগী মহুৎ শিনহ্নুনা উকু শেৎ জটাপু চহী তরামরি বন চৎকনি।"

নোংঙাক্লে। ভরত যজ্ঞ-সভাদা থোক্লে। মপাগী মহাকথং অযোধ্যানা লণ্ড-ভণ্ড ওইবগী হুঙাইখিদবা-মৈথুনা, রাহুনা উম্লবা হুমিৎ থাগী মওংগুম, কাহৎলবা মহাক্কী মায়থোংনি। অসুম কাহৎলবা মায়থোংদা ঈংলবা মঙাল অমা ফাওরি। অতৈ করি অমগী নত্তে, মহাক্কী থম্মোই-হুংথুপ্পনা ঙাল্লিবা ধর্ম্মগীনি। য়াচংবগী-লৈচিল্ লাম্সিংনবা ঈংলবা ধ্রুবগী শকফম্না অমদি শরৎকী নোংফাই-মাইথুম্নরবা থাজগী শকতম্না ভাবোককী পূক্লিং হুবগুম, মহাক্কী মায়থোংনা সভাগী পূক্লিং সুমখি। মমা থাগোন্নরিবা অঙাংগী অরোবা খোনফম ঙমজনা হুংশিরবা খোঞ্জেল্লা "কুলাচায্যনচিংবা গুরুশিং পুম্নমক, লৈবাক্কী সুমন্ত্র-প্রজা খিংকিমক তাবিসি, ভরত ঐবু পোকপী মরায়বক থীনা পোক্লবী ইমাগী মহাকথং ধর্ম্ম-লৈবা ইপানা মথরায় ধর্ম্মদা কৎলমলে; ধর্ম্ম-চেনবা ইয়াম্বসু ইপাগী সত্যগী তেংবাংবা বনদা চৎলম্লে; ধর্ম্ম-খঙবা ইনাও ইয়াম্বা শেনবা ইল্লম্লে; ধর্ম্ম-লৈবী ইতৈমা ইয়াম্বগী ধর্ম্মগী শরুক য়ারম্লে। হোজিক্তি ঐগী থৌগাই লাক্লে। ইপা শকপা ইয়াম্ববু বনদগী লৌরুহ্নুনা ইপাগী খুভম অহাংবা মেনহ্নুনা মপু পানত্রবী অযোধ্যা নগরীবু চঙনফম পীনবনা ভরত ঐহাক্কী ইশরুকনি। ঐগী অভিষেককীনি লাওবিরম্লিবা পোৎলমশিং অসিমক্তা ইয়াম্ববু লৌরুহ্নুনা অভিষেক তৌগনি। সভা পুম্নমক লোইবিনবা তৌবিরো। ঐগীদি লোইহ্নুনা থোকচরক্লবসীনি।" লাউথোরক্লে ভরত। রাফম অহু তাবদা সভা পুম্নমক চপ মান্নমা ঙকখি; খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা চপ মান্নমা লাউরকখি। "সাধু সাধু! জয় রঘুবংশগী জয়, জয় ভরতকী জয়" পুম্নমক হোৌগৎপা মান্নখি।

চৎ্লে ভরত ময়াম্বা লৌবা। মগোন্স-শামু খোঙমী-দোলাই-চতুরঙ্গ ইল্লে। অযোধ্যাগী মুপী-মুপা অঙাং-অহল লোইনা হুপ্লুনা চৎলে। কনানা রঘুবংশগী মগুণ শকই; কনা অমনা ভরতকী মগুণ থাই। অতৈ কনা অমনা দশরথকী মগুণ থাডুনা লাউই। মখোয়গী ইনিন্না নোংথক-নোংখা পূমনিল নিনখি। অমুন্না লাকপনা সরযু লাল্লে, তমসা তুংওইনরে; ভরদ্বাজগী আশ্রম থনল্লে। রামচন্দ্রনা লৈরিবা চিত্রকূট পর্ব্বতকী মন্দাকিনী-তোর্ব্বান-তাবা বন উরক্লে।

চিত্রকূট-নকশিল্লক্লে, ভরত রামচন্দ্রগী-আশ্রমগী শান্তিভঙ্গ ওইগনি কিবনা লোইনরক্লিবা চতুরঙ্গ অমদি মুপী মুপা অঙাং-অহল প্রজা পূন্নমকপু লাপ্লপ্না থনল্লগা মখোঙনা মনাও শত্রুঘ্নদগা লোয়ননা ময়াম্বগী খোঙ্গুল লীবা লাক্লে। লাপ্লপ্না থম্মি হায়বতুমঙাই, যোজন তরানিথোই শাংবা, অহুম পাকপা মহানগরীগী প্রজা অমত্তা চিংথহৌদনা লাকপনি। অহুগী মথক্তা মপান্দগী ব্রাহ্মণ ঋষি, নিংথৌ-প্রজা কয়া য়াওনরক্লিবনি। মীগী সমুদ্রনি। মীনিন্না মীরাওখোল্লা নোংথক-নোংখ পূমনিল্লি। মীয়াম উদ্রিবা, অচীকপা-য়াহিপ্পা বনগী শা-উচেক করি তথক্কদনীঙাই লৈ! শামু-নোংশা কৈদগী হৌনা লৈখুল হিপ্পা জীব পিশক পিশক ফাওবা মাইকৈ-শলাই খঙদনা চেন্নবা হৌরক্লে, লংজা-কাকয়েন্দগী হৌনা কৌজেং-কৌয়া ফাওবা খারৌ-লাইরৌ খঙনদরে। অচীকপগী য়াতা ওইরবা বনভূমি রণক্ষেত্র শক্তুনখরে। ঈরাং অহু টবন রামগী য়াথং মতুংইন্না লক্ষ্মণ উজাও কাহুনা য়েংলকপকা অযোধ্যাগী ফীরাল ময়াম্না বন-তাবা মুংশিংকী ঈপাক্তা ঈপোন্নবা উখি। মপুক্তা চিংনবা পোক্কুনা উ মথক্তগী পরপ পরপ কুমথরক্কুনা ময়াম্বগী মফমদা উরুবা পূন্নমক চিংনবগা লোয়ননা তমখি। চিংনবা-অথুকপা অকিবা শকখঙনদ্রবা রাম মোমোন নোকতুনা নীঙঙাইদনা হান্নগী মতৌগুম অহুম কমথুনা লৈখি। অচীকপা থানা মশাদা চীকচবা নত্তনা অয়েংবা থম্মোয়দা শান্তিগী ঈরা খিকপগুম রামগী অয়িংবা শকফম্না লক্ষ্মণগী থম্মোই ঈংখি।

ওহাক্কী মঙ্গুংদা উকুশেং জটাপূরবা ভরত শত্রুঘ্ন অসী উরে। রাম মনাও উবদা মনাওগী প্রেম্না কুক হৌগৎত্তনা মপাম্বোম অনী তিংথোক্তনা

চেম্ভোৱক্লে। মনাও অনীস্থ ৱানা থিৱকপা ময়াম্বা উবদা চেনশিল্লক্তুনা মখোঙদা তুররে। ৱাম মনাওশিংবু কোনথৎতুনা চেজেৎ-চেজেৎ কোল্লগা মকোক সুংশি-সুংশিনা নাল্ল-নাল্লহুনা সুংশি পিরোয়নবা ৱাহৈনা "ইবুংঙো! করম্বা ৱাখলগী মখা পোন্দুনা নচিন-ননাওনা উকু-শেৎ জটা পুরিবা? ধর্ম্ম-লৈবা ইপা নিংথৌনা, মচা চানজরবী ইমাশিংনা অমদি অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা কদায়মখৈ য়াইফরিবা? করম্বা অপাম্বা পুদুনা নচিন-ননাওনা ৱারবা বনভূমি অসিদা লাক্লিবা? ইয়াম্বনা অমদি ননাওনা নঙগী করি কান্নগদবা লৈবা? তস্মু, হায়নীংবা পুন্নমকস্থ অপনবা লৈতনা ইয়াম্বদা হায়যু" হায়রকই ৱাম ভরতকী মফমদা।

ভরত ময়াম্বগী সুংশি-থুন্নবা মপাউখোল তাবদা, অৱাবা থম্মোইনা ৱাবিহৈবা মফমদা অৱাবা পোকথোকচগুম, সুংগী অৱাবা মপাউ পুন্নমক হীক্লা, তীং-শোক্লা তন্নকই।

ভরত— ইপা নিংথৌনা ফীরোয় অমতা ঐখোয় ইচিন-ইনাওশিংবু থোল্লকই; চইন অমতা ঐখোয় ইচিন-ইনাও পুন্নমকপু তন্নকই। ঙসি সত্য-চেৎপা ইপানা নখোয় অনীদা উকু থোল্লম্মে; ঐখোয় অনীস্থ করিগী শেৎলোই? ঙসি ধর্ম্ম-কনবা ইপানা বনগী উহৈ ৱাহৈনা নখোয়গী চইন তন্নম্মে; ঐখোয় করিগী শরুক য়ারোই! অস্তুনা নঙনা শেৎপা শেৎপনি; নঙনা চাবা চাবনি।

ৱাম— ভরত, ইয়াম্বগী ইবুংঙো, অয়াম্বদা চাক, থৌৱাংবদা ঈশিং মীগী মপূক ইংননীঙঙাইনি। ৱারবা নয়াম্বগী বন-খোঙফমদা নঙগী সুংশিবা নপাউখোল্লা ওইরিবসিগুম ঈংনরিগদরা! অস্তুবু ইবুঙেঙা, খোই-খোইনরবা শন্নাংনা লৈতেংলবা নঙগী নকোকতা সনাগী কিরীট, মোইবুং-ওংদা-মাল্লবা নহাক্কী নঙক্তা বৈজয়ন্তীমালা, নীংথিজবা নাফম অনীদা মকর-কুণ্ডল শামু-নাতোল ঙমজবা নিংথিজরবা নপাম্বোম অনীদা সনাগী তাল, খুজেং অনীদা সনাগী খুজি, পুম্বূন্নরবা খুদোল তারাদা সনাগী মণি-থাল্লবা খুদোপ, নীংথিনা চেংলবা নখাংদা সনাগী মেখলাগা কোন্নরবা কব্রং ফী, খুজেংদা খুজি, খোঙশাদা খোঙতোপ, নশাদা কব্রংগী সনাহৎপা নম

কোন্নবা নঙগী থাঙমদনা নীংথিজরবা শকফম ইয়াম্বগী মীৎফম্না থৌন্নাংই,
ইয়াম্বগী থম্মোয়না পামজে ; শেৎলুবা ইবুঙেঙা ! অহুগা অমুকস্ু নহাকতি
অযোধ্যাগী যুব............।

ভরত— ভ্রাতঃ! তাকপীরিবা ফীজোন নোংমা ঐহাক শেৎপা
য়ারন্নি। ঙসিদি মহু থোকত্রে। মপা-ওইবনা চৎপা ধর্ম্ম মচা-ওইবগীস্ুনি।

রাম— ইবুঙেঙা! নহাক্কী অহীক লৎককুবা, পীরেয়- মতৎনবা
ন্নারবা ন্নাঙাংনা তমসি কদায় তমঙমদবা, তমগনুসি কদায় থিংঙমদবা
অরাবগী মপাউ অমা নহাক্কী থম্মোয়নুংদা ফারিবা উরুবনা ইয়াম্বগী থম্মোই
পুবা ঙম্মোইদৌরে। তমথোক্লোগবা নহাক.........

ভরত— নহাক নোংমা অযোধ্যাগী মপুগী মচানি; ভরত কৌবা
ননাও ঐহাক্কীনা ইয়াম্বনি; ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগীস্ু মথোক কাবা
মতমগীস্ু মরুপনি। ঙসিদি নহাক মপু পান্দ্রবী নগরীগী চংনফমনি, অহুগা
মপা লৈত্রবা ভরতকীনা.........

রাম ভরতকী ন্না লোইনা তাবা ঙমথিদ্রে। মপা লৈত্রে হায়বা
অরাবগী পাউ মনাওনা তম্বা ঙমদ্রিবা অহু উবদা মপাগী ন্নাখিবনা "ওকলে
ভরত!" হায়রন্নগা "পিতঃ" হায়না কৌহুনা লৈমায়দা তাখরে; লক্ষ্মণস্ু
জানকীস্ু হাইথখরে। ভরত ফোংনা পেন্না কপ্লে, শত্রুঘ্নস্ু ফুনগৎহুনা
থাঙলম্বা হৌজিক্তি মখোল থোক্লা কপ্লে।

রাম ঙহাক অস্ুম্না তুরুরগা মনাও লক্ষ্মণগা পিণ্ডদানগী গঙ্গা তান্না
চৎলে। বনগী অফংবা উহৈ ন্নাহৈনা পিণ্ডদান কৎলুহুনা আশ্রমদা লাক্কু না
মনাও অনীগা অমুক তিন্নররে।

রাম লাকলবদা ভরতনা মথূৎ লোন্নরহুনা হায়রকই— "ভ্রাতঃ!
ইমানা জ্ঞান-লৈতবী নুপী ওইবনা মঙোন্দগী হেন্না অমুক লৈত্রবী
মন্থরাগী মন্না লৌরুহুনা ইপাগী মফমদ। অমদি নহাক্কী নফমদা চৎখিবা
অকনবা শাজৎ পুন্নমক ইমানি হায়না ঙাকপিফম থোকপ্রা হায়না নিংঙি।
মপা–লৈত্রবা মনাও ওইবগী ময়াম্বা অহন্না মপানি, নহাক্না হেন্না খঙঙি-
বনি। মপা ওইবনা লৈত্রবদা অহল ওইবা মচানা মপাগী থৌগাই পুফম

থোকই হায়বা নহাক্কী নফমদা ঐহাক্না করি অমুক নীংশিংলুনিংঙাই লৈ ! রঘুবংশগী ঈ অমত্তনা মপা শকপা ময়াম্বা লৈরিবৈদা মপাগী খুভম ঙাকখিবা তৌদ্রি । ভরত হায়বা ঐহাক্না ইপাশকপা ইয়াম্বমক লৈরি-বৈদা নঙগী নখোঙ পায়ত্থনা রাশকলিবা অসিনি, নিংথৌ কৈদৌবৈদসু ওইরোই । ইপানা কোইরম্বা ইপুনা শেম্লবা অযোধ্যা নগরী মপু পান্দনা মাঙলগদ্রা ! নহাক্কী রাথলনি ; নহাক্কী ধর্ম্মনি !

রাম মনাওগী রাঙাং তাবদা সুংশি-মোমোম্লবা রাহৈনা মনাওগী মকোক নাম্না নাম্লত্থনা হায়রকই— "ইয়াম্বদি ইপাগী রাশক ঙাক্তবা য়াদে । মচা-ওইবনা মপা ওইবগী মফমদা তৌফম থোকপা ধর্ম্ম মপাগী শিব-চঙবনা করিসু শকওনবা লৈতে । ঙসি ইপা লৈত্রে । লৈত্রবসু ইপানা ইমাগী মফমদা য়াবম্বা ইয়াম্বগী চহী তরামরিগী বনগী খোঙফমদি মুৎপা য়াদে । নহাক অযোধ্যাদা হন্দুনা ইপানা পীরম্বা খুভম নংনা কোইরু ।"

ভরত— ইপানা রাশকখিবগীদমক্তা নংনা বন চৎত্থনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাকলি । ইপা শকপা নহাক্না বন চৎফম থোকপগীদমক নচা শকপা ননাওনা বন চৎকনি । নহাক্না অযোধ্যাদা হন্দুনা নিংথৌ ওইবিয়ু । অদুগা অমনা ইপানা মহাক্কী রাশক মতুং ইম্না অযোধ্যাগী সিংহাসন ঐঙোন্দা পীবিরম্মী থল্লবসু ঐনা ননাও অমা ওইনা, ঐনা ফংজবা পোৎ নঙোন্দা কৎলি । দান লৎনবা তৌহৈদে হায়বসু নহাক্না হেন্দোক্না খঙ-ঙিবনি । পোকপদগী ঐহাক নঙগী নরোয ওইত্থনা লাক্লবনি , ছৌজিকসু খরাইগা হকচাংগা শেৎনদ্রিমথৈ ভরত ইয়াম্বগী নরোয়নি । হল্লসি ভ্রাতঃ, ঐনা নখোঙ অনি পায়ত্থনা হায়জরি ।

রাম মনাওবু চেজ্জেৎ কোল্লত্থনা । "রাম কৌবা ঐহাক্না নহাকপু ইনাও ওইনা ফংজবা অসুক লাইবক কৈ চায়নীংঙাই লৈতে । ইপানা শরুম্বা রাশকও ঙাক্কনি, নহাক্কী দানসু লৌগনি, ঐ লৌরবনি । ঐনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাকপা চহী তরামরি বনদা চৎলিবৈদা নংনা ঐগী শরুক শিন্দুনা অযোধ্যা ঙাকউ । ঈয়াম্বনা মতম চানা হল্লকত্থনা নঙগা অমুক

চংলে ভরত ময়াম্বা লোৱা। মগোল-শামু খোঙমী-দোলাই-চতুরঙ্গ-ইল্লে। অযোধ্যাগী স্নুপী-স্নুপা অঙাং-অহল লোইনা চুপ্পুনা চংলে। কনাম্না রঘুবংশগী মগুণ শকই; কনা অমনা ভরতকী মগুণ থাই। অতে কনা অমনা দশরথকী মগুণ থাড়ুনা লাউই। মখোয়গী ইনিংমা নোংথক-নোংখা পুমনিল নিনথি। অসুম্না লাকপনা সরযূ লাল্লে, তমসা তুংওইনরে; ভরদ্বাজগী আশ্রম থনল্লে। রামচন্দ্রনা লৈরিবা চিত্রকূট পর্ব্বতকী মন্দা-কিনী-তোর্ব্বান-তাবা বন উরক্লে।

চিত্রকূট-নকশিল্লক্লে, ভরত রামচন্দ্রগী-আশ্রমগী শান্তিভঙ্গ ওইগনি কিবনা লোইনরক্লিবা চতুরঙ্গ অমদি স্নুপী স্নুপা অঙাং-অহল প্রজা পুম্নমকপু লাপ্লপ্লা থনম্লগা মখোঙনা মনাও শত্রুঘ্নদগা লোয়ননা ময়াম্বগী খোঙ্গুল লীবা লাক্লে। লাপ্লপ্লা থম্মি হায়রবতুমঙাই, যোজন তরানিথোই শাংবা, অঙম পাকপা মহানগরীগী প্রজা অমত্তা চিংথগোদনা লাকপনি। অতুগী মথক্তা মপান্দগী ব্রাহ্মণ ঋষি, নিংথৌ-প্রজা কয়া য়াওনরক্লিবনি। মীগী সমুদ্রনি। মীনিংমা মীরাওখোল্লা নোংথক নোংখ পুমনিল্লি। মীয়াম উত্রিবা, অচীকপা-য়াহিপ্লা বনগী শা উচেক করি তথক্লদনীঙাই লৈ! শামু-নোংশা কৈদগী হৌনা লৈথুল হিপ্লা জীব পিশক পিশক ফাওবা মাইকৈ-শলাই খঙদনা চেন্নবা হৌরক্লে, লংজা-কাকয়েন্দগী হৌনা কৌজেং-কৌয়া ফাওবা খারৌ-লাইরৌ থঙনদরে। অচীকপগী য়াত্তা ওইরবা বনভূমি রণক্ষেত্র শক্তম্নথরে। ঈরাং অহ্ টাবা রামগী যাথং মতুংইন্না লক্ষ্মণ উজাও কাছুনা য়েংলকপকা অযোধ্যাগী ফীরাল ময়াম্না বন-তাবা স্নুংশিংকী ঈপাক্তা ঈপোম্নবা উথি। মপুক্তা চিংনবা পোক্লুনা উ মথক্তগী পরপ পরপ কুমথরক্লুনা ময়াম্বগী মফমদা উরুনা পুম্নমক চিংনবগা লোয়ননা তমখি। চিংনবা-অথুকপা অকিবা শকথঙনত্রবা রাম মোমোন নোকতুনা নীঙাইদনা হাম্নগী মতৌগুম তচুম ফমতুনা লৈখি। অচীকপা থানা মশাদা চীকচবা নত্তুনা অয়েংবা থম্মোয়দা শান্তিগী ঈরা খিকপগুম রামগী অয়িংবা শকফম্না লক্ষ্মণগী থম্মোই ঈংখি।

ওহাক্লী মতুংদা উকুশেং জটাপুররবা ভরত শত্রুঘ্ন অসী উরে। রাম মনাও উবদা মনাওগী প্রেম্না ফুক হৌগৎত্ত না মপাম্বোম অনী তিংথোক্ত না

চেম্মোরক্লে। মনাও অনীমু রানা থিরকপা ময়াম্বা উবদা চেনশিল্লক্কুনা মখোঙদা তুররে। রাম মনাওশিংবু কোনখৎতুনা চেজেৎ-চেজেৎ কোল্লগা মকোক মুংশি-মুংশিনা নাল্ল-নাল্লহুনা মুংশি পিরোয়নবা রাহৈনা "ইবুংঙো! করম্বা রাখলগী মথা পোন্দুনা নচিন-ননাওনা উকু-শেৎ জটা পুরিবা? ধর্ম্ম-লৈবা ইপা নিংথৌনা, মচা চানজরবী ইমাশিংনা অমদি অযোধ্যাগী প্রজাশিংনা কদায়মখৈ য়াইফরিবা? করম্বা অপাম্বা পুদুনা নচিন-ননাওনা রারবা বনভূমি অসিদা লাক্লিবা? ইয়াম্বনা অমদি ননাওনা নঙগী করি কান্নগদবা লৈবা? তম্মু, হায়নীংবা পুন্নমকসু অপনবা লৈতনা ইয়াম্বদা হায়য়ু" হায়রকই রাম ভরতকী মফমদা।

ভরত ময়াম্বগী মুংশি-থুন্নবা মপাউখোল তাবদা, অরাবা থম্মোইনা রাবিরৈবা মফমদা অরাবা পোকথোকচগুম, মুংগী অরাবা মপাউ পুন্নমক হীক্লা, তীং-শাক্লা তন্নকই।

ভরত – ইপা নিংথৌনা থীংরায অমতা ঐগোয ইচিন-ইনাওশিংবু থোল্লকই; চইন অমতা ঐখোয ইচিন ইনাও পুন্নমকপু তন্নকই। ঙসি সত্তা চেৎপা ইপানা নখোয় অনীদা টকু থোল্লম্মে; ঐখোয় অনীসু করিগী শেৎলোই? ঙসি ধর্ম্ম কনবা ইপানা বংগী উচৈ বাহৈনা নখোয়গী চইন তয়ম্মে; ঐখোয করিগী শরুক য়ারোই! অহুনা নঙনা শেৎপা শেৎপনি; নঙনা চাবা চাবনি।

রাম— ভরত, ইযাম্বগী ইবুংঙো, অয়াম্বদা চাক, খৌরাংবদা ঈশিং মীগী মপূক ইংননীংঙাইনি। রাববা নযাম্বগী বন খোঙফমদা নঙগী মুংশিবা নপাউখোল্লা ওইরিবসিগুম ঈংনরিগদরা। অহুবু ইবুঙঙো, খোই-খোইনরবা শন্নাংনা লৈতেংলবা নঙগী নকোকতা সনাগী কিরীট, মোইবুং-ঙংদা- মাল্লবা নহাক্কী নঙক্তা বৈজয়ন্তীমালা, নীংথিজবা নাফম অনীদা মকর-কুণ্ডল শামু-নাতোল ঙমজবা নিংথিজরবা নপাম্বোম অনীদা সনাগী তাল, খুজেং অনীদা সনাগী খুজি, পুস্মুমরবা খুদোল তারাদা সনাগী মণি-থাল্লবা খুদোপ, নীংথিনা চেংলবা নখাংদা সনাগী মেখলাগা কোন্নরবা কব্রং ফী, খুজেংদা খুজি, খোঙশাদা খোঙতোপ, নশাদা কব্রংগী সনাহৎপা নম

কোম্নবা নঙগী থাঙমদনা নীংথিজরবা শকফম ইয়াম্বগী মীৎফম্না খোৗরাংই, ইয়াম্বগী থম্মোয়না পামজে ; শেৎলুবা ইবুঙেঙা ! অদুগা অমুকসু নহাকতি অযোধ্যাগী যুব…………।

ভরত— ভ্রাতঃ ! ত্তাকপীরিবা ফীজোন নোংমা ঐহাক শেৎপা য়ারদ্রি। ঙসিদি মদু থোকত্রে। মপা-ওইবনা চৎপা ধর্ম মচা-ওইবগীসুনি।

রাম— ইবুঙেঙা ! নহাক্কী অহীক লৎকল্লবা, পীরেয়- মতৎনবা ৱারবা ৱাঙাংনা তমসি কদায় তমঙমদবা, তমগন্নুসি কদায় থিংঙমদবা অৱাবগী মপাউ অমা নহাক্কী থম্মোয়ন্নুংদা ফারিবা উরুবনা ইয়াম্বগী থম্মোই পুবা ঙম্মোইদৌরে। তমথোক্লোগবা নহাক………

ভরত— নহাক নোংমা অযোধ্যাগী মপুগী মচানি ; ভরত কৌবা ননাও ঐহাক্কীনা ইয়াম্বনি ; ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগীসু মথোক কাবা মতমগীসু মরুপনি। ঙসিদি নহাক মপু পান্দ্রবী নগরীগী চংনফমনি, অদুগা মপা লৈত্রবা ভরতকীনা………

রাম ভরতকী ৱা লোইনা তাবা ঙমখিদ্রে। মপা লৈত্রে হায়বা অৱাবগী পাউ মনাওনা তম্বা ঙমদ্রিবা অদু উবদা মপাগী ৱাখিবনা "ওকলে ভরত !" হায়রন্নগা "পিতঃ" হায়না কৌদুনা লৈমায়দা তাখরে; লক্ষ্মণসু জানকীসু হাইগথরে। ভরত ফোংনা পেন্না কপ্লে, শত্রুঘ্নসু ফুনগৎতুনা খাঙলম্বা হৌজিক্তি মখোল থোক্না কপ্লে।

রাম ঙহাক অসুম্না তুরুরগা মনাও লক্ষ্মণগা পিণ্ডদানগী গঙ্গা তান্না চৎলে। বনগী অফংবা উহৈ ৱাহৈনা পিণ্ডদান কৎলুদুনা আশ্রমদা লাক্তুনা মনাও অনীগা অমুক তিন্নররে।

রাম লাকলবদা ভরতনা মখুৎ লোম্নরদুনা হায়রকই— "ভ্রাতঃ ! ইমানা জ্ঞান-লৈতবী মুপী ওইবনা মঙোন্দগী হেন্না অমুক লৈত্রবী মন্থরাগী মৱা লৌরুদুনা ইপাগী মফমদা অমদি নহাক্কী নফমদা চৎখিবা অকনবা শাজৎ পুন্নমক ইমানি হায়না ঙাকপিফম থোকপ্রা হায়না নিংঙি। মপা–লৈত্রবা মনাও ওইবগী ময়াম্বা অহন্না মপানি, নহাক্না হেন্না খঙঙি- বনি। মপা ওইবনা লৈত্রবদা অহল ওইবা মচানা মপাগী থৌগাই পুফম

থোকই হায়বা নহাক্কী নফমদা ঐহাক্না করি অমুক নীংশিংলুনিংঙাই লৈ ! রঘুবংশগী ঈ অমত্তনা মপা শকপা ময়াম্বা লৈরিঙৈদা মপাগী খুভম ঙাকখিবা তৌত্রি । ভরত হায়বা ঐহাক্না ইপাশকপা ইয়াম্বমক লৈরিঙৈদা নঙগী নখোঙ পায়দুনা রাশকলিবা অসিনি, নিংথৌ কৈদৌঙৈদসু ওইরোই । ইপানা কোইরম্বা ইপুনা শেম্লবা অযোধ্যা নগরী মপু পান্দনা মাঙলগদ্রা ! নহাক্কী রাখলনি ; নহাক্কী ধর্ম্মনি !

রাম মনাওগী রাঙাং তাবদা হুংশি-মোমোন্নবা রাহৈনা মনাওগী মকোক নাল্ল নাল্লদুনা হায়রকই— "ইয়াম্বদি ইপাগী রাশক ঙাক্তবা য়াদে । মচা-ওইবনা মপা ওইবগী মফমদা তৌকম থোকপা ধর্ম্ম মপাগী শিব-চঙবনা করিসু শকওনবা লৈতে । ঙসি ইপা লৈত্রে । লৈত্রবসু ইপানা ইমাগী মফমদা য়ারম্বা ইয়াম্বগী চহী তরামবিগী বনগী খোঙফমদি মুৎপা য়াদে । নহাক অযোধ্যাদা হন্দুনা ইপানা পীরম্বা খুভম নংনা কোইরু ।"

ভরত— ইপানা রাশকখিবগীদমক্তা নংনা বন চৎতুনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাকলি । ইপা শকপা নহাক্না বন চৎফম থোকপগীদমক নচা শকপা ননাওনা বন চৎকনি । নহাক্না অযোধ্যাদা হন্দুনা নিংথৌ ওইবিয়ু । অদুগা অমনা ইপানা মহাক্কী রাশক মতুং ইন্না অযোধ্যাগী সিংহাসন ঐঙোন্দা পীবিরম্মী খল্লবসু ঐনা ননাও অমা ওইনা, ঐনা ফংজবা পোৎ নঙোন্দা কৎলি । দান লৎনবা তৌহৈদে হায়বসু নহাক্না হেন্দোক্না খঙঙিবনি । পোকপদগী ঐহাক নঙগী নরোয় ওইদুনা লাক্লবনি ; হৌজিকসু খরাইগা হকচাংগা শেৎনদ্রিমখৈ ভরত ইয়াম্বগী নরোয়নি । হল্লসি ভ্রাতঃ, ঐনা নখোঙ অনি পায়দুনা হায়জরি ।

রাম মনাওবু চেজ্জেৎ কোল্লদুনা ! "রাম কৌবা ঐহাক্না নহাকপু ইনাও ওইনা ফংজবা অসুক লাইবক কৈ তায়নীংঙাই লৈতে । ইপানা শক্লম্বা রাশকশু ঙাক্কনি, নহাক্কী দানসু লৌগনি, ঐ লৌরবনি । ঐনা ইপাগী ধর্ম্ম ঙাকপা চহী তরামরি বনদা চৎলিঙৈদা নংনা ঐগী শরুক শিন্দুনা অযোধ্যা ঙাকউ । ঈয়াম্বনা মতম চানা হল্লকদুনা নঙগা অমুক

নীতি-জ্ঞান অমসুং মখোয়গী থম্মোয়দা মরা চেত্তনা লৈবা ধর্ম্মজ্ঞানবু তোঙাননা তোঙাননা খোংগাউনবসু মথেংনৈ, অতোপ্পনা মাত্ত ফারক্কবগী তাঙা রাংলি হায়না থাজরবদি। অসুম্না সামাজিক পুন্সিদা মশা মশাবু ক্রম-বিকাশ তৌরগে। মসিনা মপাললোমদা চংথোকপা পুন্সিনি। অসি-গুম্বা পুন্সি অসিদা য়াম্না নোক্নিংবা রাকম অনদি, অসিগুম্বা মীতাশিং অসি মশা মশাগী মগুণ অত্তু চামনা পুরি, অত্তুগা মশা মশাগী দোষবুনা চামনা য়েল্লি, অত্তুগা অতোপ্পা মীগীদমনা হায়বদি মাগী Psychological self কা মত্তুং চন্দবা মীশিংগীদমনা মাত্তমী ওন্ন তৈনবা মিংয়েংনা য়েংবা অসিনি। মনাক্তনা মশাগী ফিরেপফম তাল্লকপদা মশাগী গুণগী মত্তুং ইন্না চপচাবা মফম অত্তদগী অহেনবা পান্মুবনা হায়রিবা দোষ গুণগী বিচার মতো অসি থোক্লিবনি।

পুক্কি, রাখল অসি মপান্দা চংপা মতৈ চংলুরগা 'বুমরেং' গুম মরুমনা অমুক হল্লকই। মত্তুংলোমদা চংশিল্লকপা হল্লকপগী লম্বী অসিবু নিবৃত্তি মার্গ কৌই। মখোয় অসিনা আত্ম-প্রাতিষ্ঠাগীদমক তোংনৈ। মখোয়না তাইবং মী মশক খংনমগা তারে। মতোমতবু তোঙান্না খাই-দোক্লা খত্তবা ওইথোক্তনা শত্তুবগী ইপাক অত্তু অসুম অসুম পাকথোক্লকই, লোয়ন-লোয়ননা মিংয়েং পাকথোক্লবত্তুনা মফম অমসুং মতমগী পংথৈ লান্দুনা ভুমথৈ নাইদবনা মাগী ধর্ম্ম ওইখি। সমাজদা অসুম্বা মিংয়েংনা য়েংবা তান্নবা মাগী মশিং য়াম্মিবমথৈ মঙ্গলগী মশক্কি। অত্তুবু অসুম্বা মীগী মশিংদি পংয়াম য়ামদে, থোইদোক্না তাংই।

নীতিজ্ঞাননা পীরকপা অথিংবতনা, আইন অমসুং লমন খুম্মকপগী দণ্ডতবু কিবতনা পুন্সি চাংয়েং-লম্বীদা মীওইবগী নোম-ইকপগী মমাই চুমথোক-চুমশিন ওইবনদি সমাজ মরা চেৎপা য়াদে। হেন্নিংবা, ভন্নিংবগী রাখল্লা নক্কৎতুনা সমাজদা কাংখোং চাইবা পুরকপা শোইত্রবনি। অত্তুগা সমাজ মরা চেৎননবা মাসিদগী হেন্দোকপা পোৎচং থরা লৈহন্দবা য়াদে।

অনৌবা শেম্বা, অনৌবা হৌদোকপতনা হায়বদি সৃষ্টিশক্তিতনা সমাজগী চাওখৎপগী, হিংননবগী মরুনি। চিন্তাশক্তি, ভাবশক্তি অমসুং

অনুভবশক্তি— অহুনগী অপূনবগী অনৌবা স্মষ্টিতনা সমাজদা অনৌ-অনৌবা থবাই হাপ্পি, পাঙ্গল পীনৈ।

অনৌবা স্মষ্টিগী মতাং অসিদা সমাজগা সমাজ অতুগী ঐতিহ্য অমস্থং সংস্কৃতিগা লৈননবা মরীনী রাংকম চংলকই। "পুন্সি হায়বসি তুংহন্না যেংলগা মশক খল্লগনি; হতুগা হিংবনা মাংলোমদতা চংশিন্দুনা হিংগনি।"— মহাত্মা গান্ধী। চাওখংপা অমস্থং হন্থবা অনী নসীগী হমা নত্রগা অমা ওইনা অসি মী, সমাজ অমস্থং জাতি খুদিংগী পুন্সিদা ওই বি। লেংদবা পুন্সিনা প্রকৃতিগী জীব অতোগীনি। সমস্ত নত্রগা জাতিগী চাওখৎপদি তোঞ্জবদা উকম ওহনগা অনৌবা স্মষ্টিগা চাশিন চুশিন্নানা মাংলোমদা চশিল্লবদতা ওইগনবনি। হাইদোক হাইজিন মাদনা, ক্রমক ফাজিন্না চংপা মচৎতি হন্থনকপা 'ভাইটেল' ক্লিগী নিংথাকখেৎপা, অমাংবা ওহনা চাউখৎনবগী যেক্লবনি। অতুগী ইতিহাস অমস্থং সংস্কৃতিনা নদাও ফাউনা অনৌবা স্মষ্টিনা ওহনা চেহনা লীনা থেম্ব মমলগী মথক্তা জাতিগী তুংগী পুন্সি নন্দুনা লৈ, জাতিগী, সমাজগী শিন চয়গী রাংকম নল্লি।

অতুদি সংস্কৃতি হাযবা অসি করিগুম মীওইবনা মাগী রাথন্না মাগী আত্মানা অকোয়বদা লৈবিবা প্রকৃতিবু মাগী মশাগী পোকপদগী কোন্নচেনকপা অমস্থং কেংনা তাংশিনবা মশা মশাগী হৈনজবা, থঙবনচিবগী প্রভাব কযানা লৈবকপগা মতে ওহনা, অর্থ হনবা মহন অমস্থং মাতুগী মতুং ইন্না চৎলকপা মচৎ অতুনা মী মী মশাগী পুন্সি মবেনস্থ ওইবিবা অতুবু ঐখোযনা সংস্কৃতি কৌবা য়াগনি। অহুনা সংস্কৃতি হায়বদি মী অমগীস্থ, সমাজ অমস্থং জাতিগীস্থ পুন্সি মবেন অতুনি। মীওইবনা মাগী মাগী নীতিজ্ঞান ধর্ম্মজ্ঞান, থাজবা হৈনবা অসিনচিংবগী মতুং ইন্না পুন্সি লেন্নবি, মাসিনি মাগী সংস্কৃতি হায়বদি। সমাজনা অপূনবা পুন্সি লেন্ননবগীদমক হৌদোকপা থবকশিং অমস্থং নীতিজ্ঞান ধর্ম্মজ্ঞান অমস্থং মহুগী মতুং ইন্না পরিবেষ্টনীবু উবা মউ, মীগা প্রকৃতিগগী মরী অমস্থং মীবু, প্রকৃতিবু অর্থ তৌবা মতৌ— অসিনি জাতিগী, সমাজগী সংস্কৃতিদি। কোবি মপাল শাৎপীবু ঐখোয়না

চিঙ্গাক ওইনতা শিজিন্নবনা নৈ ওইনা উবা ঙমদে। হিন্দুনা, থোই-দোক্না বৈষ্ণবশিংনা তুলসী পাম্বীবু বৃন্দাদেবী, বৃন্দামাতা কৌতুনা পূজা কৎনরি। অতোপ্পা জাতিদদি অসি উ-পাম্বী মচা অমা নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে। ঙা চাদবা কাংবুদা ঙা অসি মুংশিনফম ওইবা জীব অমনি; মথোয়না মসিবু হাৎপা উরগা মথন্নাই শোকই; অতুগা অচাবা কাংবুদনা চিঙ্গাকনিনা হাৎপদা হালেংদে। অসুম্না মীওইবনা প্রকৃতিবু, পরিবেষ্টনীবু অর্থ তৌনরি। মাসি কাংবু অতুগী সংস্কৃতিগী মতুং চনবনি।

তাইবংমীগী ৱাখলদা ভারতকী বিশেষ ওইবা দানদি, উপানিষদকী লোলদা হায়রগা, 'অভয়' হায়বদি অকিবা লৈতবা হায়বা অসিনি।

ঈশ্বরবু দাবী তৌদবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম, নিরাকার, নির্গুণ ব্রহ্মগী বৈদান্তিক ধর্ম্ম, ঈশ্বরদা মপুং ফানা আত্মা সমর্পণ তৌবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম মান্নদবা, তিন্নদবা ৱাখলগী পুন্না অকিবা লৈতনা লৈমিন্নবসিনি ভারতকী সংস্কৃতি. মাসিদা লৈরিবা 'টরেসন' অসিনি ভারতকী সংস্কৃতি। তিন্নদবা মান্নদবগী মতুংদা তিন্নবা অমতা ওইববু উবা, অমগী মৈগী যজ্ঞদা ময়াম্বু আহুতি পীতুনা মপান নাইদনা পাকপা থম্মোইবু হৌদোকপা অসিনি ভারতকী সংস্কৃতি। অসিনি ভারতকী অভয়দান। অতুনা কবিগুরুনা—

'একের অনলে। বহুরে আহুতি দিয়া  
বিভেদ ভুলিল, জাগায়ে তুলিল,  
একটি বিরাট হিয়া ॥'

মীওইবগী ৱাখল্লা খনবা য়াবা করম্বা ৱাখলগী ক্ষেত্রদা ভারতকী ৱাখল্লা চৎখিদবা য়াওবগে? করম্বা পুন্সিগী 'ফেক্টবু' ভারতনা তরাম তরান্না অকিবা লৈতনা লোদবা য়াওবগে? আদিম মানব-জাতিগী চাওথৎতবা অপোৌবা ৱাখল্লগী পুন্সি মরেন্দগী হৌরতুরা মথং মথং ক্রমবিকাশ তৌরক্লুনা থোইদোক্লা কুপ্লবা, 'সটল' ওইরবা ৱাখলগী থাক্তা কাখৎপা, মমৈদা আধ্যাত্মিক্কী খম-থেংনা ৱাংবা 'আনন্দ'গী মহাও তংবা ফাওবা হাইগৎপা চিন্তা, ভাব অমসুং অনুভবকী মতোন ফাওবা কারিবা অসিনি

ভারতকী ঐতিহ্য, ভারতকী সংস্কৃতি। 'দশাবতার'গী অর্থবু মসি নত্তরা? মাসিনি ভারতকী অভয়দান—।

অতোনববু তুরুকচদে, মরমদি মসি পুন্সিগী 'ফেক্ট' অমনি ; তুরুকচবগী মহুত্তা হুংশিনা লৌশিনবা, অতোনবা হায়বা অতু মাঙখিনবা হন্থরিবা অতুদগী চিংখৎনবা হুংশিনা কোনশিনবা অসিনি ভারতকী সংস্কৃতি। লিন্না চিক্লগা হেক্তা শিবা অতুদা কিখিতুনা লিনবু পূজা তৌবা য়াওরবস্তু লিন হায়বা অসি মহু পানবা করিস্থু লৈতবা জীব অমনি হায়বা খঙনা খঙনা লিনগী 'সিম্বলিক' ওইবা লাই অমা হৌদোক্তুনা, মখোয়বু তোঙা-নবা নত্তে, 'ইশামক্লি' হায়না অকিবা লৈতনা কোনশিল্লি, লৌশিল্লি। ধর্ম্মগী রাখলদা থাইদগী রাংবা থাক খঙবা কাবা য়াদবনা অনেম অরাং নাইনা মথং মথং লৈবা থাক ওইনা লৌশিল্লি। পূন্নমকপু 'সিনথেটিক' ওইনা পুশিল্লকই। মসিনি ভারতকী অভয়দান। ভাগবত গীতানা হায়রি,—

যো যো যাং যাং তুং ভক্তঃ শ্রদ্ধয়াচ্চিতুমিচ্ছতি।
তস্য তস্যাচলাং শ্রদ্ধাং তামেব বিদধাম্যহম ॥

'একং সদ্বিপ্রাঃ বাহুধা বদন্তি' হায়বা গীতাগী অমসুং বৈদিক বচন অসিদা থোইদোক্লা সার্ব্বভৌমিক ওইবা হিন্দু ধর্ম্মগী অথৌবা রাফমনি। অসি পূন্নমক অসিনি ঐখোয়গী ভারতকী সংস্কৃতি। শম্না হায়রবদা, থাইদোকপা তোঙানবা পুন্নমক মাঙহনতুনা মশা মতুংদা হুংশিনা কোনশিন্না অকিবা লৈতনা লৌশিনতুনা থাইদোকপগী 'অস্তিত্ব' মাঙহনবা অসিনি ভারতকী সংস্কৃতি। মাসিনি ভারতকী অভয়দান। অতুনা কবি-গুরুনা হায়রি,—

'হেথায় আর্য্য, হেথা অনার্য্য
হেথায় দ্রাবিড়, চীন—
শক হুনদল পাঠান মোগল
এক দেহে হলো লীন

দিবে আর নিবে, মিলাবে মিলিবে
যাবে না ফিরে ॥'

ভারতকী সংস্কৃতিগী অথোইবা ৱাফম অমদি মীবু অৱাংবা মফম পীবা অসিনি। পুন্নমক্কী মথক্তা তাইবং মীদি ( Above all is man )। 'তৎ ত্বমসি' হায়বা বেদান্তগী খোল্লাউনা চহী লিশিং কয়াগী মমাংদা ভারতকী উমংদা ঋষি কয়াগী থম্মোইদা ফাউবদগী লাউরম্বা খোঞ্জেল অসিনা ভারতকী হুংশিৎকী শউম খুদিংদা তোংলতুনা ঐখোয়গী থম্মোয় খুদিংদা ঙংতুনা থক থক য়ৈররি, হায়রি 'নংস্তু মহাক্তি ; নংনা নিংলবদি স্বর্গগী লাই ওইবা ঙমগনি ; করিগী নরোককী তিল ওইহুনা লৈরুরি ? হোৎনৌ খল্লু, হে তাইবংমী নঙোন্দগী হেন্না চাউবা লৈত্রবনি, অসিনি ঋষিশিংগী খোল্লাউসে। কয়াদা অকিবা লৈতনা অসুক চাউবা ৱাফমবু হায়দোক্লম্মিবা! অসিনি ভারতকী সংস্কৃতি। অসিনি ভারতকী 'অভয়দান'।

"লৈঙোই মরিক অমদা বিশ্ব-সংসার উগনি,
উগনি উমংগী লৈরাং খুদিংদা স্বর্গগী অমরাপুর।
পায়জগনি অসিমবু নংগী খুবাম মচা মহুংদা
ফংজগনি অনন্তবু তেল্লবা মিকুপ মহুংদা।"
—ব্লেক।

গুরুদেব রবীন্দ্রনাথনা হায়রি—
"ইহুংবুংগী লেমলেনা মৌনব্রত তৌজরি
ইকংথক্কী জীবনা য়োয়া য়োয়া নিঞ্জরি,
অত্যাগী চেক্লানা হুংশিনা ঈশৈ শকচরি।
সমুদ্রগী মহাশান্তি. পৃথিবীগী নিনখোংবা
অত্যাগী ঈশৈ, মপুনি অমত্তা ঙাইবা
তাইবং-মীপোক মহাক্তি॥

—মাসিনি ভারতকী সংস্কৃতি। সমাজ ; সংস্কৃতিগী সাধারন অর্থ অমসু ভারতীয় সংস্কৃতিগী মরম্-খরা খরা নৈনরবা মতুং অসিদা ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজগী সংস্কৃতিগী মরমদা খক্তিক্তং পনবা নৈনবা মতাং চাবনা ৱায়াম ঙাংজনিংবা পংতা তারোইদ্রা খল্লি। মৈতৈগী নীতিজ্ঞান, থৌনা, পুন্সি মরেন, পরিবেষ্টনীদা যেংবা মিৎয়েং শম্পৎনা খন্নসি।

মৈতৈগী নীতিজ্ঞান থোাইদোক্না ৱাংই। মিনস্বা ঙাংনদে হায়গ্রবদি, য়ানগ্রবদি মাহ্না আইননি, পুনসিদা তৌদবা য়াগ্রবা মথৌনি, শেলথুম পূথোক-পুশিনদা দলিল চংদে, সাক্ষী থম্নদে। ঙাংনখিবা য়ানখিবা ৱাফম্না দলিলনি, সাক্ষীনি। কনাগুম্বনা মফম অমদা ঙাইহ্না লৈগেতবু হায়গ্রবদি খুদোং থিবা কয়া থোক্লবস্থু হায়নখিবা অহ্ ঙাক্না চৎলি। অপংবগী খুদম নত্তে, মিনস্বা কিবগী খুদমনি; অৱাংবা নীতিজ্ঞান লৈবগী ৱাফম্নি। থবক মচা, ৱাফম মচানা পুনসি মশক খঙনবনি। মসিনি মতম অমদা ওইৱম্বা ঐখোয়গী পুনসি মরেন। মসিনি ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী শরুক অমা।

বৃটিশনা পাল্লিঙৈ মতমদা মখোয়না লল্লোনবা কাংবু ওইবনা নীতিজ্ঞান, ধর্ম্মজ্ঞান খোংগাউনহ্না ঙম্মিবমখৈ লল-থুম তানশিনবনা ওইরম্মি পুনসিগী আদর্শ, অহ্ থাংথহ্না, শমথহ্না ঐখোয়না চৎহল্লোবনা হৌজিক ঐখোয়না শাগী থাক্তা কুমথরবা মীবু ফাওবা মখোয়গী লন-থুম অদোমদগী খন্নহ্না সমাজদা অৱাংবা মফম পীনরি। 'করপসন'না থল্লে, হায়নরি। অওইবমকস্থু থল্লিবনি। অহ্বু তেংথা-ঈশৈনা মসি কোকপা ৱারোই। আইনগী শিজিন্নবা মীস্থ, আইন অহ্না চৈথা পীগদবা মীস্থ করপসনগী মখা পোনখিবনা। আধ্যাত্মিক পূজাবু ভৌতিক পূজানা নম্ধংখ্রে, লাইবু হিংচাবনা অমরাপুরদগী তাম্থোকখ্রে, সাটানগী দিগ্বিজয়গী খোংচৎ থিংবিনিঙাই লৈখিদরে।

অমত্তা ওইবা পাম্বে হায়ববু ঐখোয়গী হান্নগী সংস্কৃতিগী মহুং চনবা নীতিজ্ঞান শৌগৎপা, অনৌবা মমল হৌদোকপা। মী অমস্থং পোৎকী মমল পীবদা অনৌবা আদর্শ অমগী মতুং ইন্না পীনজিবা মখৈদি ঐখোয়গী সমাজ অসি থিংবা য়াদনা লৈখা তাগ্রগদ্রা হায়না অকিবা পোকই।

মী অমা ওইনা, জাতি অমা ওইনা পৃথিবীদা থৌনা ফত্তবশিংগী অৱাংবা মফম লৈবা হৌনদে। সমাজদা নীতিজ্ঞানগী মরাই চাইথরকপা মতমদা সমাজদা চিৱোন খারোন হৈবা, পাংদবশিংগী অৱাংবা মফম লৈবা থেংনগনি। মাহ্ সমাজ অহ্গী শিথরকপগী খুদম্নি। থৌনাগা

নীতিজ্ঞানগা নক্লবা মরী লৈ । মৈতৈদি অনীমক্কী মপু ওইরম্বনি । খোং কাংজৈ, মুক্না, শগোল কাংজৈগুম্বা নিপা-থোকপা মশান্নতা শান্নবা পাম্বা মৈতৈগী থৌনাগী ৱাফম শাংথনিঙাই লৈতে । মৈতৈনা মী অমদা অনী চঙহ্নবা, ময়ামগী ৱাদি থাপ্পা থমগ্রো, কৈদৌঙৈদম্ম ফুরমদে, য়ৈনরমদে । মখোয়না খুৎলাই পায়দবা মীদা খুৎলাইনা থানরমদে ; থারবদি চোপ্প-রম্মি, ইকাইনরম্মি, পাংদবা শিংদা চন্নরম্মি ; মসিনি থায়নগী ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী শরুক অমা । ইংলণ্ডগী 'নাইটহুড'কী আদর্শ অদু মৈতৈ খুদিংদা লৈনরম্বনি ; ইংলণ্ডগীদি মী খরতনা নাইট ওইবনি, মৈতৈগীনা মী খুদিংমক । হৌজিক্কী মতমদা থৌনা ফবগী অৱানবা আদর্শ অমা চংশিল্লকই অসি ঐখোয়গী হান্নগী আদর্শ অসি হৌদোকতুনা থিংহৌবা থোইদোক্না কান্নগনি ।

অসিগুম্বা অকল-অথৌগী আদর্শ লৈবনা শগোলতোংবা লান্‌মী খরতা লোইনহনা শ্রীযুৎ নরসিংহগী মপাবু ভদ্রসিংহনা মনিপুরদা অৱাবু খুন্দাহনখিদবনি ; চহী তরেৎ চুপ্পা 'গোরিলা' লাম্লেং থেংনখিবনি । লম খনা লৌবনা জাতি অমবু জয় তৌরে হায়নদে । তত্তুনা 'গোরিলা' লান্লেংনহনা লৈবা মৈতৈবু অৱানা করিগুম্বদা জয় তৌখিদে । জাতি অসিগী সংস্কৃতিদা থৌনাগী অৱাংবা মফম পীনতনা মসি ওম্মম্‌ইবনি । অসিনিদো ঐখোয়গী সংস্কৃতি ।

মৈতৈ অসি সংস্কৃতিদা কয়া ৱাংনা কারবনো অদুদি ৱাফম অমা অনীতনদি হেক্তা ময়েক শেংনা খঙনিংঙাই লৈ । হরাও-তরাম হায়বা অসি পুনসিগী চংদবা য়াত্রবা পোৎচং মথেল অমনি । মতুনা শান্নবদা— পুনসিগী মরী লৈনবা প্রকৃতিগী মরু ওইবা 'আস্‌পেক্ট' অমগা মরী লৈননা, অমদি পুনসিগী অচেৎপা মতুংগী অর্থগা মরী লৈননা অমদি অচুম্বা পুন্সি মরেন তাকনা শান্নবা মশান্না হৌদোকপসিদি মৈতৈ নত্তুনা পৃথিবীগী করিগুম্বা জাতিগী মরক্তা থেংনদ্রি । মসি অচম্বা থোপকী মতীক নত্তে । মৈতৈনা শান্নরিবা খোং-কাংজৈ, কাং, হিয়াং অসি চুম্না ফুংঙাইবা থিবগী ৱাতা নত্তুনা পুনসিগা নক্লবা মরী লৈনবা মতম,— হায়বদি ফুমিৎ থা, ঋতু

চহীগী মঙ্গুংগী অর্থগা মরী লৈননা শান্নরি, পুনসি কদাইবু কৌই ? অমস্থুং করম্না লেনগনি হায়বা তাকনা শান্নরি। চুম্না হরাও-তয়াম থিবগী শান্নবদা অস্থুক লুনা পুনসিগী মঙ্গুংগী অর্থ পুথোক্না শান্নবা পৃথিবীদা লৈত্রবনি (পুম্নমকী অর্থ স্থুগাইনা ইবা অরিবা লাইরিকতগী লৌথোকতুনা তখেল্লম্মম শ্রীবোকুলগী 'মৈতৈ-ঈনাৎ'তা লোইনা ফংবিগনি)। অত্থুগা করম্বা য়ুমদা শান্নবা মশান্না ঐখোয়গী কাং শান্নবদগী হেন্না মুঙাইবা ফজবা মশান্না লৈবগে ? কেরোম, ব্লিয়ার্ড, পিংপোং, লুডু ঐখোয়গী কাংগা চাংদম্নবদা মখোয় অসি অঙাংগী লাই-ফদিবী শান্নবা মাল্লি। অসিনি ঐখোয়গী সংস্কৃতি।

অরুবা খ্রাখল চংদবা অমদি নিপাথোকপগী মতীং ফুদোকপা য়াদবা মশান্না মৈতৈনা পামদে। চৌশা শাননিংদে, শান্নদে— লাইমনবনি থনবনা রং অমস্থুং কচ্চা য়েংননা বুদ্ধিগী অয়োবী উৎপা মশান্না পামই; শান্নে। পৃথিবীগী করিগুম্বা জাতিনা শান্নদবা তাস— শাগে মৈতৈতগী ওইবা শান্নবা মশান্ননি। সত্যেন বোস অমদি আইনষ্টাইনগুম্বা মী অমন মসি হৈখিত্নুনা মসিদা চংলিবা অংকগী বিচারগী, গম থেংবা খ্রাফম অসি শন্দোকপিরবদি পৃথিবীদা 'ব্রিজ' মুৎখিগনি: মৈতৈগী থোপকী গুণবু উন্নরমগনি। সংস্কৃতিদা জাতিগী 'টেলেন্ট'কী খ্রাফম খঙবনা অরুবা খ্রাখল থনবা পাম্বা, হৈনবা, অসিমস্থু ঐখোয়গী সংস্কৃতিনী। 'কম্যুনিটি লাইফ'তা মৈতৈগী থোইদোক্না নিংশিংজবা মওংনি। অমগা অমগা থোইদোক্না মুংশিনবা মতেং পাংনৈ। লৈকাই শিংলুপ, মৈরম মৈরিং অমস্থুং শিবনাবা মতমদা হৌজিক ফাওবা অমগা অমগা মতেং পাংননবা শিল্লিবা থৌশিন, অমস্থুং নিয়মগী মখাদা অমস্থুং স্বাভাবিক মচরিৎত্নুনা থৌত্নুনা পাংনরিবা মতেং অসিনা ঐখোয়গী 'কম্যুনিটি লাইফ'কী নিংথিবা মওং ফোংদোকলি।

মনিপুর মতম পুম্নমক্তা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরবস্থু মসিদা সমাজবাদ চৎলমই। শেনজাও পাইবগী ওৎ-নৈবা করিগুম্বা ওৎ-নৈবা

লৈরম্মদে। ভারত সরকারনা তৌজিক্তা কন্না পাইখৎলক্লিবা 'পঞ্চায়তী-রাজ' লিংবা হায়বসি মনিপুরদা চহী-চা কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবা চৎনবীনি। মতু ঐখোয়না মুথৎখরে। মসি পুম্নমক ঐখোয়না মীগা মীগগী মন্নুংদা য়েংলকপা সংস্কৃতিগী মহৈনি।

অসিগী মথক্তা ঐখোয়গী কলা মখল মখল অমসুং ঐখোয়গী সমাজদা নুপীগী মফম, হায়বদি নুপীবু য়েংবা মীৎয়েংনা চিংবা ঐখোয়গী সংস্কৃতি পুম্নমক শুগাইনা ইবা তারবদি অচৌবা লাইরিক অমা ওইগনি। ঐখোয়গী ফিজেৎ-চাক্চা ঐখোয়গী কলা অমসুং ঐখোয়গী নুপীশিংবু ওক্তবী ভাক্তনি হায়না বাংগালী অমনা চহী কয়াগী মমাংদা চৈ থাংত্তুনা 'ভারতবর্ষ'দা ফোংখিবদো 'য়োগুিস' লাইনানা নারবা মীগী মমীৎতা পোৎ পুম্নমক নাপু ওইনতা উবগুম্বনি। মানা ফনা চৈত্তুনসু মৈতৈগী কলা, মৈতৈগী লু-হেনবা পৃথিবীনা খঙনরি, থাগৎনরি। মসিগী মরমদা মখা তান্নিংঙাই লৈতে। অত্তুদা ঐখোয়গী নুপীবু—"সধবা বিধবা নাস্তি, নাস্তি সতী পতিব্রতা।" হায়না পুল্লপ্পা ওক্তবী শীংদা চন্না চৈবসি অরাবনি। মসুন্না মমাংঙৈদা মিস মেয়োনা 'মাদর-ইণ্ডিয়া' ফোংত্তুনা ভারতবাসীশিংবু, থোইদোক্না ভারতকী নুপীশিংবু ওক্তবী ভাক্তনি হায়না চৈবদা, গান্ধীজিনা "She is a drain inspectress" হায়না পাউখুম পীখি। অত্তুগী মতুংদা লালা লাজপৎনা 'ফাদার ইণ্ডিয়া' ফোংত্তুনা পাউখুম পীখি। বাংগালী মচা অসিগী অমোৎ-অকায় হুনদোকফমদগী হেন্না উদবা মীৎ-য়েংনি হায়বদগী হেন্না হায়নিংঙাই লৈতে।

মহাভারততা মহাদেবনা উমাগী মফমদা আদর্শ ওইবী নুপীগী বর্ণনা পীয়ু হায়বদা উমানা পীখিবা বর্ণনা অত্তুদগী মৈতৈনুপীনা তাবদি লাইরত্তুনা হেনত্তুম হেল্লি। মৈতৈ নুপীনা ইমুং মন্নুংগী মকু-মনেম মচা-মরা পীজরবা মতুংদা মশানা কোন্না চাজে। মপুরোইবনা চাক্রিঙৈগী মমাংদা চাক চান্নদে। খ্বাইদগী থেংনা তুম্লগা, খ্বাইদগী হান্না হৌগত্তুনা মপু-রোইবগী অহল-লমনগী সেবা অমসুং লু-হেনবগী থবক পাইখৎলি। মপুরোইবগী মাংথানা পুনসি মতোল লোমজগে লাইনিংজৈ। মপরোইবা

য়াওদবা অমরাপুর মৈতৈ মুপীনা পামজদে। মুপীবু ইন্দ্রি-সেবাগী শাগ্নপোৎ ওইনা করিগুম্বদা য়েংদে। সমাজদা মুপীগী অক্সাংবা মফম লৈ। চাওখৎলে হায়না চাওথোক্চরিবা নোংচুপলোমগী সমাজদা মৈতৈ মুপীগী লৈরিবা অক্সাংবা মফম লৈরম্মবা অমসুং মুপীবু পোৎ ওইনা লৌশিন্নরমত্রবদি 'Female emancipation' গী মরু হুনখি হায়রিবা ইবসেনগী 'Doli's House' লেংলমলোই। মসিনি ঐখোয়গী সংস্কৃতি।

শ্রী চিঙাখম পিশক সিংহ।

# নিংশিংলগ ইব

ময়ুম পানক্সিব নহারোল নত্তন, য়ুম লিংলব নিপা নত্রগ হুপী পুম্নমক্ক মুম্ন খংই, লৌ লিংব লাই, য়ুম লিংবদি লুই হায়ব। মরাইবক ফব খর নত্তন মনিং থুংদব, হায়নিংব য়া কয়া লৈব তাবিনবদি লৈত্তব য়ামখরে। তাবিগে হায়ু হায়নিংব, পাবিগে ইয়ু ইনিংব তাকপিবসে ফন লাইবক ফব য়ানি। পুন্সিদ তুংখৎলকইব হুডাইতব, পেনদব ময়াম অসি লোইন হায়দোকতন ইশাগী পোৎলুমসি খর য়াংহনজরসির? ঐবু খিন তৌখিব, ঐঙোন্দ খুদোং চাব পীদব, ঐন য়েক্কব ওইন খনব মীশিং অত্তবু চৈত্থন কল্লক পেন্নসির? মীন তাবিগদর? পাবিনিংগদর? ইব হৈব মীদি মরন্নাই য়াম্ন ময়ামগী হুডাইনব ইব ঙমই। অত্থ য়োন ইবম্ন হৈত্তব মীম্ন মপুন্সিগী য়া মীন হুডাইনব ইব তম্ব য়াই। থোকখিব য়ারি ঙাক্ন হুডাইব নত্তে। ভাবন শাজন্দুন ওইব য়াব য়া খর মতাং চান হাপচিনবন হেন্ন সাহিত্যরোমদ মমল কাব য়াই। মইসি পারগ য়েংবিয়ু, হুডাইবর, কান্নবর, অসিগুম্ব ইব লাইদর হায়ত্থন।

মীন নিঙবন অম লাইন তম্বন অম। ঐখোয় বাজিন হৈহননিংবন লাইরিক, ঐন হৈরকপন মার্বল-শান্নব, চেগায়গী থাক্কা। ইংরাজী তম্ব মাংই হায়নত্থন বাজিখোয় তমহৌদে। তুংদ য়াম্ন নিংঙমহৌদত্থন ঐবু কম্ন তম্মু হায়ত্থন থৌজিল্লি। য়েনশাং অহাওব পিজে, খোংউপ তোংহল্লি, খোংগ্রাউ ক্কজব উপহল্লি। লাইরিক তম্ব চৎতব য়াদে, ঔরাইব য়াৎপ য়াদে, শাজে খাঙত্থন থম্মি। বাজিন য়ুমদ তম্বিব ঙম্মিডে পায়া খর ফায়ম্মি, লাইরিক তম্ব কাব ওল্লমদে। ক্লাস ফোর ফাইভ য়োৎকপ মতমদ History অমসুং Geography পারা বাংলা লোনদা তম্বন কাব খর য়াখি। ওজাসি ফাদবশিংবু সম্বল্লে মশান কল্লি, ফাদব ঐখোয়গী ইমাইন সম্বল্লে মহৈমুক মুনক্সি ফাওব, ইমিংত লিক্লা লিম্বক্সি ফাওব

চৈগী নোং হাংদে। 'লাইরিক তম্ব কাদব য়াদে, নবুক য়েকশিন্নবন কান্নরোই, নোংম-নিনিতগী ৱানি, অঙাং', ফক্লাংদ থেৎলিব শাজৈন য়ুমদ ঙংইব। 'স্কুলদবু কারক্লবদি পারা ফারকতব য়াদে। অতৈদদি খরবু কৈ, ইতিহাস ভূগোল, ফাবু-ফারকত্রবদি নমীত্ত শিম্বনব প্রেম-ধারা পোক্লব ঈশিং খর য়াম্ন থক্লগ কারকউ',—বেংগলি স্কুলগী অকোয়বদ হৌরিব শম্বল্লেগী ঈঙ্গীতলোন। সম্বল্লে মশা খুবাম খুবাম মুংত্তিগী অঙাং ফুনব হেকপদ মথৱাই মুঙাইন শাৎপ ঙমজদে, চহী কুমজা অমফাও ইমাশকপীদো। ইতিহাস ভূগোল তম্বিব ওঝাইবুঙোগী মথুৎস্থ শম্বল্লে মশা হেকপদ তিংখংন ফন য়ুথররিনি, অতুবু ঐখোয়দ ফুবদি থক হন্নখিদে। ইমান থাম্ব য়াদন লাইরিক ঔরাইবদগী, তম্ব চৎতবগী বাজিন ফন থীন ফুই, ঐ লাইরিক ফগৎতে। শম্বল্লে তিংখংন থাম্ব য়াদমখৈ, ইমাশকপী শম্বল্লেন ময়াং কংত্রিক কংন তেংথাব তাদবমখৈ ওঝান ঐখোয়বু ফুখি; কনান শুৎ শুৎ কপখি, কনান লাউখোংতুন কপখি, ওঝা ইবুঙো অতুদি মবুক ফগৎপ উখিদে। চৈ পায়ব বাজি অমসুং ওঝা, য়ৈর য়ৈরগ য়ৈনিংব হেল্লকই, মুংশিব খঙদব হেল্লি। চৈ চাব ঐ অমসুং ইমান্নবশিং চৈ চার চারগ হৈনরকতুন চৈ খাংব হৈরকই, চৈ কিরকতে।

চৈ খাঙব খর ঙম্বন চৈ হাওহনবদি নত্তবনিন চৈ চানিংব মী লৈতে। ঐখোয় বাজিন নেক্তুন তমহল্লিব লাইরিকতু লৈথোক্তুন ইথরাইন তাব মহৈ হৈনিংলক্লে। মতম অতুন্নাইতু মার্বল কাপ্পদ খুৎ চুম্বসি য়াম্ন কল্লক্লরমই। অতুদগী অমুক হেন্ন থৱাইন পাম্ব মহৈদি চেগায় মচেৎন শান্নব ধাক্কাদ খুৎ চুম্বনি। লাইরিক তম্বগী অহাংব মতমদ য়ুমদ অমসুং স্কুলদ মার্বল শান্নব য়াই, অহল-লমন্ন থিংদে। ফোংন শান্নব য়াদবদি ধাক্কানি। লাইরিক তম্ব লৈথোক্লগ খঙন-চান্নবন উরোইদব লোবুক-লমহাংদ, চিংঙা-পিশুমদ ঐখোয়ন ইবুক পেন্ন শান্নখিবহ্ন চেগায়গী ধাক্কানি, চেগায় মচেৎ খর হুল্লগ অপিৱদ ককপগি মহৈ। থা অমদ ১৫নিন বাজিন পাম্ব লাইরিক তম্ব কাহুন চৈ খাঙউই, ১৫নিন ইথরাইন পাম্ব ধাক্কা শান্নবদা খুৎ চুম্ব তম্মুই। থরাইন পাম্ব মহৈদি ঔরাইব তন্দবনিন পরপ

পরপ হৈগৎলকই। ধাকা শান্নবসি জুরাৱগী লম্বীগ ফাওনৈ হায়ত্তুন অহল-লমন্ন উরগ য়ৈনৈ। উদনব লোন্ন শান্নব কেকু-লোৎপীগুম মুংঙাই।

অরুব মকমদ ককউ, পীরগ কাক লাউন ককপ ওস্বসি ফন মুঙাই। 'নাইন কেপ্ট, ওল নাথিং' হায়ত্তুন কোম্বন্দ খিনব মার্বলবু অরাপ্পদগী তম্মকপদ পোম্বদি কয়া মুঙাই হায়বত্থু চৈপনব বাজি অমসুং য়ৈগনব ওঝান ভাব তাবিরম্নবদি লাইরিক তম্বসু মুঙাইনব শেমদোবত্তুন লাইরিক হৈব মীশিং ঋামথৎলমগদবনি। মার্বল অমসুং ধাকাদ খুৎ চুম্নব তম্বদ চু-চাবদৌন থুম্মিব, লাইরিক তম্বদন চৈ চাবদৌন নারিব করিগীনো? অতম্ব কাঙবু অমসুং তম্বিব কাঙবুন খংনিংঙাই ওইব হিরমনি।

লাইরিক তম্ব লৈথোকত্তুন ধাকা শান্নব মার্বল ঐরাইব মুংদি মুংঙাই হায়ববু ওঝান অহল-লমন্ন য়াদব পোৎনিন মতম কুইন মুঙাইব ঙমদে। ঐখোয়ন ঙসি চাক ঙস্তা চারগ চিংঙামখোংদ শান্নরিব ধাকা অসি বাজিনা লাক্কুন উরবদি কমদৌনি? স্কুলদ বাজিন চৎলগ ঐবু থিরুবদ থেংনদ্রবদি ঐবু য়ুমদ লৈহনগদ্রে? ওঝান য়ুমদ পাউ চেন্ন্নবদি? লোরিব ছুটিন মরম লৈশিল্লকত্রত্তুন ইবোক মনা হুৎপগীনি হৈজিংপোৎ পুবগীনি ফাওবা হায়জন্নরক্রে। ছাত্রন ঋারিমচা ইব হৌবসি লাইরিক তম্ব লৈথোকপগী ছুটি নিবদগী হোই। স্কুলদ অচুম্ব মান্নব থুমগদব ঋারি, য়ুমদ লিরুনব ঋারিমচা লেঙবা অরাইব থবক নত্তে। ঋারিত্তুন নাতৈ চাত্রবদি মুঙাইত্রবদি ইনঙ্গনদ লীচৈগী নোং, ইখোংদন সম্বলৈগী লেন। ঐখোয়গী ইচে মাধবী কৌবী লৈশাবী অম লম্বোইরগ দেশ সেবাগী জঙ্গলদ লৈখরে; ঙরাংদি মহাক থিরুব চৎপদ লাইরিক তম্ব কারকপ ঙমজত্রে, ছুটি পীবিয়ু ঙরাং এবসেন্ট ওইবগী। ছুটি পীগদব ওঝা কয়া য়াম্ন লৈনি? ঋারিমচা নাতৈ চাব, অওইব মান্নব লেংব হৈগনব ছাত্রদি ছুটি লৈথোকনব, ময়াম্ন য়াদব তৌব হৈনব, হুরান চিনথিদ মীন কয়া ফাব ঙমত্রব জগৎন ওইগনি হায়ব য়াই। ফাগি নত্তে, নোকপিমু। থরাই য়াওন নৈইন হোৎনরণ মীদি হৈরকই। অরানব থবক মীন থঙদনব ঋারিমচা শেম্বন হিরম অসিদ অহানব ওঝান

হায়ব য়াই। ৱারিমচা লেংব হৈনব জুৱার শাম্নৌ, হুৱাল্লু, লাইরিক তম্ব লৈথোকউ হায়জবদি নত্তেকো। অচুম্ব মাম্নব ৱারি লেংব লুই, য়াম্ন ৱাই ; দগি ফংদৌরিবনিকো অওইব মাস্ত্রগ হায়ত্তুন থৱাই য়াওন হোৎনব Bad boy ন খর হেম্ন হৈব য়াই।

থাংজ হুমিৎকী ছুটি থারকপদ হয়েং ছুটিনি হায়বগী মুঙাইবত্তু ৱাহৈন ফোংদোকপ লুই। নোংমাইজিং হুমিৎন তাশিল্লকত্তুন হয়েং নিংথৌকাবদ স্কুল কারগ শম্বল্লে চারুনি খনবদ থৱাহ মুঙাইখিদবদো হৌজিক ফাওব লাইমন ওইন ইশাদ পকই। নিংথম চংলকপগী নিংথৌকাব অমদ বাজিন ঐবু স্কুল কারুরম্মু, নংগী মামগ নখোয় অনী অহানব ওইন লবুক্ত শন শেনমিংরুরো হায়ত্তুন ছুটি নোংম পীবিখি। মত্তু ঐগী পুম্সিদ মমল য়াম্নব হুমিৎনি হায়ন হৌজিক্ত থল্লি। ঙরাংগুম্ব নোংমাইজিংত্তু খুজি য়াওদন ভাবকী শগোল হনিংঙম্ন থৌত্তুন শান্নখি, শাম্নবত্তু লোইদন হয়েং নিংথৌকাবগী ভূগোল ইতিহাসকী শম্বল্লেন পন্দুন শগোল মথক্ত গাপত্তুন চিংলকপ 'সংযুক্তাহ' তিংখং মরক্ত অত্তুম থাদাখি-রমই। মথংগী নিংথৌকাবত্তু বাজিন লিলাহু লোইথোকচরো হায়নগী মতাগুম লৌবুক্ত ইনিং তম্ন থাদোকপিখিবত্তু কাওব ঙম্নরোই পুম্সিসদ। অযুক গুংশাদ মাম ইবানি ঙাতোন-ঙারেনগ পাল ইরোম্বগ চাখি। চাকতু চজিক্লি, মামন ইরোম্বদ কোৎপ হৱাহ মতোনদো লৌখাহ অমদি ফাগত্র, হাওব্রেদ চাক য়েনশাংদো ! হকচাংন ফরিঙেদ পুক্লিং মুঙাইন চাখিব এনশাং! মতম অত্তুগী হৱাহ মতোনত্তু ইরোনবদ কোৎত্রবস্তু ঙাতোন-ঙারেনদ নত্রগ চাক চজিকত্তুদ তোৎলগ চাবস্তু অত্তুম মহাউখ। থাজদব তোবিম্মু, শগোলথক্ত ভাবন গাম্নিব সয়ম্বর-সভাদগী চিংঙকপ সংযুক্তাত্তুন লম্বী চিংত্তুন পুরবদি চেত্তেক ফাওব ঙাকিজো কংভোগুম্ন হাওই।

যণ তরামুকতু হোইরত্তন গৌরসিং খোংনাংমখোং য়োরে। লৌবুক্ত যণশিং থাদোকত্তুন মনীং তম্ন চাহল্লে। মাম ইবাম্নিন খোংবান মচা অম পন থিংত্তুন ঈশিংলে, ঙামু মচা, ঙাখা, ঙাকিজো, খুবাম অমরোম ফারে, শন্থি অকংব খুনত্তুন মৈ হোগৎলে, লৌত্তুন চারে, চুরুট মত্তেক

অম থক্লগ লৌরীদ ঙাবোং থাত্নন মাম তুমখরে। ঐন পোরোং থিরে। ইথন্দ য়েৎক ওইগ পাইত্নন কাওনরে হুই খোংলে, ইশৈ শক্লে, লাউত্নন শান্নরে। খোন্থাংন থুম্লে। লৌরীদ মোন থাংত্নন হিপ্লগ অতিয়াদ পাইব Wordsworth কী লৈচিন, Shelley গী উচেক উরে ……… ভাবন ম্বারি কয়া লীত্নন, লিংলা তৌত্নন শান্নরে …, অফা-অপুন অমত্ত লৈতন, পূক্লিং মকা লাম্ন অহাংব লৌবুক্ত হুংশিৎ চাব, হুমিৎ তাব য়েংব, লৌবুক্ত ষণ ময়াম্ন চাব, লম্বীদ মী চৎপ উব, পূক্লিংন খন্নিংব খনবদ অপনব লৈতবত্থু, পৃথ্বীরাজন সংযুক্তবু সয়ম্বর সভাদগী চিংত্নন মরৈবাক্ত পুরকপমুক হুঙাই হায়ব য়াই। Wordsworth কী vacant mind অহাংব পূক্লিং হায়বত্থু লৈরবদত ফজব হুঙাইব ম্বাখল তাওখৎলকই অফা-অপুন্ন থল্লব তাইবং পূক্লিংন মীচং নাইদব সাহিত্যগী ইরুত্থ লোকপ ঙমদে। লাইরিক ইগে হায়রবদি পূক্লিং ম্বাই শংহনব তমদব য়াদে। হৈনথরবদি খৈদেনদ কবিতা ইব ঙমই। নহাগী পূক্লিংদি ঈশিংদ ঙাম্নমহা ফাব য়াবগুম থুত্নম চনব ম্বাই। মতা চাব মতম পংন থোকতব থেংনখিবত্থু লীজবদনি। বাজিন য়ুমদ চৈরম্মোই, স্কুলদ ওঝানস্থু য়ৈরম্মোই খল্লুবনর করিনো খঙদে, হুমিৎ অত্থু লাইরিক লেংব মতমদ ইমিৎত শং শং হেকত উই, হুমিৎ অত্থুগী ঐগী পূক্লিং অত্থুন্ন মকা লামহল্লগ ইয়ু হায়ন তাকপগুম তৌই।

নোংমস্থু ঐখোয় য়ুমজাও অমনবগী মথক্ত মখোং মোৎপ পুংদোন পাম্বীন লোৎত্নন মুনত্রিক-মুল্লব, থুতুম্মুক চাওরব পুংদোন কয়ামুক ঐবু উহনখিবত্থু অঙকপনি। শরৎকী লুরব অতিয়াদ লৈচিন অঙৌবন হরাওন পাইরি, খম্ব্রাংচাক্ল মনীং তম্ন চর্ফোন মশাদ তোংত্নন খোংঙি, নহানমথৈ ঐবু উহনদন মুনব ঙম্মে হায়ত্নন পুংদোম্ন নোকই। দূর্গাপূজা তৌগনি ছুটিনি হায়ত্নন হরাওরব ঐন মত্থু উরুবদি রবীন্দ্রনাথ, কীটস, কালিদাসনচিংব তুংদ পাব ফংলগদবগী থুদমনি। অত্থুক হাওব উহৈ অমুক্ত চাখিঙ্গি, মতুংদস্থু চাব ফংখিদে, ফংলনি হায়বস্থু থাজদে। মী থুদিংমক মতম অমদ, মতাং চাব অমদ অসিগুম্ব ম্বারেং শৈরেংগী মচাক উব

তাব থেংনব ঙাক্তনি। মী থুদিংমক্ত কবি মরু হুনব ঙাক্লি, নিংথিম থৌবিদবন, ঈশিং চায়বিদব হার হাপ্লিদবন কবি পাম্বীন মহৈ য়াম্দবনি। মী-কবি হায়ব তোঙানব জীব অম লৈব নত্তে।

চহি ৪০ রোমগী মমাংদ ঐখোয়গী পুখ্রীদ থম্বাল অঙাংব ১০৮ য়াম্ম শাংখি। মতম অহু মণিপুরগী পুখ্রী পাৎন চিংব অতৈদ থম্বাল শাংতবদৌন ফজন য়েংনৈ, লৈনৈ। থম্বালশিংহু কৈথেন্দ পুহুন ঐন য়োনখি। লম্বীদ পরপ পরপ মুম্রে, অয়াম্ব মতমদ খৈদেন য়োঁত্রিছেদ লোইন শিংলি। ফজন শাংপ অমদ পৈশা অম শিংলি, পোমশাংনব অমদ মতেক শিংলি থম্বাল য়োনবগী শেলহু ঐন শেনফুদ থাদহুন তুংখৎলি, কায়থোক্তে পংন। রান তুংখৎচরব শেলহু অতৈদ মাংখিদে, থাকা অমসুং কাং শান্নবদ নত্তন। বীস মারো, দাস্তি কাটো, ময়ায় ককউ, কোম্বাম্দ ককউ হায়হুন পীব পৈশা মশক উদব মথৈ লংকা, থারব অহু অরাপ্পদগী হুন্দুন ককপহুদি নিংদোন তীং চোংই, 'মৎ ছুও শোকহু লাওরগ খুৎ থাক্সৎহুন জগোয় শাদব ঙমদে। অপীবদ পানদবগী কোংবগী চামরক মাংঙু রবসু অমুকতং ককচবগী নুঙাইবহুদি চহী নিফু নিংশিংঙি। ঐন ককউব খুৎহুনদো, মীৎয়েংদো, খুৎহাইদো, ঙকইনদো! কাং শান্নবদসু অহুমঙাই, নিফুরক পান্দব নিংশিংপোৎ নত্তে। অমুক্তং পন ঙাকপদ পানজবদো, তাইবুঙো হন্দক্তি সোইবিব য়াদে। কদাইদগী ইবেম্ম, পাম্বোইবীগী কৃপা য়েংগ-দৌরিবনি। থোইরু তরুগ, কাং ওংহুন ফিভম তৌরগ, 'সোইফদে' হায়ন লাওরগ কাপ্পদ স-র-র-র ত্রেক লাওন তিন্সিবী মরুহু ঐগী কাংহুন থোমখিবু—করিনো ফমথব নংহৌদে চন্দ্রজিনীন পানা-খুদপ অম থক লাল্লি। ময়াম্ম ভালো ভালো তা-পনঙাকপ! করিনো হুমিৎ অহু 'ঐবু ঐর' হায়বহু য়োন মুঙাইখি। থাক্লাদ কাংদ মাংখিব শেল, মতম, চাখিব চৈ, তাখিব মীরা কোংখিব শেল, পোথিব পাজল, লাইরিক তম্ব শিংখিব, কি মোংখিব—পুম্নমক করিসু ওইদন থল্লি। ঐন দাস্তিদ কক-খিবা খুৎহুন, পংঙাকপদ পানখিব কাংলুপতো পুন্সিদ মমল কয়া য়াম্নবনো? থবক থুদিংদ মহুগী খুৎহুন, কাংপান য়োহনব হোৎনবন পান্দম অম পী।

পান্দম্ অসি য়োনব ইব, পাব, নোম্ব মী খুদিংগী তৌগদবনি। মায়-থিখিবশিং অত্থু কাওরগ মায় পাকখিব খুকাপশিংত্থু নিংশিংহুন য়োনব তাল্লবদি মশাগী অমসুং ময়াম্মক্কী কান্নগনি।

ফজখ্রেদ সত্য ইবেমচান শেম্ব তখেল্লে-নাচোমদো! শমজি পৈরপ পুল্লগ নাচোম অত্থু থেৎতুন হুমিদাংল্লাইরম সনাবুল পায়রগ পুথ্রিদ ঈশিং শোকপ থোরকপত্থুদি করিনো! খোঙথাংনব কাউত্তুন হুঙগী মুত্তিগুম ঐখোয় অনী'হুম চপ চপ লেপ্লি। লৈ নাচোমত্থু লুপা কয়া চংবীবনো লৈজরগেব; অমন হংই। য়োম্নবা নৎচদে—নোকফেৎ তৌরগ খুমলকই। মান নোকফেৎ তৌবত্থু নোংথাং কুপ্পগুম পুমঙান ঙাম্ন উই, মান লাকপ মাইকৈত্থুম। রাহং শোয়রে হায়ত্থুন ঐন—নাচোমত্থ লৈজগে হায়ব নত্তে; নিজংহৌরগে হায়বনি। মথুৎ ওইন লৌথোক্লগ য়েৎন পায়ত্থুন, নিবিদ্রবসু ঐন পীজরকপনি খনবিয়ু, হায়রগ পীরকপত্থ হেক লৌবদ ইশা পুম্নমক ভূমিকম্প তৌখি। পৃথিবীসু মীকুপ অত্থুদগী ইনৌ-নৌন শেমগ্রমাল্লে থল্লি। ফাগী থর তৌনরগ, করি পাখোংনো খম্নত্থুন ঐখোয় অহুম হল্লক্লম্মি। পাখোংন থল্লব তাইবংপান্নি, পাখোং ফোংনব লাক্লব নহা খুদিংগী মথৌনি। কনান পাখোং লুন চল্লি, কনান লাইন চল্লি। পাখোং ফোংব ঙমদব কনান হিমালয় চিংদোন' কারি, কনান সমুদ্রগী লৈখাদ লুপই, কনা অমন লৈপাক লৈপাক কোয়ত্থুন মহৈ তম্মুরি, শেন তাল্লুরি। কনান লৈ ফজব থিত্থুন নাচোম শেম্নব পরেং লেংনব লাক্লরি, কনান লৈ নাচোম শেম্নব শেল তাল্লি, লৈ পরেং লোক্লব ফজব লাং শারি। হোৎনব, মায় পাকপ, খুদি থীব, ঙমদ্রিফাওব ঙম্নব লাক্লব পুন্সিগী লীলানি।

হিংবগী হুঙাইব ফজন শান্নবনি। অনৌব পাখোং চনব, পাখোং ফোংনব লাক্লব। কান্নরব হুঙাইরব থৌদোক কয়া মায়য়োক্লব, মায়থীরবসু হোৎনব তন্দব মায়পাক্লব অমুক লাক্লব। উরুব তারুব থেংনরিবত্থু পুন্সিদ কান্নব শিজিন্নব। শিজিন্নববু হৈরবদি কান্নদব লৈত্তে। মায়-পাকপসু কৈ, মায়থীরবসু কৈ। অনীমক ইশাগী অমসুং ময়ামগী হুঙাইনব কান্নব মচাক ওস্নোকপ য়াব ঙাক্তনি। মী খুদিংমক মাগী মাগী পুন্সিদ

অতৈগ মান্নদব থৌদোক কয়া থেংনৱব ঙাক্তনি। মথোয়শিংহু ময়ামদ কবিতা, ৱারী, লীলা ওইন ফোংদোক্লগ য়েন্নহুন মুঙাইমিন্নব, ৱারবস্তু ৱামিন্নব সাহিত্যগী থবক্নি। পাবিনব তাবিনব লৈরবদি ইগদব মী অমসুং মচাক ৱাৎপ হৌনদে।

শ্রীতোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ।

# মাধবী অমুক পারুবদা

"কাঞ্চি লৈকোল! অঃ কাঞ্চি লৈকোল য়েংসি লাও
লৈকোল অসি কুইদরি!
খোন্নৌ নহা খোইনিং'মা
খোংজরমই মখৌ পোঙনা
চেক্লা মদোম ঙায়জখি
নীংঙমখিদে মহাক্তক—কুইদরি।"

—সমরেন্দ্র

মীনা ফাওবসি মওং কয়া থোক্নি। লাইরিক পঙইদা ইগ্রহুনা ময়ামহুদগী পাল্লকপা অমা নত্রগা অনীনা পুথৎলকপা মফাও অমা, খূদম—রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং সেক্সপিয়ার। অনীশুবা মওং অমনা লাইরিক

অমতনা শৈরেং অমতনা রারেং অমতনা ফাওহল্লকপা অমা। ডাক্তর কমলস্তু কবিতা কয়ামুক্তি ইরম্মি হায়ববু মপুং ওইনদি মাধবী হায়বা উপন্যাস অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা অমর খুবমগী আসন মচা অমতদি দাবী তৌরি। লাইশ্রম সমরেন্দ্রস্তু মহাক্কী "লৈলাংবা" হায়বা শৈরেং অসিমতনা কবি অমনি হায়বা খঙনরি। মহাক্কী

"উদবরা শকহেনবী?
য়াহৌথেঙবী লৈরাংবী!
ঙসি ইস্নুং লৈকোনসে—
য়েংও লাও, উদরনে শাৎলিসে"

হায়বসিনা অপাবা থম্মোই খুদিংদা থুক লাউনা ফজবা অমা পোকহল্লি। ফাজিন্দুনা লৈরম্লবা ছন্দগী অনৌবা ইফুৎ থেংনৈ। ডাক্তর কমলগী মাধবীসি ঐখোয় কয়ারক পারে, নৈনরে অমস্তুং চিনদা পুনরে। অদুবু অমুককস্তু পানিংলি; অমুকস্তু য়েংনিংলি; ইপেন পেনবা নাইদ্রি। হৌজিক ফাওবা লাংতক্লরবা মুজাশিংনা মোনুময়াদা লাইরিক অসি থম্লরি; থাপ্লবা খুনয়া কয়াদা, লৈকায় কয়াদা লাইরিক-হৈবা-তাদশিংনা মচন ওইবীশিংদা পাদুনা তাহল্লি। শাবী শানৌগী মুংশি-মুংওন-থম্মোইগী বাইবল ওইনরি। উরীরৈগী অল্লাবদা কপ্পরি; শশীগী ফাগিদা নোক্লরি অমস্তুং মাধবীগী শিন্থরকপা পিগা লোইননা শাবী শানৌ কয়াগী অল্লা-পোথোকফম ওইরি।

মাধবী উপন্যাসপু পণ্ডিতশিংনা নৈনরকপসি ঐঙোনদদি ইয়ৌ য়ৌদ্রি হায়বগুম্বা অমা তত্তনা ফাওই। ময়াম্না উনরিবসিনা চুম্নগী মপানগী কুরাংবানদগী ইহেন হেজিন্দবগুম্বা অমা থেংনৈ। মসি লম্নাইনি—চুম্নমদবস্তু য়াই। ঐহাক ইশামক্লা থাগৎচবা ফাওবা ইপেন পেঙদ্রি; পেনাগী অশৈবশিংনা থোইবীগী ফজবা থারকপদা ইপেন পেল্লকতরদুনা ফজবগা থোইবীগা তান্নরকপদা ফজবনা মাইথীরে হায়বা প্রমান মতা অদুনি। চুমই মাধবীগুম্বা চেনা খরদগী নবেল অসিদা দোষ-গুণ পুথোকপা য়াই, পঙলুস্তু লুদবা য়াই; অদুবু মদু থাদস্তু মাইহিং কায় হায়বগুম্না

তৌই। মপুং ফাবা শকক্নম অমদি হৌজিক ফাওবা অয়ুক্কী মাল্লিকা লৈরাংগুম্না নিংথিজরি।

সমালোচক অমনা মাধৱীবু বঙ্গ সাহিত্যগী বঙ্কিমচন্দ্রগী মমিদগী কয়া হেনফাত্তনা উই। বঙ্কিমগী "তুর্গেশনন্দিনী" "সীতারাম" লোমদগী লাকপা মঙালগুম্নতা উই। অচুম্বদি য়াওদবা নত্তে। "কৃষ্ণকান্তের উইল" ফাওবগী প্রভাব থেংনৈ। মসিমস্থু নৈনবা য়াই পণ্ডিতশিংনা। অদুবু মসি শাৎকাইরবা লৈ অমগী ফজবা তাকপদা পাম্বী অদুনি, হার অম্সুম্না হাপই, অদুগী লৈকোন্দ্বা হৌবনি হায়বা তাকপনি। লৈ অদুমক্কী ফজবদি তাকপা নত্তে। লৈ পরেং ফজনা লেংলকপদা থাগৎনরিবসি মরুওইনা মালিনী লৈ পরেং লেংলিবী অদুবুনি; লৈ অদু ঙাক্তবু নত্তে। ময়াম পুন্নমক বঙ্কিম-সাহিত্য নৈনবা ঙাক্তনি; অদুবু কমলদনা মাধবী ইথোরকই। মহাক্কী তোপ তোপ্পা কবি প্রতিভানা মণিপুরী ভাবোকপু ইঙাও ঙাওহল্লি।

মমিংমকস্থু পনশিল্লুরে; মথক্কী বঙ্কিমচন্দ্রগী রোমান্সনা মপুং ওইরবা উপন্যাসশিং অসি অমুক্তং য়েংখিসি। বঙ্কিমগী লাইরিক খরা পারুবদগী মূর্ত্তি খরদি সীন খরদি কমলগী মাধবীদা তাদে হায়বা য়ারোই। ওইরকপা মশক্তবু য়াম্নমক থেন্নরকই। "তুর্গেশনন্দিনী" রারীদা মপাগী কৈশুমশংদা বন্দী ওইরিবা, রাজকুমার জগৎসিংহবু মুসলমান চনু আয়েষানা লোন্না সুংশিজখি; মহাক্কী লৈজবা পূম্বা কথোককে থৌরাংখি; অদুবু করম্নদি মহাক্কী সুংশিবা ফোঙদোক্কনি, পুন্নমক্কী মথক্তা জগৎসিংহগীদি লৈরি ঙাইরদুনা তিলোত্তমা। লোন্না থূপ্পা রাজকুমারগী মনাক্তা থৌনাদনা কৈশুমশংদা লৈরি আয়েষানা। শ্যামসুন্দরগী অম্বুবাদতগী মতেক অমক্তং থৌগনজগে। "আয়েষা অদু অমুক রা ঙাংশিদ্রে। অমুক হন্না অরেপ অথম লৈতনা পিগী ঈরা শিন্দুরক্লে। য়াম্না রানা মহাক পি অদু থিংবা হোৎনরক্লে।

রাজকুমারদি আয়েষানা খোল থোকতনা কপ্পত উবদা পুঙক ঙকপ্রে। মহাক্কা হায়রকই, 'আয়েষা! নংনা কপ্লিবসিবু করিগীনো?' মহুদসু আয়েষা

থুগ্লক্কে। রাজকুমারনা অমুক হায়রকই, "আয়েষা ঐনা হায়জরিবসি অমুক্তা তাও, নংনা কপ্লিবগী মরমন্থু কোক্কদবা, লৈরবদি ঐহাক হরাওনা শেমশারি। ঐনা বন্দীদগী নানথোকসি য়াদে হায়বা ৱাকম অসিগীদমক্তদদি আয়েষাগী মিত্তা পি শিন্থকম থোকতে। নংগী নপাবুংগী কৈশুমশং 'সিদা ঐগুম্বা বন্দী কয়া কয়া অৱাবা তাহ্নুনা লৈরি।"

অত্থু ফাওবদা আয়েষানা রাজকুমারদা পাউথুম অমতা পীবা তৌদনা ফীজিনা পি তৈথোক্তুনা লৈরে। ওহাক অসুমনা চীক্লা তুমিন্না লৈরুরবগী মতুংদা মানা হায়রকই,—"রাজকুমার! ঐ অমুক কপ্লরোই।" [ দুর্গেশ নন্দিনী ২৪৫ ]

ৱারীগী লোইশিল্লকপদা অমুক জগৎসিংহগা তিলোত্তমাগা লুহোং-লবদা আ য়ষানা মণি মুক্তা কয়া পীথোক্লবা মতুংদা তিলোত্তমাদা আশীষ তৌখি; পাউতাক পীখি; প্রার্থনা তৌজখি। অদুবু অরোইবা ৱাহয়দা "অদুগা ঐগী—নংগী অথোইবা ললবুনা থম্মোইদা চেৎনা থম্মু।" মতাং অসিদা শ্যামসুন্দরগী অনুবাদতগী মতেক থরা শমথজগে।

"নংগী অথোইবা লল" হায়না পল্লকপদা আয়েষাগী খোঞ্জেল অত্থু ফাইরকই; মাগী মিৎলুদা পিগী ঈরা চেল্লকপত্থু তিলোত্তমানা উই।

তিলোত্তমানা ৱামিন্নবী অমগুম্না হায়রকই, "করিগীদমক্তা কপলি-বনো" মসি হেক তাবদা আয়েষাগী মিৎলুদগী পি মরীক মরীক শিন্থরক্লে।

আয়েষানা মিকুপ অমা ফাওবা অমুক পন্থবা তৌদনা খোংথাং য়াঙনা কা অত্থুদগী থোকখিত্থুনা দোলাইদা কাখৎখ্রে।" [দুর্গেশনন্দিনী ২৯০]

ৱারী লোইশিনজবা তারকদা আয়েষানা কায়না মৈচাক থাঙবা ওমত্রহ্নুনা মঙোন্দা শিরিবা হূগী খুদোপ চুপ্তুনা আত্মঘাত তৌগে নিংলকই। অদুবু মতুমক্তি ওইখিদ্রে; খুদোপত্থু লানবলগী থাঙপাৎতা লংথখরে। মসিনা দুর্গেশনন্দিনীগী অরোইবা পরেংনি।

ডাক্তর কমলগী মাধবীগী "অরোইবা শরুক" তসু মথক্কী মূর্ত্তি থরসি পুশিল্লকই—অদুবু অমুক কয়াদা খেন্নথ্রবা। কাঞ্চী লৈকোন্দা লৈভাং শংবী ফি শেৎলবী মাধবীনা মীৎকী পিগা লোয়ননা লৈ লেংলি,

শিন্থরকপা পিনা পরেং অহু পুমচোৎ চোৎলি। ধীরেন্না চঙশিল্লক্লগা হায়রকই—

"লৈয়াং লেংলিবী নহাকপু কাঞ্চী লাইরেম্বীরা, নম্রগা মপুরোইবা থাইনবগী মৈচাক্লা ভাওরদুনা নংগী অহুক নৌরবা হকচাংদা লৈভাং শংবা ফি শেৎলবরা? কনাগী মরমগীদমক নংগী মীত্তা পি শিন্থবগে?" অসুম হায়না চথরকপা সীন অসি তশেংবমক মণিপুরী সাহিত্যদা অভাঙবনি। অসুক থম্মোই শোকপা অসুক শুংশিবা মতাংসি ঐথোয় পঙনা থেংনরোই। অরোইবমক্তদা কমলনা "চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা চীং-মান নারক শীংলক্তা-মাঙনগুম অরেম্বা উকং ওইনা" হায়দুনা অরেম্বদা কংদুনা মাঙথবা মাধবীগী ফোংদোকপা ভমখিদ্রবা শুংশিবদু তাক্লকপদা কনানা মীৎলুদগী পি শিন্থদবা ভম্বগে?

বঙ্কিমনা কমলদা পীরকপা প্রভাবসি চরিত্রদা নত্তে; শকফম মওং কয়া ওইনা লাকপনি। মাধবীবু আয়েষা মালহনবা নত্তে। ৱাকৈ ৱাতা থরা মূত্তি থরা থম্মোইদা পানবা সীন থরা লৈচিন নোংফাইগী মতোৎগুম্না কমলগী থম্মোই আকাশতা য়োরকপনি। চরিত্র মপূংদি কমলগী তোপ-তোপ্পা খুৎশেম্নি। সীন অমতংগা পুশিনজরক্লে। "কৃষ্ণকান্তের উইল" দগীনি।

লুখ্রাবী রোহিণী নাইতোম ওইনা বারুণী পুখ্রীদা তোয়না ঈশিং শোক্লি। শকফম ফজরবীনি; শনাবুল থাংদা চপ্লদুনা লাক্লিবনি থঙহোদে—বকুলগী মশাদা তোংলদুনা বসন্তগী কোকিলনা খোংলকই—কুহুঃ! কুহুঃ! কুহুঃ! "চথোকখরো চৎলো শকথিনী" হায়দুনা ফনা তাম্থোকপা হোৎনজে অদুবু কোকিলদি খোংবা লেপতে। হৈনো পাম্বীগী মশাদগী তোয়না তোয়না খোংলক্লে। পুখ্রীগী সিড়িদা কুমথরক্কুনা মতোমদা ফমদুনা রোহিণী কপক্লে; শনাবুলনা ঈশিংদা তাউথোকহনখ্রে।

মতাং অসিদা বঙ্কিমচন্দ্রনা পীবা কমেন্ট—"করিগীদমক্তা কপ্লিবনো মতু ঐহাক থঙদে। শুপী ওইবীগী পূক্লিংগী ৱাবু ঐনা করম্না খঙজগনি। অদুবু ঐগী পূক্লিংসিদা কম্না চিংনবদি, ফৎত্রবা কোকিল অদুনা রোহিণীবু কপহনবনি।" [ কৃষ্ণকান্তগী উইল—শ্যামসুন্দর, লামাই ২৩ ]

মতাং অসিরাইগী সীন মতেক থৱা অসি কবি কমলসু মতা চানা মাধবী উপন্যাসকী "কাঞ্চি কোকিল" দা য়াম্নমক খোংনা অমসুং নৌনা পুশিল্লকই। শরদ পূর্ণিমাগী অহিঙদা মীচিক মীরাওখোন তাস্রবদা শেগাইরবা থাংপোকশং মন্নুংদা ৱাচেৎকী ফমুংদা ফমতুনা কপ্পুনা উরীরৈনা কোকিলগী চিন্তা তৌতুনা লৈরি। বীরেন্না চৎলমদাইদা হায়রম্বা— "থেংগ্রবা অহিঙদা পুন্সি মপান্দা হৌরিবা লৈহাউ পাম্বী অসিদা তোংতুনা খোংবা কোকিল অতু ঐনি হায়না নীংবিয়ু" অসিমক্তা মহাকপু অঙাওবীগী মতৌ ওইহল্লি, অতুবু মিরবা খোঙ্গেলদা "কুউ" হায়না খোংলকপা তারে। অতুবু খোংলিবসিবু কোকিলমক শোইদ্রবরা ? কমলনা হায়রি— "বীরেনগী আত্মানা কোকিল ওইতুনা পাইরক্লবরা নত্রগা উরীরৈগী রারবা থম্মোই অতুদা করিগুম্বা চেক্লা অমনা খোংলকপবু কোকিলনি খনগ্রবরা অমদি উরীরৈগী-অৱাবমক্তবু হেনগৎহনগে হায়তুনা করিগুম্বা খঙবা ঙমদ্রবা নোংদম অমগী মতুংইন্না থাঙ্গৈশেংনা কোকিলমক পাইরক্লবরা খঙদ্রে। খোঙ্গেল অতু তশেং-তশেংনা "কুউ" হায়না উরিরৈনা তাখি। কমলগী কাব্য শক্তি— Suggestive beauty অসি য়েংবিয়ু। কোকিল খোংবনিসু হায়দে, কোকিল নত্তেসু হায়দে— মহাক্না তুমিন্না হংজরি। "কাঞ্চি কোকিল" হায়বগী সীন অসিদা পীরীবা উরীরৈগী মূর্ত্তিসু মণিপুরী সাহিত্যদা অতাঙবনি ; মতাং অসিগী ফজবা অসি—মথক্তা নৈনখ্রিবা রোহিণীনা পুখ্রীদা কোকিল মখোল তাবগী শকফম অসিগা তান্নবা য়াবা নত্তে। বঙ্কিম ফাওবা মায়থীবা পীবনি।

শম্মা হায়রবদা বঙ্গ সাহিত্যগী বঙ্কিমচন্দ্রদি নভেলিষ্ট অমনি ; মণিপুরগী ডাক্তর ককলনা কবিনি। মাধবী শক্তমদ উপন্যাস ওইরবসু কাব্যশক্তিনা মশা পূম্বদা শিংলিগী ঈচেলগুম্না চেল্লি। কাব্যমকসু মহাকাব্য নত্তে, গীতিকবিতা ( lyric ) অমনি। মপুং ওইবা সুর অমতনি কবি কমলনা কোংদোক্কে লাক্লরিবসি। মাধবী মখল-মথেল লৈরাংগী লৈ প্নরেং নত্তে ; পীকত্তক তৌবা নাচোম অমতনি। শানোগী শাইনোনদা অগ্নি-লৈহাউ-পুম্নুবী অমতং য়াম্নবতনি। সুর অতুদি

অতৈ করিস্তু নত্তে—কমলনা শোঞ্জরম্বা—"কংখিবা থোক্লবদি করিগুম্বা —হৈদোকথরনিনে লক্ষ্মাংদা মনম সুংশিবা নশক ফজবা। লৈমন চনশ্রনি অরেম্বদা" হায়বসিনি। ফোংদোকপা ঙমখিদনা কনানসু খঙদনা অরেম্বদা কেনহ্বনা মাঙপ্রবা সুংশিবা অহুবুনি। মাধবী চরিত্রমক্কী পুন্সিসু অহুনি, মহাক্কী সুংশিবসু অহুনি। খাঙমদবা সুংশিবনা মরম ওইহনা মহাক্লা স্বার্থত্যাগকী লাম্বন্দা খোঙদারকপা অহুবু অমুকসু অরোইবা মীকুপ্পা থম্মোইগা বুদ্ধিগী অকনবা লান অমসুং চন্দন পাম্বীগুম্না কেমহনা মাঙপ্রবা মহাক্কী পুন্সি অমসুং সুংশিবা—মসিনি কমলনা য়েক্লন্নিবা ছবি।

মাধবীগী তোপ-তোপ্পা ফজবা অমদি, প্রকৃতি অসি চুম্নগী থাপতক্লা বেকগ্রাউণ্ডদা লৈত্তে; উরীরৈগা মধবীগা তৎন-থানবা লৈতনা অমতা ওইনা চথরি। উরীরৈ মাধবী অনীমক লৈ মমিংনি; লৈগুম্না অমুকসু মহোশা লাইরেম্বীগা তিন্নরি। কালিদাসকী শকুন্তলাদা প্রকৃতিগী অমতা ওইনা লৈমিন্নবদগী থোরকপনি। রোমান্সকী শকতম হায়ববু থৌদোক্কী অচুম চুমদা ওইবা য়াব য়াদবরোমদা কুপ্পা য়েংশিন্দে। মৃত্তি অমা পুথোরক্লে, থোরক্লিবসি ফজদ্রা?—অসিনি মপূং ওইনা লেথক্লা হংলিবা। হৌজিক কালগী উপন্যাসতা য়েংশিনবগুম্না মসিবু ওইবা য়াব্রনে হায়না হন্থগদবা নত্তে। ঐখোয়না মাধবী পাবদা মরুওইনা খুমগদবদি—ফজব্রা নত্রগা থীব্রা হায়বা অসিতনি। ওইদ্রবা ফাওবদা কাব্যশক্তিনা ইংরেজীগী Willing suspension of disbelief হায়বহুমক্লি অপাবদা পোকহল্লিবা। খুদম অমতং পীজগে—চীংয়াগী লৈকোন্দা অহানবা উনবদা থোরকপা থোঞ্জেল "মপুক্লিংগী আশা থুংদ্রহনা মকাফম্না শাৎত্রিবা অপোম্বা লৈ হেক্কদবগী শরুকপুদি পোম-শাৎনরবী ঐখোয়হুম হেকপীরো" হায়বসিবু করম্বা লৈশাবীনা ইথঙ থঙনদবা পাখং অমনীদা হায়ফম থোকপগে? থাজদবদি য়াই; অহুবু য়েংবদদি ফজদ্রা? তাবদদি সুংশিদ্রা? মসিনি রোমান্সকী তোপ-তোপ্পা গুণ। থোকপা য়াই থোকতবা য়াই। অহুবু ফজদে হায়বদি ঙমদে।

ঐহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা লাংথবার্ন মরক মরক্তা কায়। মতুদা থৈবোং পান্বী নত্রগা হৈনৌ পান্বী অমগী মখোঙদা মরুপ অমা অনীগা ক্ষমমিন্নরগা খুদোম্বী খিন্দুনা ৱারী শানৈ—তু: আদগী অসি মাধবীগী ৱাসমগুলনি ; আদগী অসিনা চন্দ্রনদীনি—অসুম তৌত্তুনা। অশেংবমক মাধবী হায়বা উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা কাঞ্চীপুর অসি কবিগী কাউঙমদবা থুৎথেকনি। মহৌশাগী ফজবা কয়াগী মন্নুংদা মীরক তিনজন্ত্রিবা শাবী শানৌ কয়াগী মন্নুংদা অতিংবা থম্মোয়, লায়রবগী গুংশিরবা পুন্সি মায়োক্তা তৌগুম্বা মচীন-তোঙবগী ফত্রবা চক্রি অমসুং শক্তি পূন্নমক্কী পীকতকপা জগৎ অমনা মাধবীগী বেকগ্রাউণ্ড ওইরি। লাংথবানগী কোন্নুং অমনবা, হৈবোকচীঙগী ফজবা অমসুং উমং, য়েংখি য়েংখিবদা প্রকৃতিনা নাউকোল্লবী মীওই ঙাক্তা। তশেংনমক কাঞ্চীপুর নত্তবা মফম অমদা থৌদোকশিং অসি থোক্লম্লবদি অসুক য়াম্না ফজরোই হায়নিংই। কাঞ্চীপুর লমদমগী ফজবা পূন্নমক মাধবীদা মতাং মতাং থুদিংদা উৎলরি। অতুদগী অমুক বারুণী চীংগী ফজবা, শিলংগী ফজবা হাপ্লরি। অতুনা অপাবদা চীংন্নুং মান্নুংগী তাম্নাগুম্না মাধবীগী সুর অসিনা অতাববু থম্মোয় শোকহল্লি। ইংরাজী কবি ৱার্ডসৱার্থগুম্না কমলসু চীংন্নুং-মান্নুংগী লৌবুক লমহাংগী কবিনি। মহৌশা লাইরেম্বীগী অথোৎপা অনৌবা অমসুং অচিকপগী কবিনি। পূন্নমক্কী মথক্তা কমলদি কাঞ্চীপুরগী কবিনি। কাঞ্চী-লমদমগী চীংয়া তময়া হৈরাং লৈরাংগী ফজবা অমসুং থুঙ্গংগী চন্নবা থম্মোইশিংগী থুৎয়েক কয়ানা শাগৎলক্লবা মাধবী উপন্যাসনি।

মাধবীদা মপুং ওইনা য়াওরিবসি হৌজিক্কী উপন্যাসকী চরিত্রগী থুৎয়েক অমসুং প্লোটনচিংবা নত্তে। কাউঙমদ্রবা মূর্ত্তি কয়া ময়েক লানা পুশিল্লকপনি। লাইয়েকপগী তুলিনা য়েকপগুমই। কাব্যশক্তিগী মপান্না হৌজিককাওবা মহাকপু শীংথানরিবনি। ছিংবা তারবা কাব্য-শক্তিনা ছিংহনগদৌরি। মরমদি তশেংবদি মাধবী উপন্যাস নত্তে। কবিতা অমনি, ঈশৈগী সুর অমনি।

উপন্যাস অমা ওইনা মেৎ মেত্তুনা য়েংলবদি প্লোটতা, মাইলোগতা অমম্বুং রাক্কী লোইশিন্নকপদা নৈনবা য়াবা কয়া লৈত্তরা নত্তে। পেল্লবা কয়াম্বু লৈরি। অদুবু মদোমদা য়েংশিন্নসি হায়রবতনি। অঙকপা লুহোংবা অদুবু ওইবা য়ারা? নম্মুদা লোইশিনরবনি। অদুবু অপাকশিংগী থম্মোয়দদি চোলোমগী মেন থাবদোনা ইঙাও ঙাওনা লুংঙাইহল্লি। ভারোক্না হেক্তা ভালো লাউত্তুনা থুরম্বা চংনিঙই; কি থাদোকনিঙই। করি কমলনা হংলি—লুংঙাইত্রা? ঐখোয়স্তু থুমই, পেনখ্রেক্কা। মমা হায়রবদা লাই অমি ফজদ্রা হায়দুনা হংবদা ফ্রেমসিদি নীংবা থুংদে হায়গনুসি হায়রগী প্রস্তাবতনি। মরমদি কমলনা মমাদা উৎলিবসি মুর্ত্তি থরনি, শকফম থরনি, মীন থরতনি!

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা মরুপ লাইয়েকপা (হৌজিক্তি মমিং চৎলবা আর্টিষ্ট ওইরে) অমনা ইমাংদা ফমলদুনা চেনা অমদা পেন্সিলনা খোংদুনা শাই। অমা অনীদং খোংলগা লৈই কারন চৎলগা থোরকই —শল, শামু, শগোল মথং মথং। মাধবীস্তু অদুগুম্বনি। মহাক চুম্না পুখৎলকপা চরিত্র চিত্রণ নত্তে; রাহয় থরদনা, মীন মত্তেক অম-অনীদনা পুথোরকই—শশী, ভুবোন, উরীরৈ, মাধবী। কাঞ্চীপুরগী লৌবুক লমহাংদগী ফন-ফন চোংথোরকপদোনা ত্তোই। অদুবু কমলনা হায়নিংবদি লোইদ্রি। ময়াম পূম্নমক অসি "অঙকপা লুহোংবা"দা লোইশিনখ্রে। অদুবু অরোইবদি "অরোইবা শরুক্তা" হায়ররি। মাধবী চরিত্রদি ময়ামদা চঙলুদুনা গ্রুপ-ফোটোদা য়াওবা য়াবা নত্তে; ত্তোপ-তোপ্পা কাঞ্চী লৈকোন্দা অয়ুক অঙনবদা মমিত্তা মপি তানা লৈঙাং-শংবা ফি শেত্তুনা ধীরেনদা মশক তাকথোক্লমদনা লৈ-পরেং অমা থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিল্লত্তনা—"ধীরেনগী পাক্রবা লাইবক অদু অমুক্তং চৗংনা য়েংলম্নগা মমায় অরাং পাংদুনা থুনা য়াঙনা চৎখ্রে। হুম্মিং অদুদগী হৌদুনা মাধবীবু ত্তাইবংপাল অসিদা কনানস্তু উখিদ্রে।

"মতুংদা ধীরেননা মাধবীনি হায়বা খঙলক্তুনা য়াম্না রানা লোক্কুল লীখি। তোইগুম্বসুং মফম কদাইদস্তু উবা ফংখিদ্রে।

"চন্দন পাঙ্গী কয়া কয়াগা
চীং-মান মারক শীংলকুল
মাংগুম অরেম্ম উকং গুইনা,
পুক্লিং লৈকোন্দগী লথুপ্লগা
থাঙ্গিবা লৈরাংচু চেকখিন্না,
কংথরগনিকো অরোন্বদা,
পুক্লিং হকচাংগা লোয়নন্দা;
খুণ্ডহৌররোইনে কন্না 'মক্তা।'"

থম্মোয় থাগুমদবা মরোইশিন্নি। শিষ্টুত্রিবা পিনা অপাবা খুদিংগী মিংকমদা লৈরি। অসিগুম্বা তাগুলবা মীকুপ অসিদদি, য়েংকল্লবা ক্রিটিক পুন্নমক! ছিত্র পুখোকপদা হাপ্লেংদ্রবা সমালোচক পুন্নমক! গুইহাক্তা তূম্মিন্না লৈবিয়ু। শি অমুক্তা তৈথোকচথিগে।

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# হৌজিক্কী পুন্সি অমসুং সাহিত্য

হৌজিকী পুন্সি মশক খঙবসি পঙলায় লায়দে। হৌজিক্কী পুন্সি হায়রগা খঙনরিবসি লৌউবগী সভ্যতাদগী হুংতা লৈখৎলক্লিবা ভারতকুম্বা লৈবাক্কী সহরবাসী অমগী পুন্সি নত্তে! ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগুম্বা লমগী চাওখৎলবা সহর অমদা লৈরিবা প্রজাশিংগী থমোইদা চেন্নিবা ইহুন অতুবুনি। মীৎয়েং অমসুং রাখল মওং অতুবুনি। মতমগী সাহিত্য পারা কাওবুদা পুন্সি অসিগী মমি শামি তাই। থোইমু লৈবাংদা থন্নায় ছাত্রনা লৈবগী পুন্সি নত্রে। লাগাজগ তৌজ্লনা কোৎখক্তা য়েংখৎপন্থ কান্নত্রে। তুপথবা, পেন্দনা অমসুং থৌনায়বা অমনা মতমগী

মীশক খুদিংগী থম্মোয়বু কূপথরে! ঐখোয়না কাউরোইদবদি, কোকথক্তা নিউক্লিয়ার বোম পাইহনা লৈরি। খুবম অমতং শোয়খিবদা জগৎকী শান্তি মাঙগদৌরি। মীকুপ ঙাইহাক্তং পেং চোইখিবদা ঐখোয় ভবিষ্যৎ অমম্বদা লুপকদৌরি। করিগুম্বা নিউক্লিয়ার-বার তৌরবদি মীওইবা হায়বা জাতি অসি অমুক অচাইবীদগী হৌগনি, নুংগী সভ্যতাদা অমুক হজিল্লকনি হায়নবা অহু থরমথৈদি থাজবা য়াই। যুগ কয়াগী চথরক্লিবা সংস্কৃতিগী সাধনা অহু অমুক থুগায়খরগনি। বাখন মওং অসি নৌহৌনা ঐখোয় খঙবা তাই।

নোংচুপকী মমিং চৎলবা সাহিত্যিক-কবি প্রিষ্ট্‌লিনা মহাক্কী 'লিটরেচর এণ্ড ওয়েষ্টর্‌ন মেন' হায়বা লাইরিক অহুদা নোংচুপকী শতাব্দী ১৬ তগী ২০ ফাওবগী সাহিত্য অসি কূপ্না য়েংশিল্লি। জ্ঞান তানা লৈরম্বা পুন্সিদগী খরা খরা অসুম মীওবগী পুন্সিনা সেণ্টরদগী থাপ-তোকখিহনা সমাজগা তোখাই-তোখাই তাখিবা মওং য়োরকই। বিশ্বাস মাঙথরবা, অপুনবা লীচিং লৈত্রবা অমসুং নাইতোম তারবা পুন্সি ওইরকই। নোংচুপকী মীওইদি মশা-মশাগী জগৎতা ঙাওনরি— "Western man is schizophrenic" অসুম্না জে, বি, প্রিষ্টলিনা অরেপ্পা মত পীরি। অহুগা যুগ অসিবুনা লুরবা সংঘর্ষগী মতমনি হায়রি—"Ours is an age of supreme crisis, when the most desperate decisions have to be made।" অহুবু নীংবমক্তি কায়ত্রি। আশা তৌ, মতম লাকখিনি হায়রি।

মতমগী সাহিত্যিক আর্থর কোষ্টলরনা পুন্সি মশক খঙনবা লাক্লবদা ভারত অমসুং জাপান য়োরকই। মীশক কয়া উনখি, অমসুং মফম কয়াদা কোয়খি। অহুবু মমৈথংদা নীংবা কায়খি। ভারত অমসুং জপানগী হৌজিক ওইরিবা আধ্যাত্মিক শক্তিগী মশকনা মহাকপু পেলহনখিদে। মহাক্কী 'দি লোটস এণ্ড দি রোব্যেৎ' হায়বা লাইরিক অহুদা মহাক্কী নীংবা থুংদবা পুম্নমক ময়েক শেংনা হায়খি। নোংচুপভগী নোংপোকনা মায়কৈ অস্নোমদসু পঙহেন-হেনবা নত্তে হায়না মত পীরি—

To look to Asia for mystic enlightenment and spiritual guidance has become as much of an anachronism as to think of America as the wild west. রাখল কূপশিন্না খন্নবা তৌশিন্নবা মশক কয়াবু উশিল্লবা কোষ্টলরগী পূক্লিংদা ভক্তিনা থোইনা হাইজিনবা ভমখিদে। মী অমমম ওইনা থোইনা নোংপোক নোংচুপ খেন্নবা উখিদে। অহুনা ময়াম্না খন্ননিংঙাই ওইরবা লাইরিক অসিদা লোইশিল্লি—ইউরোপবাসী অমা ওইবসি চাউথোকচনিংঙাইনি। চপচাবা লোন্দাদি—I started may journey in sack of cloth and ashes and came back rather proud of being a European.

মতমগী পূক্লিং তশেংনা ফজনা উৎখিবদি মমিং চৎলবা কবি টি, এস, ইলিওটকী 'ওয়েষ্টরন লেণ্ড'নচিংবা শৈরেংশিং অহুদনি। নীংবা কারবগী, য়াম্নমক তনবগী, অর্থ য়াওরক্তবগী পুন্সি মশক উৎলি। ১৯২০ দা ফোঙখিবা শৈরেংনি। মহাক্না হংখি—ঐখোয়না খঙবদা মাঙখরবা জ্ঞান অদু কদাইদা ফংগদগে? জগৎ অসি থোঙ গম্ লাউহুনা মখোল হৌনা লোইগদবা নত্তে; অঙাং কপ্পগুম্না লোইগদবনি। Not with a bang but with a whimper. এস টি, সি, ইলিওট মশামক্নীদি মমৈথংদা রোমান কেথোলিক ওল্লকই—ধর্ম্মদা মাঙখরবা লম্বী ফংলকই। অদুবু মহাক্না মমিং চৎখিবদি 'রেষ্টরন লেণ্ড' অমসুং নক্লবা কবিতাশিংদা হংখিবা যুগকী ৱাহং অহুগীদমক্তি, কায়শিল্লক্লবা জগৎকী অর্থ কদায়দনো? বিশ্বাস মাঙখরবা মীওইবগী পোথাফম কদায়দনো? মসিগী মানা পীরিবা পাউথুমদি অয়াম্বনা লোদে। অদুগা হংলিবা অসিমদি থাইগীনি।

অসুম তৌহুনা মমিং চৎলবা বৈজ্ঞানিক অমগী মততমু গৌজিক ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা ৱারী শানবগী শক্তি মাঙশিল্লকলে হায়রি, I have been much concerned that in this world of change and scientific growth we have largely lost the ability to talk with one another to increase and enrich our common culture and understanding (J. R. Oppenheimer.)

অতুদগী অমুক প্রোফেসর গলব্রাইটনচিংবা কয়ানা মীওইবগী পুন্সিসি চাওথংলকপগী মতীক লৈবা থুংঙাইরকত্রে হায়না নীংবা কায়বগী থুংলা-শোর হোল্লি। আমেরিকাগী পণ্ডিত জর্জ কেনাননচিংবা কয়ানসু রাফম অসি কুপ্না নৈনরি। মীওইবসি পৈশা পায়র-পায়রক্লগা ময়ামগী য়েংলক্তবা, সমাজগী খল্লক্তবা অমসুং মচেৎ মচেৎ তাবা পুন্সি ( Fragmentation of life ) লেল্লরক্লে। সমাজগী অপুনবা পুন্সিগী থুংঙাইবা মাঙখরে। কৈরোই-লৈকায়গী থুংশিনবা হায়বদু থিবা খঙজিল্লকে প্রোফেসর গলব্রাইটনা মহাক্কী 'এফ্লুয়েন্ট সোসাইটি'নচিংবা লাইরিক কয়াদা সভ্যতাগী লাইনা অসি কুপশিন্না নৈনরি অমসুং শম্নপ্না কৌরি হৌজিক্কী সমাজবু, লম্নাইগী ওইনা ইনাকথুনবা ময়ামগী ওইনা নমথী থুংঙাই ( Private wealth and public squator )। করি অমুক হায়গনি—গুলি অমতং চাশিন্দ্রবদি নোংমগী পোথাবা তুম্বা ঙমদবা পুন্সি ওইশিল্লক্লে। নোংমগী মতম অয়াম্বা মোটর কারদা, ফেক্টরী অমসুং ওফিসতা মতম লেপ্লে।

মতাং অসিদা ময়ামগী কল্চর ( Mass culture ) নি হায়তুনা রেডিওনচিংবনা পুরম্বদগী হৌজিক ঙাইহাক্তুং পোথানবা মতম পীদবমখৈ টেলিভিজননচিংবা কয়া বিজ্ঞাপ্না পুশিল্লকতুনা ময়েক লারবা তশেংবা ছবিগী পেলহনবা অমা পীশিল্লকলে। বিজ্ঞাপননা রাহৈ চাইরে। কামগী রাখলনচিংবা মীওইবগী অশোনবা কয়াবু চেৎনা পাইশিল্লতুনা হৌজিক মফম পুম্নমক্তা প্রচার তৌরি। লৈননবা শেৎনবা চানবা থক্নবা পুন্সি অসিদা য়ারিবখৈ অচিকপা কংহম্ননবা হোৎনরি, মতুগা লোয়ননা রাখল খম্নহন্ননবসু। পুম্নমক ঈরাংদা তাউহল্লি; ঙাইহাক্কী থুংঙাইবদা ময়াম্ন কাহাল্লে। রাখল খম্নবশিংনা খম্নবদা লমজীং মাঙখরবা জগৎ অসি ওইরি খরদদি অমুক, ঙাইহাক্কী থুংঙাইবদা তাউরিবা স্বর্গ। অতুবু মসিমসু মমৈথংদদি ওইরকই—অতনবা ( boredom ) অমসুং জ্ঞান তাথরকপা (disillusionment)। ওইরকই আচার্য্য শঙ্করগী অর্থক্নী ত্তোঙাম্না, জগৎ মিথ্যা।

অসিগুম্বা ওন্নকইবা সমাজগী মশকপু উৎপাদি মতমগী সাহিত্যগী মথৌনি। সাহিত্যনা সমাজগী মিংশেলনি হায়বদি অয়াম্বনা য়াস্নরি। অদুবু তশেংবা সাহিত্য কাব্য হায়বদু করিনো? ভারতকী মিংলেন্দা য়েংলুরবদি হায়রি—রসনা কাব্যগী আত্মানি—রসাত্মকং কাব্যং। পুরানংগী শকমোন কয়াবু ফোংদোকলি রসনা। মীইবমু মোকহল্লি কপহল্লি শাউহল্লি অমসুং উংহল্লি। ধ্বনিবাদকী কাংবু অমনা অমুক লাউরি—কাব্যগী আত্মাদি ধ্বনিনি; Suggest তৌবা অদুবুনি। (ধ্বনি আত্মা কাব্যস্য;)। উরিবা পারিবা তারিবা অসিগী রাংমদা লৈরিবা শকনাইদবা অমবু থম্মোয়দা ফাওহল্লি সাহিত্যনা। পুন্নমক অসি থরদং অথোই অহেন নাইনা হিন্দী সাহিত্যগী মত অমা—কলাকে লিয়ে কলা (Art for art's sake) হায়বগুম্না নকশিন্নে। করুবা অচুম্বা হায়বসি ঈশিং গ্লাস অমা থকলমদাইদা থাংগৎতুনা য়েংবগুম্বনি হায়না ৱাল্টর পিটর (Walter Peter) থোইনা মত পীরি। অসিগুম্বা সাহিত্য মথল অসিনা সমাজগী মশক তাকপদগীদি থম্মোয়গী শককম তাকপনা মরু ওইনা লৌই।

অদুবু কলাগীদমক কলা হায়বসিনা পঙয়ো য়ৌবদি য়াদে। ঙাইহাক সুংঙাই থোকপা হায়বদুনি। তুংকোইদে, অসিনা মীওইবগী থম্মোয় য়োবা সাহিত্য ওইহনগে হায়রবদি সমাজগা ইরোয়ননা চত্তবা য়াদে। ড্রামাগী জগত্তা হান্নমা য়েংশিল্লুরবসু য়েংনরি মোরয়েদা ইবসেন, ইংলণ্ডদা বর্নাড্ শো, রুশিয়াদা চেখোভ (Chekhov) অমসুং স্পেনদা উনামুনো (Unamuno) অসিনচিংবা কয়া। মখোয় খুদিংমক মাঙথারকলিবা সামাজবু মশক তাকপনি। যন্ত্রগী সভ্যতানা মাঙহন্নকইবা থাইনগী অচম্বা পুঞ্জিগী ঙকনা ফজবা মাঙশিল্লকলিবসি থম্মোয় শোক্না উৎলি। সমাজবু করেম্মে অমসুং মোকহল্লি ফাক ফাক। অমুকসু মত্তাং অমদা শি তাহল্লি। চেখোভকী চেরী অর্চাড্ (Cherry Orchard) পাবদা থম্মোয় শোক্তবা কনা য়াওবগে? জি, বি, এস কী চুম্লবা ফাগী কয়াদা মরাক্সি পুক্নী পায়হনা থাঙলরি। অয়াম্বনা অচুম্বনা ফাগী তোইহনবনি। "এনা

ভদ্রলোকনি। লায়রববু শুমত্তুনা চাবনি। নহাক্না ভাকুনি—ইনাক-থুনববু মুন্দুনা চাবনি। থুৎ শোক্লসি।" হায়বা শোগী ক্লাঙাঙ অসিবু ফুংঙাইরোইদবা কনানো? অসিমকপু ড্রামাগী মিডিয়ম অসি হৌজিক ক্লাওবদি উপন্যাস অমস্তুং কবিতাগুম পুন্সি মশক তাকপদা শোল্লি; য়েশিনবা শুমত্রি হায়নরি। অচুগী মথক্তা লাকশিল্লি সিনেমাগী থিংঙমত্রবা ঈথক।

উপন্যাস ইবগী মায়কৈদদি মতমগী সাহিত্য অসি লিংনা লৈরি। মাগী মাগী য়েংথোকউবা মীৎয়েংগী মতুংইন্না সমাজগী মশক তাক্লরি। লৈবাক থুদিংগী মতিক চারবা নোবেলিষ্ট লৈনরি। ইংরাজীগী টুয়েন্টিজ থার্টিজ হায়তুনা ১৯২০ গী ১৯৩০ গী ১৯৪০ গী হায়তুনা চহি তরা তরাগী থুজিংদা সাহিত্যকার কাঙবু কাঙবু হৌনরি। ফ্রান্সকী আঁদ্রে জীদ, মালোনচিংবনা থরা পৌরপ লায়রপনা সমাজগী শোন্থরকপা মশক উৎলি। হিংবা শুমদবা শিবদা মঙমবা, কমদৌনা হিংগদগে থংদবা কমদৌনা শিগদগে হায়বদা মথংবা চরিত্র কয়া পুথোকলি। অসুম তৌতুনা অমুক জেমস জোইস (James Joyce) না রাখলগী থোকপমখৈ ফোঙদোকপা মওংদগী তৌরতুনা কাফকা ( Franz Kafka ) টোমাস মেন ( Thomas Mann ) নচিংবা কয়াগী কলমদগী থোরক্লি তত্তনা লন্থী মাঙথরবা সমাজগী মশক। অমুকস্তু উইলিয়ম ফোকনার (William Faulkner) হেমিংৱেনচিংবা কয়ানা পুন্সিগী নিংবা কায়বগী শককমগা লোয়ননা পীরি অনৌবা আশা অমস্তুং অনৌবা শক্তি। হেমিংৱেমক্তি মহাক্কী মতৌ ভম্বদা শোয়গল্লবা রা থিত্তা হায়বগী শাথীরবা ষ্টাইল অমনা পুন্নমকপু শুক্লহংলি।

পুন্নমক অসিদগী পুন্সি অসিদা করিমতা লৈত্রে—থাজনিংঙাই ঙইবস্তু লৈত্রে হায়তুনা ( নিহিলিজম ) Nihilism হায়তুনা রাখলগী আন্দোলন থোরক্লি। নাইত্তোম তারবা পুন্সিনি; হিংলিবসিদনা মওক্রে হায়তুনা চোংথোরক্লি ফ্রান্সকী জঁা পাল সার্টর (Jean Paul Sastre) অমস্তুং অলবার্ট কামু (Albert Camus)। মথোয়সিদি সমাজগী মিহুল

পায়বা মীশক্তি। কামুনা মহাক্কী Rebel হায়বা লাইরিকতা আন্দোলনগী শক্লোন কয়া নৈনরি অমসুং মীওইবদা পীরি অনৌবা আশা। আন্দোলনদি তৌত্রবা য়াত্রবনি; অদুবু আন্দোলনদা ফাজিনবা অমসু দরকার ওইরি। মী হাংলুববুদি থাজবা অমগীদমক আত্মাঘাত তৌবসু অৱানবা ওইরোই হায়না মত পীরি। অসিগুম্বা থাইগা ওন্নতৈনরবা অনৌবা রাখল মওং খরমা ইউরোপ পুম্ববু নৌহৌনা মশক তাকখি। মীওইববু কামুনা উখি—মীরম অমদা চঙজরকপা মীচেন ওইনা (an exile in a foreign Universe)। ঐখোয় পুম্নমক আন্দোলন তৌগদবনি—মীওইবা তারবদি ফ্রান্সকী দার্শনিক ডেকার্টস (Descartes) না হায়খি—ঐ রাখল খল্লি অদুনা ঐ লৈ (I think, I therefore, exist)। কামুস্না হায়রি—ঐ আন্দোলন তৌরি অদুনা ঐখোয় হিংলি (I rebel, therefore, we exist)। অসুম তৌদুনা ইটালিগী হৌজিকমক হিংলিবা লেখক অলবার্টো মোরাভিয়া (Alberto Moravia) সু হাইফেৎ য়েংবদদি Sexy (সেক্সি) ওইনা উরবা মনুংদদি পুন্সিগী খাংঙমদবা পোৎলুম (Boredom) উংপা সাহিত্য জাৎ অমা পুথোক্লি। উরিবা জগৎ—রিএলিটি (Reality) হায়বসি ফৈজুপ শুপ্পদা থুংদবা কম্পোরগুম্না ইলেকত্রিক থানবা ইমুংদা মৈ ফুৎফা-ফুৎফা মম্বগুম্না মোরাভিয়ানা লৌরি। অদুনা ইথোরকই থাইনা খঙনরবা লাইরিক—উইমন ওফ রোম (Women of Rome) অমসুং টু উইমন (Two Women) নচিংবা লাইরিক কয়া। জগৎ অসিদা উরিবসি মুংঙাইবা নত্তে; ফজবা নত্তে; অপেনবা নত্তে। খাংঙমদবা পোৎলুনি; থাদবা য়াত্রবা লুপ্পবা নম্বোনি।

তোপ-তোপ্পা পনবা য়াবা মীশক অমখক্তংনা হন্দক্তা নোবেল প্রাইজ লৌখিদবা—লৌবা ঙমখিদবা—বোরিস পাষ্টরনাকনি (Boris Pasternack)। মহাক্কী জগৎনা খঙনরবা 'ডাক্তর জিভাগো' (Dr. Jhivago) হায়বা লাইরিক্তা উৎলি—মীওইবগী পুন্সিগী লোম্না থুপ্পা থমজরবা রাঙাং রাতা কয়া থম্মোয়গী ঈঙ্গিৎ কয়া থাইগী আন্দোলননি

হায়হুনা তৌবসিদা লোইনা নৈথৎখরে অমসুং রাজনীতিদনা মী ওইবা নত্তে; অতৈস্থ ফজবা কয়া লৈরি। সমালোচক অমনা ভাব অসি ফোঙদোকতুনা "ডাক্তর জিভাগো" লাইরিক্কী মশক তাকখি—"This sense of the overwhelming need to commuicate one's own individual experience, to add something distinctive to the always growing sum of the evidence of life, is the most moving theme of the book." লাইরিক অসি শম্না হায়রবদা এন্টি পোলিটিক্সকী লাইরিকনি। হুংশিবগী শকলোন কয়াস্থ উৎলি।

অস্থম তৌনা মতমগী সাহিত্যনা হৌজিক্কী পুন্সিবু মশক তাক্লরক্লি। মিৎয়েং অমনা লোইদে। মওং কয়ানি। অহুবু সাহিত্যদি সমাজগা লোয়ননা চৎমিন্নগদবনি হায়বসিমদি পুম্নমক্কী য়ানবা মতনি। খুৎশম্নগদবনি। অহুবু অমুক অমতা ওইখিবস্থ য়াদ্রি। ট্রেজিক প্লেন হায়বা অরাবগী লৈই অমগা ট্রিভিএল প্লেন হায়বা পুন্সিগী লৈই অমগা অনীগী করুফম অহুদগী হোরকই সাহিত্য অমসুং আর্ট। অনীমক চঙই। ওইগদৌরিবসি লিটরেচর এনরেজী হায়বহুনি। কা হেজিল্লুরগা ওইখি অশাউবা সাহিত্য লিটরেচর এনরেজী প্রোপাগণ্ডা। অমুক থাপতোকখরগা ওইখি আইভরি টৱারগী সাহিত্য সমাজদগী থাপতোকখিবা। অনী অসিগী চাং অসি ফজনা থম্বু আর্ট কৌই। তশেংবস্থ কেষ্টলরগী মততা আর্টিষ্ট অমা হায়বসি থৌরি চৎপগুম্বনি। শোয়খিবদা চীংখাদা ওম্বখিদৌরিবনি। মতমগী মীৎয়েংদা অরেপ্পা লৈতনা মতমবু ফাজিনবা লাক্লবনি।

সাহিত্য হায়বসি পুন্সিগী সমালোচনানি। মতমগী সাহিত্যস্থ তশেংনমক হৌজিক্কী সমাজগী সমালোচনানি। থায়নগী জগত্তা লমজিং মৈরা পায়বিরম্বা ঈশ্বর অহু মাঙখিহুনা অমুক অমম্বদা মা-মাহুনা ঈশ্বর মানবা কয়াবু থিনরকপগী লোইবা নাইদ্রবা সাহিত্যগী খোঙচৎনি। পুম্নমক ঙাইনরি—ফংদ্রি। অহুবু আশা তৌনবদি য়াওরি—নোমদি থেংনখিনি। তশেংনমক থেংনরকখিগদ্রা?

**শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ**

# মৈত্রবাক্কী লান্মী তেঙ্গোল

## ( অহানবা শরুক )

**মৈত্রবাক্কী খোঙমী, শগোল তোংবা লান্মী অমসুং হিতোংবা সিপাহীশিংগী মতীক মথৌনা ; মখোয়গী খুৎশু খুৎলাই ; মখোয়গী শাদোং ; মখোয়না শাবা লাম্বলগী মতাং ; নিংথৌরেল্না লাল লেঙবদা ভোবা থৌরাং ; লালঙম ফীরান পুরকপা তেঙ্গোলনা শনা কোন্নুং তম্বা হল্লকপগী শক্তম—অসি য়ারেংমচা অসিদা শীংথরি। শীংথারিবা শক্তম অসি ঐখোয়গী ইতিহাসকী আদি কাল অমসুং মরাইচনবা যুগ ( Ancient and Medieval periods ) — হায়বদি, ইতিহাসকী মঙাল ফংলকপা মতাঙদগীনা খৃঃ ১২০০ ফাওবনা কোনবা মতমগী মন্নুংদা ওইরম্বা মওং অম্তুনি।**

## মৈতৈ লান্মীগী মতীক মথৌনা।

অহানবদা মৈত্রবাক্কী লান্মীগী মতীক মথৌনা শীংথাবা য়াহৈ খরনা নৈনরিবা হিরম অসিগী য়াহৌদোক ওইরগনি। লাল থেংনবদা চঙদবা য়াদ্রবা মতীক মগুণ, মরৌশিং অমদি মথৌনাশিং অহু চেনবা মীওই মরাং কায়না মৈত্রবাক্তা ফংলম্মি (১)। অসিগুম্বা মীতাশিং অসি মরাং কায়বা অমসুং মখোয়বু লান্মী ওইনা শিজিন্নরম্বা মরম্না, মৈত্রবাক্কী লান্মী তেঙ্গোল অসি পৃথিবীগী খাইদগী মতীক মথৌনা লৈবা তেঙ্গোল-শিংগী মন্নুং চন্নরম্মিবনি। অতৈ জাতিগী লান্মীশিংদগী মৈতৈ লান্মী-শিংনা করিগুম্বা মওং অমতদসু হন্থবা লৈতে (২)। "মৈতৈ লান্মীশিংদি লাল থেংনবদা চঙদবা য়াদবা অফবা মতীক মগুণ পুম্নমক অহু শুনা লৈ ; শিখ অমসুং গুর্খা সিপাইশিংদা লৈবা মতীক মথৌনা অহুমক মৈতৈ লান্মীশিংদসু শুনা লৈ।" (৩) মৈত্রবাক্কী লমিং তুমিংকী তেমথেংনা মৈতৈ লান্মীশিংদা চীংমুং মাম্নুংগী লাল ( Guerilla war ) অসি

---

(১) Report of Captain Jenkins and Lieutenant Pembarton dated Calcutta the 18th August, 1832 Para 62. (২) Ibid Para 52. (৩) Ibid Para 50.

য়াম্না খুৎলোইননা থোকই (৪)। অৱা অমসুং থাগীগী চাউর-চাউরবা তেঙ্গোলবু, মশিংদি য়ামথিদ্রবা অতুগা চীং-মানগী লালওংদি হৈবা মৈতৈ খোংমী লান্মী থরতনা মহৈ মকোক থগুহনখিদবা মতাং কয়া চৈথারোন কুম্ববা অমদি নিংথৌরোন তাকপা ঐথোয়গী পুয়া কয়াদা ময়েক লানা উৎলি। মৈতৈ খোঙমীদি চীংমানগী লালওংদতা খুৎলোইবা নত্তে; মথোয়দি ভস্পাক্তা খুৎথেংননা শোক্নবা লালফমদসু মীরৈবাক্কী লান্মী-শিংদগী, করিগুম্বা মওং অমত্তদা, হস্ববা নত্তে। "শিল্লক শিল্লকপা লালওংগী পোরৈ মতুংইন্না অচাবা ফীরেপ লৌতুনা লাল থেংনবা ভস্বা পাঙ্গল অসি থাগত্তবা য়াররোইদবা মৈতৈ লান্মীশিংগী মগুণনি। (৫)।"

চোকথবা, অরাম-খৌরাংবগী চৈথেং নমথেকতুনা শাংথ্রবা লম্বী লমশাং চৎপা ভস্বা অসিমা — মৈতৈ খোঙমীশিংদদি তরং-তরংনা উবা ফংবা অতুগা অতৈ জাতিগী লান্মীশিংদি ওস্থোক্লা তাংনা থোকপা গুণ অমনি। শাগোন্নরিবা খুৎশু খুৎলাইদগী তেন্না অতৈ অতোপ্পা পোৎচৈ অমত্তা মশাদা থোংদবা মীরৈবাক্কী লান্মীশিংনি; লমশাং চৎপা অসি মথোয়গীদি ওস্থোক্লা য়ানা থোকথ্রবা চাংয়েংনি। শাগোন্নরিবা খুৎশু খুৎলাই পুবতা নত্তনা অচা-অথক অমদি ফীরোন্নচিংবা অহেনবা পোৎচৈসু পুরিবা মৈতৈ খোংমী লান্মীশিংনি; লমশাং চৎপা অসি মথোয়গীদমক্তি ওস্থোক্লা লাইনা থোকথ্রবা খোংচৎনি। "মৈতৈ লান্মীশিং অসি অকনবা মথৌনা লৈবা সিপাইনি হায়বগী ময়েক লারবা প্রমাণদি, খুদোং থীথ্রবা লম্বী লমশাং চৎনরকপা মতাংদা তরং-তরংনা উৎলকই। মথোয়না তৌবগুম্না করিগুম্বা জাতি অমতগী লান্মীশিংনা, খুদোং থিথ্রবা ফৎথিদ্রবা লমশাং চৎপগী চোকথবা অমদি অরাবা অসি থাঙবা ভস্মোই। মথোয়গী জাৎকী ওইবা অমাং-অশেংগী ভাব অসি ফনদি কল্লি হায়ববু, মহুনা মথোয়গা (মৈতৈ লান্মীশিংগা) জাৎ তিন্নদবা লান্মী অতৈদা অপনবা করি অমতা ওইহন্দে। চাকলাম্বা অমদি চোকথবগী চৈথেং ফংলবশু, মৈতৈ লান্মীদি পম্বুংফম য়ৌদ্রিবা ফাওবা, অয়ুক মুংথিল থাক্তনা, পুংজা

(৪) Ibid Para 62. (৫) Ibid

থুদিংমক্তা, লম্বী লমশাং চৎকদবগী অমসুং লাঞ্জংগদবগীতা থৌরাং তোক্নতা লৈ; হেনফদবা মতাংদনা, অহিঙ ফাওবদসু, লালমাং থাছনা লাল চংঙি। মৈতৈ লাম্মীদি ভুং হন্দোকপা হায়বত্ থঙদবা মীতা ঙাক্তনি (৬)"। "থোং-থাক্লবা পাত্র অমসুং অচা-অথকক্কা লোইননা মৈতৈ লাম্মীশিংনা থুদোংথিগ্রবা অমসুং থাপগ্রবা লমশাং নোংমদা চৎপা ঙম্মি; মখোয়গী মায়খোংদা পেন্দবা নম্রগা ফুংঙাইতবগী মওং করিসু উদে; অসুম্না ৱানা চৎলবা মতুংদা পম্বুংফম য়ৌরবা মতমদসু, মখোয়না ভুমিন্না লৈখোক্তে; থাংপোকমচা শারগা লৈননবা হোংনৈ; হৈশিংনা থুৎলোইনা লাম্বল শারগা অতুগী মন্থুংদা লৈ (৬খ)।"

## শগোল তোংবা লাম্মীশিংগী মতীক মথৌনা:—

"মৈতৈ লাম্মীদি খোংমী ওইনা লাল চঙবব়ুদি, শগোল তোংবা সিপাই ওইনা লাল চঙবনা হেন্না মথৱাই তাক্তে (৭)।" "মণিপুর তম্পাক্তা শগোল ওন্থোক্লা মরাং কায়না কংলম্বা (৭খ) অমসুং ফনমক লাইরবা মী অমনসু শগোল অনি নম্রগা অহুমগী মপু ওইবা ঙম্লম্বা (৮) অসিনা মৈতৈবু শগোলগা শাগোম্নবা তাহনখি। মণিপুর তম্পাক্কী কাচিন-কোয়া শীনথুংনা শাম্নরম্বা শগোল কাংজে অসিনসু মৈতৈবু মতীক মথৌনা লৈগ্রবা শগোলতোংবা লাম্মী অমা ওইহনবদা ওন্থোক্লা মতেং পাংখি (৯)"। "শগোল কাংজে শান্নবা অসিনা মৈতৈবু নোংপোক ভারত্তা লৈবা জাতি পুম্নমক্কগী খ্বাইদগী ইহেন-হেন্না শগোল তোংবা হৈবা কাঙলুপ অমা ওইহনখিবনি; মসিনা মীকি লাইকিদবগী মওং অমা মখোয়দা পোকহল্লি; অমসুং শগোল তোংবা লাম্মী অমনা তৌগদবা

---

(৬) Sir James Johnstone. My Experiences in Manipur Page 223. (৬খ) Ibid Page 142, (৭) Report of Jenkins and Pemberton (18th August, 1832) Para 51, (৭খ) Francis Hamilton—An Account of Assam Page 81. (৮) R. B. Pemberton—Report on the North Eastern Frontier of British India (1835) Page 31; Para 22 (৯) Ibid

শিন্থা পুম্নমক অতু মখোয়বু মপা লৈতনা চংখোম্না পাণ্ডথোকহনা ত্তম-হল্লি (১০)।"

অসিগুম্বা শগোল তোংবা লাম্মীশিং অসিনা শাবা শগোল তোংবা মৈতৈ তেঙ্গোল অসি—ঐখোয়গী খোংমী তেঙ্গোলদগী হেন্না মীরৈবাক্তা মমিং চৎলম্মি ; শগোল তোংবা ঐখোয়গী তেঙ্গোলবু নক্নবা লৈবাকশিংনা শীংথানরম্মি অমসুং শাথিনা কিন্নরম্মি। শগোল তোংবা অসিগুম্বা তেঙ্গোলগী মপু ওইরম্বা মণিপুরনা থাগী অমসুং অরা লৈবাক নৈথাঙ্গবা ত্তম্নম্বনি অমসুং নক্নবা লৈবাকশিং অসিনা অতৎ-অথম লৈতনা লান্দারকপা পিংবা ত্তম্নম্বনি। "শগোল তোংবা লাম্মীশিংগী মতেংনা, মৈত্রবাক্কী নিংথৌশিংনা অরানা তোয়না লান্দারকপবু থিংবা ত্তম্বতা নত্তনা, নিংথি তুরেনগী নোংপোক পাংবা লমদমবু নৈথাইবা অমদি ইরাবতী তোর্ব্বানগী লমদম অমসুং অরা কোম্নুংমক্তদা মৈতৈগী লালত্তম ফীরান য়ুংবা ত্তমখি-বনি। অরাশিংনা শগোল তোংবা মৈতৈ তেঙ্গোলবু শাথিনা কিরম্মি (১১)।"

শগোল তোংবা মৈতৈ তেঙ্গোলগী তেমথেং অসি অরা লৈবাক্তা ওন্থোক্না শাথিনা ফাওখি। শগোল তোংবা ঐখোয়গী তেঙ্গোলগী মচু য়ৈথেক্নবা, অরা নিংথৌনা ঐখোয়গী শগোল য়াম্না লৈরম্মি অমসুং ঐখোয়দগী লৈবা শগোল ময়াম অতু শিজিন্নতনা শগোল তোংবা অরা তেঙ্গোল অমা শেমখি (১২)। অরাদি, শগোল তোংবা অরা তেঙ্গোলনা শগোল তোংবা মৈতৈ লাম্মীশিংদা করিসু তোবা য়াখিদে।

**হিতোংবা মৈতৈ লাম্মীশিংগী মতীক মথৌনা ঃ—** খুমন, মোইরাং-নচিংবা লোক্তাক খোংবান্দা তাবা প্রদেশশিংগী হি-তোংবা তেঙ্গোলনা ইম্ফাল তুরেলনা ইমায় পাবা মতমদা, লান্দারকপা থিংবগী থৌদাং

(১০) Letter from F. Jenkins and R. B. Pemberton dated lcutta the 25th July, 1832 to George Switon, Chief Secretary to India Government Para 20 (১১) R. B. Pemberton—Report on N. E F. of India—(1834)—Page 29; Para 18. (১২) Dr. G. E. Harvey— History of Burma (1925)—Page 242.

অসি ঐখোয়গী লাম্মী, হি-তোংবশিংনা নিপাথোক্না পাঙথোকখি। চৈথারোন কুম্বাবদা শিংথারিবা হিগী লালশিং অচুনা ঐখোয়গী লাম্মী হিতোংবশিংগী মতীক মথৌনা ময়েক লানা উৎলি। চহী খুদিংগী তান্নবা পানা তরুক্কী হিয়াং অমদি ঋাক যাত্রা হৈগ্ হিদোংবনচিংবা থৌদোকশিংদা তান্নবা হি হিয়াংশিং অসিনা হিতোংবা লাম্মীশিংদা, হি হোনবা খুৎলাই হুম্নবা অমসুং হিগী লাল্ওং নিংশিংহন্নবগী খুদোংচাবা পীরম্মি।

ঐখোয়না নৈনরিবা মতম অসিগী লোইরমদাইদা (হায়বদি তরানিথোই শুবা খুঃ কুমজাগী মমৈদা) লাম্মী হায়বা ঋাহৈ অসিগী মহুত্তা সিপাই হায়না ঋাহৈ অসি শিজিন্নবা হৌরকই (১৩)। ঋাহৈ অসি সিপাহী হায়বা ঋাহৈগী থৈরকপা মওংনি। মতম অসিদা, ভারতবর্ষগী অয়াম্বা শরুক্তা লিংখৎলকইবা পাঙলশিংগী লৈবাক ঙাকলোন অমসুং শা-লালগী পথাপকী ঈথক ঈপোম খরা মৈত্রবাক য়োরকপগী প্রমাণ অসি—সিপাই অমসুং মসি নত্তবা নোংচুপলোমদগী চংলকপা ঋাহৈশিং অসিনা উৎলি।

করম করম্বা কাঙলুপকী মীওইশিংবু সিপাই হাপ্লম্বগে হায়বা ঋাহংগী পাউখুম থিজিনবা মতাং চায়। মৈত্রবাক্কী তেঙ্গোলশিংদা য়াওবা লাম্মীশিংগী অয়াম্বা শরুক্তি শলাই তরেৎকী মন্নুং চনবা মীওইশিংদগী লোরম্মি। লাম্মীশিংগী লেমহৌবা শরুক খরা অমনা শলাই তরেৎকী মন্নুং চন্দবা কাঙলুপশিংদগী লোরম্মি। শলাই তরেৎকী মন্নুংদদি চন্দবা অচুবু লাম্মীদি ওইনা লোবা কাঙলুপশিংগী মন্নুংদা বামোনশিং অসি শীংথাবা য়াই। মৈত্রবাক্কী তেঙ্গোলশিংদা বামোন লাম্মীসু য়াওরম্মি। বামোন লাম্মীগী মশীংদি পংয়াম য়ামলমদে। শলাই তরেৎকী ক্ষেত্রীমচা লাম্মীশিংগুম্না, মখোয়সু মথুক্তা খুৎশু-খুৎলাই পায়দুনা লানফমশিংদা হাকথেংননা শোক্নবা লাল য়াওরম্মি। বামোন লাম্মীশিংগী মরক্তগী

(১৩) Khahingamba—(1900) edited by Houdijamba Chaitainya Singh—Page 26.

খরদি, মথৌনা অমস্তুং মরৌশিংগী মতেংনা, মথং মথং ফমথোল কারকতুনা লাল্লুপচিংবা অমদি হঞ্জবা ফাওবা ওইবস্তু য়াওখি (১৪)।

ধৰ্ম্ম অমস্তুং জাৎ তিন্নদবনা মৈত্রবাক্কী লাম্মী ওইবদা অপনবা করি অমতা ওইরমদবগী ময়েক লাবা প্রমাণদি চীংমী অমস্তুং পাঙলশিংবু লাম্মী ওইহল্লম্বা অসিনি। কবুই, তাংখুল, মরিংনচিংবা চীংগী কাঙ-লূপশিংগী মমুংচনবা মীওইশিং, তরাও, থাঙ্গাল, শোংবুনচিংবা চীংগী খুল কয়াগী খুঞ্জাশিংনা, মৈত্রবাক্কী তেঙ্গোলশিংদা, লাম্মী ওইনা, য়াওরম্মি (১৫)। পাঙলশিংস্তু মৈত্রবাক্কী লাম্মী ওইরম্মি (১৬); মখোয়স্তু ঐখোয়গী লৈবাক্কী তেঙ্গোলশিংগী অরা-তুংঙাইগী শরুক য়াখি।

## লাম্মীশিংগী শাদোং

ঐখোয়গী লাম্মীশিংনা শিজিন্নরম্বা শাদোংশিং অসি মখল মখা য়াম্মি; মখোয় অতুগী মরক্তুগী অথোইবা অমা অনীগী মরমদা নৈনবা হোৎনরি।

**দোলাই :**— লাল্লুপচিংবা; সেনাপতিনচিংবা লাম্মীশিংগী মকোক-থোংবা ফম্নাইবশিংদি, লালফম তান্না চৎপা অমস্তুং লালফমদগী হল্লকপদা দোলাই তোংনরম্মি। মহারাজমক্না লাল লেঙবদা দোলাই তোংবস্তু য়াওই। নিংথৌনা তোংবা দোলাইদি অকক্নবা মমিং থোল্লি। মৈদিঙু (মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেন) খোংতেকচাগী দোলাই অতু পুম্পানিক কোরম্মি (১৭)। ফমথোল চাউনা নাইদবা অঙম্বশিংনা তোংবা দোলাইদি অচোবা অঙম অথৌশিংনা তোংনবা দোলাইগা মশক মওং মান্নদে; দোলাই জাৎ অনী অসিগী খেন্নবা শক্তম অসি তারুনবা, অচোবা অঙম্বশিংনা তোংবা দোলাইবু—দোলাই লেংজাউ কৌরম্মি (১৮); অনেম্বা থাক্কী

(১৪) Takhalngamba (Printed in 1902) edited by Houdaijanba Chaitanya Singh Page 17. (১৫) Sir Johnstone—My experiences in Manipur and Naga Hills—Page 233. (১৬) Takhalngamba Page 20. (১৭) Copper Plate of King Khongtekcha (fully Reproduced in Nand Lal Sharma's) Maitrabak 1960. (১৮) Takhalgamba Page 85.

ফম্নাইবশিংনা তোংনবা দোলাইবুনা ইচম-চম্না দোলাইত্তা হায়রগা খঙনরম্মি।

হি :—লাম্মীশিংগী চঙদবা য়াদবা থুনেৎশিংগী মতুংন্না হি অসিমু অমনি (১৯)। লোক্তাক মপান তাবা, থুমন, মোইরাংনচিংবা প্রদেশ-শিংগী হিতোংবা তেঙ্গোলনা লান্দারকপা থিংনবা, হিতোংবা তেঙ্গোল অমা থম্নম্মি। তেঙ্গোল অসিগী লাম্মীশিংগীদমক সরকারনা হি মতীক চানা থম্নম্মি। হিতোংবা লাম্মীশিংগী লুচিংবা কয়ামুক্কী মরক্তা, তোমথিন ওইনা, হিরুহনবা, হিনাও শাবা, হিরু তোমাই-লেপ্পনচিংবা ফম্নাইবশিং অসি মমিং পনবা মতীক চায় (২০)। হিতোংবা তেঙ্গোলনা শোক্লগদবা লানফমদা মহারাজ মা খোঙ লেঙবা তারবদি, হিয়াং-হিরেন (২১) নম্ভগা শুরুপ্পা হি (২২) তোংহনা লেংহি।

শামু :—সেনাপতি, শামু হঙ্গবনচিংবা তেঙ্গোলগী থাইদগী মকোক-থোংবা লুচিংবশিংদি লালফমদা চৎপা অমম্নুং লালফমদগী হল্লকপদা শামু তোংবা য়ারম্মি। মহারাজনা লাল লেঙবা মতাংদদি, অনী নম্ভগা অমীদগী তেনবা শামু খাবক লাক্লগা তোংলম্মি। শামু লোইশংদা থমলিবা সরকারগী শামুশিংগী মতুংদগী, মতীক মগুণ, মশক মতৌদা থোইদোকপা শামু অমবু অতৈ ময়াম অচুগী মকোক ( লুচিংবা ) হাপ্পি; শামুশিংগী লুচিংবা অসিবু—য়াইশা খুনেৎশা কৌরম্মি (২৩)। নিংথৌ খরগী চাকথকুদি, য়াইশা খুনেৎশাশিংবু অকক্নবা মিংথোল পীরম্মি। রাজবল্লভ অসি য়াইশা খুনেৎশাশিংগী মরক্তগী থোইদোক হেন্দোক্না ফাওখিবা অমগী মমিংনি (২৪)। মৈত্রবাক্তা শামু অঙৌবা মরাং কায়না কংলম্মি (২৫)। অয়াম্বা মতমদা, মচু পুমঙৌ-ঙৌবা শামুবু য়াইশা খুনেৎশা হাপ্পরম্মি।

(১৯) Ibid Pages 7. 34. (২০) Ibid—Page 9. (২১) Ibid Page 46, W. Yumjao Singh—History of Manipur, Page 19, (২২) Takhaingamba—Page 7. (২৩) Ibid page 16. (২৪) Ibid page 16. (২৫) Francis Hamilton—An Account of Assam—page 81.

মণিপুরগী শামুদি গঙ্গা অমসুং সিন্ধু তুরেলগী ঈশিং থকপা লমদমদসু মমিং চৎলম্মি। কলিঙ্গ, অঙ্গ, করুষ অমসুং নোংপোক হারমদা ফংবা শামুশিংনা খ্বাইদগী ইহেন-হেন্না ফৈ হায়না অর্থ-শাস্ত্রদা কৌটিল্যনা ইরমলিবা অসিদা, নোংপোক হারম হায়বা ঋাহৈ অসি মৈত্রবাকপুনি ; লমদম অসিগী শামু হায়রিবা অসিনা লৈবাক অসিগী শামুবুনি (২৬)।

**শগোল ঃ—** মৈতৈ লাম্মীশিংগী শাদোংশিংগী মরক্তা শগোলনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মৈতৈ শগোলনা অরুম্বা পোৎ পুবা ঙম্বা ; পোৎ-লুমগা লোইননা অরাপ্পা লমশাং চৎপা ঙম্বা ; চিলহাও থিদবা অকংবা উনাশীংনা থরগতনা হিংবা ঙম্বা—মগুণশিং অসিনা, মখোয়বু তোংলিবা —মৈতৈ লাম্মীশিংবু—মশাগী শিন্থা মতীক চানা পাংথোকপা ঙমহল্লি অমসুং লালফম কয়ামুক্তগী লালঙম ফীরান পুরকপা ঙমহনখি। ঋাং চাউবা অমসুং মচিঞ্জাক য়াম্না চাবগী মতাংদদি, মৈতৈ শগোলনা—মীরৈবাক্কী শগোলদগী ওম্থোক্লা ঋাৎলি। অতুবু মপাঙ্গল, মরোশিং, মতীক মথৌনাগী মরমদদি, মৈতৈ শগোলনা মীরৈবাক্কী শগোলদগী অঙকপা ফংনা হেল্লি। "মণিপুরগী শগোলনা ভারতবর্ষগী শগোল জাৎ পুম্নমক্তগী ইহেন হেন্না ফৈ ; অঙকপা ফংনা থাংবা কনবা অমসুং পোৎলুম পুবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈ (২৭)"। "মখোয়দি (মৈতৈ শগোলদি) উমুং ঋাঙুং চৎপা, চীং কাবা য়াম্না হৈ......শা-লান্দা শিজিন্নবা মতমদদি মখোয়বু ঋানা-শীংনাতা পীজৈ ; মহুতনসু হিংবা ঙম্মি। কে-মৌনা য়োকপা মীরৈবাক্কী শগোলশিংনা মশা হিকথরকপা অমসুং শোয়দনা শিবা তারবা মতাংদা, মৈতৈ শগোলদি মশা থিঙনা লৈ ; অমসুং শিজিন্ননিংবা হিরম থুদিংমক্তা শিজিন্নবা য়াই (২৮)।" মৈতৈ শগোলনা অঋা লৈবাক্কী শগোলদগীসু মপাঙ্গল মরোশিং, মথৌনাদা, য়াম্না হেল্লি (২৯)।

---

(২৬) Kautilya's Artha Sastra (edited by S. Sastri), B. K. Barua Cultural History of Assam Page 65. (২৭) Sir G. Watt —Commercial Products of India Page 751. (২৮) Dr. G, E. Hurvey—History of Burma (1925)—Page 252. (২৯) Sir Johnstone —My Experienges in Manipur—Page 110.

মপাঙ্গল, মরোশিং, মতীক মথৌনাদা লাম্বা লৈত্রবা লৈতৈ শগোলবু মীরৈবাক অয়াম্বনা পান্নরম্মি। করি মরমদগী মৈত্রবাক্লা মশাগী শগোল মীরৈবাক্তা য়োনবা ঙমলমলিবনো? মণিপুর তম্পাক্কী কাচিন কোয়া শিন্না, মৈতৈ শগোল অসি, ওম্বোক্লা মরাং কায়না অমস্তুং হোংচাউনা লোইনরম্মি (৩০)। মণিপুর তম্পাক্কী মৈতৈদি, ফনমক লাইরম্বনস্থ শগোল অনী নত্রগা অহুমগী মপু ওইরম্মি (৩১)। মরম অসিনা মৈত্রবাক্লা মশাগী শিঞ্জিন্নবা ওকপা চাংদগী অহেনবা শগোলবু—মীরৈবাক কয়াদা য়োল্লম্মি। তেথাও লৈবাক্লা (আসাম)— ঐথোয়গী শগোলমু ইতৎতত্তনা অমস্তুং চাং য়াম্না লৈরম্মি (৩২)। অন্না নিংথৌশিংনা—মৈতৈ শগোল য়াম্না লৈরম্মি; অস্তুম্না লৈবা মৈতৈ শগোলশিং অসি শিঞ্জিন্নহুনা, শগোল তোংবা তেঙ্গোল অমা শেম্লগা, মৈতৈ শগোল তোংবা মৈতৈ তেঙ্গোলবু লাম্বা তৌনবা হোৎনখি (৩৩)।

ভগদত্তনা পাণ্ডবনিংথৌ ( যুধিষ্ঠির ) দা কৎখিবা শগোলশিং অছু তেথাও লৈবাক্কী শগোলনি (৩৪); মৈত্রবাক্কী শগোল নত্তে অমস্তুং অকনবা অমদি অফবা শগোল মরাং কায়না ফংবা কম্বোজ লৈবাক অসি তেথাও লৈবাকনি (৩৫); মৈত্রবাক নত্তে—হায়বা রারোল অমা, বিরঞ্চিকুমার বরুৱা, প্রতাপচন্দ্র চৌধুরিনচিংবা তেথাও পণ্ডিত থরনা হায়রি। রারোল অসি পূমলাল-লানবনি। তেথাও লৈবাক্লা মপাঙ্গল মথৌনাদা শীংথাবা য়াবা শগোল লৈজরমদবা অমস্তুং লৈবাক অসিগী নিংথৌশিংনা করিগুম্বা মতমদস্থ শগোল তোংবশিংগী তেঙ্গোল থমলমদবা অসিনা অরানবা রারোল অসি কয়ামুক লানবগে হায়বা অছু মশক পূমশেং শেংহল্লি। অছুগীস্থ মথক্তা, "শগোল তোংবা য়েক্লবা লাম্মী

(৩০) Ibid (৩১) R. B. Pemberton— Report on the Eastern Frontier of India (1835) — Page 31, Para 22. (৩২) Francis Hamilton— An Account of Assam – Page 79, (৩৩) Dr. G. E. Hurvey— History of Burma (1625) Page 242. (৩৪) Journal of Bihar and Orissa Research Society Vol 1— Page 191. (৩৫) B. K. Barua—Cultural History of Assam—Page 64

অমত্তং উবদা আসামী সিপাইশিংদি পাখৎলি ; শগোল তোংবা লাম্মী অহুনা কোৎচিল্লকপদা খুৎলাই নিংথিনা পায়রবা আসামী লাম্মী চামা চামনা মথুৎ থাঙ্গৎলি : থাঙ্গৎলিবা মথুৎশিং অহুদা য়োৎহিং চল্লরো অমসুং বন্দি ওইনা চিংহুনা পুবিরো হায়ঞ্জে (৩৬)।" ভগদত্তনা কৎলিবা শগোলশিং অসি মৈতৈ শগোলনি হায়বা অসি পীরিবা মরমশিং অসিনা তাকচৈ।

অকনবা অমসুং অফবা শগোল মরাং কায়না ফংবা কম্বোজ লৈবাকসু তেখাও লৈবাকনি হায়বা রাফম অসি অরানবা ৱাখিনি হায়বা অসিসু মথক্তা উৎখ্রিবা মরম অহুম (তেখাও লৈবাক্তা চৎনবা য়াবা শগোল লৈত্তবা : লৈবাক অসিনা শগোল তোংবা তেঙ্গোল থম্বা ঙমদবা: তেখাক্তু লাম্মী চামা চামনা শগোল তোংবা য়েক্নবা লাম্মী অমত্তং উবদা পাগৎপা) অসিনা তরং তুবংনা উৎলি। অতুগীসু মথক্তা কম্বোজ লৈবাক অসি অরা অমসুং তেখাও লৈবাক অসিগী মরক্তা লৈ হায়বসি তিব্বতকী নিংথৌরেন—পোংশাজোন-না তক্‌পনা তাকই (৩৭)।" তেখাও অমসুং অরা অসিগী মরক্তা লৈবা মতৌক মথৌনাদা লাম্বা লৈত্তবা শগোল মরাং কায়না ফংবা—কম্বোজ—লৈবাক অসি মৈত্রবাকনি হায়বা মশান তাবনি : লেঙবা য়াত্রবা ভৌগোলিক অবস্থানি। তিব্বতনা মৈত্রবাক কম্বোজ কোরম্মিনা অসি নীংশিংবা মতৌক চায় অমসুং এখোয়গী শগোল অমসুং মহুরু তোংবা মৈতৈ তেঙ্গোলগী মতৌক মথৌনারু লৈবাক অসিনা খংলমলিবা অসিসু নীংশিংনিংঙাইহনি।

শ্রীনন্দলাল শর্ম্মা

(৩৬) Journal of Bihar and Orissa Research Society Vol 1 page 191. (৩৭) Dr. P. C. Choudhury—History of the Civilisation of Assam—Page 239.

# মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোল

## ( অনৌশুবা শরুক )

য়ারেং অসিগী অহানবা শরুক্তা, মৈতৈ লাম্মীগী মতীক মথৌনা শগোল তোংবা লাম্মী, খোঙমী অমসুং হি-তোংবা লাম্মীগী শাদোং অমদি মসিগা মরী লৈনবা য়ারোল খরা নৈনখরে। মতাং অসিদা মৈত্রবাক্কী লাম্মী তেঙ্গোলগী খুৎশু খুৎলাই অমসুং লালগী কাঙলোম্ন-চিংবগী মরম পৌরপ্পা উৎননবা হোৎনরি।

### মৈতৈ লাম্মীগী খুৎশু খুৎলাই ঃ—

ঐখোয়গী লাম্মীশিংগী খুশু খুৎলাইশিং অসি মথল মখেল য়ামথরে। মথল-মখা য়ামথরবা খুৎশু-খুৎলাইশিং অসিগী মরক্তুগী অথোইবা অমা অনৌদংগী মশক মমিং শীংথাবা ঙমংঙাইগনি।

অরাম্বাই ঃ—মসি শগোল তোংবা লাম্মীশিংনা পায়নবা খুৎলাইনি। শগোল শাবনগী নাকল অনৌদা অরাম্বাই তেম্লোং য়াম্লি। কন্না থৌরিবা শগোল মথক্তুগী মায়কৈ খুদিংদা অরাম্বাই হুনবা ঙম্নরমই। তেলদগী অরাম্বাইনা শাথিবা হেল্লি; লংনিংবা মায়কৈদা লংবা অমসুং পালহম্লিংবা মফমদা পালহনবা য়াবা মগুণশিং অসিনা অরাম্বাইবু নক্লবা লৈবাক্কী তেঙ্গোলনা য়াম্না কিনরম্মি। লাঙ্গংবা অমদি লাঙ্গেনবা অনৌমক্তা অরাম্বাই শীজিন্নবা য়ারম্মি। লাঙ্গংলিবা মৈতৈ লাম্মীশিংনা তুংলোমদা আরাম্বাই লংতুনা তান্নরক্লিবা য়েক্লবা তেঙ্গোলগী খোঙচৎ য়াম্না ঙপথহনবা ঙমখি। মতোম্দা ইম্পাতকী তুম্নবা য়োৎচিন তোপ্পা, মথোক্তা য়াহোং মতু থেৎপা খুৎলাই অসিগী মতেঙনা মশিং য়ামদবা মৈতৈ লাম্মী খরতনা মশীং হেনখরবা য়েক্লবা তেঙ্গোলবু মায়-পাক্না লাম্বা পাবা ঙমহল্লি (৩৮)। শগোল তোংবা লাম্মী পুদিংমক্তা খুৎলাই অসি শীজিন্নবা ঙমলম্মি (৩৯)।

(৩৮) Dr. R. Brown—Statistical Accounts of Manipur—Page 37.
(৩৯) Khabingamba—Page 20.

খোঙমীগী খুৎলাইশিংগী মরক্তা চুং অসি শীংথাবা মতীক চায় (৪০)। তা পায়বা লান্মীনা চুং শাগোন্নদবা য়াদবা (৪১), য়েৎথংবা খুৎনা তা পায়বা, লাল চৎপা মতমদনা চুং নমদা পোবা (৪২) অমস্তুং লাল চঙবা মতমদা ওইথংবা খুৎনা চুং পায়বা — মৈতৈ খোঙমীগী মনাৎনি। শওম মউন্না শাবা (৪৩) চুংনা মরু ওইনা শীজিন্নরম্মি। খোঙমীনা তা খুৎলোয়বা অতুক শগোল তোংবা লান্মীশিংস্তু তা খুৎলোয়না শীজিন্নবা ঙমলম্মি (৪৪)। খোঙমীগী তাগা শগোল তোংবগী তাগা মশক মওং মান্নদে। শগোল-তাদি খোঙমীগী তাদগী শাংবা হেল্লি; মসি মখল-মখা য়াম্মি; মখল মথেলশিং অতুগী মরক্তগী খনংতা অমস্তুং শগোলতা মমিং চৎলি (৪৫)। খোঙমীগী তাগী মস্তুংদা লম্বু, লাংশোই মমিং পনকম থোকই। নিংথৌনা পায়বা তাগী মরমদা মৈতৈ পুয়াশিংদা অকুপ্পা রারোল কয়া মচা খায়না ইরি। নিংথৌগী তাদি অকক্পবা মমিং থোল্লি; খাংস্তুনহা অসি অফাওবা মৈতৈ নিংথৌ অমগী খুৎস্তু-তা নিংথৌগী খুৎস্তু-তা মর্তৌ করম্না শাবগে হায়বা রাকম অসি তাকপা মতাংদা তথেলঙম্বা কৌবা পুয়ানা, "খেরেদা চা চনবা শীংচেপ থাদুনা হিংনা চনবা নিংথৌরেনগী খুৎস্তুতা" হায়না শীংথাই (৪৬)।

মৈতৈ তেঙ্গোলদা তা শাগোন্নবা খোংমীতা নত্তনা থাঙ খুৎলোয়বা লান্মীশিংস্তু য়াওরম্মি। মখল মখা য়ামখরবা থাঙগী মরক্তা কবাকথাঙ (৪৭) অমস্তুং থাঙশাং (৪৮) না অথোইবনি। নিংথৌগী খুৎস্তু তাগী অকক্পবা মমিং থোনবগুম্না মৈদিঙুগী খুৎস্তু থাঙবু অপান্নবা মিংথোল পীবা, শনানা শাবা নিংথৌগী থাঙ (৪৯) অমস্তুং লুপানা শাবা মৈদিঙুগী খুৎস্তু থাঙ (৫০) গী রা পুয়াশিংদা তোয়না থেংনগনি। তাগা চুংগা খানবা য়াদবগুম্না, থাঙগা চুঙ্গোইগা শাগোন্নদবা য়ারমদে (৫১)। শামুগী

(৪০) Takhalngamba—Page 5. (৪১) Ibid. (৪২) Ibid Page 17. (৪৩) Ibid Page 18. (৪৪) Ibid—Page 24. (৪৫) W. Yumjao Singh—Report on the Archeolcgical Studies in Manipur (1935))—Page 24—25. (৪৬) Takhalgamba—Page 22. (৪৭) Ibid—Page 39 (৪৮) Ibid—Page 11. (৪৯) Copper Plate of king Khoug takcha (৫০) Ibid. (৫১) Takhalgamba Page 18.

মউন্না শাবা খোঙমীগী চুঙ্গোই (৫২) ; অমসুং সনায়োম্বা তক্ষা থিনবা নিংথৌগী চুঙ্গোই (৫৩) শীংথাবা ৱারোল কয়াসু মৈতৈ পুয়াগী চেনাশিংদা উগনি। চুঙ্গোই শীজিন্নবা থুংলোইদবা থাঙশাং অনী তূনা শীজিন্নবা খোঙমীসু মৈতৈ তেঙ্গোলদা য়াওরম্মী। অসুম্না থাঙশাং অনী শীজিন্নবা মতাংদা য়েংথাঙ অমসুং ওইথাঙ হায়নৈ ; থাঙ অনী অসিগী অরুম অয়াং অমদি মশক মওং মান্নদে।

তেন্দা থুংলোইবা খোঙমীশিংনা মৈতৈ তেঙ্গোলগী মরুওইবা পাম্বোম অমা ওইরম্মী। থুংলাই অসি খোঙমীতা নত্তনা শামু তোংবা লাম্মীশংনসু শীজিন্নরম্মী (৫৪) থুংতা তেন পায়বা, নমদা তেম্পোং পোবা (৫৫) খোঙ-মীনা মরায় হায়গংনা, মমায় মকা লাম্না লৈবাক নিংথৌ মাঙদা চঙবা ঙম্নরম্মী। নিংথৌ ফাওবনা থুংলাই অনী শীজিন্নবা হৈননবা হোংনরম্মী। নিংথৌ খরদি 'তেলহৈবা' হায়বা মিংথোল অসি লৌবসু য়াওই। খোঙমী-শিংনা শিঙজং মখল অমা (৫৬) শীজিন্নরম্বগী প্রমাণ ফংই। থুংলাই অসি উয়ান শিংজংদগী পাকপা অমসুং য়াঙবা হেল্লি অমদি শকওং শক্তাসু মান্নদে।

## তোপ বমদিয়ারনচিংবা থুংলাইশিং ঃ—

থেন্নবা মওং কয়ামুক্তা অর্থ হনবা য়াবা কৌটিল্যগী অর্থ শাস্ত্রগী ৱারোল খরবু প্রমাণ ওইনা পুথোক্লুনা ঙল্লিভৈ মতমদসু আর্য্যাবর্ত্তদা নোংমৈ তোপনচিংবা শারম্মী হায়বা ৱাফম অসি উৎনবা কন্না হোংনরি (৫৬ ক)। অরেম্বদা হোংনবনি ; অরানববু চুমহনগে হোংনবনি। অরাং নোংপোক থংবা ভারতকী শরুক্তা থুম্দাবা অনার্য্যশিংতনা থুংলাইশিং অসি মমাংঙৈদগী শীজিন্নরকপনি। খাশি (৫৬ খ) ; জয়ন্তিয়া ( ৫৬ গ ) ; মৈতৈনচিংবা জাৎশিং অসিনা মরুওইনা থুংগু থুংলাইশিং অসি শীজিন্নরম্মী। অৱাং

(৫২) Ibid Page 85. (৫৩) Ibid—Pages 22, 85. (৫৪) Ibid Page 4. (৫৫) Ibid Page 30. (৫৬) Ibid page 7. (৫৬ ক) I. C. Gosh. Indian Historical Ouarterly. Vol (vii)—page 703—708 ; Vol (viii) page 267—271 ; 283—588. (৫৬ খ) P. R. T. Gurdon— The Khasis (1907)—Page 23. (৫৬গ) Ibid.

নোংপোক ভারতকী অনার্য্যশিংদগী থুংলাইশিং শাবগী মওং অসি অহানবদা অরানা তমখি ; মতুংদা হায়ৰিবা জাৎশিং অসিগী মতেংনা থাগীশিংসু থুংলাইশিং অসি শাবা হৌখিবনি (৫৬ ঘ)। তোপ অসি মমৈথংদা ( হায়বদি খৃঃ ১২০০ গী হৌরকপা মতাংদা) মৈতৈশিংনা কামান কৌবা কৌখি (৫৭)। মৈত্রবাক্তা শীজিন্নরম্বা তোপশিংগী মমুংদা "শেলগী কামান" অসি মমিং পনবা মতীক চায় ; মসি শেঙ্গেংনা শাবনি (৫৮) থাইনগী তোপ তরাহুমদোইখক মণিপুর সরকারগী ছাপা থানা মমাংদা থনম্বনি (৫৯) ; লাল মতুংদদি তোপশিং অসি মাঙখরবরা নক্সগা মওং চানা থমলিব্রা হায়বসি মণিপুর সরকারদগী করিগুম্বা অমত্তা থঙবা ঙমত্রি।

মৈতৈ তেঙ্গোলনা তোপ শীজিন্নরম্বগা লোইননা নোংমৈসু শীজিন্নবা হৌখি। খৃঃ ১৫৬২ দা হান্না নোংমৈ শারম্বা মওং অতুদগী হেন্না চঙখোনবা মওংদা নোংমৈ শাবা ঙমলে হায়বা রারোল অমা চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি। (৬০) মৈতৈ খোঙম্নীশিংনা শীজিন্নরম্বা নোংমৈ মথল মথেলশিংগী মরক্তা "রামচংগী" অসি মমিং য়াম্না চৎলম্মি (৬১)। ঐথোয়গী খোঙ-মীশিংনা তোপ অমসুং নোংমৈত্তা নত্তনা মৈকাপ্পিসু শীজিন্নরম্মি। থুংলাই অসি মমৈথংদদি বমদিয়ার কৌখি ; মসিগী চৈপেং অমসুং শাফুদি য়াম্না শাথিরম্মি ; শঙ্গাইশেলম্বুক মতীকময়াই কল্লি (৬২)। মফম অতুদা শাবা নক্সগা থোকপা পোৎকী মমিং লৌত্তনা মফম অতুগী মমিং থোনবা ( হৈরোক, হৈঙাং ) ; মফম অতুদা থোকখিবা শীংথাবা য়াবা থোদোক্কা মরী লৈননা মফম অতুগী মিংথোল পীবা কৈবুং মোইরাংথোম অসি-নচিংবা পথাপক্কা চাশিন্নত্তুনা রেংলবদি, বমদিয়ার কৌবা থুংলাই অসি

(৫৬ ঘ) V. Ball—Tavernier's Sravels in India (1925) Val II—page 217 ; Voyages de I. B. Tavernier II, pp. 427 ; R. Maclagan --On Early Asiatic Fre Weapons--Journal of Asiatic Society of Bengal vol. XLV.—1. pp: 30—71. (৫৭) Idid page 20. (৫৮) W. Yumjao Singh—Report on the Archeological Studies in Manipur (1935)—page 25 (৫৯) Ibid. (৬০) Ibid. (৬১) Takhelgamba —pp, 65, 93, (৬২) Ibid—page 20.

শারম্বা মফম অদুবু খুৎলাই অসিগী মমিং লৌহনা বমদিয়ার থোনখিবনি, হায়বা রাফম অসি অচুম্বনি হায়না লৌদবা য়ারোই।

## লাম্বল অমসুং লমশাং—

য়েক্লবশিংগী লৈবাক্তা চঙতুনা লান্দারিবা মৈতৈ তেঙ্গোলবু মতা চাবা য়েংহনা শরুক কয়ামুক থোক্না খায়দোকপা, অসুম্না খায়দোক্লিবা শরুকশিং অদুবু চেকশিন্না শাবা লাম্বলগী মফুংদা লৈহনবা অসি পাংথোক্লবা য়াদ্রবা লালগী পথাপ অমা ওইরম্মি (৬৩)। মৈতৈ লান্মীশিংনা য়েক্লবশিংগী লমদমদা শারিবা লাম্বল অসি উনা কোয়শিন্দুনা শাবনি (৬৪), য়েক্লবগী তেঙ্গোলনা লান্দারকপা থিংনবা পাম্বৈ কয়ামুকসু লৈরম্মি। য়েক্লবা তেঙ্গোলনা লাঞ্জংলকপা য়াবা চীঙ-লম্বী মনাক্তা অমসুং অতৈ অতৈ মফমদা পল কয়ামুক শারম্মী, পলশিং অসি মৈতৈ লান্মীশিংনা ঙাকলম্মী। পল নত্রগা পল্লি হায়বা রাহে অসিনা লোম্বা খুল নত্রগা মফমশিং (খুন্নাই-লাকপল; থাংমৈবন্দ; থাগেমপল্লি) অসি মমাংঙৈদা লালগী পল লৈরম্বা মফমনি। অয়াংপল্লি অসি মহারাজ অয়াংবা (খ্বঃ ৮২১-৯১০) গী মনা হাকথক্তা থোনখিবা পলনি (৬৫)। পল অমসুং লাম্বলগী মফুংদা লান্মী-শিংনা অচাবা ফিরেপ লৌবা য়ানবা কোম তৌরম্মী। পলগী মনিংথংবা শরুক্তা (হায়বদি কোমনা কল্লিবা মফম অদুগী মফুংদা) লান্মীশিংগী লাল-শং শারম্মী। অদ্রা লান্দারকপা থিংনবা শারম্বা পল অমসুং অদুগী মফুংদা তৌরম্বা অশাংবা কোমগী লেমহৌবা শক্তম হৌজিক ফাওবা শগাইথেলদা উবা ফংলি (৬৬)। লাম্বল মফুংদা নিংথৌগীসু মতীক চাবা পোৎথাফম শঙ শাই; মসিগী মমিং "মৈদিঙগী লালয়েংফম শঙ্গাই" কৌই; শঙ্গাই অসিগী শকওংদি মরেপকা মঙালগা য়েংনবদা মরেপনা ঙম্মি (৬৭)।

(৬৪) Takhalgamba Page—(৬৫) Chaitharol Kumbaba (printed in 191) edited by Pandit Madhob Singh—Page 3. (৬৬) W. Yumjao Singh—Report on the Archeological Studies in Manipur Page 53. (৬৭) Takhalgamba—page 23.

মসিগী মথক্তা লেঙখৎলগা নিংথেম্না লাম্বলগী মপালদা ইরৈবাক অমসুং মীরৈবাক্কী লাম্মীশিংনা লাল থেংনরিবা মওং অত্ত য়েংভি।

ঐখোয়না নৈনরিবা মতম ( হায়বদি ঐখোয়গী ইতিহাস হৌবদগীনা খৃঃ ১২০০ না কোনবা ফাওবগী মতম) অসিগী লোইরমদাইদা "সিপাই" হায়বা ব্লাহৈ অসি শীজিন্নরকপগুম্না 'থানা' হায়বা ব্লাহৈ অসিসু শা-লানগী মরীদা শীজিন্নবা হৌখি। মৈত্রবাক্তগী অরা, খাগী, তখেল, তেখাও নচিংবা নক্লবা লৈবাক্তা চৎপা য়াবা চীংলম্বীশিং অসিগী অচা চাবা মফম কয়াদা থানা ফমহল্লম্মি (৬৮)। সরকারনা মৈতৈ লাম্মী থমত্নুনা থানাশিং অসিবু মতম পূম্নমক্তা নিংথিনা ঙাক শেল্লম্মি। থানা অমমমদা লাম্মী কয়া থম্বগে হায়বা ব্লাকম অসিদি তাংদাংবা খঙবা ঙম্নদ্রি। মীরৈবাক্তা লান্দাবা চৎকদৌরিবা তেঙ্গোলগী অচা অথক অতৈ অচংবা পোৎচৈশিং অত্ত লম্বী মপা থোকপা থানাশিং অসিদা হান্ননা য়োংহল্লি; মতুংদা তেঙ্গোল থায়। অসুন্না তেঙ্গোলগীদমক পাবা অচা অথকশিং অসি চেংজেল কৌই; মসি শলনা পুই (৬৯)। থানা লৈতবা লমদম নত্রগা য়েক্লবগী লৈবাক তান্না চৎপা তারবদি তেঙ্গোলগী লাম্মীশিংনা মশাগা শাগোম্নরিবা খুৎশু খুৎলাইশিং অদূতা নত্তনা থোং-থাক্লবা পাত্র অমসুং অচা অথকসু পুশেম্মি।

## লালবাউ চেনবা :—

য়েক্লবনা মৈত্রবাক্তা লাল তারকপগী পাউ অমসুং লৈবাক অসিগী মতুংদা নিংথৌশেম্বা নত্রগা লাল হৌবনচিংবগী পাউ মৈতৈ লাম্মীশিংদা পীবা অমসুং মখোয়বু লালশংদা থুনা কারকউ হায়বা য়াথং থাননবগীদমক অকক্লবা পথাপ লৈরম্মি। লাম্বাউ চেনবগী মরম নৈনরকপা মতাংদা য়াইবুং কৌবা পুংজাও অসি নীংশিংফম থোকই (৭০)। য়াইবুং অসি কংলা মেন্দা থম্মি; লাম্মীশিংদা লাম্বাউ পীবা অমদি মখোয়বু লালগী

(৬৮) Khahigamba—Page 26. (৬৯) Takhalgamba—page 7. (৭০) Ibid—page 10.

শেমশানবা লালশংদা তিন্নহন্নিংবা মতাংদা মসি থীল্লি ; মসিগী মথোল হেক তাবদা লাম্মীশিংনা লালশং য়োনরকই অমস্তুং লালগী থোরাং তৌই (৭১)। য়াইবুং থীন্দুনা লাম্মীশিংদা লাম্বাও পীবগী পথাপ অসি মহারাজ খোইয়োই তোম্পোক্লা ( খৃঃ ১৫৪—২৬৪ ) হৌদোকখিবনি। কংলাদগী থাপনা লৈবা লালশংশিংদসু লাম্বাও চেন্নবা পূং থমলম্মি ; মতুগী মমিং তমাল পূংজাও কৌই (৭৩)। মমৈথংদদি য়াইবুং অমস্তুং তমাল পূংজাও থীন্দুনা লাম্বাও চেনবগী পথাপ অসি তোকখি অমস্তুং তোপ কাপতুনা লাম্বাও পীবনা মসিগী মহুৎ শিনখি (৭৪)।

## নিংথৌনা লাল লেঙবদা তৌবা থৌরাং ঃ—

নিংথৌনা মৈত্রবাক্তী তেঙ্গোল পুহুনা লাল চৎপা অসি য়াম্না তোয়না থোকই। মীরৈবাক্তা লান্দাবা তারবদি, মৈদিঙুগী লাল যাত্রা মতম অসি পণ্ডিতশিংনা লেপ্লি (৭৫)। নিংথেমনা মহেন্দ্র কৌবা পূংফমদা লাল যাত্রা তৌবনা নম্মি (৭৬)। নিংথৌনা লালফমদা লেঙবগী মরমদা 'তখেল ঙম্বা' কৌবা পূয়ানা শীংথারম্বা রারোল অদু মথাদা পীরি :—

"মথোক কারকপী লৈশাবী, নিমাংথাগুম্বী হুপী মচা মাপলবু অফবা চফু মাপলদা হৈনৌ মনা থেৎলগা ঈশিং থন্না হাপ্না চফুবু কোকথক্তা থোনগৎলে। শল লাবা পূম্না ভৌবা মচী কাংচেৎ মচুগুম, চামর ভৌবা মব, ফৌ, চেং থোঙদিং, হে য়াওনা, চু পাম্বী, লফু অনী য়ুংলগা রাই তৈবা লৈবাক্তা ঘোট, থাংমৈ য়াওনা ইমা বৃন্দাদেবী তুলসী লৈনম হুংশিবীনচিংবা, খুৎশু খুৎলাই, হি য়াই খিবিক মশিং শুনা থমলগা-পাথংবগী মশু ইবুংঙো নিংথৌরেলনা শাবোৎ লানপোৎ লোইরদুনা, হুমিংকী মতোগুম্না, মনা সিংহাসন্দগী পূংকম ফবদা, শলনা কৈবু ঙম্বা খেলদা, নিংথৌরেলনা মনা খোঙকাপ মাপল থাংদূনা যাত্রা তৌথোক্রে (৭৭)।" নিংথৌনা লালফম তাম্না মনা খোঙলেঙলকপা মতাং "মৈতৈগী

(৭২) Hijam Dhabala Singh—Meitrabaki Wari—page 57. (৭৩) Takhalgamba—page 60. (৭৪) Khahigamba—page 4 (৭৫) Takhalgamba—page 16. (৭৬) Ibid—page 16. (৭৭) Ibid—page 196.

খোঙ্গাল খুদিংদা লৈথাক্তা য়াই তৈথোক্লগা, লফু য়ুংদূনা চফুদা ঈশিং থল্লা হাপতুনা থাংমৈ থান্দূনা থম্মি" (৭৮)। অহন ওইরবী নুপীশিংনা নিংথেমদা য়াইফরকউ হায়না লাউই (৭৯)। অহন ওইরবা ব্রাহ্মণশিংনা নিংথৌদা আশীষ তৌই (৮০)। মখাদা পীরিবা ইশৈ নোংমাইগী যন্ত্রশিং অসি থোংজি:—

কংশি (৮১); নাগ্না (৮১); পেরে (৮৩); মোইবুং (৮৪); শৈম্নে (৮৫); সিঙ্গা (৮৬); পুং (৮৭); শেল (৮৮); সেম্বুং (৮৮); দাম্বরা (৯০); বেঙ্গুন (৯১); ধন (৯২); বাঁশী (৯৩); বীণা (৯৪)।

## লালঙম্বা তেঙ্গোলনা হল্লকপা—

লালঙম ফারাল পুতুনা হল্লকপা তেঙ্গোলনা কোম্লুং তম্না চঙকপগী মরমদা ইরি:—

"লাম্মীশিংবু তরাম তরাম্না তৌরম্মি, সেনাপতিবু জয়ধ্বনি তৌতুনা ওক্লম্মি। নিংথিজরবা অমম্লুং তানান-তনানবা ফীরোন শেৎপা লাম্মীশিংনা য়েক্রবশিংদগী মৎলকপা পোৎশিং অদু পুরতুনা, খোই খোই তাবা লম্বী পরিং ইম্না লাকপা অসি য়েংবদা নুংঙাইখরবা দৃশ্য অমনি। অমদনা ফীরাল পায়বা কাঙবুনা মাঙ থাই। নাকল অমদনা কুকি লাম্মীশিংনা পিকতক তৌবা শেম্বুং থীল্লি অমম্লুং খোঞ্জেল য়াংনা লাউ থোংলি। কোম্লুংগী মাইকৈ অনীদা কোয়রুবা মতুংদা, লাম্মীশিংনা ম্নথোং লানশিন্দুনা কোম্লুং মম্লুং চঙলকই; খাগীশিংনা শারম্বা চেকপলশিংগী মরক্তা অহানবদা

(৭৮) Ibid (৭৯) Ibid. (৮০) Ibid. (৮১) Ibid—Page 59. (৮২) Ibid; Khahigamba—pp 14, 17. (৮৩) Takhalgamba—Page 85; Khahigmba Page 9, 14, 17. (৮৪) Takhalgamba—Page 85; Kahigamba —Page 9, 14. (৮৫) Takhalgamba—Pages 59. (৮৬) Takhalgamba —Pages 59. 85; Kahigamba—Pages 9, 15, 17. (৮৭) Takhalgamba —Page 85; Khahigamba—Page, 5 9, 14. (৮৮) Takhalgamba— Page 59. (৮৯) Khahigamba—Page 14, Takhalgamba—Page 59 (৯০) Khahigamba—Page 14; Takhalgamba—Page 9 (৯১) Khahigamba—Page 14. (৯২) Ibid. (৯৩) Ibid (৯৪ Ibid

চঙশল্লকই মতুংদা অশাবা নোংশা অনী অচুগী মরক খায়না চংশিনখি। মখোয়না য়াইফ-শাথোং ( Gate of Triumph ) য়োরকপা মতাংদা মহারাজনা মখোয়বু ওকই। সেনাপতিনা মহারাজগী সনা চরণ তমনা চঙশিন্দুনা খুরুম্মি। মৈদিঙুগী আশীর্ব্বাদ ফংজৈ। সেনাপতিগীদমক্তি মহারাজগী অসিগুম্বা থৌজাল ফংজবা অসি খাইদগী চাউরবা মনানি (৯৫)।

লাল ওল্লবা মতুঙদা নিংথৌনা লাম্মীশিংদা মনা পীবগী পথাপ অসি থায়নবৈদগী চৎমরকই (৯৬)। লালঙম ফীরান পুরকপগীদমক হরাওদুনা. পুং ( লৈপুং ) থোনবা অসি অয়াম্বা নিংথৌশিংগী হাক্তকতা তৌই। মোইরাংখোম পুং অসি মোইরাংশিংবু মায়থিবা পীখিবা অচু নীংশিংনবা থোনখিবনি (৯৭)। কল্লা শোক্লখিবা লালফম অচুদা মৈতৈ তেঙ্গোললা য়েক্কবশিংত্নু মায়থিবা পীখিবগী পাউ অসি ললাম্বুং ( লালহাপুং ) না তমলি (৯৮)।

শ্রীনন্দলাল শর্ম্মা

---

(৯৫) Sir Johnstone—My Experience in Manipur—page 142. (৯৬) Khahigamba—Page 27. (৯৭) Takhalgamba—Page 92. (৯৮) Thouramparang Ashuppa—page 40.

# মৈত্রবাক্কী লৈবাক ঙাকলোন

মৈত্রবাক্কী সভ্যতাগী য়াম্না ঙল্লিবৈদগীনা ইংরেজগী মখা পোন্দ্রিবৈ ফাওবগী শাংলবা চহী চা কয়ানা খোনবা মতম অসিগী মস্নুংদা ঐখোয়গী লৈবাক ঙাকলোনগী কাংলোল পথাপশিং অসি শকলোন কয়া ওনখ্রে; নিংথৌরেল কয়াগী হাক্তক্তা অনৌবা হাপচীনবা, কান্নদবা লৌথোকপা, হান্না লৈবা শারেপ অত্তুস্ত মতম মতম অত্তগী চান্নবা শিনবনচিংবা শেমদোক-শেমজিন তৌথিবগী মতাংশিং অসিগী শকওং তাকপা তরাইবা শিন্থা নত্তে; প্রবন্ধ অসিনস্তু শিন্থা অসি নীংবা থুংনা পাংথোকপা ঙমদ্রি। অত্তবু ঐখোয়গী লৈবাক ঙাকলোনগী কাংলোনশিং অসিগী শরুক খরগী শকওং তাকননবা. প্রবন্ধ অসিনা হোৎনরি। লেখক অসিগী অহানবা তাংকক অসিদা লৈবাক রায়েল পথাপকী অপূনবা শক্তমগী পৌরপ্পা রারোল খরতং হায়রি।

## নিংথৌরেল

"লৈবাক অমা নিংথৌ অমা" হায়বা ফীভম অসিদগী য়েংলবদি মৈত্রবাক অসি লৈবাক কয়ানা পূল্লগা শাবনি হায়বা তশেংই। অঙোম নিংথৌ, খুমন নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ; লুৱাং নিংথৌ, তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্কী নিংথৌনি। নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসিনা তিল্লগা মৈত্রবাক ওই; মখোয়গী নিংথৌশিং অসিনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেলগী খা-থাবা নিংথৌ ঙাক্তনি। শেকপীন মথোল মাপল থাকন মথোল মাপলনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেলগী ফম্বাল তাংবলগী অকোয়বদা লৈতেংই; থাকল অমনা চীংগী লমদমগী মপুনি (১) অমনা চকপশিংগী লৈবাক্কী মবুংঙোনি; অতোপ্পা তরেৎ অমনা শলাই তরেৎকী লৈপুরেলনি হায়বা তাকপনি। খেন্ন-খেন্নবা লৈবাকশিংগী মপুনি খঙনবা থাকন অমস্তুং শেকপীনগী মথোল কয়া লোঙলিবা, মাগী ফীরালদা য়েক মাপলগী মচু মাপলনা তিল্লিবা, ফম্বাল তোংবদা লৈবাকশিং অসিগী নিংথৌনা মাগী সেবা

চঙলিবা, মখোয়না মাঙোন্দা লোইপোৎ হারিবা অমসুং মাগী লোয়শংশিংদা ঙম্বা ওইবা অসিনচিংবা ফীভম কয়া অসিনা মৈত্রবাক্কী মবুংঙো অসি নিংথৌরেলনি, মথাপোনবা নিংথৌশিংগী লেলনি হায়বা তাকচে। নিংথৌ-রেলবু মৈদিঙু কৌই। ফম্বাল তোংলবা মতুংদা অনৌবা মিং অমসু কৌনৈ, মহুবু ফম্বাল মিংলেল কৌই।

নিংথোরেলনা কেন্দ্রীয় সরকারগী মকোকনি। অহুবু লৈবাক ঙাক-পগী চুপলিদি মৈদিঙু স্নাখুৎমক্না হাকথেংননা পায়খিদে (২)। ফম্নাইবা শিংনা কেন্দ্রীয় সরকারগী থবক পূন্নমক পুখি; চীঙবুরোই তম্বুরোই শুনা তিন্নবদা, লৈবাক ৱাথোক অচৌবগী ৱারেপ তান্নবা তিন্নবা মীতিন্দা, লৈবাক ঙাকলোন, ৱায়েল চৈরাক কাংলোন, চৎনরোল শেম্বা, হোংবা হাপচিনবনচিংবা খন্নবদা নিংথৌরেল য়াওই। কেন্দ্র সরকার, প্রান্তীয় সরকার অমসুং গ্রাম পঞ্চায়ৎ সরকারশিংগী লোইশং পূন্নমক্তা নিংথৌরেলগী তাংবল অমসুং শ্রীবিষ্ণুগী খুদা থাই।

নিংথৌরেল অসি শ্রীবিষ্ণুগী শায়োননি হায়বা চেৎনা থাজনৈ। মৈদিঙুনা কোম্বুং ৱাংমা লান্না স্নাখোঙ লেঙবা তারবদি শ্রীবিষ্ণু শাগোন্নদবা য়াদে।

## ফম্নায়বা

ফম্নায়বশিং অসি তলব ফংদে। ফম ওইবগীদমক মথাদা উৎলিবা খুদোংচাবশিং অসি মখোয়দা সরকারনা পী :—

(ক) পজেং :—ফম্নায়বশিংদা সরকারনা পজেং থেৎপি। পজেংশিং অসিগী মওং মশিংসু ফমগী নেম্বা ৱাংবা মতুং ইন্না থেম্নে।

(খ) দোলাই :— ফম্নায়বশিংদা দোলাই পীনৈ; দোলাই পুননবা মী মরিসু সরকারদগী ফংই। অচৌবা ফম্নায়বশিংদি দোলাই ফৈনা তোং-বগী খুদোংচাবা ফংই।

(গ) পে :— চৎথোক-চৎশিন্দা পে খানবা য়াবগী খুদোংচাবসি অচৌবা ফম্নায়বশিংতনা ফংই।

(ঘ) খামেন চৎপা, লমখাংখুলক, রেশমফুরিৎ, স্নাফীডৈ, স্নাখুজি :—

মশক নাইবা ফম্নাইবশিংদা হায়রিবা খুদোলশিং অসিগী মঙ্গুংদগী থম্না নত্রগা পুম্নমক পীনৈ।

(ঙ) থুমখোং পাৎ:— অপান্নবা ফম্নাইবশিংদা খুদোলশিং অসি পী।

(চ) লৌচা:— ফম্নায়বা পুম্নমক লৌচা ফংই। ফম খেন্নবা মতুং-ইন্না লৌচা অমদা চনবা লৌপরিগী মশিংসু খেন্নৈ। লৌচাগী ফোথোক পুম্নমক লৌচানা (মপুনা) ফংই; মতুংগী শরুক খরা সরকারনা কাঙ্গৎ (খাজনা) ওইনা লৌদে।

(ছ) খোংলোই:— ফম্নাইবশিংগী মশা ঙাকশেন্নবা চৎথোক চৎ-শিন্দা শাগোম্নবা সরকারদগী খোংলোই ফংই। খোংলোই অসি মখল কয়ামুক থোক্না খায়দোকই। মখল শুনা হায়নবদি ঙম্নদ্রি; অতুবু লোইল, খামিল, হাইজ অমসুং চৎচা কৌবা মখল মরিগী মমিং লেখক অমনা পীরমই (৩)। মঙাশুবা মখল অমসু লৈরি; মতু নাইল হায়না খঙনৈ।

(জ) ফক্তোপ:—অচৌবা ফম্নায়বদি তোঙানবা ফমফমদা ফমই; মসি ফক্তোপ কৌই। অতৈ ফম্নায়বশিংদি কোরফালদা ফমই।

(ঝ) ফরাংজী ফীদা:—ফম্নায়বা অচৌবা থরদি মশাগী ফক্তোপকী মথক্তা ফরাংজী ফীদা অসি থাই। ফীদা অসি পুননবা খোংমী অমা সরকারদগী ফংই। মাবু খাবুবা নত্রগা য়াম্না নোল্লুকপা ৱাহৈদা খাবুনাই কৌই।

(ঞ) লাম্মী:—ফম্নায়বশিংগী মশা কন্ননবা, চৎথোক চৎশিন্দা শেন্নবগী থবক তৌননবা সরকারনা মথোয়দা লাম্মী পীনৈ। অচৌবা ফম্নায়বশিংদি শেন্ননবা লাম্মীশিং অসি ময়ূনদা শাগোম্না থম্বা য়াই। শেন্ননবা চৎথোক চৎশিনগী মতমদা দোলাইগী মাঙ থাত্না পুবা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈ।

শেল ওইনা তলব পীদবা মথক্তা পনগ্রিবা খুদোংচাবশিং অসিতা ফংবা মৈত্রবাক্কী ফম্নায়বশিংনা লৈবাক নিংথৌদা মশা য়োম্নোকই অমসুং সরকারনা শিন্নবা শিন্থা পাংথোকপদা মথল্লাই ফাওবা কৎলি। সরকারনা

পীনবা খুদোংচাবশিং অসিদগী অহেনবা করিস্থ পামদে ।

লৈবাক নিংথৌনা পীবা ওস্বা খুদোলশিং অসিদা পূমপেন পেনজ-রমই ; পীনবা খুদোং চাবশিং অহু শুনা কংদ্রিবা ফমনাইবনা কংবা য়াবা খুদোলশিং অহু শুনা কংননবা অমস্থুং ফমথোল কাননবা মথৌনা, লৌশিং অমস্থুং মপাঙ্গলগী লৈজবা চৈথেং থাহনা শিঙ্খাই । লৈবাক নিংথৌনা পীনবা শিস্থা মাইপাক্লা শিল্লোইরগা ফম থাদোক্লবা অওম্বনা শিবদা সরকারনা তৌবিমল খওবা উৎপা অমস্থুং অরাবা থবকশিংদা পেনবা কোওদোকপা ওইনা অশিবা মশা-অহু পোৎলোইনবা কাইরেল কাইজাউ পীনৈ, অমস্থুং হিংলিভৈ মতমদস্থ মাগী মথৌনা অমস্থুং অপানবা থবকশিং অহু নিংথৌরোল, পুয়া, পুরান্নিনচিংবদা চনথৎলি ।

যুবরাজ, কোতৱাল, শগোল হঞ্জবা, শামু হঞ্জবা, দোলাইরোই হঞ্জবনচিংবা চাউথ্রবা ফমশিং অসি নিংথৌরেলনা মজাইবুংঙোশিংবুতা ওইহল্লি হায়বা মত অমা লেথক অমনা পীরি । মজাইবুংঙো য়াম্না লৈবা নিংথৌরেলগী হাক্তক্তা মজাইবুঙোশিংগী মরক্তা মতিকচাবা য়াও-রকপা থোক্লবদি মথোয়দা ফমশিং অসিগী মন্থুংদা থরা হাপ্পা য়াওই । যুবরাজ কৌবা ফম অসিদি মজাইবুংঙো অহলতনা ওই । মসি নত্তবা সেনাপতি, কোতৱাল, শামু হঞ্জবা, দোলাই হঞ্জবা, শগোল হঞ্জবশিং অসিদি নিংথৌরেলগী ঈ নত্তবা, নিংথৌমচাস্থ নৎতবা, মতিকচাবা অরামচাশিংনা ওইখিবগী লেঙবা য়াদ্রবা প্রমাণ কয়া ঐথোয়গী ইতি-হাসকী ওল্লিভৈ মতম অমস্থুং ময়াইচনবা যুগকী শক্তম তাকপা পুয়া কয়াগী চেনাদা তোয়না থেংনৈ । যুবরাজ নৎতবা মথক্তা পনথ্রিবা ফমশিং অসি নিংথৌরেলগী ঈ অমস্থুং নিংথৌ মচাতদা হাপকনি হায়বা পথাপ অমা মৈত্রবাক্কী লৈবাক ওাকলোম্বা য়াওদে ।

**মন্ত্রীসভা** — মন্ত্রীসভা হায়বা রাহৈ অসি মৈত্রবাক্তা য়াম্না ওল্লিভৈ মতমদগী থওনরকই । কেন্দ্রীয় সরকার, প্রাদেশিক সরকার, গ্রাম পঞ্চায়েৎ সরকারগী লোইশংশিং পুবা ফম্নাইবশিংগী ফম থরস্থ মন্ত্রী কৌই । রাফম অসি প্রবন্ধ অসিগী মন্থুংদা অচাবা মত্তাংদা পনগ্রে । মন্ত্রীপুথ্রী, মন্ত্রীখোংনাং, মন্ত্রীময়ুম, ইপুমন্ত্রী রাচুমশূবা অসিনচিংবা রাহৈশিং অসি

মন্ত্রী অনন্তসাইগী মতমদতা শক্তা-শোন্নরকপা রাহৈ নংতে। মাগী মমাং চহি-চা করাগী মমাংদা পুয়াদা চনখংগ্রবা অমসুং মাগী মমাংদা মন্ত্রী ওইখিবশিংগী কোলোই, মখোনা শিংখাবদা পল্লগ্রবনি। খোংলেন চাউবা নোংখোম্বর্ মন্ত্রী কৌই; মখোয় অসি নংতথা মন্ত্রী করাগী মমিং পন্দুনা মখোয়গী মতিক মগুণ শকপনা নৈনরিষা রাজমগা মতাং চানদবনা, রাগী রাপা ওইনা হায়রিবা খন্না অসিদগী মখা তাদ্রে।

প্রবন্ধ অসিগী কেন্দ্রীয় সরকারগী শক্তম তাকপা মতাংদা, নিংথৌবু ওম্বা অওম্বা দোলাই ফৈনা তোঙবা ফম্নায়বশিংগী ফমগী মমিং পীরি। মখোয়বুতা অওম্বা কৌবা অতৈ ফম্নাইবশিংবু অওম্বা কৌদবা, অমসুং অখোবতা হায়রিবসি য়াম্না অর্থ লৈবা চংখোম্না পংথৈ খায়বা মিয়োনি। মন্ত্রী হায়বা রাহৈগী অর্থ অসি “অওম্বা” হায়না খঙনবা রাহৈ অসিনা কোংদোকই। মৈত্রবাক্কী নিংথৌরেলগী মন্ত্রী সভাসু দোলাই ফৈনা তোংবা অওম্বা কুম্নাহুমদোই অসিনা পুল্লগা শাই।

আইন সভা—ফমদো হায়বা অসিনা ঐখোয়গী যুগতা Legislator ( লেজিসলেটর ) নত্রগা Member of Parliament ( মেম্বর ওফ পার্লিয়ামেন্ট ) হায়বা রাহৈ অনি অসিনা খঙনরিবা অর্থ অসি কোংদোকই। ফমদো ৬৪ লৈরম্মী; মখোয় অসিনা পুল্লগা আইন সভা শাই। সভা অসিগী তিন্নকম শঙ লৈরম্মী; মহুবু ফমদো শঙলেন কৌই।

নোংদা লাইরেল পাখংবগী স্নাহাক্তক্তা (খ্বঃ ৩৩) দা ফমদো ৬৪না মহৌশাগী চংমরোল, লৈবাক ঙাকলোন, লাল্লুপকী পথাপ, রাখোক্কী রায়েল কাতি থাননবগী কাওলোল মতম অহুগী অচাষা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌখি অমসুং ইহুনা থনম্মী; মহু মশিল কৌই। নিংথৌ-রেলশিংগী হাক্তক্তা ফমদৌশিং লেপ্পবা শেমখিবা লৈপাক রায়েল খৌনীরোলশিং অসি অমুক পুনপুন পুনশিন্দুনা, খ্বঃ ১১৭১ দা লোয়ুম্বা নিংথৌরেলগী মতমদা চান্নদবা লোখোম অমসুং চঙশ্রদষা হাপচীন তৌহুনা মওং চান্না লেপখোকখি; মহুবু লোয়ুম্বা শিন্নেন্ন কৌই

হোজিকী মতমগী আইনসভানা তৌরিবা শিন্থা অয়াম্বা মহৌশাগী কমদৌ শংলেননা তৌরম্মী। ঐখোয়গী মৃগকী আইনসভানা প্রজাগী মীহুৎ ওাকুগী মীতিনশং ওইবা, কমদৌশংলেনগী কমদৌশিংগী মমুংদা প্রজানা খল্লদবা মীহুৎ য়াওবা—ফিভম অনি অসিদা থেন্নবা লৈন্নবসু কমদৌশংলেল অসি আইন সভানি।

মীখল লেপ্পবা, মীহুৎ খনবা (election) অসি খায়নতৌদা মৈত্রবাক্তা অনৌবা নত্তে। গৌরশ্যামবু নিংথৌরেলনি হায়রুনা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ১১না খনখিবতুগী মমাং থাইনভৈদগী মীখল লেপ্পবা মীহুৎ খনবগী পথাপ অসি লৈন্নম্মী অমসুং চৎনরকই। কুপশিন্না য়েংবা মিৎয়েংদা লৈবাক অসিদা চৎনরকপা মীখল লেপ্পা অমসুং মীহুৎ খনবগী মওং অসি Direct election গী মওংমক তাত্রবসু Indirect election মকনি।

লৈবাক ওাকপা কাওবু অমসুং ঋায়েল কাতি থাবা কাওবুগী মরক্তা লৈনবা মরী—লৈবাক ওাকপা কাওবু (Executive) অমসুং ঋায়েল কাতি থাবা কাওলুপ (Judiciary) অসিগী মরক্তা লৈবা মরী শিংথাবদা T. C. Hudson না Meitheis কৌবা মানা ইবা লাইরিকী চেনা ৯১দা মখাগী ঋাইহ পরেং অসি ইরি:—

The line which in the State organization divided the judicial from the executive functioneries, was so vague and uncertain that it cannot be said that there was any real separation of the two aspects of the goverment so that every village officer dealt and was thought to be competant to deal with all sorts of matters which the Wastern methods relegate to purely judicial body."

Hudson গী মত অসি মখাদা পীরিবা লেওবা য়াত্রবা প্রমাণশিং অসিনা চুমদবনি হায়না তাকচৈ:—

(ক) খুঙ্গং খুদিংদা কুচু কৌবা চৈরাকশঙ লৈ; মসিনা মরাল লেপই; মরালগী চৈরাক পী। ঋায়েল চৈরাকী খবক্তা গ্রাম সরকারগী

ফম্নাইবশিংনা ন্নারেল চৈরাক তৌবা কাঙবুগী শিন্থাদা থাবৈ থান্না শাবা খুৎ খিংজিনবা তৌদে।

(খ) প্রদেশ খুদিংদা ন্নায়েল কাতিশঙ কৌবা চৈরাকশঙ লৈ। মসিনা মরাল লেপ্পী, মরালগী মতিকচাবা চৈরাক পীনৈ। প্রাদেশিক সরকারগী লোইশংশিংগী ফম্নাইবশিংনা চৈরাকশং অসিগী শিন্থাগী পনখৈদা থুৎ মাশিনবা, খুবাম চাওশিনবা তৌদে। "চৈরাপ কুচু য়ৌনরে, ন্নায়েল কাতিনা ককগ্রে" মৈতৈ পাওরোশিংদা চন্নবা ন্নাইেপরেংনি।

(গ) চৈরাকশঙদি মৈতৈ লৈবাক্তা খাইদগী হেন্না মশিং য়াম্না লৈ। মুপীশিংগী মরালগী চৈরাক পীনবা পাজ-লোইশঙ, লান্মীগী মরালগী চৈরাক পীননবা তোপ-গারোদ, চৎনবী কায়বগী চৈরাক পীননবা পণ্ডিত-লোইশঙ অমসুং বেদ শাস্ত্রগী পরম হিক্তোকপগী চৈরাক পীননবা ব্রহ্ম-সভা—চৈরাকশঙশিং অসিনা মখোয়গী শিন্থাগী পল ঙাকফমদগী থুবৈ অমা লাম্থোক্লদে; চৈরাপ, ন্নায়েল কাতি লোইশঙ অমসুং কুচুনচিংবা চৈরাকশঙশিংসু মশা মশাগী শিন্নমগী ন্নাংমা লাম্থোক্তে। অসুক চেকশিন্না খায়দোকলিবা শিন্থাগী পনখৈ অসি লানশিন্নবা তারম্নবদি, ঙসি ফাওবদা, চৈরাপ কুচু, ন্নায়েল কাতি লোইশঙ, পাজ, পণ্ডিত লোইশঙ, ব্রহ্ম-সভা, তোপ-গারোদনচিংবা মশিংশিং অসি লৈরমফম থোক্তে; লৈবাক ঙাকপগী চুপলি পাইবা কাঙবুগী লোইশঙশিংগী মরক্তা তাউথোক্লনা মাঙলমগদবনি।

(ঘ) কেন্দ্রীয় সরকারগী মন্ত্রী মণ্ডলগী অঙম্বা থরনা চৈরাপ্তা ফম ওইবনা চৈরাপকী মনিংতম্বা, তৌনিংবতা তৌবা তানিংবা ন্নারেপ তাবদা করিমতা অপনবা লৈতে। চৈরাপ্তা কেন্দ্রীয় সরকারগী মন্ত্রী য়াওরবসু ন্নায়েল কাতি শঙলেল,কুচু,পাজ,পণ্ডিত লোয়শঙ,ব্রহ্মসভানচিবা চৈরাপ শঙশিংদা লৈবাক ঙাকপা কাঙবু (Executive) গী মীহুৎ য়াওদে।

লান্নুপ—মৈত্রবাকী সরকারমা লৈবাক মচাশিংদগী শেল, পোৎ-থোক্কী শরুক থন্না অমসুং লান্নুপ ওইনা কাজৎ (খাজনা) লৌই।

**শেল ওইনা লৌবা খাজনা :—** পাত্তগী ঙা ফাইনবগীদমক পাৎশেল, উমং অমস্তুং চীংদগী উয়ান শিংজল তৌইনবগী মতু, থুমখোংদগী থুমহি পীবগীদমক থুম্বোলনচিংবা খাজনাদি শেল ওইনা লৌই।

**লাল্লুপ ওইনা লৌবা খাজনা —** শিল অমদা শিন্থারুবগী অরামলনা খাজনা ওইনা সরকারদা পীবগী পথাপ অসিবু লাল্লুপ কৌই। মসি মরুওইবা খাজনানি; চহী তরাতরেৎ অমস্তুং হুমফুগী পনখৈ মনুংদা চনবা মুপা পুম্নমক্না লাল্লুপ কায়।

লাল্লুপ ওইনা লৌবা খাজনা অসিনা থাইদগী মরু ওইবা খাজনা ওইবনা, অদুগীসু মথক্তা লাল্লুপকী পথাপ অসিনা ঐথোয়গী লৈবাক ঙাকলোনগী য়াংলেন শরু ওইবনা, মসিগী মরমদা থাহে অমা অনিতং হেন্না পনবসি মত্তাং চাদবা থোক্লোই।

**লাল্লুপ কাগদবা মতম :—** চহী অমদা মুপা অমনা মুমিৎ ৮০নি লাল্লুপ কায়। চহী অসি মুমিৎ ৪০ নিগী মতুপ ৮ থোক্লা থায়; মুমিৎ ৪০নিগী মতুপ অমসিগী মনুংদা মুপা অমনা মুমিৎ তরানি লাল্লুপ কায়। তরানিগী লাল্লুপ পালি লোইরগা য়ুমদা কুমলক্তনা থা অমা লৈননবগী খুদেংচাবা লৈ। অদুম্না থা অমা য়ুমদা লৈরগা মতুংদা মথংগী মতুপকী মুমিৎ তরানি লাল্লুপ কায়। "লৈবাক নিংথৌগী তরানি; য়ুমগী থা অমা" না শাবা মতুপ নিপাল অসিবু মুপা অমনা ঙাকই; "লাল্লুপসু কাবা রাশাসু চাবা" হায়বসি থোক্তনবা হোৎনৈ।

**লাল্লুপকী মনুংদা তৌগদবা থবক :—** কেন্দ্রীয় সরকার, প্রান্তীয় সরকার অমস্তুং গ্রাম সরকারগী লোইশঙ অসুক য়ামলিবসি লাল্লুপকী পথাপ কাঙলোন কায়দনবা য়েংহনা তৌবনি। লম অদুদা মরু ওইনা পায়নবা শিল পুম্নমকী চান্নবা সরকারগী লোইশঙ লৈ। শিলমীশিংনা মাগী শিলগী মরী থোকপা লোইশঙদা লাল্লুপ কায়। পালিগী মুমিৎ তরানি অদু লোইশঙদা লৈহনা মাগী খুৎলোইজবা শিল অদুদা শিন্থাই। মশানা খুৎলোইজবা শিলদা শিন্থারুবগী অরামল অসি

মুপা খুদিংনা লৈবাক নিংথৌদা থাক্লনা ওইনা কৎথোকই। মুপা পুন্নমক লাল্লুপ কায় ; লোই ওইরগনা লোইশিংগী মরীথোকপা লোইশঙদা কৈ ওইরগনা কৈশিংগী থবকশুবা লোইশঙদা লাল্লুপ পাল্লি পুই। বামোন (ব্রাহ্মণ), পাঙল, য়াইথিবী অমসুং কাঙলুপ খুদিংগী মৈতৈ পুন্নমক্না লাল্লুপকী পথাপ কাঙলোল কায়বা ঙমদে; কায়নসু চৎনদে। চীং-হাওশিংসু তৌফম থোকপা লাল্লুপকী শিন্থা পাঙথোকই।

খুন্দিন ঃ--"তরেৎনিগী খুন্দিন্দি লাইগীনি; মাপলনিগী খুন্দিন্না মীগীনি।" অরিবা অহল য়াথংনি। লাল্লুপ পুরকপা ৯নি শুরকপা মুমিৎতা, পালি পুরিবা মীশিংনা নোংমত্তুগী শিন্থা লোইরবা মতুংদা, লাল্লুপনচিংবগা লোয়ননা লোইশঙদা থিন্নে। থিন্নবা অসিবু খুন্দিন কৌই। লাল্লুপ লোহোগদবা মীশিংগী মতুংদা কনাগুম্বনা হেনফদবা মরম থরদগী, পালি পুবা ঙমলোইদৌরে হায়জরকপা খুন্দিন মুমিৎকী মিথিন্দা থন্নে। মশা নাবা, ময়ুমদা অশিবা য়াওবনাচংবা খুৎ থাদোকপা য়াদবা হেনফদবা থবক লৈরবদি লাল্লুপ কাদবগী চৈরাক পীনদে। মরম চাদনা লাল্লুপ শিন্থা শোয়রবদি, শিল তোকপা মুমিৎ খুদিংগী অকক্লবা শেল কোংই; য়াকোংমল অত্থু সরকারনা লৌশিল্লি।

লাল্লুপ কারকফম থোকপা মুপা অমনা পালি পুবা ঙমলোই হায়বা খুন্দিন মুমিৎতা থঙহল্লবদি লোইশঙগী লাল্লুপ-চিংবনা, খুন্দিনগী মীথিন্দা য়াওহ্নিবা লাল্লুপ কাবা মীশিংগী মরক্তা, কনাগুম্বনা লাল্লুপ কাবা ঙমলোইদৌরিবা মুপা অত্থুগী লাল্লুপ অত্থু, হনগৎকেরা হায়না হংই। লাল্লুপ হনগৎকে হায়বা মতিকচাবা মীদা অশোয়বা লাল্লুপ অত্থু ফুকৎহল্লি; লাল্লুপ ফুকৎপা মুপাদা সরকারনা অহেনবা শিন্থা পায়খিরগীদমক শেল ওইনা অরামল্লু পী।

চীংজিল লাংবল থোকাইবা ঃ—মক্তম অসি লৌগী থবক চীন্নরা মক্তম ওইবনা লৌমীশিংগী খুদোং চানরবা "চীংজিল লাংবল থোকাইরা" কৌবা পথাপ অসি চৎলি। পথাপ অসিগী মতুংইন্না, লৌমীশিংনা লৌগুরবা য়াননবা লাল্লুপকী কাঙলোল থরা কৌয়থোকই। য়াকোং

শেল্ল পীরগা লাল্লুপ কাদবা য়াবগী মওংদি নত্রে। লাল্লুপ কাদবগী চৈরাক য়াকোংশেল লৌরগনা লোইদে; য়াশ্বা চাবনচিংবা অকনবা চৈথা কয়াম্ত্ত লৈরি।

**পলেমলাং পন্থৌলাং কাইবা** :—মসি লাল্লুপকী পথাপশিংগী মতুংদগী অথোইবা কাওলোল অমনি। চহী অমদা লাল্লুপ নিপাল্লক কাগদবনি হায়বা মথক্তা পনখ্রে। অহানবা অমসুং অনিশুবা লাল্লুপ তেকহনবা মুপা অমনা—অনিশুবা লাল্লুপ তেকহনবগী য়াকোংশেল অত্তু, অহানবা লাল্লুপ শোয়হনবগী য়াকোংশেল অত্তুগী তংখাই অমা হেন্না পীগনি। পৃথহৌরিবা লাল্লুপ অনিমক মুপা অমতনা ফুকংবা তারবদি অনিশুবা লাল্লুপ ফুকংপগী অরামল অত্তু "পলেমলাং পন্থৌলাং কাইবা" কৌবা পথাপ অসিগী মতুংইন্না, অহানবা লাল্লুপ ফুকংপগী অরামলগী তংখাই অমা হেন্না ফংই।

**অকা অকুম থিংবা** :—প্রান্তীয় সরকার নত্রগা গ্রাম সরকারগী লোইশংদা লাল্লুপ কারিবা কাওবু অমনঃ. মখোয়দা শিন্নবা থবক লোইবা ওমত্রবদি সরকার অত্তুনা, নত্রবা সরকারদগী চান্নবা লোইশংদা লাল্লুপ কাবা শিলমী য়াইত্তুনা, থবক অত্তু লোইশিন্নবা তৌই। থুংলং পাংলরিবা সরকার অত্তুদা, থুংলং নেক্লিবা সরকার অত্তুনা অচারা মত্তুমদা থুংলং-লমল অমুক শিংজিল্লি। থুংলং লৌথোক লৌশিন তৌবগী পোরম অসিবু "অকা অকুম থিংবা হায়না কৌই।

**লাল্লুপ অকুপ্পা পথাপ য়েংশিনবা** :—লাল্লুপকী মচাখায়না কুপ্পা য়াংখ্রবা পরুম পথাপশিং অসি ভাক্তা চংহন্নবা, কেন্দ্রীয় সরকার, প্রান্তীয় সরকারশিংনা তোঙানবা লোয়শঙ অমমম লিংই; মত্তুগী মখিং কৈরুংবা য়ারেক্রশঙ নত্রগা থুন্দিল শঙলেল কৌই। লোইশঙ অসিগী শঙ-লাক্রপবু লাল্লুপচিংবা কৌই। মানা কেন্দ্রীয় সরকার অমসুং প্রান্তীয় সরকারগী মরক্তা মুরী লৈনত্তুনা লাল্লুপ পালিগী মরক্তা তোগদবা থবকসু মশামক্তা তৌই।

কেন্দ্রীয় সরকার অমসুং প্রান্তীয় সরকারগী মরক্তা লৈনবা মরী :—কেন্দ্রীয় সরকার অমসুং প্রান্তীয় সরকারগী মরক্তা লাল্লুপকী মরমদা মরী লৈনা ভোগদবা থবক পুম্নমক প্রান্তীয় সরকারগী ফম্নাইবা লাল্লুপচিংবনা ভোই হায়বা মথক্তা হায়খ্রে। লাল্লুপ পালিগী পরম কায়দনা শীনবা মতাংদা মানা সরকার অনিগী রাহৌদোক্লহুনা অনিগী মরক্তা থাবা থোং অমগুম্না শিন্নাই। সরকার অনিগী মনুংদা লৈনবা মরী মথাদা উৎলিবা মওং অসিদা শীংগাবা য়াই—

(ক) কেন্দ্রীয় সরকারনা ভোগদবা থবক অমসুং প্রান্তীয় সরকারশিংনা পাঙথোক্কদবা শিন্নাশিং অসি মচা তানা থায়দোকই ; সরকার অমনা অমগী মশিলগী পনখৈ লানশিন্নদে। থুমখোং য়েংবা, লাল্লুপ পালি কায়দনবা ঙাক্লনবগী শিন্না, অসিনচিংবা থবকশিং অসি কেন্দ্রীয় সরকারগী মথৌনি। লাল্লুপকী থবক শিনবা অসি, প্রান্তীয় সরকারগী মতেং ফংলগা খুদোংচাবনা, থবক অসি পুবা প্রান্তীয় সরকারগী ফম্নাইবশিংনা, কেন্দ্রীয় সরকারগী লাল্লুপ পালি য়েংবা ফম্নাইবশিংবু মতেং পাংই। থুমখোং ৬০ য়েংননবা থুমজাউরুংবা মরি কেন্দ্রীয় সরকারনা হাপই ; মখোয়গী মনুংদা অহুমদি কেন্দ্রীয় সরকারগী লোয়শঙদা অয়াম্বা মতমদা লৈ ; মরক মরক্তা থুমখোংশিংদা চৎতুনা পায়কমথোকপা শিন্না পাঙথোকই। অতোপ্পা থুমজাউরুংবা অমদি থুমখোং লৈবা মফমদা লৈ ; মাদি কেন্দ্রীয় সরকারগী ফম্নাইবা ওইরবস্থ মরী থোক্লবা সরকারনা লাকই।

(খ) লাম্নী ভেঙ্গোল অসি কেন্দ্রীয় সরকারগীনি ; ভেঙ্গোল (army) গী তুলি (Regiment) ১৩ অসিগী মনুংদগী থরদি প্রান্তীয় সরকারনা কোনবা লমদমদা (প্রদেশতা) থমই। তুলিগী লুপ (Company) থরদা প্রান্তীয় সরকারগী ফম্নাইবা য়াওই। মখোয়না লাম্নীগী তুলি অমসুং লুপকী অচা-অথক হুনবা, লৈননবা য়ুম-কৈ শাবনচিংবা থবক পুই।

(গ) কৈ, লোই, য়াইশিবী, হাও, পোংশংবা, ছিদাকফানবা, অয়োকপনচিংবা কাঙলুপনা ভাবা প্রদেশশিংগী সরকারগী থবক য়েংননবা কেন্দ্রসরকারগী লোয়শং মশিং শুনা লৈ।

প্রাদেশিক সরকারশিংনা মখোয়গী শিন্থাগী পনকককম মন্থ'দা মনিং তোনা থবক তৌজবা, মপুংফানা Provincial Autonomy ফংবনচিংবা মওং অসিনা, মৈত্রবাক্কী সরকার অসিগী শকতম অসি Federal Form নি হায়বা তাকচৈ। কেন্দ্রীয় সরকারনা প্রাদেশিক সরকারদা মপুংফানা Autonomy (মনিংতম্বা) পীবনা, কেন্দ্রীয় সরকার অসি শোল্লি অমসুং মখাদা শিংথারিবা থ,দো'থিবশিং অসি তোয়না থোকই :—

(ক) অঙোম, লুরাং, শেল্লোইলাংমাই, চকপনচিংবা প্রাদেশিক সরকারগী লুচিংবা (নিংথৌ) শিংনা কেন্দ্রীয় সরকারগী মথক্তা, নিংথোরেলগী মায়োক্তা তোয়না লান হৌই।

(খ) লোইরমদা লৈবা প্রদেশিক সরকারশিংনা মরুওইনা থ,র্মনি অমসুং মোইরাং প্রদেশকী সরকারশিংনা; অরা, থাগী অমসুং ভখেলনচিংবা লৈবাক্তা লান্দারকপা মতমদা, মশাগী কেন্দ্রীয় সরকারবু মখোয়না লংশেকপা অমসুং লান্দারকপা য়েক্লবশিংবু মতেং পাংবা তোয়না থোকই।

(গ) মশাগী থ,ঙ্গং থুদিংদমক্তা লৈবা কৈরুপ অমসুং শিংলুপপু কনথংহন্দুনা কেন্দ্রীয় সরকারগী তেঙ্গোলগী লুপ (Company) মুক লিংবা লান্মীগী কাংলুপ শেমগৎপা ঙম্মনা, প্রাদেশিক সরকারশিংনা মরমদা ]থম্বা কেন্দ্র সরকারগী তেঙ্গোলগী তুলি (Regiment) বু মায়থীবা পীহনা ভাম্বোকপা ঙম্মী। অসিগুম্বা ফিভম অসি থুমন, লুরাং, অঙোম, মোইরাংনচিংবা প্রদেশতা থোইদোক্লসু মোইরাংদা তোয়না ভায়।

# তখেল ঙম্বা

[ শোক ১৭২১ দা নিংথেম ৺গবীবনিরাজ ম্না হাকতকতা ঔরা, তখেলবু লান ঙমখিবা অস্তুগী ৱারম ইবা "তক্কেল ঙম্বা" হায়বা লাইৱিক অসি মতম অদুদা ইবা লাইৱিকনি। লোলদি খুনুং লোলনি। হাওবদজাম্বা চৈতন্যনা লাইরিক অসি লৌথোক্তুনা শোক ১৯০১ দা সম্পাদন তৌদুনা ফোংদোকখি। মৈতৈলোন্দা ইবা লাইরিক ছাপা তৌদুনা ফোংবা অসি 'তক্কেল ঙম্বা' হায়বা অসিনা মহাল্লে। লামায় চামৱোম পানবা লাইৱিক অসিদগী শমজিন্দুনা, মওংসু কায়দনা, যাবমখৈ হোৎনবগা লোযননা থায়নগী খুনুংলোনগী মওং অদুসু হোংহন্দুনা ইথোকপনি। বানানসু হান্নগী মওং অদু হোংহন্দে। লাইৱিক অসি শমজিন্না ইথোকপগী থৌদাং অসি শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মানা পাঙথোকপনি। ]

লাইৱিক অসি অসিগুম্বা নোনজবাহৈনা হোই, "শ্রীহরি হে ইবুঙঙ লাঈ খিবিককি নিংথৌ ওইৱিবা! ইবুঙঙ মহাবিষ্ণু লাঈ পুমনমক্কী অথোইবা। অরেপ্পা মঙালগী মশক ওইবা, মওঙ নাইদবা, খুয়াইনা খঙদবা মকমদগী থোকলকপা, ইবুঙঙ মপোক লৈতবা, আদিপুরুষ মাহাকনা পুমনমক্কী হালবা, স্বর্গ লৈপাক্কী কুমলকপা! হে লাইয়িংথৌ! গুরু সিদবা নংগী নথোঙ থম্বালবু আহালবদা সলগী মচিংনা লুকপগুম খুৱমজরক্কে।" লোইশিনবনা অস্নমনা লোইশিল্লি, "নঙাইৱেম য়িৱাক মানা পুনশি য়িৱাললৈ ঔৱাং মারু লুতোংলৈবু হয়া ৱাওনা কোনজিল্লমগে; হায়া হয়িচা হয়া হরি হরি"

'মোইৱাং লাইজি পাংবরম, ময়াং তক্কেল লৈপাক উদয়নরগা চিঙদোমপোকতা ৱায়েল্লিবা ধর্ম্মমনিক্য কৌবা' নিংথেমনি। অদুগুম্বা 'মহাকি মনাই অঙম্বা তক্কেল লৈপাককি কমনাইবা, মমিংনা ছত্রজিৎ নারাল

কৌবা অথৌবনা মমাংঙৈদা তক্কেল লৈবাক অচৌবগী খোঙমী লালমি পুন্থনা খারম হাও লোইপাল থৌরুবদা, ইতুয়া ঈ ভুরেলগী মপালদা মৈতৈ লৈবাকনা লোন্নাইবু য়ানথেকহৌবা, সগোল সামুবু মুলহৌবা, তক্কেল লৈপাক মথে হৈবু লোই ওইনগে হাইনা থৌরাং তৌরম্বা' অসিনচিংবা কয়া অসিগী লম্মন থুমনিংবগী রাথল অমা তক্কেল নিংথৌদা পোকলকলে।

'তক্কেল ঐখোইদগী চংখিবা লাংথ, লাংলোং খোঙ্গ-রোঙ্গ, কোঙ্গাং, কৃস্তি, তোলোং পুমনমক খোমলকও' হায়না ধর্ম্মমনিক্য নিংথৌনা পাও-মেন্নবদা অঙম্বা ছত্রজিৎ নারাল অথৌবনা খোঙখি লালম্নি ময়ামগা লোয়নবা খারম ময়াইলমদা লাল হৌরকলে।

'নোংপোক মাইগৈরমদস্থ ঔরা নিংথৌ ঙোঙদোইনা মৈতৈ নিংথৌনা লাকচখিবা কয়া নিংশিংঙকই, "মমাংঙৈদা মৈতৈ লৈবাক অচোবনা ইরোই অকনবা ময়ামবু সামুক সলগৈ মপৈ হোইবগুম পুখিএ। মচা মুপি তক্কাঃ রাংঙমলোলবু ঐঙোম্বা পীরকে হাইসমরমই। ঐগী হনাইশিং হিয়ালববুঃ হি লালবিখো হাইত্রনা মী থাগ্রগা ইবুধৌ মৃয়োংমঙত্রা নিংথৌগী হি অত্রুগুম্বা স্বরুপা হি অতবুস্থ সিঙজংনা য়ালখোকলগা মৈ থাদোকলগা অসি পুম্নমক নিংথৌ ঐনা কাওদরিয়ে।"

'তেঙ্গোল লালমি মপুং ফানা সামু চনি সগোল লিশিং অমা, চেঙ্কেল পুবা মলদি মসিঙ থিবা ঙমদনা পুত্থনা মৈতৈনা লাল চংলু' হায়না মনাও ইবুঙো কেঙ্গও ঙম্বদা য়াৎং পীরকলে।

'মিরৈবাক নিংথৌপানবা অনিনা মৈতৈ লেপাকপু থাংচপননা লাল হৌরকপদা মৈতৈ লৈপাক মিয়াম পুম্নমক পুকনিং লাংতকনরকলে।' 'মমাইঙৈদা ইবুধৌসিং নিংথৌরেল পুমনমক মথং মথং পালখিবদা লৈপাক অসি থুখাইখিদরি; কনাদস্থ লোইপোৎ পিখিদরি' হায়না নিংথৌনা খল্লকই, 'তক্কেল ইমাম্নবা ঔরা নিংথৌ ইতিক মাম্নবা নিংথৌ অনিবুঃ থাংখাঙ থুংজা শাইহ্নুনা লাল থেংনবা য়াজগে হায়না নিঙলিবা ইনাইসা! নিংথৌ ঐ লৈনিঙৈদা মৈতৈ লৈপাক্তি সি,নুপি খাঙাং অমতমক থেফরোই।

ইনাই অহল্লুপ লাকপা হাওবম কৈবিরাসসিং নওগীদ মোইরাং লাইজি পাংবরমদা মৈতৈ লালমি কোঙোই অমা অমা পুন্দুনা ময়াং তক্লেল অহু মাঙ্গয়োক য়ানা সোকনরু! ইনাই হুইদ্রোম্বা বুটিসিং নহারুপ কৈরুংহনবা নওগা অকনবা থাংজমচা চেকসাসিং লাইফম কৈরুংহনবা নবিওভা, মৈতৈ লালমি মপুংফাবা পুত্থনা নোংপোক পাংবরমদা ঔরাগা মাইয়োক য়ানা সোকনরু!'

'মিরৈবাক নিংথৌ পানবা অনিমক্তগী মৈতৈ তম্বাক হান্না তারকপা অমদি পাউ থুনা খংহল্লকউ। নিংথৌ ঐ য়াওনা চৎতুনা অকনবা লাল অহু সোকনগে' হায়বা মৈতৈ তেঙ্গোল লালথোও সিল্লকলে।

'মনথৌ চিঙগি চিঙদোনদা ঔরা তেঙ্গোল অচোবা সাবন্দা তুমনৌ ময়োন সৌবগুম, ককচেংনা লৈপাকতা চৎপগুম, নোংপোক মাইগে খোন্ন ক্নাকয়াম পাইবগুম, ইমু মুনা ঔরা লাল হৌরকপসিংগা ওকনরে। লালফম মাইয়োক য়ানা সোকনবা ওমদরদনা মৈতৈ তেঙ্গোল লোংনা তকথোকলকলে।'

'ইসিং ইহৌরকপদা পনথিংবা ওমদনা ইসিংনা নমখাইরকপগুম লাল সোকনবদা মৈতৈ পুমন্নমক মাইয়োক য়াবা ওমদরে, নিংথৌ না থোওলেংবীরকউ হায়না লাইরিক চিঠি থোওলোই পাউ হনখরে।

কংলা য়াইবুৎ থিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক ঙাকলিবা অওম্বা পুন্নমক কৌখৎলে। পাখংবগী মচু ইবুঙঙ, মুমিৎকী মঙালগুম নিংথৌরেল পামহৈবনা খংহল্লকএ।

'ঔরা তোঙ্গালনা নোংপোক মাইগেরোমদা তকখাইরকলে হাই-রিবসি মৈতৈ তম্বাক য়োরকতনা হনখিনবা ইঙ্গা হবেম্মা তঙ্কা রাঙমলোল সিজা কোন্নুং ঙালবি নিঙোলবু পিরসি নিওবরা? ঔরা তেঙ্গোল অসিবু মাইয়োক য়ানা থাংসাং থুৎতা পাইহুনা য়ান্নসি নিওবরা?"

লৈবাক মীয়াম থিবিকনা মাইয়োক য়ানা থেংনববু পামলে। জয়শ্রী গম্ভিবম্বাজ সাবোদ লালবোদ সেৎপা লোইরে। পুঙকম

খেলকম ফবদা সলনা কৈবু ঙম্বা খেলদা স্না খোংকাপ মাপল থাংহনা যাত্রা তৌথোকলে।

মাইগৈ মাইগৈগী লালথোং শিনখরে। 'লালফম ময়ায়দা ঐৱা খুৎথেংননা শোকনরে। পাখংবগী ধারাদা পোকপা জয়শ্রী শ্রীগরিবন্বাজ নিংথৌরেন্না স্না খুৎহুথাং পাইহনা, ঐৱা তেঙ্গোল অচৌবগী লালনি মরক থাইনা লালফম চবুক থাইনা থুগাইগে হায়হনা লালয়েংফম সগাই মথক্তগী খৌসাহনা কুমথখরে।'

মিয়াম সিবগী ইনা নাৱাইতোঙ মপাল সাৎপগুম উনা-ৱানা পুম্নমক ইনা ইঙাং ঙাংলে। তেঙ্গোল মফমদা ইনা লৌথোং চেল্লে। ঐৱা তেঙ্গোল কাইরহনা চেল্লে।'

'ঐৱাগী সেনাপতি ওইরকপা মঙম্ভ্রা কোংঙংঙম্বনা মৈতৈ নিংথৌদা খুরমজরকই, "ইবাই মৈতৈ নিংথৌ স্নরুম্না চোংলেনগী মতৌগুম্বা! ঐৱা ঐবু মৈতৈ নখোইগী নঙাইনে, মঙম্ভ্রা কোংঙংঙম্বা ঐবু মৈতৈ নিঙোল চকপা মথাও ঙম্বিগী মচ্ছানি। লঙজরবা ঐ অসিবু ইবাই নিংথৌনা দোষ লৌবিগনু! ঐৱা ঐখোইগী চেংঙ্গেল ঙাচন লৈতরে। চেঙথুম খরা পীউ! ইরৈবাক ঐৱা য়োরগা ঐবু পোকপী চকপা মথাও ঙম্বী ইমাদা পাউতমঙ্গরুগে। মৈতৈনা থৌজানবীরকই হায়হনা ৱারিনজরুগে।"

'চেঙকোক মসিঙ য়াম্না ঙাপোৎসু সেম্বিরে। মসি খিবিক খরুক নাথং লোনবীহনা সাচম শেম্বিরগা ঐৱাশিংদা পীবিখরে। ঐৱাদি খোইবু মহুম চাইখাইরগা পাইখিবগুম অহিং নোংয়াই মতমদা চেনখরে।'

ঐৱাগী থাং তা পুম্বা মুলহৌরে। অঙম্বা কয়াবু হাৎহৌরে। লাল শোক্লবদা ঙমলুবগী পাখংবগী মহু ইবুঙো নিংথৌরেনগী স্না হকচাং লালফমদা মৈশা লাংনা শোক্লরুবগী হুমাং ই পুম্নমকসু কংদরিঙৈদা নিংথৌ স্না থুয়াদা হংগৎলরে, 'মোইরাং লাইজি পাংবরমদা লালথোং ঙাকলিবা সেনাপতিনা সিরকপা থোংলোইনি · তঙ্কেল তেঙ্গোল অচৌবনা থাপায়োই কৌবা চিঙ, পুরুমপন কৌবা চিঙয়াই খায়না লাল হৌরকলবদা

লালফমদা মাইয়োক য়ানা মৈতৈগা সোকনববু তক্কেল পুন্নমক মমাই লৈদরে। তক্কেলগা মায়োক য়ানা সোকনবা ঙমদরে। নিংথৌগী ল্লা য়াথং নোংতমবিরকও!'

'মোইরাংলাইহিজি পাংবরমদা তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবনা লালফমদা মমাই ওনদরে, ঙাইনা তাবাপগুম্না তকশিল্লকলে হাইরিবা অসি তক্কেলশিং অত্তুগা মাঈয়োক য়ানা থাংলেন খুৎনা ফংনা য়ান্নরুদরিবা মথৈ ঐথোই পুন্নমক পোৎথাবা য়াদগ্রি'—নিংথৌরেম্না ময়ামদা হাইরকই। অমুক কৈবিরামশিংদা হায়রকই, 'অহল্লুপ লাকপা! লালফমদা পুক্লিং য়ামনা ইঙলবা মৈতৈ লৈপাকপু ঙাকলিবা অথৌবা পুন্নমক্না ইকাই খুম্নরিবা নহাকনা মৈতৈ লৈবাক্কী লোইশং পানা মরিমকপু তেঙ্গোল অমতা ওইনা পুথিহুনা মফম অসিদগী চৎতুনা তক্কেলগা মাইয়োক য়ানা লাল সোক্করু! নিংথৌ ঐদি কোনুংদা চৎলুখিগে।'

'মৈতৈ লৈপাক্কী সেনাপতি অহল্লুপ লাকপা কৈবিরামসিংনচিংবা লালমি অথৌবা, লালফমদা পুক্লিং তপলবা তেঙ্গোলগী মিয়াম পুন্নমক্তি লৌসিগী পাৎয়াই খাইহুনা, থমলান তুপৎ সমহুনা, সেংয়াই কৌবা খোং লালথোক্তুনা, নোংমাইন্নু অহোংবি, তুশাকোন, ঙাংঙোই খোই, খোইমোঙরা তুদেংকোনবু ফৈনা সমলকতুনা, সমুখোং, লমচৎলফু, কুমদমসোই, মোইরাংগী খোরিতাক, মোইরাং নোংগাংখোংবু সমহুনা কৈবুল লম্মাইনববুঃ তুংদা থনমহুনা মৈতৈ তেঙ্গোল অচৌবনা খোংনা চৎপা লম্বী, হিনা চৎপা লম পুন্নমক লানথোক্তুনা মোইরাংগী করাকতা-দা মৈতৈ তেঙ্গোল লৈবা মফমদা থুংলরে।'

লালতৌনদনা হনখিনবগী পাও হায়রুনবা খোঙলোই থারহুনা তক্কেলগী লুচিংবগী মফমদা হায়হল্লুরে। মহুদা তক্কেলগী লুচিংবা ছত্রজিৎ নারালনা য়ামনা পোং চাওনা-লোইপোৎ য়াম্না পীরবদি মৈতৈ লমদা তারকতংনা হায়না পাওথুমলকলে।

'মৈতৈ লালমি পুন্নমক্তি পুকনিং লাংতকনবা, লাল সোক্লবদা পুক্লিংদা কিননবা য়ানি হায়তুনা তক্কেলনা হায়রকপা পাউ পুন্নমক লাইরিক ইহুনা নিংথৌগী স্নানাক্তা খোংলোই সিখরে।'

নিংথৌ ইবুঙঙস্পু স্না কোন্থুংদা চংসিল্লকলগা মবুর্থো নিংথৌরেল নাওকোংবগী আসন ত্তিঙঙি কৌবা উচেকনস্ পাইরকপা স্থুংসিং নোংলৈনস্ সিংচিল্লপা মক্ম কংলাগী থেনদা কমলগা কংলা য়াইপুং থিন্দুনা মৈতৈ লৈপাক ভাকলিবা পুম্নমক কৌথংলে অমস্থং হায়রকলে, 'লৈপাক ইমান্নবা অসিদা স্নরুপা সগোল অসি পিত্থুনা লোই হারসি হাইনা নিংলিবরা ? নখোই পুম্নমক পুকনিংদা চিংন্নবা লৈতনাস্থায়য়্।'

লোইপোৎ হাগদবগী শরুকপুদি থরাই থুপাকতা হাপত্থুনা য়েকনবগা মাইয়োক য়াগনি হায়না অঙম্বা পুম্নমকনা রাশকলবদা নিংথৌরেলগী পুক্লিং হরাওরে, মনাই চেকসা কৌরত্থুনা হাইরকই, 'লৌসিংফবা । মনিঙ মোইরাংগী কাকতাদ মৈতৈ তেঙ্গোল মক্মদা হৌজিকমক চৎলম্মো। নিংথৌ ঐদি হয়েং, নোঙাল্লগা ইনাইসিং মৈতৈ লালমি পুম্নমক্কা লোইনত্থুনা কোন্না লাকে।'

চেকসানা নিংথৌবু সলগী মচিনা লুকপগুম খুরমলগা য়াইফগদবা পুংক্মদা যাত্রা তৌত্থুনা লালচৎলে। মোইরাংগি কাকতাগী মখাথংবা চরঙলো কৌবা লম অত্থদা মৈতৈগী তেঙ্গোল সারিবা মক্ম অত্থদা থুঙ্রে। নিংথৌগী স্না য়াথং পুম্নমক তেঙ্গোলগী লুচিংবা সেনাপতি অহল্লুপ লাকপদা পাও তমলে। অত্থদগী হাইরকই, ,ঐগী নিংথৌরেল নোংথক্কগী পাইথরকপা নোংমৈ সিঙজংগুম্বগী স্না মাংদা রাসকলকলবা নিপানি। মৈতৈ লালমি পুম্নমক্কা তক্কেলগি মাইয়োক য়াবা ঙমলকতরত্থুনা চেনগদোরবা মতমদা, মাইয়োক য়ানা তক্কেলগী তেঙ্গোল অত্থ মক্ম খঙদবা মখে ইচাই চাইনা থুগাইগে, লালফমদগী মাই ওল্লোই । ইবুঙঙ থাংচিঙ লাইনা সাক্ষি ওইসন্থ।'

পাথংবগী মশূ ইবুঙঙ নিংথৌরেনস্থ কোন্থুংদগী লালকমদা যাত্রা তৌরগে হায়না স্না-পুক নিংলকলত্থুনা' কোন্থুংদা লৈবীঃ মহারানিদগী বিদায় লৌরকলে। 'মৈতৈরেমা গহারানিনা চিংবী কোন্থুংদা লৈবী সলাই মঙাগী নিঙোল স্না পরেংগুম্বী পুম্নমকনা মিৎতা পিঃ তানা পুকনিং য়ামনা থুংশিনা য়ামনা ভক্তি তৌনা নিংথৌরেলগী স্না থুয়াদা হুংগৎচরকই,

'পাখংবগী মশু, ঐখোয় পুন্নমকথু য়োকপীরিবা ইবুঙঙ ! ঐখোয়গী থৌরাই ইমিবু ওইরিবা ! নবুধো নাওফোংনা নিংথৌনা সেমলম্বা কংলাগী আসনদা চিরেন পাইহুনা সারমম্বা অহুগি ময়াইদা নিংথৌ নহাকনা কম্বাল তোংবা, অহুবু তোকলো হাইহুনা লাঈনা নোংদমলবরা ? হকচাংগী হুম্মাংবু কংদরি অহুমক ওইহুনসু নিংথৌ স্না চোংলেন থানবা নহাক থকতদি নমিং ফংতববু থনমলগনু ! কোমুংদা লৈরিবী ননাই ঐখোই নচিংবী ইঙাই য়াম্না নিংথিজবী স্নাগী লিকুম্বী লসিং তিন্না তৌবগুম তুমিন্না লৈজরবী ননাই ঐখোইনা নিংথৌরেন ইবুঙঙ নহাক্কি নখোঙ -খাদা হুমিৎ থুদিং থৌগল তৌজববু কাওবীগনু ! নচ্চা ইবেম্মা তম্ফা রাঙমলোল কৌবী স্নারুপা সিহুনা লৈরিবী নচ্চাশিং অসিবু হুংসিবা অহুবু কাওবীগনু ? নরৈবাক মৈতৈ লৈপাক অসিদা লৈরিবা অসোল অনা, হুপি, অহল, হনু, সল, ব্রাহ্মন, পুন্নমমক অসি য়াম্না রারবা লাল নংলবা পুন্নমক অসিবু ইবুঙঙ নহাক্কি স্না পুক্রিংদা কাওবীগনু ! ননাইশিং মৈতৈ লালমি পুন্নমকপু ইবুঙঙ নহাকী স্না য়াথং অথুম্বা খোইহিগুম্বনা সিলবা থুংনা থৌজানবীরু । কোমুংদা লৈরিবী ননাই ঐনাচিংবী পুন্নমকনা অহিং হুংথিলদা তুম্বা, পোৎথাবা লৈতনা চেঙজেল ঙাচেল থুমমোরোক হৈ অসি থিবিকসু থৌরাঙ তৌজহুনা সাজম সেমলগা হুমিৎ থুদিং ঐখোয়না কৎচরক্কনি। ননাইশিং মিপোক মিহিংবা ঙম্বা অহুগী নিংথৌফি সাইজোলবা, লালফিনচিংবা ফি অফবা, ফি মরোল য়ামনা মসিং থিবা ঙমদববু থৌরাং তৌজরগা চাজুম নমহুনা কৎচরক্কে।'

পাখংবগী মসু নোংমরিক তারকপগুম নিংথৌনা স্না য়াথং হায়রকই, 'কোমুংদা লৈবী ইবেম্মা মহারাণী মৈতৈরৈমা নহাক্কা ঐগা কাইনদরিমথৈদি তক্কেল নিংথৌ ইমান্নবা, ঔরা নিংথৌ ইতিক মান্নবা অনিমকপু থাংলেন থুৎনা ফংনা য়ানগনি । নিংথৌ ঐনা সিদরিঙৈদদি কনাগুম্বা অমতা সতি ধর্ম্ম কাইফরোই ।'

নিংথৌনা লালপোৎক্কিবুঃ সেৎপা লোইরহুনা মবুধো লাইয়িংথৌ তাইবং খায়াববু মাঙ ওইননা থমলগা খোকাপ তরা মাংলোম্দা থাংদোকতুনা যাত্রা তৌখ্রে । মখাপাংবরমদা মাই ওন্দুনা চিঙাথম

তোন্নাবমা সেমলম্বা উচেককোন কৌবা লম, মোইরাংগি মসেল-মবাই মঙাই পুন্নমক্তি মকোক ময়ামবু ফুমখিবা মোইরাংখোম কোবা লৈপুভবু হেনদোকলমগা, ইবুঙো থুমন নিংথোনা লৈরম্বা থুমলগী লম রাকচঙ্গে লাইরেন মৈদিঙঙু তুবি চরাইরোংবনা লাল চৎলুবদা কারকপা লম্বি রাইসেল কোবা তুরেল অসি পুন্নমক লালখোকতুনা লোইজিংগি লম্বি চৎতুনা তেঙ্গোলম্বু নিংথোউগা লোইননা কৈনোদা অহিং অমা পল্লগা' লালকম য়োগ্রে।

'তক্কেল নখোইবু মৈতৈ ঐখোইগা লাল সোকনগনুসি, ঐখোইনা নখোইগী তেঙ্গোল অতু থুগাইবিদরিঙেদা তক্কেল নরৈবাক্তা থুনা হনখো। তক্কেল নখোইনা হনখিরোই হাইরবদি নরৈবাক্তা মী অমত্তমক হনহলখিরোই' হায়না তক্কেল তেঙ্গোলদা হাইরুনবা তক্কেলগী লম্বু কবো ঙাসবাবু পাও চৎহনখরে।

তক্কেল তেঙ্গোলগী লুচিংতুনা লাকপা ছত্রজিৎনরাল, তক্কেল চেনছনারাল পঞ্চপরাই অথৌবা মখোই অহুমমকনা চিংবা লানাম পুন্নমক পুকনিংদা খোইসাওনা 'তক্কেল ঐখোইবু হুপি মচা মসম য়োকলকইবী: লৌশিং লৈতবী হুপিসিং অতুমকতি নংতে। মৈতৈগী ময়ুম চংতুনা মৈতৈগী মথৈ ফংদরিবা ফাওবা তক্কেল ঐখোই অমত্তমক ইরৈবাক্তা হল্লোই' হায়বা তক্কেল মতিক উৎপা পাওবু মৈতৈ নিংথৌদা হল্লকলে।

'তক্কেল মখোইগী হৌনবা মরমচৎ, মথৌরাঙ পুন্নমকপু উরকপদি হয়েং নোংঙাল্লগা তেঙ্গোল মিয়াম পুন্নমক অসি লাল চংলকনি সোইরোই' হায়না কবো ঙাসবানা খারম পুন্নমক তাকলবদা হাওবম মচা অহল্লুপ লাকপনা তেঙ্গোল মিয়াম পুন্নমকপু কৌশিতুনা রা তান্নরকলে।

'মৈতৈগী সেনাপতি হাওবমচা কৈবিরামসিংনা অহল্লুপ পানা মঙামকপু লালখোঙ অমত্তা ওইনা পুতুনা ইবুঙঙ থাঙচিঙগি লাইকারোমদা তক্কেল তেঙ্গোলগা মাইয়োক য়াবা সন্নসমচা নহারুপ লাকপনা নহারুপ

পানা মঙ্গামকপু পুন্থনা হাউসি ভমগচিং কবুইগি চিঙকারমদা তক্কেল তেঙ্গোলগা খুৎথেংননা য়াম্নবা, রাংখৈরুপলাকপনা ময়াংচাম্বা, য়ুমলেন ভাইতে লৌকোম্মুংদা খুলজাসিংগা লোইনহুনা তক্কেলগি লালমিশিং অহুগা মাইযোক য়ানবা' অস্নুমনা লালথোং সিল্লক্লে।

নোং ভাল্লকলে। 'তুরেম্না ইহৌরকপগুম্বা টেন কাপ্পদা হৈরবা চুংটা হৈরবা মৈতৈ পুন্নমক সাবোদ লালবোৎ সেৎতুনা, চুঙ্গোই নমদা পো, লিরুং খুৎনা পাইহুনা মৈতৈ তেঙ্গোল মরাংহৌনা মিযাম পুন্নমক লাল চংখরে; তক্কেল তেঙ্গোল অচৌবসু মৈতৈগা লাল সোকনরগে হাইবগীদমক খুবম সেমনা চংসল্লকলে। তেঙ্গোল অচৌবা অনিমক মাইযোকননা, মৈরি পাইবগুম্বা সঙাইসেলগুম্বা মৈকাপ্পিবু কাপতুনা নোংমৈ থুদোঙ থিনকাপননা, তেনসু খোই পাইবগুম কাপনহুনা' অকনবা লাল থেংনরে।

মৈতৈগী অথৌবা মযাম থাংজমচা চেকসা, চিবোমচা ব্রজসিং, লমতা হুইরোংবা, অপোঙ সবোৎখাইবা, খোম্মা চোংথামচা, ক্যাম্বা সাপমচা, পুকচাও অয়েকপা, খোরি ঙাংবমচা, এলাংবা, লুরাং খুমস্থেম্বা, ননাকৌ একোকপা, ওমমা চিরোমচা, হোঙবা ফাইবেম্বা, ফেলেম তখেম্বা কযা অসিনা তক্কেল লালমি মিপুম অমগা, মাতোম মাতোমত্না লালবা মিসিঙ স্নুনা সিন্নহুনা লাল য়াম্নখরে।

'স্নুমিৎনা অয়ুক চিঙখৈলোমদগী থোকললকপদগী হৌনা নোংমা স্নুমিৎ চুপ্পা অমা লালফমদা নিপা পুকচেল মতোল লোম্না তেঙ্গোল অস্নিনা সোক্লববু তক্কেলনসু চেনদরে মৈতৈনসু চেনদরে।

মৈতৈনা হাইরকই, 'তক্কেলগী তেঙ্গোল মিয়ামসা! তাও হযেং নোংঙাল্লগা অমুক সোকনসি, ঐখোইগী লিংজেল খংজহৌ। তক্কেল নখোইগী নতিকসু য়েংগে, নখোই নমাই লৈফরোই।

তক্কেলনা খুমলকই, "ঐখোইদি ইমাই ওল্লরোই, মৈতৈ নখোইগী নিংথৌগী লাখোং সংগাই অসিনচিংবা চৎলুদরিবা মখৈদি তক্কেল ঐখোইগী ইরৈবাক্তা হনখিরোই।'

পাথুম অসি তাৱরদা 'চেকসা কৌবা অথৌবা ঐবু লৈরিবমখৈদি ইথুবাক্তগী তক্কেল লালমি অমতবু নরৈবাক্তা হনহনখিরোই' হায়না লাওরমলগা মনাই অঙহ্বা থাংজমচা চেকশা মৈতৈ লৈবাক্কী লালমী পুন্নমকপু পুহ্না লালসংলোমদা হনখরে।

লালফমদা মাই পাক্তবগী রাফমসি শ্রীগরিবরাজ নিংথৌরেলগী পুক্লিংদা হুংঙাইতবা পোকখি। নিংথৌ স্না পুক্লিং সাওনা কলকথোকনা হাইরকই, 'ইনাইসা! নখোইদি লাল সোক্লবা হন্দক্কী অসি মঙাইরি, হয়েং নোংঙাল্লগা মাইয়োকয়ানা সোকনগে, অরাগী সেনাপতি মাগুম্বা হাইবদসু, তক্কেল নিংথৌমক্কা থাংলেন থুৎফংননা য়ান্নবদা ইমাই লৈরোই।

'নোংঙাল্লকপদা পাখংবগী মসু ইবুঙঙ নিংথৌরেনদি সাবোদ লালবোদ নিংথিবা পুন্নমকপু সেৎলে, ৱাফাং ফুরিৎ লিৎশিল্লগা মৈরা থালবগুম্বা থাংলেনবু থুৎতা পাইরে। সামুগঙাগী মউল চুঙ্গোই ওইবঃ স্নরুপ্নদা তম্ফানা ইলং–লংনা থিল্লবা চুঙ্গোইবু থুৎতা পাইরে। নিংথৌগী লৈতেং পুন্নমক তৌরগা দোলাই লেংজাও মথক্তা নিংথৌরৈবাক্কী সোরা–রেলগুম্বনা নোংসানা তৌবগুম লাল চংখরে।

'লালফমদা তক্কেলগী অথৌবা মীশিং মৈতৈগী মথুৎতা মসিখরে। নিংথৌরেল মশামকসু লাল য়াওরবদি ঐখোই পুন্নমক সিরগনি চেল্লসি অস্নুম্না খন্নরহ্না তক্কেল তেঙ্গোল মীপুম তিংনা চেনখরে। মখোইনা মিপাই থরাইনা চেনবদা ফুরিৎ কোয়েৎসু তিংখংনা পনবদা মছা খেপাৎপগী ইনা বসন্তগী মতমদা মপাল ঙাংনা শাৎপা নরাইতোংগুমলে। উশাঃ উনা পুন্নমক ইনা ইঙাং ঙাংলে।'

পাখংবগী ধরাদা পোকপা ইবুঙঙ খোংনাং ময়াম্বনা 'ঐদি লাল সোকনবা পেলহৌদে, কাইহ্না চেনপ্লবা তক্কেল লালমিশিংবু মখোইগী মতুং ইন্না তান্নহ্না লাল সোক্লনিংলি' হায়না স্না য়াথং হাইরকপদা শ্রীসুর্পানন্দ বামন হনজবনা অস্নুম হায়না থেমজল্লে, 'লালফমদা মমাই লৈরবা থুৎসু থুলাইবু থাদোকলবা মি, লালফমদা পুক্লিং য়াম্না কিরবা

মি থিবিকপু হাৎকরোই হাইদুনা পুন্নাননটিংবা লাইরিক থিবিকতা মুনিসিং পুম্নমকনা হাইরম্বই।'

অসুম্না নিংথৌদা হঙ্গৎলবদা পাথংবগী মস্থ ইবুঙঙ নিংথৌবেলনা মৈতৈ লালমি পুম্নমকপু থামসিল্লে। লালদা থৌববা পুম্নমকপু পাংগল মত্তিকপু য়েংদুনা লালকমদা অথৌববু খন্দুনা স্না থুৎমক্না নিংথৌকি সাইজোনববু মনা ঙমনা পিনবিযে।'

নিংথৌবেলনা অপোঙ সবোৎথোইবদা হায়রকই, 'লালফমদা কাইদুনা চেনথববা তক্কেল লালমিশিংবু চাকচাবা ফংলমদরবস্থ নহাকনা চাক পিজখো। ফিস্থ মবাংকাইনা পীদুনা তক্কেল মবৈবাক্তা হলহনখো।'

অসুম্না স্না যাথং পীবমলগা, মৈতৈগী লালমি অথৌবা পুম্নমক্না লোইননা কোম্মুংলোমদা হনখবে। দোলাই লেংজাও তোংদুনা হিদাকপক পান্নঃ চাদুনা নিংথৌ স্নামাইথোঙ ঙান্না নিংথৌবৈবাক্তি সোনাবেল্লা তৌবগুম মৈতৈ লৈবাক্তি স্না কোম্মুংদা চংসিনখবে।

# "হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজ"

হৌজিক ওইরিবা মণিপুরী সমাজগী ফিভম অসি করিনো অমসুং মাঙতুং অমিমক্তা য়েংবদা মসিনা করি করি অর্থ থোকহনবগে হায়বসি ঐখোয়না য়াম্না নিংথিনা খঙবা তারি। 'হৌজিক' হায়বা পোৎশক অসি হাম্না থোকথরবা মতম অমসুং থবক্কী মহয়নি। অমরোমদনা হৌজিক হায়বা অসিদা য়েংলগা হোরেল হয়েং হায়বা তুংদা লাকদৌবা মতম অমসুং থৌরম করি ওইগদগে হায়বা লেপকম থোকই। হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজ অসি হৌথরবা চহী কয়াগী থুৎশেম্নি অমদি লাকদৌরিবা চহী কয়াগীসু মপানি হায়বদা করিসু চিংনবা লৈতে।

মাঙ তুংগী রাখল নিঙথিনা য়েংবদা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী মশক অসি অরেপ্পা হায়বা রানা থোকই। য়াঙনা চৎথরবা মণিপুরী সমাজগী খোঙচৎনি। থৌরম থুদিংমক্তা অঙকপা ফংনা য়াঙন শাইয়োক তাল্লি। হৌজিকমক লৈরিবা মণিপুরী সমাজদা দোষগুণ থিবসু রানা থোক্লি। মরমদি অরি অনৌ শিন্নবগী থোকপা হৌনবা অফ-ফত্তু পুন্নমক হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজদা থোকলি।

সমাজ অমা মতম পুন্নমক্তা মরম্নাই য়ুক্সুম অমসুং ফিভমদা চৎতে। মথল মথেল য়ামথরবা মীওইবগী সমাজ ময়াম অসি মতম পুন্নমক্তা ক্রক-ক্রক য়েংহনা অমগা অমগা লেং লোনগদবগী হোৎনৈ। মরুওইবা গুণ অমা নত্তবা অতৈ অয়াম্বদি সমাজ অমদগী সমাজ অমদা থক-থক চোংহনা চৎলি হায়বসি থাজনিংঙাইনি। মরু ওইনা লাঙাওনচিংবা খোঙদাকম ওইরক্লবা মী খরতসু লৈবা মতমগী ইরাংদসু খুমথেংনা চাওখৎপা নত্তবা মণিপুরীগুম্বা সমাজ মচাদদি অতোপ্পা ফিভম অমসুং রাখলনা ঈয়ায় লায়না লাকশিল্লম্মোয় হায়বা ঙমদে। লাঙাওনা মরম

ওইহনা পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্কী প্রতিনিধি ওইনা মথন্নাই য়োনবা লাম্মী কোটি কয়ানা মণিপুরদা লৈরম্মে। বোম তোপ নোংমৈনচিংবা মুমকৈ অমসুং জীবগী থন্নায় মাঙহল্লম্বগা লোয়ননা মণিপুরগী আদর্শ অমসুং সমাজগী য়ুম্ফমদা লাল চঙহনা মশক থোকনা জয় ওইগ্রে হায়বসু ঐথোয় অয়াম্বনা উরি। লাল লোইখিবা চহী তরানিথোইগী মপুং ফারে। তৌগুম্বসুং হীরম অয়াম্বদা, মতমহুদা তৌরম্বা রাথল, ওইরম্বা ফিভমদি লৈবসু উরি। হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজ অসি ইশম-শম্না হায়রবদা নারুবদগী হৌগৎলকপা মশাগী হান্নগী ফিরেপ তাগ্রিবা নিপা অমগী মওংদা থনবিবা য়াই।

অশম্বা লোন্দা মণিপুরী সমাজ অসি ঙসিদি অমম-অঙান শিন্নকমদা লৈরি। পীরুবসু চাউরবসু লৈবাক অমা ওইনা মরন্নাই শাসন লৈজরকপনা মণিপুরী সমাজগী মরন্নাই ওইবা লমচৎ ব্যবহারগী কজবা, য়ুম্বাল কৈবান, চীঙ্গাক লাংথক, ফিজেৎ চাকচা, রাথলগী ফিদম্নচিংবা লৈরমক্ষম থোকই, থরসু লৈরি। মতমগী মতুংইন্না চপ চাবা মওংদা ফোংদোকক্ষম থোকইদি হায়ববু হৌজিকমক ওইরিবা ফিভম অসিমক মণিপুরগী অশেংবা ঙাক্তনি হায়বদি ঙমদে। লৈবাক রায়েনবগী থবক্তা ইংরেজশিংগী মীনাই ওইরুবগুম সংস্কৃতিগী লম্বীদদি মনাক কপা আসাম, বেঙ্গলনচিংবগী মুংশিৎ য়াম্না চঙগ্রে হায়বগি য়াম্না খাজনিংঙাইনি। লোল, ফিজেৎ, চিঙ্গাকনচিংবা অসি ভারতকী অতৈ মীশিংগা তোৎনবা য়ানবা লম্বীদা লাক্লরক্লি। য়ুম্বাল কৈবালগী মরীদসু অসুম অসুম থাইগী হায়বদি পৃথবীগী কালগী চৎনবী মরক্তা য়াওশিন্ননবা কন্না হোৎনরি। লমচৎ ব্যবহার থকশি খাশি নাইবা, অহল্লমনলাই গুরুবু ইকাই খুম্নবগী মরীদসু ঐথোয় অসি হৌজিকমক অসুন্নমক চৎনরি হায়বা ঙমদে। মণিপুরগী ওইবা চৎনবা লোনচৎসু চাওখত্তবনি হায়না হন্দোকপা মীঙোন্দগী লৌশিল্লুবা লোনচৎসু মপুং ফানা মীপুম তিংনা থুৎলোয়না শীজিনবা ঙমগ্রিবা অহুগুবা ফিভমদা লৈরি। লোনগী মত্তাঙদা মরুওইনা ঈশৈনচিংবদা শীজন্নবা লোনসু ওস্থোক্লা লুরবা সমস্যা

অমা থোকলি। মরুওইবা থৌদোক কয়াদা লৌজিন্নখিবা মণিপুরী সমাজগী লানকমগী মশক ওইরিবা ঈশৈ কয়া মণিপুরী লোন্দা শরুদ্রি ; শরুরবদি ক্ষগত্রা হায়না মী খরনা লোন্না খন্নবা য়াওরবস্তু মত্থ থবক্তা চপ চানা পুথোক্লগদবা মতম অমস্তুং তাঞ্জা ৱাংলি। পুনশিংগী ক্ষিভম অমস্তুং অমতা ওইবগী ৱাখলস্তু মপুং ফানা শেমগৎত্রিবা মরম্না মণিপুরীশিংগী থোনা অমস্তুং মগুণ পুন্নমক অত্থ হীরম খুদীংমক্তা কোংদোকনিংঙাই লৈত্রি।

হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজদা খরাইদগী লুবা ৱাফমদি অরিবগা অনৌবগা করম্না শিন্নগদগে নত্রগা তিন্নগদগে হায়বা অসিনি। অরিবগী থোঙকম অমা লেঙবা য়ারোই হায়বা কাঙবু অমা ; পুন্নমক অনৌবা ঙাক্তা শিল্লগদবনি হায়বা কাঙবু অনি অসিগী মরক্তা অরি-অনৌ য়ানখায়নগনি হায়বা অহুমশুবা কাঙবু অমগা থোকপা উরি। অহুম অসিনা করিগুম্বা মওংদা চৎনবা য়াবা লম্বী অমদা মণিপুরী সমাজবু লমজিংলবা য়ারি।

অস্তুন্না ওখাক লুই হায়বা খন্নবা য়াবা ৱাফমদি সমাজগী ফনবা তৌবা মী মশিং হন্থরক্লুনা গঞ্জা, যু, জুৱারনচিংবা মাঙননবগী মশক ওইরবা নেশাদা লুপথিবা মীগী মশিংনা নোংম-নোমগী হেনগৎলক্লিবা অসনিনি। যু থকপা জুৱার শান্নবা মশীংনা হেনগৎলক্লিবা অত্থক্কী মতীক সমাজ অমগী পাঙ্গল হন্থরক্লি হায়না লোবা তাই। মরমদি হায়রিবা নেশাশিং অসিনা মী অমবু কান্নবা থবক তৌহনবগী মহুত্তা হন্দোকপা মাঙহনবগী থবকতমক তৌহল্লি। মশাগীতা মাঙজবা নত্তনা সমাজগীদমকস্তু হায়রিবশিং অসিনা তীলগুম্না চাশিল্লি। হৌজিক্কী সমাজগী শক্তম অমা লাকপা তারবদি হায়রিবা মখলগী কান্নদবা শরুক অসীনা সমাজগী চামগী মস্থংদা কয়া ওইরিবা অমস্তুং করম্না মখোয়গী মুক্তিগী লম্বী য়ানগদগে হায়বসি চিংথবা য়াত্রবা কয়াংনী। মতীক চানা লুচীংবীত্রবা লৈবাক, হল্লমন পান্দবা ইমুং অমস্তুং কায়রবা লীক্লীগী পাত্র ময়াম লৈবা য়েংবা স্থংঙাইতবগা অমহানি। সমাজদা লৈরিবা মীশিংনা সমাজগী চৈরাক থৌওইদনা মরম্নাই ৱাখল অমস্তুং স্বার্থদা চৎনরকপমুক থীবা মশক অমা লৈত্রে হায়বসি থাজে। হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজ অসি লমজিংবা

লোল্লে হায়বা য়াই। অহল্লোন কাণ্ডলুপ্না মতিক চানা নহারোলশিংবু য়ারক য়াতেম্বা ওয়বা থোকলবদি ঙসি ঐথোয়না উব্রিবা নিঙবা কায়রম্বা। মঙক কল্লবা নহারোল কয়া অমদি মন্না চৎপিনবা য়াওড্রে খল্লিবা অহল্লোনশিং অসি উয়মলোইদবনি।

নহারোলশিংনা পুনশিগীদমক শেমশাবা কদাইবু কোবগে হায়বসি ময়েক শেংনা উবগুম থবক্না শাজৎনা উৎলি। লাইরিক তমলিবা অমদি তম্বিবীশিংগী শাজৎ, মীৎয়েং, য়াঙাং, ফিজেৎ য়েংবিয়ু। পাঠশালা, ওইরগদবা অঙাং মওং অছু পাঠশালাদা শেমগ্রবনি। হায়স্কুলদা ওইরগদবা মওং অছু হায়স্কুলদা শেগ্রবনি। মরুওইনা হায়স্কুল ফাওবগী অঙাংশিংনা চৎলিবা শাজৎ, খল্লিবা য়াখলদা চহী থরগী মতুংদা মণিপুরনা ওইরগদবা ফিভম লেপগ্রবনি। মরমদি কোম্না নৈনরবা ঙসি ক্লাস সীমকী অঙাং ফাওবা সংসারগী ঈরাংদা তাউবা উবে হাযবসিদি থাই পুম্নমক্না য়ানগনি হায়না নিঙই। অঙাং ওইহুনা ঙাওহুনা লৈগদবা ছাত্র ছাত্রীশিংনা য়ুম্বালোন খঙজিল্লবনি হাথু হাথুনা পুনশীগী অরেপ্পা অমতং খঙহৌরগে হায়বগী মতাগুম মশা--মশাগী থুং চাজবা লোযনবা লোইনবী থিবগী ঈরাংনা লম্বী শোরোক অকা অকুমদা অহল লমন কয়াগী মীৎ নাকম ওইরি। চহী তরমরি-মঙাগী পাখংনা শঙ্গু শঙ্গু স্কুল লৈথোক্তুনা লৈরক্তা, থুলক্তা চৎলকলবা, চহী তরানিথোই-হুমদোইগী লুপীমচাশিংনা মশুং মমান্নবা য়েংবা হৌরক্লবা অছুগুম্বা সমাজগী ফিভম অছুদা ঙসি ঐথোয়গী মণিপুরী সমাজ অসি য়োরক্লে হায়বা থাইনা উবিগনি। সমাজনা, ধর্ম্মনা য়াদবা চিঙ্গাক থকপা চাবা তৌরক্লবদা থিংবা তৌদনা মপা মমা ওইবনা থোক্লরবনি হায়হুনা তাশিল উশিম্নদনা লৈবা অবস্তা অছু ঐথোয়গী সমাজদা থোক্লরবনি। নহারোলশিংগী থবক্তা কয়ম্বা সমাজগী থুজ্জী লৈরিরগে হায়বা খনবা লুনা থোকই। কনাবুন্সু ফিবা লৈতবগুম, করিম্সু থাজনিংঙাই লৈত্রে হায়বগুম, ঐথোয়তনা ইশাগী ভাগ্য বিধাতানি হায়বগুম নহারোলশিংনা তৌনিংবা তৌরকপদা থিংবা ওম্বা শক্তিবু মৈরা চমহুনা ঐথোয়না থিম্নি।

সমাজদা অমগা অমগা থাজনবা অমসুং একতাগী ৰাখল অসি লৈরিমখে সমাজ চাওখৎলি অমসুং হিংহুনা লৈ। মণিপুরী মচানা তৌরবদি করম্বরোই হায়না ইশাবু থাজজদবগী মওং অমা মণিপুরী ঐখোয়গী মরক্তা কন্না লাকপগুম তৌরি। উরিবা অসিনা অরানবা ওইবদি লান্না উন্নিবা মী অতুগী সুংঙাইবগী ঙমখে লৈরোই। মপানগী মীশিংনা মণিপুরীশিংবু নমথনবগী থল্লকপা মতমদা অঙাবা, অথঙবা মনিপুরী কয়ানা মতিকচাবা লম্মন থুমলিবগে হায়বসি ঐখোয়না মুন্না খঙদে। ঐখোয় পূম্নমক ইশা হিংননবা হোৎনবদগী হেন্দুনা সমাজগী ইচিল ইনাও, ইচে ইচল কয়াগীদমক স্বর্থত্যাগ ঙম্নদ্রি হায়বা তাই। একতা হায়বসি য়াওদ্রবদা মী লাখ তরুথ লৈহুনসু শক্তি লৈকম থোক্তে। মণিপুরীশিংগী ময়ুমদা মণিপুরীশিংবু চাক্লিবগী মতৌগুম্না খনবিবা লোল অমসুং সংস্কৃতিদা য়েক্না মীৎয়েং য়েংবা ভারতকী ইচিল ইনাও মণিপুরদা হৌজিকসু য়ামনা লৈরি হায়না থাজে। লৈবাক্কী রাযেল থৌদাগী মতাংদা মণিপুরীশিংনা মীনা খাইথবিবা অরেম্বা চাবগী মওংদা লৈরিবা ইমাংদা মণিপুরীশিংগী চাক্লুক মী অতোপ্পনা মুন্দুনা চাবদা থিংবিনবা লৈত্রবা অসিগুম্বা অসি হৌজিকী মণিপুরী সমাজদা থোক্লি। মসি ঐখোয় লৈরি হায়না ফোঙদোকপা ঙম্বা থৌনা অমদি একতা ৱাৎপনা ওইরমকম থোকই।

হৌজিকমক মণিপুবী সমাজদা তোয়না থোক্লিবা রাফম অমদি গুপী চেনবগী ৱাথোক অসিনি। গুপী চেনবা হায়বসি সমাজনা লিংদে হায়বা তাই মণিপুরীশিংগী দমক্তদি। থাঙ্গৈশেংনমক গুপী মশানা নত্রগা অহল্লমন্না থবক শমজিল্লবগীদমক নত্রগা করিগুম্বা দোষ থরা কোক্লবা নত্রগা সমাজগী অফোংবা মীৎয়েংদগী লানথোক্লবগী দমক থৌওইনা শেমহুনা ফাওবা চেন্নরি। হীরম অসিদা থাইদগী মরু ওইবা রাদি সমাজনা গুপী চেনহুনা লোবা হায়বা চৎনবা অসিমদি সিদনবা য়োক্লি হায়বসিনি। অসিগুম্বা চৎনবী অসিগী ফলনা গুপী চেনবগী ৱাথোক অসি হেনগৎলক্লি। গুপী চেনবা কৈ ফত্তে হায়বগী মরীদা সমাজনসু মপা মমা ওইবা অমতনসু তাবা তৌদ্রি। মচা অঙাং ওইমল্লি নত্রগা

নিপা অহু পামদে হাবগুম্বা নত্রগা থাজত্না লোইপ্রবনি হায়বগুম্বা ৱাথোক ময়াম অসিতমক ঐখোয়না উরি ভারি।

নহারোল্শিংনা অহল্লমনবু থানদবা হায়বদি মশানা লেমজত্রবদি অহল্লমন্না মীনবা লম্বীদা মখোয়গী অকনবা ওইরোই হায়না খনরা মতম অসিদা সমাজনা লোয়্না চেনবা থিংদে হায়বসিনা নহারোল্শিংগী শাজত্তা য়ায়্না অকায়বা অমা পীরে। মশানা ক্লাবা ওইত্তনসু সংস্কারবু মথক মপুং ফানা উটি ব লৈশাবী পাখংশিংনা ঙাংহাক্কী ঈরাংদা ঙাওত্না লোনসি লৈনসি হংযনা শীংনত্না চেনবা চোংবা তৌবদা অকায়বা কয়ামুক খোক্কনি হায়নসিদা করিসু চিংনবা লৈতে। অসিগুম্বা অরোনবা লম্বী অমা লৈ হায়বসি খঙবা অঙাংশিংনা মতম চাদনা ঈরাংদা তাউখৎলকই। হৌজিক মণিপুরী সমাজনা পাম্বদি নহারোল্শিংনা মহে তম্লিবা অহুক্কীমখে পুক্লিঙ শেংনা আশা চাউনা ঈরাঙ যাওদনা লৈবনি। মদু খোকহনবা য়ারক্তবদি করি মবম লৈবগে হায়ত্না থিকম খোকই।

মণিপুরগী হৌজিক্কী সমাজদা লৈবা উবা ফাওবা পূমমক মশাং শীত্না নীংবা কাযননবা হোৎনবা নত্তে। মাঙজোননা থায়থ্রিবা অতুগী মতুংইন্না হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজ অসি অবি অমৌ শিন্নবা মতমনি, অত্না অবেপ্পা কবিগুম্বা দোষ গুণ পুখোকপগী থুদোং চাবদি লৈতে। অত্মকপু সমাজ অসিগী মতুংদা লৈরিবা হোংদোকফম খোকপা লৈহন্দবনা ফবা মওং থরদি মযেক লানা পুখোক্লিংত্না পুখোকপনি।

তুংগী আশা অমসু ঐখোযনা হৌজিকমক তৌবা য়াক্রা থবক করিনো? আশানা থম্নবা মণিপুরী সমাজনি। জেঙকত্রবা য়ুম্ফমদা মরু হুনথ্রবা লিরবা মণিপুরী সমাজনি। নোংপোক নোংচুপতগী অকনবা ঈরাং ফিজেৎ চাকচা ক্লাক্তনসু ওসি কাওবদা মণিপুরী নুপীশিংগী ফিজেত্তা অওনবা অমা থোহনবা ওমত্রি। ইপা, ইপুগী ফনেক মপান নাইবা পুঙোফনেকনচিংবা ইথুংনা শায়রগা শেংচবা ফিজনা নুপী ওইবশিংগী লেমজনফম ওইরি। মসিমক অঙকপা ফংজনা, মণিপুরী সমাজগী গুণ অমনি। মপানগী ঈয়্যাং কয়া য়াওত্নসু অজি মথক মপাগী মরক তিন্দুনসু

মণিপুরী সমাজগী লেঙকদ্রবা থোঙকম অমদি লেঙদ্রি। মীনা থীনা তৌরবসু, মশাং য়ামজদ্রবসু মতম অমসুং তানজা পুন্নমক্তা ঐখোয় অমা তোপ্পা ময়েক শেংনা লৈজরি হায়বা নাপল অমসু পোকচরি। কলাবিদ্যাদা মীথোই মীহেনবা লাইনা থাবা গুণ খরসু মৈরক্তা, লাল্লক্তা অল্লা-অনা মরক্তা তত্তনা চেনবা গঙ্গা অমসুং ব্রহ্মপুত্রগী অকনবা ঈচেলগুম মিংবা ওমদলা জাতি পুন্নমক্কী কল্লকবগী মওংদা চেঙ্খ্রি। মণিপুরীশিংগী চহী লিশিং কয়াদগী হৈনজরকপা মনিঙতম্বগী রাখল মতম খরগীদমক ভুমহুনা লৈরবসু মাঙদ্রে হায়রবদি থনবা ওয়োই। লাইনা থাবা মীওইবনী লাইনা থাবা গুণ কয়ামরুম রাত্তনা লৈরি হায়না চিংনবা লৈতনা থল্লি।

নোংচুপলোমগী ফিদম অমসুং য়ুম্বাল কৈবালগী মীৎয়েংদা খরা হম্বরে হায়না য়েংবা তারবসু পৃথিবীগী কলাপ্রেমী পুন্নমক্না লাইগুম্না ইকাইখুম্নবা য়াবা পুং ঈশৈগী ওবাশিং মণিপুরী ঙগোইগী অফাওবা ওবাশিং কয়া মরুমনা লৈতেংহুনা মণিপুরী সমাজ অসি হীরম অমদদি লাম্বা লৈত্রে থনবা য়ারি। মগুণ লৈরবা অসিগুম্বা ওবাশিং অসিবু মণিপুরনা কদায় ফাওবা কান্নদোগদগে খঙদ্রি।

মণিপুরী সমাজ শিগদবা মাঙগদবা সমাজ নত্তে। ঐখোয়গী মীরোল অসি য়াম্না লাইবক ফবনি। সমাজগী অনৌবা ফিরোল হোংবা মতমদা য়াওজরীবা ঐখোয় অসি অফবা মপোক্নি হায়না লৌবা তাই। ঐখোযনা কদায ফাওবা স্বর্থত্যাগ তৌহুনা তুংগী খন্দুনা সমাজগী অসিগুম্বা চাউহোং অসিদা করম্না তেংবাংসিগে খন্নসি।

অহানবদা ঐখোয়না পামজবদি মণিপুরী সমাজকু মতিক চাবা সেবা তৌহুনা সমাজ অসিদগী হীরম থুদিংমক্তা অকক্না মী থোকহন্নব হোৎনবনি। সেবা তৌবা য়াবা হীরমদি ঈশৈগী লম্বী অমসুং সমাজ মঙুংদা লৈরিবা সেরাম্নবা রাখল অমসুং মিৎয়েংশিং অসিনি হায়না থল্লি।

মণিপুরী লোলগী ঈশৈ মণিপুরী সমাজগী অচৌবা শিবা নাবা নুহোং কৈহোংবনচিংবা থোথোক রাথোক্তা অমত্তা ওইনা শীজিন্নবা ওমজিবা ফাওবদা মণিপুরী সমাজনা ঙগোইদা তৌরবা নাপল পুন্নমক

অরেম্বদা মাঙথ্রবনি । অকাওবা ওঝাশিং অমদি ঈশৈনা হিংনবগী উপাল ওইনা চৎপীরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা বাঙ্গলা লোলগী ঈশৈনা সমাজবু লানবিগনি খনবা অদু থাদোকপিরবদি অচৌবা ত্যাগ অমা তৌবিরে হায়না খনগনি । ইমারোলদা শকপা ঈশৈনা লাইগুরুগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবদা কৎপদি লাইগুরুশিং লানগদবা মান্দে খনবিবা মী মশিং য়াম্না লৈরি ঙসিগী মণিপুরী সমাজদা। মণিপুরী সাহিত্যগী খাইদগী চাউবা খুরৌদি ঈশৈনা ওইবগুমন্নু তৌরি। ইমারোল অসি বরিগীদমক মেজর ভার্গকুলর ওইহন্দে হায়না ইরোল তিন্নদবশিংদা ঙাক্লবগী মহুত্তা ইমারোলদা ঐখোয়না হানমখে পীরম্বা অপমান অসি লৌথোক্তুনা ঙক নোম্না সেবা তৌবা হৌগদবনি হায়না খল্লি। ইমারোল শকপা শোনবা মী মশীং য়ামদ্রি, লৈবিবা খরবুস্নু মতিক চানা শৌগৎপিদ্রি। লৈবাক্না শরু—শোম্নবা নত্রবদি নিঙথিনা ওঝা নাইদবা কনা অমনস্নু পঙলেং লেংহুনা পংশক শরুক্তুনা লোল অমস্তুং ঈশৈগী তাইবঙদা অকায়বা কয়া থোক্লকপা য়াই। অতুমকপু ফজনা লেংদবা ফজনা শক্তবা মণিপুরী লোলগী ঈশৈনা বাঙ্গলা লোলগী মণিপুরী সমাজদা শরুরিবা ঈশৈদগী মমল য়াম্না হেল্লি হায়না লৌজনিংঙি। অশোয়বা শৈরেং কয়া শেমদোরক্কনি। ফজদবা শৈশক কয়া চুমথোরক্কনি। বাঙ্গলা লোলগী ঈশৈশিং অসিবু কনানা হিনাউ শাবিদুনা অফ-ফত্ত শেমবিগদোরিবা খল্লুবদা ঙক্তবা ঙমদে। ফজরবা মণিপুরী চোলোন কঠণ ফিজেৎ চাকশেং কোযেৎ ময়েং অসি পূম্নমক মীনা নোক্লদবা ঙমদে। অতুবু বাঙ্গলী মরূপ কনাগুম্বনা শক্লিবা ঈশৈ অ[illegible]রিনো ঐখোয় খংদেনা হায়রকপদা ইকাইবনা মাথ অসি হাইগৎপা ঙমদে। ঐখোয়নস্নু লোন্দবা মপুনস্নু থঙত্রবা, কৈ ফত্তে, লাল্লি লান্দে হায়বিনবা লৈত্রবা বাঙ্গলা লোলনা নাম শোনবা নামগী মিংদা মীনাই ওইবনি হায়না খল্লি। অসিগুম্বা লোলদা মীখা পোনবা অসি ইমারোলবু উশিৎ থৌওইদবা ইশাবু থাজদবা ইশাগী সম্মান ঙাক্তবা মখল অমনি। ভারতকী খাইগী ওইবা সংস্কৃত কৌবা লোল মপী অসিদা ধর্ম্মগী লাইশোল তিলশোঙ্গ তৌবদি অকায়বা লৈতে। ঙসি চাওখৎলে হায়না

লাউরিবা মণিপুরী সাহিত্যনি। ঈশেদা মীপূমথুদিংনা থোদোক খুদিংদা হেক শক্লরকপা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যগী থাক অসি অঙকপা ফংনা হেনগৎকনি। সাহিত্যগী থাক হেঙ্গৎপদি লায়থ্রবুনা মণিপুরীশিংগী ৱাখল মীৎয়েংদসু মনিঙতম্বা চাউথোকচবা অমা শোয়দনা ফংগনি হায়বসি থাজনিংঙাইনি। অসি হায় হায়দুনা মণিপুরী লৈশিং লৈশিংগী থম্মোয়দা হুকচিন্না লৈথ্রবা বাঙ্গালা লোনগী ঈশৈ পরেং শকপদা পি তানা কপ্ন-ৱিবা অহুগুম্ব লাইশোল তিলশোলগী পরেং পূম্নমক অহুবু উশিত্তুবা উৎপদি নৎচদে। নাম শোনগদবনি ঈশৈ শক্কদবনি। ভাব তানা শক্কদবনি, অর্থ থঙগদবনি; শক্লিবা শোল্লিবা ঈশৈনা জাতি অমগী সাহিত্যদা মতেং পাংগদবনি। নত্রবদি শক্লিবা শোল্লিবা অহুমক সাহিত্যদা খুরৌ শুহ্রবনি। বাঙ্গালা লোনগী শক্লরিবা ঈশৈশিং অসী শক্কুবদি ইপা ইপুগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা মপুং ফাদ্রে খনবা য়াই। মতুদি খন্নবা ৱাৎপা নত্তনা করিসু ওইরোইদমাল্লে হায়নিঙঙি। অহানবদা কয়াদি হৈনদ্রবসু থৌজিকমক মণিপুরী লোলনা ঈশৈ শক্কুনা রাস শান্নবা, কাংগী থোগল তৌবা, ঝুলোন লিংখৎপা, বাসক শকপা অসিনচিংবা থবক তৌরবদি চহি খরগী মনুঙদা লোলগী থাক অসী মতোমতা হাইগৎচরক্কনি; মণিপুরী ঈশৈসু মগুণ হেল্লক্কনি। ওঝাশিং অমদি ঈশৈ শক্কুনা পুন্সি লেনবা ইবুঙো ইবেম্মশিংগী মতেঙতনা হায়রিবা পূম্নমক অসী থোক্কদবনি।

মতাং অসীদা মণিপুরী মরুপ মপাং খরনা পাখংবা মরুপ, মৈতৈ মরুপনচিংবা মমীং থোন্দুনা লোল অশেঙবা ইমারোল থোগল তৌরিবনি হায়দুনা চৎলিবা ধর্ম্ম ফাওবা হোংদোক্কুনা মৈতৈ লোলগী মমীং লৈবা লাইতমক নিঙসি হায়বা অহুমক্তি সমর্থন তৌজররোই। নিঙ-নিঙবা লাই নিঙবা য়াই; ইমালোল সেবা তৌগদবনি হায়বসু চুম্মি। ইমারোল সেবা তৌবদা কৃষ্ণফাওবা অনুবাদ তৌরগা থুরমগনি হায়বদি পঙচুম চুম্বা ওইরমগনি নিঙদে।

সমাজদা চৎনবা লমচৎ ব্যবহারগী মরমদা থজিক্কুং পঞ্জনিংই। থায়নগী অহল্লমনশিংনা মওং অমদা নহা-অহল-গুরু শিষ্য ব্যবহার য়াম্না

ঋজুনা ভারুম্মী। হৌজিক মতু মাঙথিবগুম তৌরে। মতম অসিগী নহারোল অয়াম্বনা মথক থোংবগী ব্যবহার অমসুং মমান্নবশিংবু ইকাই খুম্নবা উৎপা মতমদা নিঙবা ওন্থোক্না থুংদে। ভারতকী প্রদেশ অতৈদা চৎনবা লোনচৎ ব্যবহার খরা উরুবশিংনা মণিপুরগী লোনচৎশিং অসী হোংদোক্লীংবা উত্তুনা খরা খরা থাদোক্লরকপদা নহারোলশিংদি অরিবহুস্তু খঙদ্রে অনৌবস্তু উদ্রি, মরক্তা ভাওতুনা লৈরে। স্কুল কলেজন-চিংবা মক্কম অয়াম্বদা লোনচৎ ব্যবহার তম্বিনবা য়েংশিনবা চুম্বনি। অতুবু নহারোল ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ওঝাশিংবু হেন্না থৌওইদবা উশিত্তুবা উৎপগুম তৌরি। লম্মী লমথাঙ্দা ওঝানা মশামক্কী ছাত্র উরগা থেঙ্গায়বিরকদ্রা হায়তুনা কিতুনা থৈবা ফাওবা য়াওরে। লৈকাই অমদা অহল—লমনশিংবু সন্মান য়াম্না থম্নরম্বতু তোক্কুনা অহল্লোন্না নহারোল-শিংগী য়াননবা চৎপস্তু উরে। মসী মতম খরতগী ওইফম থোকই। কুইনা অসীগুম্বা মওংদা চৎখবদি সমাজ অসিগী মাঙননবগী মশক ওইগনি। স্কুল, কলেজদা অমদি অয়াম্বা শিক্ষা পীফমদা হপ্তা হপ্তাগী নত্রগা থা থাগী অকক্নবা মতমদা লমচৎ ব্যবহার থকশী খাশী তম্বিনবগী থৌরাং তৌবা ফে।

সমাজগী প্রতিনিধি ওইবা, শক্তি পুবা, চৎনবী কয়ামরুমগী ভাক-শেনবা সভা অমা মণিপুরদা লৈত্রে হায়বা য়ানা লৈরে। মণিপুরগী ব্রহ্মসভা অমদি পণ্ডিত লোয়শঙনচিংবা লৈরিবা অসী প্রজাশিংনা কয়া থৌওইনদবগুম্ তৌরে। থৌওইনদ্রিবা অসীগী মরমস্তু লৈ। প্রজাশিং অয়াম্বনা মশানা ফৈ ফত্তে খঞ্জরগা তৌজবা থবক্তা অতোপ্পা কাঙবুনা খুৎ থিংজিনবগী পান্নরক্কুবা, অমদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী মরক্তা মত মান্নরক্কুবা, অতুগা লোয়ন-লোয়ননা স্নাকোন্নুংগী ব্রহ্মসভা অমসুং পণ্ডিত লোয়শঙনা মহারাজগী মঙান্দা চাউরম্বনিনা মহারাজনা শক্তি হন্থরকপদা মশানা শক্তি হন্থরক্কুনা প্রজাগী ফোরোহই ইন্দুনা চৈরাক হন্থরকপা অসীনচিংবা খরা অসীনা মরম ওইতুনা মণিপুরগী চৎনবীগী চৈরাক লাকপিনবা লৈরক্কুবনি হায়না পাক্জে। তশেংবমক মণিপুরী সমাজদা

থায়নগী ব্রহ্মসভাগী মহুৎশিনবা লৈবাকনা সম্মান তৌবা অখণ্ড—অহৈনা লৈতেংবা লোয়শঙ অমনা সমাজগী চৎনলোনচৎ থোথোক ৱাথোক কয়াগী নিয়ম ব্যবস্থা পীবদি য়াম্না ফত্থিগনি খল্লি।

মণিপুরী সমাজ হায়বসি ভারতকী পাক চাউরবা সমাজগী মচেৎ অমনিনা মণিপুরী সমাজতা শেমদোক শেমজিল তৌবা ওইথোক্কে। চৎনরক্লিবা ভারতকী মওং কয়া মরুমদা য়াওশিন্দুনা ভারতমচা পুম্নমক্কী মরক্তা হীরম খুদিংদা মণিপুরী মচাশিংসু লাম্বা তৌগদবনি। হরাও কুম্মে তোইমনখিবা, কোম্না হিংবা য়াই হায়না খন্নবিবা মরমদগীসু মণিপুরীশিংনা অচৌবা দাযিত্ব পুবা, নীপা থোক্না চোংথোক্কুনা মথল মথলগী জাতিগী সেবা তৌবা হৈনরোই হায়না মীনসু চিংনা ইশা ইশা-মকসু চিংনজবা অসী কোক্লনবা সমাজগী ৱাখল অমসুং খোঙথাং পুম্নমক অরিবা য়ুমফমদা অহনবা অখন্নবা মচাক্না অচেৎপা মওং তাহনবা তারি।

মশাং য়ামজদবা ঐখোয়দি পাঙ্গন্না হিংবা ঙমদ্রবসু ইশিংঘানা হিংবা তাই। ইগুণতনা চৈগু ওইদুনা মী কোটি নিফুগী মরক্তা লাখ তরেৎকী হিংননবা লম্বী অহু থিবনা ঐখোয়গী অথোইবা ইথৌ ওইরে।

আশাদি য়াম্না চাউনা ঙমথৈ লৈতনা নোমজনা ইশিংঘা ফুদোক্নবগী সুবিধা অমসুং দরকার অহু ঙসিমক মণিপুরী সমাজদা লৈরে। অসিগুম্বা অরুবা মতাং অসিদা মণিপুরী খুদিংমক্না অথাকপা লৈতনা নোমফম থোকলবনি।

মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী

# মৈতৈগী য়েক-খোংপা

## (কলা বিদ্যা)

মীওইবা ঐখোযনা imagination অমসুং emotionনা চিংশিনবা ঙম্বা পোৎশকপু কলা বিদ্যাগী পাম্বৈশিনা খাংদগী অশেংবা অমসুং অরাংবা থাক্কী পোৎশক ওহনা ফোংদোক্লকই অমসুং ফোংদোকখি। অসুম তৌনা মীওইবা ঐখোযগী imagination অমসুং emotion পোকলিবমথৈ কলা বিদ্যা হাযবা আস লৌবগনবনি। অদুনবু মীওইবা ঐখোযনা চীংমান লৈকুৎ-বোংকুৎ শুকুংদা লৈনিংথৌগী কলা বিদ্যাবু লোযনবকপগী খুংগম আস হৌজিকসু ডবা যাদ্রি। পোৎশক খুদিংগী অচুম্বা মশকপু মীওইবগী থম্মোইদা হিংহনা লেবিবা তাংখং অতোনা অমুক হেন্না ফজবা অমসুং মতম পুম্নমক্কী ওঃনা অচুম্বা মশক্তা পুথোকপা ঙম্বনি। মতম অমদা শাৎলম্বা হুমিৎলৈ চবোং কংখবে— অদুবু Vincent Vangough কী 'Sun Flower' হাযনা খংনবা হুমিৎ লৈগী চবোংদি মতম পুম্নমক্কী ওইনা শাৎতুনা অমসুং বেন্দনা লেবি।

হৌজিক মরু ওইনা হাযজগদৌরিবদি, মৈতৈ লৈবাক্কী যেক খোৎপা হাযবগা খঙনবিবা কলা বিদ্যাগী মবমদনি। মতাং অসিদা ৱাবী ওইনা খরদং হাযজবমগে। ঐনা পীকলিঙেগী মতমদা উখিবা মৈতৈগী আর্টিষ্টশিনা যেকপা লাইনা লৈতেংবা কোনুংগী কা অমা হৌজিকসু নিংশিংলি। অদুগুম্বা মতম অদুগী অযেকপা লাই অমা চিফ কমি-শনারগী চাক চাক্ষম কাদা হৌজিকসু থেৎলি ; মদু ঐখোয়না মিঃ জিমসনগী হাকৃতক্কগী উরক্লবনি। লাইশিং অসি কানানা য়েকপনো —,

ফজৈ-ফজদে থোইনা খঙহৌদে য়েংবদা শুংঙাইবা অদুতনি ঐনা নিংশিং-লিবা। হৌজিক্তা খঙলকলি, য়েংবদা শুংঙাইবা লাই য়েকলম্বা মতম অদুদসু আর্টিষ্ট লৈরম্মী— মশক মমিংগী ৱাদি অয়াম্বসু খঙনদরে। অৱাবদি লাইশিং অদো ঐখোয়না থওইদবদগী কদাইদা চৎথ্রবনো অমতা উবা ফংখিদ্রে। হৌজিক ঐনা অদুম খন্দুনা য়েংজবদা মাঙবসু মাঙখিবনি অদুগী মথক্তা ঐখোয়গী থাইনগী আর্টিষ্টশিংনা য়েক্লম্বা লাইগী মশিং অসি য়ামখিদ্রে। মাসগী মরমদি ঐখোয়না থমজিনহৌদবা নত্রগা য়াম্না য়কলমদবসু য়াই—। অদুবু অসিমদি ঐখোয়না তশেংনা খঙবা ঙম্মি —য়েক-খোৎপা হৈবা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিং অসি থায়নদগী হৌরদুনা অদুম মীৱাইবিরক্লি। মীওইবগী ৱাখলগী ইথিলবু থিংবদি য়াদবনিনা আর্টিষ্টশিং অদুম মপোক্লম্মী অমসুং পোকলকলি। অদু ওইদুনসু আর্টিষ্টশিংবু য়োকখৎ-কোনখৎপিদুনা কলা বিদ্যা অসিবু য়াম্না অৱাঙবা থাক্তা থাঙ্গৎপিরম্বা কনাগুম্বা নিংথৌগী স্নাহাক্তক্কী ৱারী ঐখোয়না তাবা ফংদে। ঐখোয়গী নিংথৌশিংনা কলা বিদ্যাবু থওইবিরমদবা অমসুং কলা বিদ্যানা থনম্বা পোৎশক্কী মশিং য়ামদবা অসিগী মরমদা খৱা অমুক হেন্না খন্দুনা য়েংবদা ওইবা য়াবা মরম পরসু উবা ফংজে। মদুদি —মণিপুরগী ইতিহাসতা শা-লানদি তোয়মনবা ওইবনা লৈচং-লৈতানা কলা বিদ্যা অসিবু চাওখৎনবগী মরমদা নিংথৌশিংনা মীংয়েং চঙবিবা ওম্বিরমদবসু ওইবা য়াই। অদুদসু নত্তনা কলা বিদ্যানা পুথোকপা পোৎ-শক অসিনদি মাঙবদা য়াম্না লায়বা পোৎশক ওগবনা ঐখোয়না মশিং য়াম্না উবা ফংদবসু ওইবা য়াহ। অদুগী মথক্তা লাই য়েক্লগা মচা মশু মখোং মখুৎ শোয় অসুম্না হায়নবঁসু চৎনরম্মী। অসুম হায়না কিহন্দুনা অয়াম্বদি য়েকপা হৈরবসু তোকখিরম্বা তাহ। মসি হায় হায়দুনা মমাংঙৈ-দগী হৌরদুনা আর্টিষ্টশিংগী লম্বী পুম্নমক ককতুনা থম্বীরমই হায়না পাক হেক লৌবসু চুমদে। শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তিগী স্নাহাক্তক্তা মমিংগা চপ চান্নদ্রবসু কারিগড় লোইশং হায়না কৌবা লোইশং অমা লৈরম্বগী ৱারীসু তাবা ফংই। শ্রীযুৎ অসিগী স্নাহাক্তক্তগী হৌরদুনা লোইশং অসি লৈরকপগী

খুদম ঐখোয়না উবা ফংই। কারিগড় লোইশং অসি ঐখোয়না অসুম তাজবদা কোক্সংগী কুম্মে ফিয়োং অমদি দেবকর্ম্ম থোরকপদা লাই শাবা লাইয়েকপা অমদি ফজনবা শেম্বা শাবগী থবক ওইনা তৌই।

হৌজিক য়েক-খোৎপগী মরমদা হাযবা তারবদা হৌগ্রবা আর্টিষ্টশিংগী মরমদা ঐনা খঙবা খরদং শন্দোক্লা হায়জগে। হৌজিক্কী মতমগী আর্টিষ্ট-শিংগী মরমদদি ময়াম্না হেন্না খঙবিরমগনি। মতম অতুগী আর্টিষ্টশিংগী মরক্তা ভদ্রসিংহগী মমিং খাইনা খঙবিগনি। মানা খাইদগী অফাওবা আর্টিষ্টনি। মরম অসিনা ভদ্রসিংহগী লাইশিং অসিনা মতম অতুগী স্কুলগী আর্টনি হায়না লৌবস্থ যাই। ভদ্রসিং অসি থাঙ্গেশেংবা আর্টিষ্টনি। করিগড লোইশংগী শিন্থা অতুতা তৌহ্বনা ভদ্রসিংহদা হিংহ্বনা লৈরম্বা আর্টিষ্ট অতুনা পেন্দুনা লৈবা ওয়মদে। মহাক্না খম্বা খোইবীগী বারীদগী লৌথোক্নুনা য়েক্লম্বা লাই কযামরুম থনম্বা ঐখোয়না উবা ফংই। নিংথৌগা মরী লৈনবা খোদোক্কী লাই য়েকপদা নত্তুনা মহাক্কী পুক্নিংদা ফাওরকপা রাখলদগী (হাযবদি inspiration দগী) থোরকপা অচম্বা মীগী শকতম লৌহ্বনা যেক্লম্বস্থ উবা ফংখি। মতম অতুগী আর্টিষ্টশিংনা, খোইদোক্লা ভদ্রসিংহনা, যেক্লম্বা লাইদা ঐখোয়না কনি উবা ফংই। অগানবদা ঐখোযনা যেংবা হেরে হায়না খনজরবপা মতমদা মখোয়গী আর্ট অসি যান্না নোক্নংলম্মি। মসি অফাওবা নোং-চুপলোমগী আর্টিষ্টশিংগী লাই তোয়না উননখিদন ওইরম্বস্থ য়াই। অতুবু হৌজিক্তা ভাব তারক্লি, ভদ্রসিংহ অচম্বা আর্টিষ্ট নত্তে— মাগী রাখল অমস্থং মিৎয়েং কনাগীস্থ রায়হ্বনা শীজিন্নদে। মাগী খুৎয়েক্তি ইচম চম্না লান্থোকপা কলাগী খুদোলনি। ময়াম্না মাগী অয়েকপা লাইদা poetic charm অমা শোয়দনা উবিবা ফংবিগনি। মতম অতুগী আর্টিষ্টশিংনা perspective কী রাদি ইখনবু খনবা উদে। মখোয়গী অযাম্বা লাইদা খরা ইতেম-তেম্বা হায়বদি flate ওইনা মচু শীজিন্নবা উই. অতুবু খোইদোক্লা ভদ্রসিংহগী লাইন অমদি তুলিগী খুৎচিংদি অঙকপনি। করিগুম্বা মখোয়গী অয়েকপা লাইগী মচি ময়াদা হুণ্ডাইবা

মচাক হাপ্তুনা মখোয়গী ইতেম তেম্বা শরূক অতু অমুক হন্না কুজহনবস্তু উবা ফংই। থুদম ওইনা, খন্বনা কৈ ফাবগী অয়েকপা লাইদা অতিংঙা অমা লৈরে হায়তুনা উচেক অমা হেক্তা পাইহল্দে—লাংজা পাইহল্লি। য়েংবিয়ু আর্টিষ্ট অসিগী imagination অসি ঐখোয়গী মমাংঙৈগী আর্টিষ্টশিংনা impressionদগী লৌতুনা য়েকপা খক থেংনদে realistic ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবগী থুদম উই। মীগী শক্তমমক্তবু য়েক্লবস্তু কায়দা অমত্তগী শকতম নিংশিংতুনা য়েকপা উই। অতুন্নদি ওইরগা আর্টিষ্টশিংগী মস্থংদা ভদ্রসিংহদি individuality হাপ্পবা হোৎনবা উবা ফংই। ভদ্রসিংহনা য়েক্লম্বা মুপীশিং অসি ঐনা অস্থম উজবদা মৈতৈগী ওইবা পুমবুম পুমবুম তৌবা, মমাই কোইদানবা, নেমতক নেমতক তৌবা মুপী ঙাক ওইনা তৌই। ভদ্রসিংহ অমস্থং মতম অতুগী আর্টিষ্টশিংদি ফজবী মুপী অমা য়েকপা তারক্লবদা নাকচেপ-লোমদগী থক য়েকপা পানদে— মাসনা তাকপদি মৈতৈগী profile সিদি কয়া ফজদবা অসিদা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা পাম্লমদবা তাই। ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা য়েকপা মতমদা শীজিন্নরম্বা মচু অসি earth colourদা উনংবানা লৈদগী লৌবা মচু অমস্থং তেঙ্গালী শীজিন্নরমই। অদগা চৌদোং মতু অমস্থং হামেঙ মতুনা শাবা তুলি পায়তুনা য়েক-লম্মী। ভদ্রসিংহদি চৌজিক মতমগী মচুশিং অসি শীজিন্নবা ফংহৌবগী রারী তাবা ফংই, মরমদি মানা ফাওবা অসি মহারাজ চুড়াচান্দগী স্নাহাক্তক্তনি।

মতম অতুগী অহল্ল লমনশিংনা য়াম্না তোয়না য়েক্লম্বা বিষয় অমনা রাধা কৃষ্ণগী মরম অসিনি। মখোয়না য়েক্লম্বা রাধা কৃষ্ণদি মন্দিরদা লাংপা বিগ্রহ মূত্তিবু ভক্ত অমনা উজবা মিৎয়েংদা য়েকপা ঙাক্তনি। করিগুম্বা মতমদা বাঙ্গালা দেশকী পট হায়বগা খঙনবা অতুগী মওং মাল্লকপস্থ ময়াওই। মসিগী মতাং অসিদা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংদগীস্থ য়াম্না হেন্না শিগ্রবা কাংড়া ভেল্লীগী আর্টিষ্টশিংগী রাধা কৃষ্ণনা মরম ওইতুনা য়েক্লম্বা লাইশিং অতু নীংশিংদবা ঙমদে। মখোয়না য়েকপা

অদুদি মচুনা শকপা ঈশৈনি, তুলিনা ইবা শৈরেংনি। মসিগী মরমদা M. S. Radhawaনা অস্নুম্না হায়—"The central theme of Kangra painting is love, and its sentiments are expressed in a lyrical style full of rythm, grace and beauty. The recurring theme of Kangaa painting, whether it portrays one of the six seasons or modes of music, Radha and Krishna or Siva and Parvati, is the love of man for woman and of woman for man". কাংড়া আর্টি ষ্টশিংগুম ঐখোয়গী আর্টি ষ্ট-শিংনা রাধা কৃষ্ণবু উবা ঙমজমদে। অদুগা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা য়েক্লম্বা রাধা কৃষ্ণগী লাইদা করিগুম্বা মতমদা মুংশি মুংওলগী ইচেল হাপ্লম্বা উদে। মতাং অসিদা বুঃশ্রবা কাংড়া ভেলীগী আর্টিষ্টশিংবু পুশিল্লুবদি মখোয়গা থানজনা চাংদমনগে তৌজবা নংচদে— অদুন্নদি ওইরগা মখোয় অসি ঐখোয়গী আর্টিষ্ট শিংদগী যাম্না হেন্না কুঃশ্রবা মমাঙগী আর্টিষ্টনি, অদুবু মখোয়গী আর্টনা করিগীদমক অস্নুক যাম্না অৱাংবা থাক্কী ওইরম্বা অমসুং করিগী অস্নুপকী মতিক চেনশিন্না লৌরম্বা মদুগী মরমদি খবদং খন্দুনা য়েবা চুম্মী। মখোয়গী আর্টিষ্টশিং অদুদি কনাগুম্বা খরনা মতম পুন্নমক্তা নাওকোনবিরম্নি। গুলর, সুরপুর অমসুং তিরাসুজানপুরনচিংবা চৌংলমদা পানবা নিংথৌশিংনা পান্মুবা লৈতনা য়োকখৎ-কানখৎপিরগী খুদম উবা ফংলি। মদুগী খল্লুরবদি ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংদি শুদোং চাবা ঃফং ফংলকতে। চিঙ্গাক থিবগী চৈনাখোল ফংলিবা আর্টিষ্টশিংনা ফাওবা খক ঙমখিদে — ফাওবা য়াওরবসু তোমথিন্নি — মখোয় অদু আর্টিষ্টশিংগী মরক্তা অথোইবনি।

মতাং অসিদা য়েব-খোংগী মরমদা নৈনবা মতমদা মৈতৈ লৈবাক্তা লাই শাবা (হায়বদি—sculpture) অসি করম্বা মওংদা লৈনম্মী অমসুং লৈরি হায়বা অসিসু খন্দুনা য়েংবা তাই। স্কল্পচর হায়রগা

ঐখোয়না খঙনরিবা আর্ট অসিমক য়েক-খোৎপগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মরমদি লাইয়েকপা হৈবা মীনা লাই শাবা হৈত্তবদি য়াই—, অদুগা লাই শাবা হৈবা আর্টিষ্টতি 'ফোর্ম' অমসুং 'লাইন'গী জ্ঞান লৈতবা য়াদে। তৌবতবু লাই শাবা হৈবা আর্টিষ্টনা লাই অদুবু অনেম অরাংগী পাম্বৈনা মওং থোকহনবা তাই অমসুং মাইকৈ পুন্নমক্তগী য়েংবা হৈতবা য়াদে। আর্টিষ্টশিংনা মহাক্না শীজিন্নরিবা মচাকনা মরম ওইদুনা স্কল্প্চর অমসুং পেইন্টিংগা অমুক হেন্না নকনবা মওংদা relief work নচিংবা তৌদুনা য়াম্নমু পুখোকনৈ। ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক্তা লাই শাবগী থবক অসিসু লৈরম্মী। অদুবু ঐনা অসুম খঞ্জবদা লাই য়েকপদগী লাই শাবা আর্টিষ্টশিংনা খরা হেন্না থোরক্লম্বা অমদি অরীবা আর্টিষ্ট ওইরম্বা তাই। ঐখোয়গী ভারতকী মফম অতেগুম স্কল্প্চরগী লনগৈ লৈরমগ্রবসু খরদি হোৎনরম্বগী খুদম হৌজিকসু উবা ফংই। ইতৌরোক স্নাহন-লোকচাউ অমসুং সিংসিগী হিঙ্গোল মনুংদা হৌজিকসু অদুগুম্বা অশাবা লাই উবা ফংলি। লাইশিং অসি য়াম্না লিরবা ওাক্তনি। নুংদা হক্তুনা শাবা পোৎশকপু পাক মাঙহনবদি য়াদবনিনা হৌজিক ফাওবা উবা ফংলিবনি। ঐনা অসুম য়েংজবদা লাইশিং অসিগী মনা শাংনা-শাংনা পানবা বুদ্ধদেবগী মূর্ত্তি মানবসু য়াওই—মসি করিগীনো হায়বা অখঙব-শিংনা থিজিনবিরবদি মরম উবা ফংবসু য়াই। মতম অদুগী আর্টিষ্টশিংনা রিলিফকী মওংদা শারম্বা লাইসু উবা ফংই। ঐখোয়গী হনুমান ঠাকুর অসিমক high relief workকী অশেংবা খুদম অমনি। মাসিদসু নত্তনা গুপ ওইনা শারম্বসু উবা ফংলি। ঐখোয়গী বিষ্ণু ঠাকুর অসি-মক্না গুপকী ফজরবা খুদম ওইনা পুখোকলি। অসি নত্তবা উদা হক্তুনা শাবগী থবক অসি য়াম্না চৎনরক্লি—খুদম ওইনা ঐখোয়গী মন্দিরশিংদা লাৎলিবা বিগ্রহ মূর্ত্তিশিং অসি নিংশিংবিয়ু। অদুগা খোইরুনা শারগা হৈবা মূর্ত্তি, শামু ময়ানা শাবা ফজবা মূর্ত্তি কয়াসু উবা ফংথি। হৌজিক অদুগুম্বা পোৎশিং অদু কয়া উবা ফংথিদরে। মতম অমদা লৈখোমস্না হায়রগা খঙনবা স্মখা অদুনা শাবনি হায়দুনা খম্বা থোইবী

অমসুং ছিয়াং ওস্তাদবগী শামু ময়ানা শাবা য়াম্না ফজবা মূর্ত্তি থম্না ঐ ইশামক উজহৌই। মতুগী পোৎশিং অতু ঐগী পাবুং সখানা ভাইসরোয় মতৌ মনাও খোরকপদা খুদোল ওইনা পীখিবদা উজহৌবনি। অতু-মকপু স্কল্‌প্‌চর রোমদা থম্লুরবসু ঐখোয় অসি কয়াদি য়েনা মচাও-খৎলমদে। মসি ওসাইগী মখোং মথুৎ শোয় হায়না লাম্না থাজবা অতুনা মরম অমা ওইবসু য়াই। মতাং অসিদা ময়াম্নদি খঙনদবা আর্টিষ্টশিং খরগী মরমদা খরদং নিংশিংহোগে। মখোয় অতু সুপীনা অয়াম্বনি— মখোয় অতুদি অয়াম্বনা শান্নপোৎ ওইনা শারমই অতুগা মখোয়না শারম্বা শান্নপোৎশিং অতুদা থাঙ্গেশেংবা folk art কী থুদম উবা ফংবিগনি। মতম অমদা তল-শামু শাতুনা কৈথেল্দা য়োল্লম্বা আর্টিষ্টশিং অতু নিঙশিংবিরম্বা য়াই। হৌজিকসু মতুগী মতৌ লোতুনা লৈপাক্লা শারগা মৈদা ইরুগা নত্রগা ইক্তনবু ওইরবসু শাবা ঙম্বা আর্টিষ্ট থোরক্লবদি যাম্না ফজবা মওংগী শান্নপোৎশোযদনা থোকনি।

মথক্তসু হায়জগ্রে — অমুকসু নিংশিংজগে, কোন্থ'দা কাবিগঙ লোইশঙ হায়বা অমা লৈরম্লবসু ঐখোযগী আর্টিষ্টশিং অসি ময়াম্নদি কয়া থওইনা ঙৌবিরক্তে। মীরায়বি হায়বগী তশেংবা থুদম ওইনা original work অতু হৌজিক অয়াম্বা উবা ফংখিদ্রে। ইংশোক ১৮৯০দা রাজপুত রেজিমেন্টনা বৃটিশ সরকারগী মতেং পাংতুনা মণিপুরদা লানদাবা য়াওবা মতমদা ঐখোয়গী য়াম্না ফজরবা আর্টকী পোৎশক য়াম্না পুথি। মতু হৌজিক ফাওবা মখোয়গী পঞ্জাবকী ধরমশালা হায়না কোবা মকমদা লৈবা হেড্‌ কাটরদা লৈরি হায। হৌজিক্তি মমল থঙবা নোংচুপকী মীনা ফোংলকপা লাইরিক্তগী ঐখোয়গী লাইশিং অতু য়েংশিন্নগা থিতুনা য়েংবা তারি। অতুবু নত্রবদি অজন্তা গুহাগুম্বা ঐখোয়গীসু লৈরম্বা য়াই—ভদ্রসিংহগুম্বা আর্টিষ্ট কযাসু পোক্লম্বা য়াই।

মৈতৈ জাতিগী ওইবা artistic talent অসিবু লেম্না মাঙহনবদি য়াদবনিনা য়েক-খোৎপগুম্বা কলা বিদ্যাদা লম-য়েনা চাঙখৎপা ঙমহৌত্রবসু মখোয়গী aesthetic sense অসি মওং অমদা

শীজিন্নবা তাখি। মজি ঐখোয়না মৈতৈগী অয়ীবা design অমসুং মখোয়না পুখোক্লম্বা মচুগী রাখলদগী উবা ফংই। মখোয়না শেৎন-চানবা ফি অসি চুম্নগী কান্নবগী অমদি হকচাং কুপ্লবা ওইনা শান্নগা পেল্লমদে। ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা চেদা মচুনা য়েকপগী খুদোংচাবা ফংদ্রবসু শেৎন-চানবা ফিদা লংলাগী লৈরোং য়েকপা অমসুং মচুগী ঈথক হৌহনবা পাল্লমই। থুদম ওইনা ফনেক্কী মপালদা কুহীগী মচু কয়ামরুম অমসুং অমুবনা নমনা শীজিন্নবা উরি। মসিগী মণক্তা হিগোক খজিক্তুং— অঙৌবা খজিক্তুং য়াম্না পীক্লা শীজিন্নবা উবা ফংলি। মসি পংতৌ তৌশিনবা নত্তে। কনাগুম্বা আর্টিষ্ট অমগী কুপ্লবা মচুগী রাখলদগী পোক্লকপনি। অসিতসু নত্তনা মখোয়না মচু অমতদা থরা রাউবা, থরা লৈশিনবা মওংদা শীজিন্নতনা পোৎশক অমগী মমল কাওখৎহনবা অমদি অরাংবা রুবিগী পোৎশক ওইনা পুখোক্লম্বসু উবা ফংলি। থুদম ওইনা নমথাং খুলক্ অমসুং থামেন চৎপদা শীজিন্নরিবা মচু অসি য়েংবিয়ু।

ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা অরংবা মচুগী থেন্নবা পীতুনা মিৎ নাহনবা থক পামদে। চুম্মি; অমুবা, অঙাংবা, অঙৌবা, নাপুনচিংবা মচুনা মপান্দ নাইবা ফনেক্তা শীজিন্নে। অতুবু থরা লাপথোক্লগা য়েংবিয়ু—ফাজিনবা মওংগী মচু অমত্তা ওইনা উবিগনি। মসি হায় হায়রুনা অখেংবা মচু অনি ইশিনমক শীজিন্নরমদবদি নৎতে। অরংবা মচুগী কুমৈ ময়াম্না লানফিদা উবিবা ফংবিগনি। লানফি লান চঙবগী ফিনি। ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা অরংবা মচুগী রাখলগা লোয়নননা ঐখোয়গী লাম্মিশিংবু লান্দা থাজিনবা মতমদা মতেং পাংই। হৌজিক লাম্মীগীদমক বাজাই বেঙ্গুল খোংলিবা অসিগা অমতনি। পুম্নমক অসি খল্লরগা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংগী ইরেল অসি কয়ামুক লুনা লৈরম্মী হায়বা ঐখোয়না তশেংনা উবা ফংলি।

Design লোমদা অমুক য়েংবিয়ু। ভারতকী অরিবা আর্টকী অয়েকপা অমসুং অশাবা লাইগা লোয়নননা শা-ডাদগী, লৈদগী, মীদগী লোবা, ইনৎ-নত্তবা করিগুম্বা রাখলদগী থোরকপা ফজবা লোয়রগা ডিজাইনগী মওংদা হেক-হেক হাপ্লম্বা থেংনৈ। ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংসু

ফিরোলদা য়ায়া অন্নবা অমসুং অরাংবা থাক্কী ডিজাইন পুখোক্‌নরা হাপলম্মী। অয়াম্বদি circular অমদি geometrical ওইবা অমসুং শা-ঙা ওইনা তৌই। ঐগী লনাই ওইনদি, শাদুনা পুখোকপা ডিজাইন-দগীসু মৈতৈগী করুগা শীজিন্নরম্বা হায়বদি Cut workকী ডিজাইন অসি ওম্মোক্না কজখরে। মখোয অসি শেমদোকনিংঙাই হাপচন্নিংঙাই য়াওদ্রবা চপ চাবা মওংগী পোৎশকনি লৌনিংই। অদুদগী করুবা তুংদা লিবা হায়দুনা মচু মচুগী লংনা খোপচল্লি; মদু কয়ামরুম কজনা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা শীজিন্নরমগে হায়ববু থাঙ্গৎশেংবা তুলি পায়বা হৈরবা অমনা য়েকপদোনা উৎহল্লি। অসিগুম্বা ডিজাইন অসি লুহোংবগী ফিজিন, মোনমাই, য়ুখল, নিংখম শমজিন, পোৎলোয়নচিংবদা উবা ফংগনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী artistic talent অসি শীজিন্নফম খঙদদুনা পূম্মাং মাঙবদি নত্তে, অতোপ্পা অমদা শীজিন্নখিবনি হায়না লৌজে।

লাই ওইগ্রবা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংগী মঙাল অসি নিংশিংলুরগা হৌজিক মৈতৈগী ওইবা কলা-বিদ্যাগী জগৎ অসিগী মরমদা খল্লক্কবা ঙমদে। মমাংঙৈগুম অন্ধবিশ্বাসনা কিহনদুনা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংবু য়ৈথবিরম্বা অদুগুম্বা খুদোংথীবা মতম অদুসু লেনলক্লে, অদুবু থাঙ্গে-শেংবা আর্টিষ্ট হায়রগা খঙনবা মীশক্তি কদাই? মৈতৈগী কলা-বিদ্যাগী জগত্তা হৌজিক খঙনবা মীশক্তি কদাই? মৈতৈগী কলা-বিদ্যাগী জগত্তা হৌজিক অসি ফিরুক থুম্বা মতমনি হায়না খল্লি। ঐখোয় হৌজিক past gloryনা হিংদুনা লৈরি। হৌজিক ঐখোয়গী মরক্তা য়েক-খোৎপা পাম্বা অঙাং মশিং য়াম্লক্লে। লাইয়েকপা তম্নবা স্কুল ফাওবা লৈরক্লে। লাইয়েকপা তম্লিবনি হায়দুনা ফক্লাং ঙাক্তা উবা কাচিন অমদা অঙাং খরা কম্বা উবিগনি। অসিগুম্বা অফা অপুন্নবা কা অসিদগী commericial artist থরদি খোরকপা য়াই, থাঙ্গৎশেংবা আর্টিষ্টতি মতম কুইনগী উবা ফংলরোইদ্রা খল্লুবদা রাদবা ঙমদে। আর্টিষ্ট হায়বা অসিদি ময়াম্নসু খঙবিরি atmosphere অমসুং inspirationগী মতুং

হৌবনি। কনাগুম্বনা য়েংশিবা য়াই—artists are born but not made. অদুবু আর্টিষ্টপু থাইদগী হেন্না ঈশিং চাইবিবা তাই, হার হাপ্পিবা তাই।

অমুক হন্না নিংশিংজগে, ঐখোয়না হিংশিবসি past glory গী ফিজি য়ানদুনা হিংশিবনি। ডিজাইন লোমদা য়েংবীয়ু—। হৌজিক ঐখোয়না হান্নগী ওইবা লনতবু মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা অমদা অমা হাপচিল, অমদা অমা নপশিল তৌরগা অনৌবা ডিজাইন ওইনা লৌনরি। অদুবু অনৌবগী মরক্তা original উবা ফংলকত্রে। হৌজিক ঐখোয়গী স্না-কৈথেল অহোংবা অমসুং অশোনবা ডিজাইনগী ফিনা তাউথোক্লি। চুম্মি, ঐখোয়না তৌরিবসি রিভাইব (revive) তৌরিবনি। অদুন্নদি ওহরগা থাঙ্গৈশেংবা মগুন লৈবা মীতনা অরিবা পোৎশককী মগুন মাঙহন্দনা রিভাইব তৌবা ঙম্বনি। অবনীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং নন্দলাল বসু গুম্বা আর্টিষ্টতনবু ভারতকী ওহরিবা অরিবা শনবু রিভাইব তৌবা ঙম্বনি। হৌজিক ঐখোয়গী শ্রীশ্যামসুন্দরনা ডিজাইন সেণ্টরদা চঙথিবা অসিদা ঐখোয়গীসু অনৌবা আশা অমদি উবা ফংই।

কলা বিদ্যা হায়বা অসিদি মতম পুন্নমকী ওইরবা মাঙলরোইদবা তম্ফানি। মৈতৈ লৈবাক্কীদবু হৌজিক অসি লাইবক থীবা মতমনি হায়রুবতনি। ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা রাখলগী ইফুৎ থেংনবা হুমিত্তা অমদি থাইনা কলা বিদ্যাগী মগুনবু তশেংনা খঙলকপা মতমদা ঐখোয়না অমম হেন্না খঙলিবা কলা বিদ্যাগী জগৎ অমা উবা ফংগনি হায়না আশা তৌজে।

সুরচান্দ শর্ম্মা

# মৈতৈ জগোই

জাতি অমগী যেলহৌবৈঙদগী লোযনবকপা অতৈগা মান্নবা তোপ-তোপ্পা মওঙ্গী ঈশৈ জগোই লৈতবা যাদে। ঐখোযগী মৈতৈ-লৈবাক্কীসু মদু, মযেক শেংনা, মঙান চাউনা, তক-তকনা থায়নদগী অহুম্মক লৈরকই হাযবসি পাথাঙ্ পুথাঙ্ মথং মথং যৈনরক্কুনা ঙসি ফাওবদা ঐখোযগী মিংতৌ উনবা ঙংলি। অসিগুম্বা মীপা মান্নবা ঐখোয মৈতৈ সমাজগী শাজৎ-লোনচৎ, যূম্নান-কৈবান অমদি চঙ্বা শিবনচিংবগা মরী লৈনবা অমসুং মীওইবা ঐখোযগী হশা ইশাগী হুংঙাইজনবতা নত্তনা মত্তন, তাইবঙ্ মপু ফাওবনা পেনবিনবা তৌবা ঈডাং-পূজাগী মনুংদা ফাওবা অথোইবা মচাক অমা ওইনা শীজিন্ন-রকপা—পুং-ঈশৈ-জগোই কোন্নবা অদুবু মৈতৈ-জগোই হাযনা কৌই।

লৈশেম্বা মতমদা নোংথাং লৈমদগী তৌনা জগোচ পোক্লক্লগা নোংপোক-পান্থোইবী অনিগী মতমদা মপুং মবৈ কারক্কুনা মথং মথং মৈতৈ জগোইনা নিঙ্থিবা মশক শোযনবা অসুম মশা নোয়থোরক্কুনা ঐথোয়না হৌজিক উনবিবা লাই হরাউবা অমদি রাসনচিংবা জগোইশিং অসি ওইরকখি। শিব-পার্ব্বতীনা তাণ্ডব-লাস্য শন্দোকখি হায়বগুম্না মৈতৈ জগোয়গীসু নোংপোক-পান্থোইবী অনিনা নিপা নূপীগী জগোই হৌদোকখি।

অসুম তৌনা নোংথাঙ্-লৈমগী মতমদগী হৌরক্লবসু নোংপোক—পান্থোইবী অনিগী মমাঙ ফাওবদি মশাগী হুংঙাইজনবা, মীবু পেলহন্নবা ওইনা শীজিন্নরম্মী। মথংদা লাইবু পেনহন্নবা অথোইবা মচাক অমা ওইনবা হৌরকখি। চাওখৎলকপা মতুং-ইন্না মথং তারকপদা সমাজগী

চৎনবী থবক-থৱানচিংবা থোওঙ্শিংসু জগোই ওইনা পুথোক্লুনা লাইগী থোগনদা য়াওহল্লকখি। অসুম তৌনা লাইবু হরাউহন্নবা, পেলহন্নবা, মতুনা তাইবঙ-মীবু চাকু-লনগুবীনবা শাবা জগোইনি হায়দুনা 'লাই হরাউবা' জগোই কৌনখি। অসিগুম্বা সমাজগী লোনচৎ-শাজৎনচিংবা মথং মথং জগোইদা মমি তারক্লুনা অসুম অসুম মপুং মরৈ ফাজিল্লক-খিবসি হুজিকমকসু মীয়োল অমত্তগী মমুংদা চঙলকলিবা মতমগী ঈহৌ খন্না অসিদগীসু লায়না অতুম্বক খঙনবা ঙম্মী। মওঙ অসি জগোই মথল পুন্নমক্লা ওইবা ঙাক্লোনি। মরম অসিদগী মতমনা মরোন মরোন শীংথাবা ঙমদবমথৈ ননশিনগথবনা অহানবগী অরিবা মশক অদুবু খন্দোক্লুনা পুথোকপা য়ানা থোক্কে। হুজিকমক মাঙদা উবিবা মশক্শিং অদু য়েংলগা অথঙ-অতেশিংনা ওইরম্বা য়াবা মওঙদা চুম্না খন্থুনা মশক অমা তুক লেপ্পগী মথৈতনি।

জগোই হায়বা য়াহৈ অসি অনিবা লাইরিক্তা 'চূকোই' হায়না ইরম্বা থেংনৈ। মসি, লৈশেম্বা মতমদা থবক লোইরগা হুংঙাইবা ফোংদোক্লবা মতমদা লাহবঙথোশিংনা চুননবা চোংশিনবা, লাইগুরা-শিংনা চুনদনবা কোহথোক কোইথোক্লা থাঙবা মতৌ অতুদগী লৌদুনা 'চূকোই' থোকখিবা ওইনা পণ্ডিতশিংনা মত পীনৈ। চূকোইদগী চূগোই, জগোই অসুম তারকখি। অসিগুম্বা লোন থৈথরকপগী য়ারমদি ঐখোয়গী অরিবা লাইরিক পুন্নমক্লা অতুম্বক শেংনা তাকলি।

অসুম্না মৈতৈ-জগোইনা তোপ তোপ্পা অসুম চেম্বরক্লবদা মৈতৈঙু ক্যাম্বা, চরাইরোঙবা, গরীবনরাজ হাক্তক্তগী হৌনা ঈথায় অমা অমুক লোঙথোকপা হোখি। ঈথায় অসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্লা শাস্ত্রগী ঈচেলগা তিশিন্নহুনা 'রাসনৃত্য' হায়না কৌহুনা অচৌবা ঈরোঙ অমা অমুক লোঙথোকপা হৌখি। রাসনৃত্যদা অরিবা জগোইনা যুম্ফম ওইনরগা মপুংফানবা শাস্ত্রগী ঈনোৎ হাপচিনখিবতনি। শ্রীযুৎ ভাগ্য-চন্দ্রসিংহনা পুথোকপিরম্বা গোবিন্দ সঙ্গীত লীলাবিলাস কৌবা লাইরিককী মঙ্গলাচরণ য়েংলগসু মসি খঙনবা ঙম্মী মহুদি—

মণিপুরবাসি পুরাতন নর্ত্তনবিৎ সাম্প্রদায়িকাচার্য্যৈঃ।
উপদিষ্টার্থং যতত্তে দর্শয়িতুং ভাগ্যচন্দ্রসিংহোইয়ম্॥ ৫

মণিপুরগী জগোই হৈবা থায়নগী গুরুশিংনা তাকপিরম্বা অর্থ ফোংদো-ক্কবা ভাগ্যচন্দ্রসিংহনা হোৎনজে।

পৃথিবীদা লৈরিবা মী পুম্নমক মায, মিৎ খোঙ্ খুৎনচিংবা ইন্দ্রি পুম্নমক চপ মান্নবা পাম্নে। থরায় পানবা মশেন ওইবনা অশাউবা, হবাউবনচিংবা পুক্নিঙ্গী বিকার পোক্লবস্ চপ মান্নে। মরম অদুনা, মান্ননা পাল্লিবা ইন্দ্রিশিংগী মথৌ তৌনরকপদা মী মশেল অচুম্মক মরুদা মান্নজক্কম থোকপা মরম চাউনা লৈ। অদুবু দেশ থেন্নবদগী, লোনচৎ–শাজৎ মান্নদবদগী ইন্দ্রিশিংগী শীজিন্ননা মশীজিন্ননাচংবগী মবমদা খেন্নবা থরা থরা লাক্কবদি যাদে। মবম অদুনা ঐগী ঐগী জাতিগী লৈজরম্বা মশক্না অরেপ্পা শাস্ত্রনি। হজীক উনরিবা শাস্ত্রশিং অসি অমগা অমগা মান্নদবা হেক হেক উনবিবসিস্ হাযরিবা মবম অসিতনি। শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা সংগ্রহ তৌবম্বা শ্রীকৃষ্ণবস সঙ্গীত সংগ্রহ' কৌবা লাইরিক্তা নাটাগী মরম তাকপা মতাংদা অসুম্না ইবি মচুদি— যস্মিন্ দেশে যা রীতির্যাচ ভাষা মনোহরা।
তথাপি নৃত্যং ভবতি প্রভুনাং চিত্তরঞ্জনম্॥

ইতি সংক্ষেপঃ

লৈবাক অদুগী নিঙথিজবা চৎনবীনা অমদি পুক্নিঙ্ হুরবা মশাগী মরোম্না ঈশৈ শক্তুনা জগোই শারবদি মখোয়গী নিংথৌশিংবু হরাউহনবা ওম্মী অসুম্না শম্না হায়রম্মী। অসুম্না উৎথোরকপা জগোইগী মওঙ্ মান্নদবদগী শাস্ত্র অমগা শাস্ত্র অমগস্ জগোইগী খুৎলোন-খুৎথেক্লচিংবগী মথল মথেল থাইদোক্লরকপদস্ মওঙ্ মশীং অমসুং মমিং মথা-নচিংবা অয়াম্বনা মান্নদে। জগোইগী মতমদা শীজিন্নবা অর্থ ফোংদোকপা অমদি ফোংদোক্তবা খুৎকী মতুঙ্বু শাস্ত্রনা 'হস্তক' হায়না কৌই। ঐখোয়গী ওজাশিংনসু মসিবু অচুম্মক হস্তক হায়নবম্মী। অর্থ ফোং-দোকপা হস্তকপু লাইগী পূজানচিংবা মতমদা উৎলবদি ব্রাহ্মণশিংনা

মদূবু মুদ্রা হায়না মমিং থোন্দুনা শীজিন্নৈ। হায়রিবা হস্তক অসি খুজেংদগীনা খুৎচা-মতোন কাওবতবু খঙ্নগনি। ঐখোয়গী লাইহরাওবা জগোইদস্থু হায়রিবা মুদ্রা নত্রগা হস্তকশিং অসি য়ান্না তোয়না শীজিন্নৈ। ঐখোয়না মদূবু থিজিনবা ঝাংপদগী তোপ্পা তোপ্পা মমিং খঙ্নরুত্রবস্থু —শাস্ত্রনা থোনবা মমিংগা মান্নত্রবস্থু মওঙ্ অমস্থুং শীজিন্নকমদা মান্নবস্থু য়ান্না য়াওরি। জগোই খুৎথেক মখল অনিনি—খুৎ নামতগী নত্রগা খুৎ অনিমক্কী। খুৎকী জগোই পুন্নমক অসিগুম্বা মওঙ্ অসিদগী থোকই। অসিগুম্বা খুৎকী জগোই অসি ঝাহৈগী অর্থ তাকপদা নত্রগা চুম্নগী য়েংবতদা ফুংঙাইনবা ওইনা মওঙ্ অনি থোক্না শীজিন্নৈ।

অসিগুম্বা খুৎচা জগোই পুন্নমক অসি খুৎকী অয়োংবা, ঙউপ্পা অমদি অচেপ্পা হায়বা মওঙ্ অহুম অসিতদগী থোকই হায়না সঙ্গীত-সার সংগ্রহ কৌবা লাইরিক্না হায় মতুদি—

উত্তান পার্শ্বগশ্চৈব তথাধোমুখ এবচ।
হস্তপ্রচার ত্রিবিধা ভরতেন প্রকীর্ত্তিতঃ॥

ঐখোয়গী লাইগুরুশিংনা লোংববু নোংলোন, উপ্পবু লৈয়োন অহুগা চেপ্পবুনা লৈতাই কৌনৈ হায়।

হায়রিবা খুৎকী মওঙ্ অসি মীওইবা পুন্নমক্কী চপ মান্নবা মওঙ্নি —পুন্নমক্কীনি। অহুম অসিদগী ওইরকপা খুৎলোনশিং অদূ থবক মান্নদবনা, লোনচৎ তিন্নদবনা শীজিন্নকমদা তোঙান্নবতনি। খুৎচা জগোইবু শাস্ত্রনা করকরণ হায়না কৌই। মসিদস্থু খুৎচাশিং অসিনা থোকপা য়াবা মওঙ্ মথৈ য়েংলগা মাগী মাগী চৎনবী মতুংইন্না অচা অচাবদা শীজিন্নৈ।

মওঙ্ অসিগুম্না থোঙগীস্থু মখল মথেল কয়া অমা লৈত্রি। অসিদস্থু নত্তনা হকচাং-কায়াৎ খুদিঙ্মক্কী হায়বদি ঙক্ কোক্, থবাক-লেংজুম, মায়, মিৎ অসিনচিংবা পুন্নমক্কীস্থু করম্বা মতাংদা করম্বা মওঙ্ তোগদগে হায়বনচিংবা অকুপ্পগী মসুংদা কুপলেন কুপ্পা থায়দোক্নুনা লোইবা নাইদে হায়বমক য়ানা চাউনা লৈরি।

অসিগুম্না হকচাং পুম্নমক শীজিন্নহুনা শাবতনস্থ জগোই ওইখ্রি—অচেৎপা তাল-লয়না পুন্দুনা হুংশিবা ঈশৈগা ঈরোয়নদ্রবদি অহুগা, শাবিবা জগোই অহুনা ঈশৈ অহুগা ভাব চানবা মওঙ্দা পুথোকপা ঙমদ্রবদি শারিবা জগোই অদুবু মথন্নায় পাল্লহনবা ঙমদে। মরম অহুনা জগোই হায়বসিদা পুং ঈশৈ জগোই অহুম্মক চঙ্ই। অমুম তৌদুনা ঈশৈ হায়বদস্থ অহুম অসি অহুম্মক কোম্নদবা য়াদে, মবমদি অহুম অসিদি থন্নায় অহুমনি, থানবা যাদে। ঈশৈনা মপুং ওইবনা ঈশৈ, অহুগা জগোহনা মপুং ওইরগা জগোই কৌখিবত্তনি।

অসিতস্থ অমুক নত্রি, রস হাযবা চাউরবা পোৎচঙ্ অমস্থ লৈবি। অসিগুম্বা রস অসিবু মশক থঙ্না শেংনা ভাবকী পুক্রিঙ্দা ফাওহল্লুবা ঙমদ্রবদি জগোই অহুগী নত্রগা ঈশৈ অহুগী মগুণ করিস্থ চেন্দ্রে। মবম অহুনা রসস্থ মুন্না থঙ্দবা যাদে।

অসিগুম্বা জগোই অসি হৈবা মীগী কান্নবদি মপা লৈতে। শাস্ত্রনা হায়—

ব্যরীরচচ্ছাস্ত্রমিদং ধর্ম্মকামার্থ মোক্ষদম্॥

অভিনয দপর্ণ

মসিনা মীবু ধর্ম্ম থঙ্হল্লি (তৌগদবা মথৌ), অর্থ (লন্ তানবগী মরম), কাম (পামগদবা পামলোইদবা মশক লেপ্পা), মোক্ষ (অরানবা খুবম ফংবা হাযবদি অবা-অনা পুম্নমক লাম্বোক্তুনা হুংভাইবা ফংহনবা)—অসিগুম্বা মথল মরি অসি ফংহল্লি। নাট্যশাস্ত্র অহানবা অধ্যাযদস্থ হায়রি—

'নাট্যদা উৎপ' যাদবা করিগুম্বা জ্ঞান, কবিগুম্বা শিল্প, করিগুম্বা নহৈ, করিগুম্বা কলা, করিগুম্বা যোগ অমদি করিগুম্বা থবক অমতস্থ লৈতে।' হাযবদি ঐথোযনা উরিবা থল্লিবা, তৌরিবা অহুগা চৎনন্নিবা মীগী-লাইগী থবক পুম্নমক মসিদা লোইনা চনশিনবা যাদবা লৈতে।

জগোই মথল অহুমনি নাট্য, নৃত্য অমসুং নৃত্ত। নাট্য—লীলা, ড্রামানচিংবা, নৃত্য— শক্লিবা ঈশৈনচিংবগী অর্থ কৌংদোক্লা শাবা,

নৃত্ত—অর্থ য়াওদনা মিৎয়েংগী মুংঙাইনবা শাবা। মসিবু নিপা অমসুং নুপীগী ওইবা মশক অনি অমুক থায়দোকলি। নিপা জগোইবু তাণ্ডব, নুপীগীবুনা লাস্য জগোই কৌই। নিপাগীনা অকনবনি, নুপীগীনা অথোৎপা অমেঙবা মতৌনি। মহারাস, বসন্তরাস, কুঞ্জরাস, নিত্য-রাস অমসুং লাইহরাউবা-জগোই অসিনচিংবসি নূপী জগোইনি। রাসদা কৃষ্ণবুদি য়াওরবসু নূপী জগোইনা মপুং ওই।

অকনবা নিপা জগোইদগীদি খরা হন্নবা, অথোৎ-অমেঙবা নূপী জগোইদগীসু খরা কনখৎপা মওঙগী জগোই অদুবু শাস্ত্রনা 'দেশী-তাণ্ডব' হায়না মমিং থোল্লি। ঐথোয়গী গোষ্ঠ-লীলা (রাখাল রাস)গী জগোই অসি মওঙ অসিমক্লি। নট পালাগী চোলোম, নিপা থৃবাক ঈশৈ, খম্বগী জগোই অসিনচিংবনা অশেংবা তাণ্ডব জগোইনি।

শাস্ত্রনা জগোই ঈশৈ তৌবা মীবু নট হায়না কৌই। অসিগুম্বা নটশিংনা পরেং লেপ্তুনা পুন্না শাবা জগোইবু নটপালা-চোলোম হায়না কৌই। কৃষ্ণরস সঙ্গীত সংগ্রহনা হায়—

> যে গায়ন্তি সুগীতানি নৃত্যন্তি চ বিচক্ষণাঃ।
> জিতেন্দ্রিয়াঃ সদাচারাস্তে নটাঃ পুনরুত্তমাঃ ॥
> নানা শাস্ত্রঞ্চ কাব্যঞ্চ কুর্ব্বন্তি কথয়ন্তিবা।
> রঞ্জয়ন্তি সভাঃ সর্ব্বাস্তে নটাঃ পুনরুত্তমা ॥

নিঙথিনা ঈশৈ শকপা, জগোইশাবদা হৈশিংবা, ইন্দ্রিখুদুম চনবা, লমচৎ ফজবা—মখোয় অদু অশেংবা নট-নি। অয়াম্বা শাস্ত্র অমদি কাব্য শেম্ব'-ভম্বা, ভাঙবা-শকপা হৈশিংবা, সভা পুন্নমকপু পুক্নিঙ মুংঙাইহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা নট অদু অথোইনি।

সংস্কৃত শব্দ 'চলন'দগী চোলোম তাখি। চোলোমগী ক্ষিভম অসিগী হৌরকফমদা মত অমা অনি থোকই, অমনা, গুরুনা তাইবঙ শেম্বা লোইরবদা লাইবঙথৌ মাপনগা লাইনুরা তরেৎকনা লৈপাক-লৈমগী অকুৎ—অতোঙনচিংবা মান্নবা লৈশেমখিবা মতমদা লৈপাক নেৎশিনবদা ওইবা খোঙথাং অদু লৌদুনা মতুংদা চোলোম খোঙথাং শেমখি।

অনিশুবা মওঙ্ অমনা, মূক্লাগী থোংখোঙ্, শাবা কিরেপ্পা ফিজম ওইনরগা অকুপ্পা খোঙথাংনচিংবদি থাঙ্-তাগী অরিবা অমস্থং অরুবা খোঙচৎ কয়া লৌদুনা শেমখিবনি থাজনৈ। থেংগোরোন খৌশা-রোনস্থ লৈশেম্বদগী লাকপনি হায়বনা মওঙ্ অনি অসিমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্নরগা পালাগী ফিভম-ফিরেপ ওইখিবনি হায়না লৌবা য়াই। মথংদা অমুক লাইগুরুশিংনা জাতি অসিগী চংনবা শাজৎ-শাথেক (অরিবা জগোইগী) লৌহুনা অমদি শা-উচেক্লচিংবা লেঙ্লি পাল্লিব-শিংগী মতৌ য়েংদুনা মথং মথং চোলোম শেমগৎলকখি। মসি শাস্ত্রনস্থ সমর্থন তৌই—

'ত্রৈলোকস্যানুকরণং নৃত্তে সম্যক্ প্রতিষ্ঠিতম্ ॥'

বিষ্ণুধর্মোত্তর

মরোল অহুম্মকী মতৌ পুন্নমক জগোইদা লোইনা লৈ।

শা-উচেক্লচিংবগী মতৌ তম্বা চোলোমবু শাস্ত্রনা 'গতি' কৌই; হংসগতি, (কাংঙগী শাজৎ), কপোতগতি (খুনুগী খোঙচৎ) অসিন-চিংবা। মসিবু ঐখোয়না 'শাজৎ' হায়না কৌনৈ।

চোলোমস্থ জগোইনি। অহুমদি ওইরগা চোলোম হায়রগা খঙ-নরিবা মওঙ্ অদুদি অকনবা নিপা থোকপা জগোই মখল অদুবুত্তা ওইবনা মসিদা তাণ্ডবকী ভাবনা মপুং ওইনা লৈ।

অসিগুম্বা পালা চোলোম অসি নিপা খুদিঙ্মক্না হৈননবা থায়ন-দগী কন্না হোৎনরম্মা। নিপামচা পালা, শীংলুপ পালা, শয়ন পালা অসিনচিংবসি চোলোমগী দমক্তদি ওস্থোক্লা চুনৈ। স্যার চূড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তদি L. P., U. P. ফাওবদা ওজা থমদুনা চোলোম তম্বীহনখি।

চোলোমদা শাথেক অহুম শুই—কোক্তগী থাঙ্, থাঙদগী থুকউ অমস্থং থুকউদগীনা খোঙ্। শাথেক অহুম অসিবু মথংশিংনা গোবিন্দ, গোপীনাথ, মদনমোহন হায়না মমিং থোন্দুনা ধ্যান তৌনৈ। মরমদি চোলোম শাথেকপু বৈষ্ণবশিংনা শ্রীমূর্ত্তি শাগৎপনি নিঙনৈ। অহানবা

করতাল খিঙ্বা তম্বীবদা থোক্লিবা 'কাং কেং কেং কাং' হায়বা থোঙ্খো অসিস্তু "রাধে কৃষ্ণ" নম্রগা "হরে কৃষ্ণ" হায়বনি হায়না তাকপিদুনা তমখৎহল্লি। অসুম্না তল্লিবা মী অদুগী মপুক্লিঙ্দা ঈশ্বরগী শ্রদ্ধা-ভক্তি পোকহন্নবা অহানবদগী অচুম্মক হোৎনরকই। থুং হাইথদুনা খিঙবনা রাধে নম্রগা হরে অদুগা থুং থাংগক্তুনা খিঙ্বনা কৃষ্ণ হায়বনি অসুম্না তাকপি।

ফিরেপ্পু শাস্ত্রনা স্থানক হায়না কৌই। অসিগুম্বা চোলোমগী ফিরেপতি—খোঙ্গী থুনিঙ্ অনি মপা মান্ননা মরক্তা থুদোল অনি অহুম কান্নহন্না, খোঙ্দোল অনিনা—মরক্তা খোঙ্কৈ অমা থম্বা চন্না কাক্তো-ক্তুনা লৈগনি। হকচাং তেনজৈংগুম চুন্না লেপকনি। য়েংকী থুংনা লোংথোক্লিবা ওয়গী থুং মথক্তা উপশিন্না, খোয়দো মপাদা থমগনি, থুংকী থুনিঙ্ অনিমক কন্দোকনি। মিংনা ধ্যান তৌবগী মওঙ্দা নাতোন মতোন্দা য়েংগনি।

চোলোম হৌরবদা য়েংকী খোঙ্ ফুকপগা য়েংকী থুং থাংগৎপগা মান্নগনি, থাংগৎলুবা খোঙ্না লৈতারবদা থুংস্তু হাইথদুনা মতম মান্ননা করতাল খিঙ্গনি। ওয়গী খোঙ্ ফুকপদস্তু থুংকী মওঙ্দি চপ মান্ন-গনি। খোঙ্ থাংগৎপনা অতোপ্পা খোঙ্গী থুবোম ময়ায় ফাওবা ৱাংনা থাংগংকনি। চোলোম তৌরক্লবদি খোঙ্ থোংখোঙ্ শাদুনা লেপকনি। মিংনা করতালগী মতুং ইনগনি। হাইথরকপা থুংনা থুকউ মখা য়োবা য়াদে। হাইগংলকপদনা চীনবান মপাদগী হেনবা য়াদে। থুংকী থুনিঙ্ অনিমক্তা থুংকা লাইন অমত্তদা থমগনি, মসি তৌবদা লেং হিকথহনগনি, শূপকৎপা য়াদে।

চোলোমদা মতম পুন্নমক্তা য়াঙ্ তিংনা লৈগনি। হকচাংগী ইপোমনা —শামুনা মখোঙ্ হান্না থাংলগা অচৌবা মশানা মাঙ্দা কোন্না ঈল্লক-পগুম ইপোম ফজহনগনি। মৈফু-উতোং অনিদা মৈহুম্বদা শরক শিহন্দনা অচুম্মক মৈখোল থোকহনবগুম্না চোলোমদস্তু হকচাংগী ইপোমনা মদু উইহনগনি। নোম্থরকপদনা থোংখোঙ্ শাগনি। থঙ্গদবা অমদি

চোলোমদা মতম পুন্নমক্তা হকচাংবু থুকউ মঙ্গুং চলহনগনি হায়বদি থোং-থোঙ, মঙ্গুংদা লৈহনগনি। মথাদা থাদরুবা থুং অনিনা হেক পুখৎপা হৌরকপদা লৈত্তারর্ঙ্গা ওয়গী খোঙ, থাংগৎপা হৌগনি, মদুগা লোয়ননা য়াঙ, চুন্না অত্তন্মক থন্নগা ভঙ্গমথৈ নিঙজোন নমথগনি। অম্তুন্না থাংগৎলকপা থুংনা চীনবান মপা য়োবদা করতালনা মিংমপা য়োনবা লৈখৎলক্কনি। মতম অসিমক্তদা থাংগৎলুবা খোঙ অদু মথাদা হায়থবা হৌগনি। অদুগা মতুগা মতম মান্ননা লেপলম্বা খোঙস্তু কোনশিল্লম্বত্ত তিংথোকপা হৌরক্কনি অমস্তুং ওয়গী খোঙ লৈপাক হেক তাবদা য়েংকী খোঙ তিংথোকপা লোইহুনা ফুকপা হৌরক্কনি। অম্তুন্না ওন্না ওন্না হন্না হন্না তৌবনা চোলোমগী মশক্কি।

কৈ-গী ফিবমদি থুকউগা ফৈরুগা য়াংবা মান্নহনগনি। চীনবান মপা য়োরকপদা করতালনা লৈখৎপা মতুং ইন্না ঙকস্তু কে-না লৈগনি। শক্লিবা ঈশৈগী রস মতুং ইন্না সুর-ছন্দগা চোলোম শাথেক্কা, করতাল মথোলগা চান্নহনগনি হায়বদি চোলোমদস্তু সুরছন্দ অদু চঙহনগদবনি। ঈশৈগী ছন্দ নম্রগা অর্থগী মতুং ইন্না হস্তক তৌগনি। অম্তুন্না হস্তকপু চুন্না তৌরবদি মিৎনা থুত্তা য়েংগদবনিনা ঙক্-কোক্স্তু অত্তন্মক চুন্নকই। শাস্ত্রনা হায়—

যতোহস্তস্ততো দৃষ্টির্যতো দৃষ্টিস্ততো মনঃ।
যতোমনস্ততো ভাবঃ যতোভাবস্ততোরসঃ॥ ১১০ ॥

সংগীতদর্পণ

থুত্তা মিৎয়েং থমগনি, মিৎয়েংদা পুক্নিঙ, পুক্নিঙদা ভাব, অদুগা ভাবকী লৈফমদা রস পোক্লকই।

অমুকস্তু হায়রি—

আস্যেনালম্বয়েদ্গীতং হস্তেনার্থং প্রদর্শয়েৎ।
চক্ষুর্ভ্যাং দর্শয়েদ্ভাবং পদাভ্যাং তালমাদিশেৎ॥ ৩৬

অভিনয়দর্পণ

চীন্দা ঈশৈ শক্কনি, থুংনা অর্থ তাক্কনি, মিং অনিমক্না ভাব কোং-দোক্লনি, খোঙ অনিনা তাল থমগনি।

শাস্ত্রগী মত অসি ঐখোয়গী চোলোমশিংদা নিঙথিনা অচুম্মক ভাকই। অসি নত্তবা অরিবা অনৌবা মৈতৈ-জগোই পুম্নমক্তসু চপ চানা অচুম্মক লৈ।

চোলোম মখল অনি শুই, অচুম্বী অমসুং অরৈবী। অরৈবীনা অচুম্বীদগী খেন্নরিবা হায়বমক্তবু খুৎ থাদবা অমদি থাংগৎপা মতম-দতনি। অরৈবীনা হকচাং নাকল অমদা থাদরুরবা খুৎ অতুবু কান্নন-ন্নাক্তুনা ওন্নতৈনবা লেংজুম মপাদা পুখৎলকপনা চাউরাকপা মওঙনি। অচুমদি ওইরগা মসিদা খুৎকা, থা গা ঈরোয়নদবদি য়াদে। অনি অসিনা চিংলক্তুনা হকচাং অতৈসু অচুম্মক লোয়ননা লৈরকপনা মসিদসু ওম্মোক্লা ফজবা মশক অমা থোকই।

হাওরোকচম ওজা শামুনা চোলোম অরৈবী অচুগা শরোংখাইবম ওজা শেঙ্গুম্বনা চোলোম অচুম্বী পুথোকখি। অনি অসিমক চোলোমদা ফজবা মওঙ ভাক্তনি। অপাম্বা অমা শীজিন্নবতনি।

পুং চোলোমদি অমুক্কা হেন্না কুপশিন্না অমদি মরাং কায়না লৈবা উই। অকনবা, নিপা থোকপা চোলোমদি পুংগা নিপা খুবাক-ঈশৈগনা মপুং ওই।

মৈতৈ জগোয়দসু অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ অমসুং উপাঙ্গ অচুম্মক্কী অভিনয় লৈ। চোলোমদা ফংবা চাউরকপদি মখাগী অসুম্না থায়দোকই মচুদি—কোক, ভক, লেং, থা, পুক, খাঙ, কৈ, নিঙ, খুকউ খুবোম অমসুং খোঙ—পৌনা থায়দোকপনি। মসিদা মায়, মিৎ, খুৎচানচিংবগী অকৃপ্পা ময়ামদি য়াওদ্রিবনি। অপৌবা খরদংগী নৈনবতনি। —মখোয় অসিগীসু মচুংদা তোপ্পা তোপ্পা অমুক মখল কয়া থোক্লা খাইদোক্লি। মখোয় অচুগী মমিং মমিংদং মখাদা উৎলি—

১। কোঁকহাই মখল মরিনি—নিকপা, হাইবা, লৈবা, থৎপা।

২। ভক মখল তরানি—অখাকপা অচুনবা, চৎপা, অফৈবা, তামিন্নবা, হনবা, খাবা, চেপ্থা, অথেকপা অমসুং শেকচৎনবা।

৩। লেং—'লেংবুম' অমসুং 'লেং নামা' হায়না মখল অনি থোকলি। অমমমগী মখল অচুম অচুমনি মচুদি—হীকথবা, ঈনখৎপা, খপ্পা।

৪। থা—মৈতৈ লোন্দা থবাকপু থা কৌনৈ। মসিগী মখল তরাকনি—অরোংবা অউপ্পা, অতাবা, অচেপ্পা, অহুনবা, অরৈবা।

৫। পূক—পূক্কী জগোইদা মখল থোইনা থায়দোক্লবস্তু 'চনিঙ্ পোঙ্বা' নত্রগা 'চনিঙ্ ঈস্থবা হায়বা অমদি চেকশিন্না ঙাকনৈ। চনিঙ্ ঈস্থরগা পূক্কী ফিবম চুম্লকই, অমরোমদা নিঙ্গীস্তু ফিবম তাব্লকই।

৬। থাঙ্ মখল অহুমনি—থেকপা, নম্বা, তিংবা।

৭। ফৈ মখল মঙানি—নম্বা, থাংগৎপা, চুম্নথাংগৎপা, থাংগৎনা লৈবা অমস্তুং নমলৈ।

৮। নিঙ্ মখল অনিনি—ফাবা, নম্বা।

৯। খূকউস্তু মখল অনিনি—বাগ লৈবা, খুদক কূনবা।

১০। খুবোম—পূকনা তৌবগুম খুবোমস্তু মখল থোইনা লৈতে; অঢ়বু খোঙ্ থাংগৎপদা খুবোম মথীবোঙ্ চাউনা, মিৎ থন্না উননবা, খোঙ্-দোননা মপানলোমদা লৈথোক্লগা মতোন থেক্কৎলপ তৌগনি। মসি হান্নগী থোংখোঙ্ শাবা মওঙ্ অহুবা কায়দনা থাংগৎলগা অচুম্মক ওই।

১১। খোঙ্ মখল মরিনি—খোঙ্পাক, খোঙ্চেপ, খুদোন, খূনিঙ্।

মথক্কী মখলশিং অসিবু করম্না উৎকদগে, করম্বা মতমদা শীজিন্ন-গদগে হায়বনচিংবদি চাউমনখিগদবনা মতাং অসিদা নৈনদ্রে। চোলোমগী মতেক খরদং উৎলিবসি নত্তবা অতৈ জগোইগীস্তু লোইবা নাইদনা লৈরি। মৈতৈ জগোইগী পূক্কৈদি য়াম্না চাউগ, লৈপাক্কী মরলনি, লৈপাক চঙ্হুনা খিরগা পুথোক্লবতদা য়েৎনবা লৈতবা ফজবা মশক অমা থোকহনবা ঙমগদবনি। অতৈ অতৈদগী মসিনা হেনবা মরম অমদি—জগোই ঈশৈবু অরানবা খুবম ফাওবা ফংনবা হোৎনবগী খ্বায়দগী হেনবা পোৎচঙ্ অমনি হায়বা অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা লাইগী ঈড়াৎ-পূজ্রাতদা শীজিন্নবা অসিনি। মরম অহুনা মৈতৈ জগোইদা অকনবা ভক্তি-প্রেমগী সাধনা চঙ্দবা য়াদে।

য়েংগদবা—মওঙ্ খরা তাদবদগী হান্নগী ভাষণ অহুদা শেমদোক শেমজিন খরা তৌরে ইতি— লেখক—

২৫।৭।৬৭